# মণিপুর ইতিহাস

( অনিশুবা খণ্ড )

লেখক :—
শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন

ছাপা তৌবা অমসুং ফোংবা—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

২শুবা খুৎনম ]

[ মমল লুপা ১০.

# মণিপুর ইতিহাস

## তরামথোইশুবা পন্দুপ

## লৈপাক—

### মৃত্তিকা অমসু লৈপাক্কা মকু।

মাদুগী তুংদা অকনবা মুশিংনা তত্তুনা রৈবদা চিংগী কতুম্বা মতোন তেক্কুনা কিন্তুগা অমসু নো গী ঈসিংনা চাংমথোক্কুনা চেন্থবা—তুরেন্না চেন্থবা অসিদগী মুংকুপসিনা অকুৎ অকুৎপাদা কুমথরক্কুনা মথং মথং ঈসিং অমসুং মু সিংকী পাঙ্গননা কুপথরবা উৎফুল ওইখি। উৎফুল লৈডোংসিংবু ঈশিনা পুন্থুনা ২ মুংশিং অদুগী মথক্তা কম-জিল্লকপা লৈখোমগী মপৈ অমা ওইখি। মাদুনা কংশিল্লক্লগা লৈপাক মৃত্তিকা ওইদুনা মু গী মথক্তা লৈপাক শিরে। মরম অসিনা ঐখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসি থরদং তৌথরগা লৈপাককী সরুক লোই-দুনা মুংডাক্তা ফংই। অদুনা লৈপাক অমসু মুং ময়াম, অনি অসি অঙীংবা মরোননি, মরোন অনি অসি তিনসিনলগা মাইল ৫০ বোম থাই, মাসিবু লৈপাক্কী মকু অসুম্না পণ্ডিতসিংনা কৌনৈ। লৈপাক্কী মকু মরোন অসিগী মখাদা করি লৈ?

ঐখোইনা মথক্কী রাইহৈহিং অদুদা উনখরে, অহানবদ মৈরিক অরাংবা ঙাক্তা ঙাইরমই। মতুংদা মাদুসু মতুম তারকই, অদুগা কন-সিল্লকই। মাসিদগী কংবা ডমই, মাদুদি—লৈপাক, মৃত্তিকানে মুংলে মথন অনি অসিনা ওইবা মকু অসি ওনখিবা পোৎশক অদু নত্তবা

প্যোং মখন অমা লৈহুংদা লৈতে। ঐখোইনা হুজিক অতিয়াদা পাইবা মৈবীগী পোংশক অদু লৈপাক্তা তারকুনা ফংলে মাদুদা পরীক্ষা তৌদুনা এংলগা উরে, মাদুদা ঐখোইনা খংবা ঙমলবা পোং ঙাক্তা ঙাই। অদুনদি লৈহুংদা করি লৈ হাঙীবদু ঐখোইনা মাসুন্না থি, মাদুদি—

করিগুম্বা লৈহুংদগী ফংবা খনিগী পোংপু মাদুদা করম্বা ধাতু অমা য়াউবগে হাঙীনা এংগে হাঙীরবদি, পোং অদু মকুপ ওইহল্লগা মহি ওলহল্লগা পাত্র অমদা হাপলবদি অরুম্বা শরুক্তা মখাদা কমই। পোংশিং অদুগী মরক্তা অয়াং অয়াংবনা মথক মথক থংনা তুংই। অদুনদি মন্নেক্লা তারে। অদুগুম্বা পৃথিবী অসিনা মহী ওইরিঙৈ অদুদা অরুম অরুম্বা কোরি, য়োং, মিসি, সনা মখোই অসিনা পৃথিবীগী ময়োন অদেমদা চংশিল্লুনা থরা থরা য়াংবনা মথক মথক্তা কাদুনা মথং মথং লৈখি। মরম অসিনা ইখাইগী মথক্তা ইন্নাং য়াংবা লৈপাক— মৃত্তিকানা মথক্তা ইংনা লৈদুনা মাদুদা থরাই য়াওনা লৈবা য়াই।

## লৈপাক—পৃথিবীগী সাগৎলকপা পোংশক।

সনা অমসুং য়োং অসিনা অরুম অরুম্বা ধাতুদ্রব্যনা লৈপাক্কী ময়োন কেন্দ্ররোমদা চংশিনখি। মাদুগী পরেং অদু মাসুন্না হাঙীবা য়াই, মাদু—পৃথিবীগী ময়োন অদুদা অহানবদা য়ামগ্রবা সনামক্কী মপৈ লৈ, মথংদা য়োংকী মকোই, মাদুগী মথক্তা সুং অমসুং লৈ-পাক মৃত্তিকাগী মকু, মাদুগী মথক্তা ঈশিং, পুম্নমক অসিগী মথক্তা সুংশিংকী মকোই লৈ।

লৈপাক— পৃথিবীগী ময়োন্দা সনা অমসু য়োংনচিংবা লৈ

হায়বসি খংনবা উপায় অমদি পৃথিবী অসিগী পাকপা থাবা, অমসুং মক্তোঙ্গ অসি ঐখে.ইনা গণিতকী পাঙ্গলনা খংই, মাতুগুম্না মহাকী মরুমসু খংবা ভমলে, মাতুদি—ঐখে.ইনা লৈরিবা পৃথিবী অসিগী মরুমদি মন ৪২৪২৭,০০০,০০০,০০০,০০০,০০০,০০০, তনি। পৃথিবী অসি মচাও অসিনা সুপনগী লৈবাক মুংতা ওইরবদি মাসুপ য়াম্না লুমলোইদবনি, অতুনা মুং লৈপাক্তগী হেন্না লুম্বা য়োং-সনানচিংবা অরুম্বা ধাতু ময়ামনা মাগী মপুক মপুংদা লৈ হাঙ্গবা খংই।

## লৈপাক পৃথিবীগী মকু-মৃত্তিকা-মুংগী মরক্তা সনানচিংবা য়োং ধাতু ফংবা

য়াম্না যাবা লৈপাক্কী ময়োনী মপান্দা মাইল ৫০ বোম থানা মুংগা মৃত্তিকাগা অনিগী মকূনা যোম্বা অসিদা মুংগী সরুকনা য়াম্বা হেল্লি, মাখোইনা ওইবল্লবা মতুংদা মৈগী চিং যাম্না পোকখ্রাইতনতা লৈবা মতমদা লৈমুংদগী অচাকপা মহি চেনবা সনা য়োংনচিংবা অতুনা কামথোকলকপনা লৈপাক্কী মকূ মুংসিংগী মরক মবক্তা সনা, য়োংনাচিংবা ফংলিবা অসিনি। অতুগা লৈপাক্কী মকূ মুং মৃত্তিকাদা লৈমুং মৈতাল অমসু থাওনচিংবা ফংবা অসিদি লৈপাক্কী মথক্তা থরাইপানবা জীবকৌবা পোৎশকনা পোক্লবা তুংদা পোকপনি।

## ইথ্রাইদগী হেন্না কুইরবা লৈমুংগী নুং—

ইহান হানবদা লৈপাক পুম্নমগা অবাবা মহিচেনবা মতুম ওইরিভেদা মথক ২ না ঈংথবা হৌরকপদা ইথ্রাইগী মথক্তা অহানবা ওইবা নংসিনলকপা মকু অতু মৈগী মুং ওইখি, হুজিক মৈগী চিংদগী কামথোকলকপা পোৎসিং অসিনা ঈংলগা মৈ মুং ওরক্লি, মাতু

থুগাইদুনা এংখদা ঋংই মাতুদি লিকলাই, রাং য়াম্না য়াউবা মুং মথক অমনা ওইবনি ( অভ্র শীলা Granite ) মুং অসিনা ইখাইদগী কুইরবা মুংনি।

মথক্তা হাঙ্গীপ্রবা লৈপাক্কী মকূ মুং অসিনা ওইখংলকপা মত দা মশা পুম্নমক অসি যাবা মক্তনা মথক্তা থরাইপানবা জীব পোকপা য়াবা মগাক লৈরমদে। অতুগীতুংদা লৈমুংনা মৈষা হুন-থরকলবদা লৈবাক্কী মকূ - মৈগী মুংগী মকূ অত কনশিনলকই, অতুদগী মুংগী মপৈশিংনা কাইদুনা মকুপ ওইবকই। মাতুগী মথকতা চহি কোটি কোটি চুপনা মুংসিংতা পোংশক কয়ামুক অসি পোকলমই, মাতুদি মুংসিংকী $\frac{3}{4}$ + লৈপাক্কী—মৃত্তিকাগী $\frac{1}{5}$ + ঈশিংগী $\frac{1}{20}$ + অতৈ অতৈগা তিন্নরগা থোকপা মচু, মনম, মহাও লৈতবা মক ওইবা পোং অমা থোকখি, মাতুবু অম্লজান ( Oxygen ) কৌই, মথংদা অম্লজান সরুক ৩২, মৈতালগী সরুক ১২ না ওইবা মুংসিংকী পোং অমা, মাবু অঙ্গারাম্লজান ( Carbondioxide ) কৌই, অকনবা মুংসিংনাপুবা নোং লিক্লাতাবা, অমসু মুমিংকী মঙান পুম্নমক অসিনা তিনসিন্দুনা ওইবা মৈগী মুং মপৈগী রাংল ২ বা মতোনসিংনা কাইদুনা তোইদুনা মৃত্তিকা ওল্লি।

মুমিত্তা লৈবা অম্লজান্না মৈমুংগী করি ২ গুন্বা শকক্তা তিন্নরগা অশাবা পোকই, মাতুনা নুংগী মশা ফন্দোকই, মাতুনা মৈগীনুং পোক-থাইদুনা কাই।

· অঙ্গারাম্লজান্না নোংগী ঈসিংগা তিন্নরগা লৈপাক্তা তারকই, অতুগীতুংদা মৈনুং অকাইবা মরক্তা চংখি, মাতুদা মৈনুং অতুগী পোংখোক করি করিগুম্বগা য়ান্নরগা সুমু মুংগুম্বা অথোংপা নুং জাত অমা

পোকখৎলকই। মাতুনা মথং ২ অমেংবা মনম হুংশিবা সঙ্গোম মপান মানবা পোং অমা থোকই। অমস্তু গুহ গুম্বা অচৌ অচৌবা সমুদ্রগা সম্নবা পাংচন্ডু ওইখৎলকই।

মৈগী নুংসিংগী মরক্তা নোংগী ঈশিং চংথিবনা তুংলুদুনা নুংসিংতু কাইথনবা মওং শেমগৎলকই। মাদুগী তুংদা লৈঙোই চেন্নবা অকনবা হুসিংনা ফুবনা চিংগী মশাদা মথেং তাবা পোকই. মাদুগী মথক্তা লিক্লাতাবনা চেনসিনখিদুনা চিংগী অকাইবদা তুংবা ঈসিংগা তিন্নাদুনা উন ওল্লি। উন ওইবগা চাউখৎলি অদুনা মাবু যোমলিবা চিংগী মশা পোকখাইবকুনা তাই।

## লৈঙোইগী নুং

লৈপাক্কী মথক্তা ঈসিংগা হুংসিংকনা তিন্নদুনা তৌবকপা থবক্তা থুগাইবা হাযবা থবক অসি তৌবকই। মাদুদা চিংগী মতোনসিংগী থবকতি কিন্থবা অদুতনাস্তু লোইদবি। মৈগী নুগী কাইবা মকুপনা মৃত্তিকা ওল্লকই। নুংকুপ, ঈসিং অমসুং হুংসিং মাসগী ঈচেনদগী অনেম্বা লৈপাক্তা কুমলক্কুনা পাং অমসুং সমুদ্রদা তিল্লে; মাদুবু মপানগী লৈবোম্না চপসিন্নগা লৈঙোই পলিগী নুং ওল্লি। লৈঙোইগী অসিগুম্বা নুং অসিদগী স্থনু নু, লৈঙোই, নুং, লৈতান অনপ্পা, খোড়িমাটি, লাইথি অসিনা চিংবা অসি থোকই। মখোই অসিনা লৈবোন অমা ওইদুনা লৈ।

## অনপ্পা লৈপাক—

মৈগী নুং মকুপ য়াম্না কুপ্না লৈলাং মপৈ ওইদুনা অরুবা অমক্তা পৈথক্লগা য়াগী মপাক্তা য়াম্না চপসিনলক্লবা নংলিবকুনা

ঈসিং য়াউদবা কন্নসিল্লবা অমা ওইদুনা অনপ্পা লৈতান লৈ। মাসিদি ঈসিং য়ুদে, অদুনা নোংগী ঈসিংনা লৈপাক্তা তারগা লৈস্লুং চংখিবদা মক্কম অসিদা চংখিবা ঈসিং অদু পৈত্থনা লৈরুই। মাস্থুন্না লৈবা ঈসিং অসিবু গুহা তৌদুনা নল্লগা উতোং হুকতুনা মীওইবনা ঈসিং তাবা লমদা লৌরিবা গুহাজস অসিনি। অনপ্পা লৈতান অসিনা সাবা চ্যেক্তি য়াম্না ফৈ।

## খোড়িমাটী অমস্থু স্থুন্থু নুং

সমুদ্রদা লৈবা অসিবা ঙাগী মক্কনা সমুদ্র মনুংদা লুপ্তুনা পৈশনখিবগী মথক্তা লৈবা ঈসিংগী অরুম্বনা নমথদুনা খোড়িমাটী অমস্থু স্থুম্থুগী নুং ওল্লি।

## লৈস্লুং মৈতাল ( কয়লাপাথর )

থাইনা কুইগ্রবা মতম অনদা হোৌরম্বা উ রা ময়াম সিখিবগী মথক্তা লৈঙোইগী নুংনা চপাসিন্দুনা নুং ওল্লবদা মৈতাল—কয়লাপাথর ওই।

## থুম

নুংদা লৈবা অয়াকপা শরুকপু নোংনা চামদুনা চেনখিবনা সমুদ্রদা তারুই, মাদুদগী ঈসিং সরুকনা কংগ্রগা অয়াকপগী মখৈনা লৈহৌবনা থুম অয়াকপা ওইহৌই, মাদুদি থুমোকতা হাপ্পা উৎপু ঈসিংনা চামখোল্লগা তাখিবা ঈসিংনা উতি ওনবা অতগুম্বনি সমুদ্রদা তারুবা ঈসিংসিং অদু মনিন ওইনা কাখৎখিবা মতমদদি ঈসিংগী সরুক্তা কাখি, মাগী অয়াকপা অদুদি পৈশিনহোৌবনা মতমগী মতুং ইন্না অয়াকপা অদু অমুম ২ হেঙ্গৎলক্তুনা য়াল্লবা থুমহিগী মশকনা সমুদ্রদা লৈহৌই।

অছুনা সমুদ্রগী ঈসিং অসি কুইর কুইরগা থুমগী সরুক অস্থুম অস্থুম লৈহৌই। মাস্থুম্না চিংখোংদস্থু চিংগী অয়াকপা সরুকপু চুমথবা ঈসিংনা চিংখোংদা তাবা ঈসিংনা পাইখৎশ্রগা পুম্না ত্থুংহৌবা অযাকপনা য়ামসিনলক্কুনা চিংখোংদা থুমহি—অয়াকপা ফ লিবা অসিনি। মৈগী নুং অমস্থু লৈঙোই নুংগী মকুপনা অনৌ অনৌব' নুং শেমগৎপদি হুজিকস্থু লোইদরি মাসিদি হুজকস্থু তৌরিবনি।

অসিগুম্বা কাইবা তোইবা অসিনা ঙাহাক্তা তৎতনা তৌবনা চাউরবা চিংগী মতোলনা তুমশিনলকই, মাহু ঈচেননা পুখিছুনা সমুদ্রদা তাকই, নুকুপসিংনা পুলপ পৈরু পৈকছুনা রাংৎক্কুনা সমুদ্রগী মঙ্গং থনগৎলকই মাস্থুমনা চহি কোটি কোটি চৎলকলবনি। অছুমনা তেঁছুনা পৃথিবীগী মথক্তা অতোংবা পুমনমক অসি থক লোইনা তুমদে।

করিগুম্বা মক্মদানা লৈঙোইগী নুংগী মকুপনা পৈশিল্লক্কুনা মাগী অরুম্বনা লৈপাক অসি নমথরকই। করিগুম্বদানা চাউর চাউ-রবা চিংগী মশা মতোন অছু তুমসিনলকপনা মশা অছু য়াংথোক-লকই, অছুনা ফিরেপতা ইনথৎলক্কুনা রাংখৎলি। অসিনা অকাইবা হাঙৈবা অসিদি ম চ মমদা হেঙ্গৎপা হৌনবিনি। অসিগুম্বা কাইবা তোইবা অসি তৌরমস্রবদি লৈপাক লৈতাননাচিংবা অসি লৈরম-লোই, মাছু লৈত্রবদি উ রা পোকপা য়ারমলোই, উ রা পোক্কুবদি থরাইপ'নবা লেংই পাক্সিবা অসি লৈপাক্কী মথক্তা পেক্কলমলোইদবনি।

অসিগুম্বা লৈপাকী লৈরোন মথং মথং শেমগৎপা অসিবু মৈতৈগী পুরাণনা হাঙৈবা মওং অছু মঙাস্থুবা পন্দুপতা খুদমগীদমক থরা লোখংশ্রবা অছুনি। মাছু'দি মাস্থুমনা শেমগংপা লৈরোন অছুবু

সংস্থংনা উবা অমদগী মৈতৈনা ইরম্বনি। মাখোইদা পাণ্ডিতম্মাদ্দি কনানো? হায়িববু এখোইনা মতাং মতাংদা চাংদমনগ্রবা অহুনি বেদদগী তাবনি। বেদ অহুবু মনান মশা ওইনা মৈতৈ পুরাণকারনা হায়রনি। বৈজ্ঞা- নিকসিংগী অনুভব ওইবা লৈশেম্বগী রা পুম্নমক অসি এগ্রোয়গী লনগৈ ওইবা ঋগবেদদা পুংপ স্নুনা লৈ। মাতুদগী অর্থ খংদহুনা ভারতকী মচী ২ দা খুন্দাখিবা আর্য্যগী মচা কাংবুনা মানা ২ তাক্ল২ বা মফমগী মবোনগা ভাংকা য়ানখাইনহুনা অসিগুম্বা মৈতৈগী পুরাণগুম্না রারি ময়াম অসি থোকখিবনি। মাসিগী মরমদা বেদদা প্রত্নতত্ত্বখিবা পণ্ডিতসিংনা উনরি।

## পৃথিবীগী লৈমাইদা থরাইপানবা থোরকপা—

কবম্বা পোৎশক্তা থরাই অমসু মাগী পাঙ্গল লৈবগে হায়না থিববদা পুম্নমক্তগী মানা মপিকপ্রবদগীনা হৌহুনা থর ইগী লৈফম খুদিংদা এংবদা ফংবা পোৎ—থরাইতুংফম অহু পোৎ অতৈগা মান্ন- দবা মথন অমা ফংই, তৌইগুম্বসুং মাহু লৈবা খুদিংদা থরাই লৈবদি তৌদে, অর্থাৎ থরাই লৈববদি পোৎ অহু লৈ, পোৎ অহু লৈববদা থরাই লৈতবসু য়াওই, মাদি থরাইপানবদা মাহু সোইদনা লৈ দি হাইববু থরাইপন্দবা লৈপাক্তসু থরাই লৈফম পোৎ অহু ফংই। অহুনা থরাই হায়বসি করম্না পোৎ অহুদা পোকপগে, থরাই অহুনা মাংগা কদাইদা চংখবগে হায়বা হুজিক ফাউবা বিজ্ঞাননা খিবা ফংদে। মাসিদগী চাম্না খংবা ওম্বদি এখোইনা লৈরিবী লৈপাক অসিনা থরাই লৈফম পোৎ অহু থোকপা য়াবা মওং ওইদরিবৈ- দদি মাগী মথক্তা থরাই পানবা পোৎ অসি লৈরমদে, কাইবখুমদা পৃথিবীগী লৈমাইদা থরাইপানবা পোকললকই।

থরাইপানবনা পোকতরিঙৈদা চিঙ্গাকনা হান্না পোকই। থরাই-পানবগী হকচাং অসি চিঙ্গাকনা ওনবনি। অহুনা লৈপাক—মৃত্তিকা ঈসিং অমসু মুংসিং অহুম অসিনা লৈববা তুংদা পৃথিবীগী লৈ-মাইদা থরাইপানবা পোকই। হাঙ্গৈব্রবা পোংলম অহুমদগী মুমিংকী মঙানগী পাঙ্গম্না থরাইপানবনা মাগী হিংনবা পাঙ্গল লৌহুনা পাল্লি।

লৈমাইদা লৈথোম লৈরবদা মাতুদা মুমিংকী মঙান্না খজিক্তুং শারগা থরাইগী লৈফম পোং অত্ত পোকই, মহাক্কী মপুং ফাননবগী দমক মুংসিঙগী ফংবা মৈতালগী শরুক লৌশিনলি মাতুনা থরাইগী লৈফমগী মপুং ফাহনবা পোংশক অমা থোরকই। মাতুদি উ, রা নাপি সিংবীদা উরিবা অসংবা মচু অত্ত পোংশক অত্ত লৈবগীনি। পোংশক অসিনা থরাইগী লৈফমদা পোক্তববদি উ রানচিংবাসিংদা থরাইগী লৈফমগী চাওথংপা ওইরোইদবনি। মাস্তম তৌহুনা ঈসিং, মুংসিং অমসু উ-রা নাপি সিংবীসিংদগী মচিঙ্গাক লৌহুনা চাবা য়ারগদবা মতম ফংলবদা কোন্না চিঙ্গাকসিং অহুনা ওল্লকপা অনৌবা থরাই-পানবগী লৈফম থোবকই, লৈফম অত্তুদা থরাইগী তুংফম মুংসা-হোনবা চংহুনা অহিংবা—জীব পোকখি।

## রাইপানবা শেম্বগী মথং মনাউ।

মতম অসিগী বিজ্ঞান হৈবা পণ্ডিতশিংগী কুপনা এংশিনবা অমসুং অমগা অমগা চাংদম্নবা অসিনা তাইবংশেম্বগী মপানগী পোং উরি তারিবা খংলিবা পুম্নমক্কী মরু ওইবা পুম্নমকতি পুথোকপা

ঙমই। অতুগা অতুগুম্বা পোৎ পুম্নমক অতুগী মরক্তা চংলিবা কুপথ্রবা পোৎশকশিং নৈবা অতু খংগে হাঙ্গৈরবদি আর্য্যঋষিশিংগী লাইরিকপু য়াম্না নিংথিনা নৈনবা তাই। জীবগী মপানগী পোৎসিং অসিতা থংবনদি থাঙ্গৈশেংনা থংবা য়াদে, থংনিংলবদি স্তৃষ্টিবিদ্যাগী লুপ্রবা মক্কম তান্না চংসিনবা নত্তনদি উপায় নৈতে। মাতু পুম্নমক অতুদি ইতিহাসগী মথৌ নত্তবনিনা ঐখোইনা থাদোকলে, অতুগা মাখোই অতুনা থরাইপানবদা মথং মথং ওইরকপা পরেংগী মথং মনাউদি ইতিহাসগী মচাক অমনি, অতুনা মতাং অসিদা মাতুসু থরদং পৌরপ তৌনা নৈনরি। তাইবংপান অসিগী মনুংদা ইখাইদগী পুমহেন হেনবা পোৎতি মীওইবগী হকচাং অসিনি। অতুনা হকচাং অসিবু বিগাবগী পাঙ্গননা থুগাইতুনা কুপনা এংলবদি, তাইবংপানগী মনুংদা থরাইপানবা কৌবা পোৎ অসিগী ওইবকপগী মথং মনাউ মরমদা থংননবা মুংঙাইরবা লম্বেন অমা ফংই।

## কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমসু জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা।

চিন, খুৎ, খোং, ঈসিংথোং অমসু শোঁচথোং, মঙা অসিবু থরাইগী হিংননবা পান্দুনা লৈবা থাননবা শেম্বা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা —থবক তৌনবা থোং মঙা কৌই। মিৎ, না, নাতোন, লৈ, অমসু উন মঙা অসিবুনা জ্ঞানেন্দ্রিয়—খংননবগী থোং মঙা কৌই। মাখোই মঙা অসিদা তোতুনা জীবনা পোৎ পুম্নমক খংবা ঙমই।

মিৎ হাঙ্গৈরগা ঐখোয়না মপান্দা থংনবিবা অসিবুনি অসুম্না খনফদে। মহাক্কী মপাঙ্গননা মরম ওইতুনা মপান্দা পাল্লিবা মিৎ অসিনা উবাঙম্বা অতুগুম্বা অকুপ্পা অতুবু মতাং অসিদা মিৎ হাঙ্গৈরগা খংনগনি মাসুম্না ইন্দ্রিয় অতৈবুসু খংনগনি (ইন্দ্রিয় অতৈসু অকুপ্পা ঙাক্তনি)।

## প্রাণ মঙা, পাঙ্গন মঙা

প্রাণ, অপান, ব্যান, সমান, অমসু উদান মঙা অসিদু প্রাণ মঙা হাঙ্গৈবদি পাঙ্গন মঙা কৌই। মাখোই অসি পাঙ্গন মখন অমামমনি, মাতুনা থবক্তা সিজন্নৈ। মাতুদি ঐখোইদা মালৈবগী পাঙ্গননা মুংসাম্বর হোন্দোক হোপ্পিন তৌবা ঙমলিবা অতুবু প্রাণ কৌই। থন্নাইপানবনা মলমূত্রবু চংথোকহনংবগী থাঙমদবা অমা ওইহল্লিবা পাঙ্গন অতুবু অপান কৌই।

মাগী পাঙ্গননা মবম ওইতুনা হকচাংদা লৈবা মুংসিংনা হক-চাংগী কোনসিনবা, তিংথোকপা ঙমমিবা অতুবু ব্যান কৌই। মাগী পাঙ্গননা খোইদোংদা লৈবা মুংসিংনা চাখিবা থকখিবা পুম্নমকপু পুথবা অতুবু সমান কৌই। অমসু মাগী পাঙ্গননা মবম ওইতুনা খৌবিদা লৈবা মুংসিংনা মিৎনাচিংবগী উইসনবা পাংথোকপা তৌহন্নলিবা অতুগুম্বা পাঙ্গন অতুবু উদান কৌই। প্রাণ মঙা অসি মশা অমত্তুনি, মাবু মঙা থোকনা খাইদোকলুবদি পাঙ্গন অতুবু শিজন্নবিবা মুং-সিংসিংগা লৈফম তিন্নদবনা খাইদোকপতনি।

## মন, বুদ্ধি, চিত্ত অমসু অহঙ্কার—

মাসিদি অতুনি, অমসু মাতুবা অসুম্নাখনবাবু মন—পুকনিং কৌই। পুকনিংনা খনবাবু অসিনি অসুম্না লেপ্পাবু বুদ্ধি—লৌশিং কৌই। পুকনিংনে লৌসিংনে অসিনা খনব্রিবা লেপব্রিবা পুম্নমক অতুবু হাপ্তুনা তুংলিবা মফম অতুবু চিত্ত—থমোই কৌই। অমসু পুকনিংনা খনলিঙৈ অতুদা থন্নাইনা মাসিদি ঐনা তৌরিবনি ঐনা খল্লিবনি অসুমনা নিংলিবা অতুবু অহঙ্কার—রাখন কৌই। মাসিদা মাসিদা থংহোগদবদি মন, বুদ্ধি, চিত্ত অমসু অহঙ্কার হাঙ্গৈবা মন্নি

অসি মন—পুকনিংতগী মওংতনি অর্থাৎ পুকনিংগী মতম ২ গী মওং মরিনি অসুমনা খংনগনি।

## সূক্ষ্মশরীর—লোইনব

কর্মেন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা প্রান মঙা, মন, বুদ্ধি মাখোই তরাতরেৎ অসিবু মীওইবগী মশাদা লৈ হাঙৈব খংই, মাখোই তরা-তরেৎ অসি পুলপ তিল্লগা সূক্ষ্মশরীর—লোইনবা অসুনমা কৌই। মাসিনা হকচাংদা লৈবিঙৈদা হিংবা, চৎথগা হকচাংবু সিবা কৌই।

## কুয়োম কোষ মঙা

চাখিবা পোৎনা ওনবা অসিবু হকচাং কৌই অদুনা ঐখোইগী মপানগী হকচাং অসিবু অন্ননা—অচাপোৎনা ওনবা কুযোমনি হাঙৈনা "অন্নময কোষ" কৌই। কর্ম্মেন্দ্রিয মঙা অমসু প্রাণ—পাঙ্গন মঙাগা সুপনগী তবা অসিবু পাঙ্গনগী মশক ওইবা কুয়োমনি হাঙৈদুনা প্রাণময কোষ কৌই। অমোকসু কর্ম্মেন্দ্রিয মঙাগা মনগা মাখোই তরুক অসিব পুকনিংগী মশকন হাঙৈদুনা মনোমযকোষ কৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয মঙাগা অমসুং বুদ্ধিগা মাখোই তরুক অসিবু সুপনগী খংবতগী মশকনি হাঙৈদুনা "বিজ্ঞানময কোষ" কৌই। অমসুং মীওইবতদা লৈবা অহঙ্কার—রাখন হাঙৈব অসিনা লৈব মরমদগী মীওইবনা এনা তৌবনি হাঙৈবা খংবা ঙমই, অদুনা অহঙ্কারবু "আনন্দময় কোষ" কৌই, মথক্তা হাঙৈখ্রবা পোৎশকশিং অসি খংলগা জীবনা থোবকপগী পবেং অদু খংনৈ।

## কুয়োম মঙা লৈবনা জীব মথন মঙা থোকই,

থরাইপানবা হাঙৈবসি মথন মঙানি, মাদুদি লৈপাক্তগী পো-খাদুনা হৌবা উ বানচিংবনা অহানবনি। অনিসুবনা মনিন—

হুমাংদগী পোকপা, তিন্নাচিংবনি। অহুমস্তুবনা মরুমদগী পোকপনি। মরিস্তুবনা নাওয়োম্না য়োম্বা শানচিংবনি। মঙাস্তুবনা—অরোইবদা মীওইবনি।

## পোকখাইত্রুনা হৌবা জীব,—

কুয়োম মঙা অসি থৱাইপানবা খুদিংদা লৈ, তৌইগুম্বস্তুং অ:তোনবা থৱাইপানবাসিংদদি কুয়োম মঙামক স্তুনা ফোংদোক্কে। উনা চিংবা পোকখাইত্রুনা লৈপাক্তা হৌবা জীবদদি স্তুপনগী কুয়োম অন্নময় কোষ তা ফোংনা পাল্লি অতৈ মরি অত্তুদি থুপনা লৈ। অত্তুনা মফম অমদগী অমদা চংপা ঙমদে। অত্তুনা মাখোই অসি চত্তবা জীব কৌই। মাখোইনা মংিঙাক্কীদমক মথক্তা অমস্তু লৈম্লুংদা চংলি। মাখোইদি স্তুপনগী শোকপতা থংই।

## কুয়োম অনি পানবা জীব,—

মনিন হুমাংদগী পোকপা তিনকাংশ্নী মপোক্তা অন্নময় অমস্তুং প্রাণময় কোষ অনিগী ফোংদোকনা পানবা উই। অত্তুনা তিন-কাংনা মফম অমদগী অমদা চংপা ঙমই। অমস্তুং মাখোইদা প্রাণ (পাঙন) লৈরবনা মাখোইগী মশাদগী মহামারীনচিবা লাইনা থেক্তুনা অত্তোপ্পা জীবসিংবু সিহনবস্তু ঙমই। অত্তুগা মাখোইগী মশাতদগী (অনি তিনসিন্নবা তোদনা অমত্তুনা) থৱাই য়াম্না খাইপোক্তুনা য়ামহনলি (হৃয়িং অমবা মিনিট অমদা মাগুম্না মশিং য়াম্না পোক-খোকপা উনম্লিবা অত্তুগুম্বনি)

মাখোইদা প্রাণময় কোষদি ফোংনা লৈরগা মন (পুকনিংদি) ফোংদোক্তরি। অত্তুনা নিবা, পাম্বা, খোৱাংবা অসিনাচিংবা পু

নিংগী মচৎ য়াওদবনা মাখোইদা খোং, খুৎ, চিন, গুহ্য, ঈসিংখোং অসিনচিংবা থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়সিংবু নিংথিনা কোংদোক্কে। মরমদি ইচ্ছা য়াউদবনিনা কর্ম্মেন্দ্রিয়সিংবু সিজন্নদে। মাখোইগীদি সুপনগী চিঞ্জাক লৌবা, চৎপা খান অসিতনি।

## কোষ অহুম পানবা জীব,

মরুমদগী পোকপা—উচেক, লৌন অসিনচিংবগী মপোক্তা অন্নময়, প্রাণময় অমসুং মনোময় কোষ অহুমমক্তনা ফোংদোকই, অহুনা মাখোই অসি কোইনা চৎপা ঙমই, কর্ম্মেন্দ্রিয়গী মতেংনা থবক তৌবা ঙমই। পুকনিং কৌবা পোৎশকনা মাখোইদা কোংদোকলে অহুনা জ্ঞানে-ন্দ্রিয়গা লোইনহুনা কর্ম্মেন্দ্রিয় অপুম্ববু নিংথিনা সজন্নরে। কোষ অহুমস্নবা জীবসিং অসিনা মাখোই অমত্তনা মাখোইগুম্বা জীবমন্নাম থোকপা—পোকথোকপা পংনা ঙমদবা হৌরে ( ঙামুগুম্বদা মথক্তনা মকম কোকপা য়াউরবসু ) লাবা অমোম অনিগী ভিন্নবা ভিন্ননিবা উরে, অহুনা মাখোইনা পোকপা মচাদা য়াম্না মচাবু সুংসিবা উনরে। কাক, থুমু, কুম্ভীর, লীন অসিনাচিংবগী চরিত্তা মুন্না এংলগা কোষ অহুম পানবা জীবসিংগী লিচৎ য়াম্না নিংথিনা উই।

## কোষ মারিপানবা জীব

নাউয়োম্না পোকপা শাগীমপোক্তা প্রাণময়, অন্নময়, মনোময়, অমসু বিজ্ঞানময় কোষ মরিমক্তী ফোংদোকপা উই। শাগীমাপোক্তা উচেক্তাং চিংবদগী বিজ্ঞানময় কোষ হেন্না ফোংদোকপনা বুদ্ধি কৌবা পোৎশকী পাঙ্গণনা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙামক্তী নিংথিনা ঙানথোপা উবা ফংঙি। অহুনা মাখোইগী জীব লৈফমদা বুদ্ধি য়াউরবনা মাখোইগী লিচৎতা মথক্তা

পাংতৌ তৌজবা মতুনা বুদ্ধিনা থন্দুনা সিজন্নবা য়াওয়ে। অচুনা তৌবিমনথবা, হুইনাচংবনা মপুগী কননবা তৌবা উয়ে। নোংশানা মাখোইদা তৌবা উপকার ক'উদে, অদুগা মাখোইদা ফত্তবা তৌখিবগী লমন থুগ্না মতম ২ দা শামু নোংশা কৈনচিংবনা তৌবা উনরে। য়োং, সগোল অসিনাচিংবদা বুদ্ধি লৈবগী থোদোক ময়াম ইতত্‌ তত্তনা উনরে। বুদ্ধি লৈরবা শাসিংনা নাতোননা মনম নমতুনা অপাম্ববু খবা উমই।*

## কোষমঙানা পুন্না ফোংদোকপা জীব—মী

মতৌ অম্নম তৌচুনা কোষমরিগী মথং মথং হেঙ্গংপনা জীবসিংগী মথংমথং হেঙ্গংপা অসি ঐখোয়না উবা ফংই। অদুগা হাঙ্গৈথ্রবা জীবসিং অদুদা আনন্দময় কৌবা কোষ অদুদি ফোংদোক্তে।

---

*বুদ্ধি লৈরব মরম্না য়োংনা বুদ্ধিগী পাঙ্গলনা তৌথোকপা থবক য়াম্না উই। য়োংনা তিংথাক ফারগা থুবাক্তা হাপ্তুনা তাই, মচু পাইথোক্লবা ফু ২ কাম্লগা চাই। মাদুত্তা করি য়োংনা মিহাৎপা ফাবা "ফিলাডর তহশীলগী থনমচা হরিপুর" দা থোকখিবা য়াথোক্তা ১০ অক্টোবর ১৯৩৯ ইংদা লৈপাক অশুম্বনা উনখি— য়োং পুম্বা নিপা অমনা বনদা চৎপদা ডাকুনা হাৎলি, য়োংচুনা চেম্থোক্তুনা এলগা মপুনা পোৎ য়োল্লুবা দোকান্দা থোংলৈ, দোকান্দারনা চিংনরহুনা য়োংগী মতুং ইল্লক্তুনা এংবদা মপু সিরম্বা অদু উয়ে, পুলিশতা তাক্তুনা ডকু ময়াম ফাগৎপদা মীহাৎপহ উবগা য়োংচুদা মক্কিশেগায়রতুনা চিকলে, ডাকুনা মানা হাৎপনি হাঙৈনা য়াখি। বুদ্ধি শক্তি লৈরবা হুইনা সিকার তৌবদা পুন্নগা,

হকচাং অসি হকচাং অমাগী চিঞ্জাকনি। অমনা সিবনা অমগী পোক্লবা ওই। তাইবংপানবগী অচৌবা পাক্লবা মওং অসিগী মথক কোংদোকপগী রাএন অসিনা তাইবং শেম্বগী অমামমন। তাইবং-পানগী মতাং অমামমনি। পোং অমনা মথক হোংলকপনা অতোপ্পা পোং অমগী মপোক ওই, অদুনা মাস্থম মথ মথং পোকথরকপা অসিবু বৈকারিক সৃষ্টি—মথং মথং ওনথরকপা মশেম কৌই।

(২) হকচাংবু জীবনা ফংবা অসি চাননবগী দমক'ন মরম অসিনা হকচাং হ ঈবা সিমক্তবু চাফমনি। অদুনা জীবনা চাগদবা চিঞ্জাক অদুগী মতিক চাবা—চাবা য়ানবা হকচাং ফংই।

(৩) থর'ইগী লৈফম হকচাং অসি মশা অপুম্বা থরাই নত্তে। হকচাংদি থরাইগী ফোংদোকনবগী তুংফমনি।

(৪) মপানদা উরিবা হকচাং অসিবু মমুংদা লৈবা লে ইনবা —অকুপ্পা সূক্ষ্মশরীরনা পুই।

(৫) অকুপ্পা—সূক্ষ্মশরীরগী মরূপ অহঙ্কার লৈ।

(৬) সূক্ষ্মশরীরনা মাগী মশকী মথং মথং চাউথংপা য়ান-নবা লৈফমদি থরাইনি (জীবনি) থরাইনা মথং মথং চাউথংলক-পনা মাওইবগী হকচাং ফংবগা থবকপু মনিং তৌনা তৌবা ঙমই।

(৭) থবক্কী মাগী সংস্কার পোকই, থরাইনা মানা তৌথিবা থবক্কী সংস্কার অদু চাননবা মতিক চাবা হকচাং ফংই।

মাস্থমা থর'ইপানবসিংগী শেমগৎলকপগী পরেং অসি ওই। অদুনা হুজিক্কি উ বা নাপী শিংবোদগীনা মী ফাউবগী পরেংগী মরমদা চাউরাকনা। ইরি—

## লৈপাক্কী থিনগাইহুনা হৌরকপা,—

মথক্তাসু হাইখয়ে, থরাইপানবগী অহানবদা( থিনগাইহুনা হৌবনা অহানবনি। মতম অহুদা থরাইগী কুয়োম অমত্তা ওইরমই, মাথোই অসিবু থরাই পানবরা? পান্দবরা? হাইবগী খাইদোক্লবা খুদমবু কোংনা থবা ওয়মদে। মতম অহুদা থরাইগী লৈকমগী পোৎশক মথক্তা হাইরবা পোৎশক অহুনা থিনগাইহুনা হৌবশিংগী মশাদা চংহুনা অসংবা মচুনা লৈংতংবি। অহুগুম্বা ইশান হানবা থিন-গাইহুনা হৌবদগী মথং মথং ওইরক্লুনা হাক্তক ওইরিবা উ রা সিং অসি ওইরকপনি।

## উ রাগী হৌখ্রবা থংনবা,—

উ রানচিংবা থিনগাইহুনা হৌবসিংগী হৌরবা মতমগী বিষয় থংনবা উপায়দি মতম অসিগী উ রাবু এংসিনবনা ওই। অনি-স্সুবা উপায়না লৈতোই নুংশিংগী মরোনসিংদা এংসিনবা। মাস্সুম তৌহুনা উ রা সিংগী হৌরবা ইতিহাসবু লোইনা খংবা য়াত্রবসু লেংদবা সরুক থরদি নিংথিনা থংই।

মহৌশা হাইবা অসিগী মচৎতি অত্তোপ্পা অনিনা তিন্নগা অনৌবা অমা শেম্বা অসিনি। মাসি উ রানচিংবদসু তৌবা উই। অসিগুম্বা মহৌশাগী লীচৎ অসিদগী উ রানচিংবা অসিনা পোকই।

## অহানবা থোকপা উরাগী মগুং—

উ রানচিংবগী অহানবা মগুং অহুবু মৈত্তৈরোন্দা কক্লুপ হাইবা য়াই, মাহুমক্তি সুপনগী মশা অপুম্বা মকু ভাক্তনি, পাইবদা য়াবা মতুমগুম্বনি অমসু থরাইপানবগী লৈনকম পোৎশকনা লৈবনা মশা

অছু সংই, অদুগা মাসিগী অহানবা পোকফমদি ঈসিংদনি অসিগুম্বা অহানবা মকুতগী মশক ওইবা অসিনা থুগাইহনা হকচাংগী কোয মরি পোক্লকপনি।

## হিংবগী মসক অহুম

( ১ ) মওং চাউথংপা।

( ২ ) মওং অমম্ব মশাদা অমগা অমগা এংনহনা লুসিনলকপা

( ৩ ) মাঙোন্দা লৈরিবা বিষয থুদিংদা ওস্তোক ২ পা ওইনা হেন্নংপা মাখোই অহুম অসিগী সন্দোকপদি —

( ১ ) থরাইপানবনা হিংলঙৈদা মশা চাউথংপা অসি হিংলবা মথৈ হেন্নংতুনতা লৈ। অদুনা মাখোইগী অচৌবা ঙমথৈ লৈতে। অদুনা মাখোইগী অচৌবা ঙমথৈ লৈতে। তৌইগুমম্বং মহোশাগী নোং মুংসিংনা ফুদংপা অমম্ব' মাগী মরুমবু মানা পুক্তবা অসিনা চিংবনা মাগী মরাং মচাউগী কাইননবা ওই। অদুগা সরু পান্দবা জীবগীনা মাগী মচাও হেন্দনবগী অথোইবা কারন্দি মাখোইগী সরুনা ওই। উরি, সমত্রদা হৌবা দল কৌবা নাপা, মী মাখোই অসিগী অশাংবা হেন্নংপগী ঙমথৈ লৈতে। মাকুম্না উসি গীম্র তৌবা উই, ক্যালি ফেণীয়াগী লৌহকাষ্ঠ, অষ্ট্রেলিয়াগী ইউক্যালিপ্টাস্ শাবদা ফুট চামরিরোম শাংদোকই। মাখোইগী মউদ মাম্নপ চাউথোকই লম্বেন শেম্নকপদা থেংনরবদি মনুংদা হুত্তুনা চত্তবদি পতি লৈতে। মাখোই অদুগুম্বা উসিং অছু চহি এংবদা চহু লিশিং অনিদগী হেন্নবা য়াউই। স্পেনগী সায়াগসো কৌবা মফমগী সমুদ্রদা হৌবা ঙসিংগী নাপী দলদি সমত্র অহুমা থম্না চাউই, মাছু মাগী মরুম সমুদ্রনা পুবগা অমম্ব নোং মুংসিংনা মসাদা য়ৈদবগা্না থোকপনি।

(২) মওং মশাদা অমত্তা ওইরম্বদগী লুসিনলকপ, ভাইবং শেমগৎলকপগী অহানবদাদি ইরাই লাইবা মওং ওইরম্বদগী মথং মথং লুসিনলকই। মাখোইগী অহানবা মওং অরাইবা অতুদা খিচায় ভৌরগা উবা ফই,—অহানবদা ঈসিংদা অসংবা কক্পু কুপা অহু পোকই। মাদি মনা মউ মশা লৈতে। মাখোইগী মশা অতুদা এঙ্গবদা চাউরাকনা মকু ময়াম্না খিনসিনবা মশকনি। মতুদা সুপ-নগী থরাইগী লৈকমত্তা মরৈবা পোৎশক অমত্তগী মওনি। অসি-গুম্বা কক্পু অসি হুজিক্কি এখোইনা পুখ্রি পাৎনাসিংবদা উবা কক্পু মচা মতুম ২ গুম্বা অতুগুম্বনি। মহাক্না ঈশিং ভাক্তা ভাই-রিভৈ অতুদা চাউখৎলকপনা ইমাইদগী মন্নুংদ ফুট ১০০ | ২০০ রোম লুপথবা ফাওবা চাওখোকলমই ? লুপথপ্রিবা মশা অতুদা হুমিংকী মত্তাপ্না চংবগী ভন্নাং অহেনগী পাক্সা মচু অহু অসংব, অরাউবা অমসুং অঙাংবা পোকলকই।

মাখোইগী মওং মশা অসি অরেপ্পা লৈতে কুপপ্রবা মশকসু ওই, য়াম্নাসু চাওই। সারাগাসো সমুদ্রদদি বর্গমাইল ৪০,০০০ ফাউবা চাউবা কক্পু লৈ। অসিগুম্বা চাউর ২ বা কক্পুসিং অহুগী বন ময়ামনা ওইখিবা লৈরোন অতুনা কেয়লা পাথর ওন-খিদে হাঙৈবা বিজ্ঞান হৈবাসিংনা হাঙৈবা ঙমদে। লৈতোই নু-সিংদা উ রা নাপী সিংবোগী মশা য়াউরম্বা উবা অহু মাসিদগী থোকপনি।

ঈসি শনা হাঙৈপ্রবা কং জাত অহু কংকান্দনা এঙ্গ মাচুগি চেংগুম গুম্বা ( Fingi ) মখল অমা ওইখি। মাখোই অ'নসি

রাগী মথল অমনি। তৌইগুমস্থ চেংগুম গুম্বা এল অসিদা থরাইগী লৈনকয় অত্থ লৈতে অমস্থ মাথোইনা অমনা মরক খন্দনা সংসংনা মচিঞ্জাক লৌবা গুমদে। অতোপ্পা অমনা চারবা চিঞ্জাক্কগী মচিঞ্জাক লৌই। অছুনা উ রা গুম্বদগী লৌহুনা চাবনা মাথোইগী মনাংনি।

উদা চোংথোকপা উএল, চিং অমস্থ নূ দাসৌবা অত্থগুম্বা এপসিং অছুস্থ মাসিগুম্বা থর'ইগী লৈফম অমনি। মাসিদা এল অসিগা কংগা তিন্নহুনা মশা মশেন ওইনবা উগা ফংই। মাহুদা মচেৎ অমনা কং, মচেৎ অমনা এল ওই, অছুনা কংদা স'ই মাদোমদা চানবা চিঞ্জাকপু লৌসিনলি, লৌসিনলগা চিঞ্জাক অত্থ শম্নরবা এলনা লৌই, গর্ভদা লৈবা মচানা মমানা চাবা চিঞ্জাক চাবা অত্থগুম্বনি। মাস্থুম্না তৌহুনা থরাই হঈগা পোং অসিনা কংগা অমস্থ কংগা জিন্নবা এসগাদা লৈহুনা মতম কুইনা পান্নমই। মাস্থুম্না মতম কয়ামুক হৌথ্রলদা থিঙ্গাইহুনা হৌবা জাং অসি মাথোইগী মশা অছু ইরাইলাইবা ওইরম্বনা এলগা তিন্নাহুনা মশা অছু অমগা অমগা এৎনবা হৌরকপদা মশকী ফীবম লুশনলকপা হৌরকই। মতম অহুদা হৌবগা য়াম্না থুনা চাউই, মশা অত্থগী কুইনা হিংবাওমদ-হুনা য়াম্না থুনা সিরমই। মাথোই অছুনা হেক হৌবা, থুনা চাউবা, থুনাসিবা অছনা তোইনা তৌরিতৈদা মফম পুমনমক অসি ঈসিং জাক্কনা কোইরমই। থুনা হৌহুনা থুনা চাউরগা থুনা সিবাসিংগী মশানা পত্তুনা পত্তুনা ঈসিংদা তাবনা ঈসিং অসিদা লৈপাক মতা অমা ওল্লক্কুনা চোং চোং হোপ হোপ লাউবা ঈসিং পকপা জলা-ভূমি জাং অমা ওইরকই মাচগুম্বা লৈপাক অহৃদগী হ য়া অনিতা তিনম্বা পোং অছুনা অছুম স্থনা তিম্নরবা তনৌ তনৌবা থিঙ্গাই-

চুনা হৌবা উদ্ভিদ জাৎ অমা পোকখি। মাহূদা মনা, মশা, মউ অমস্থু মতাং পাল্লে, মাথোই অহুদ্থুনা চাউবা থুনাসিবা থুনা হৌবা ওইরমই। মাথোই অহুগী মনানাচিংবা মশা অহ্ ময়ামনা ঈসিদা অমোক পৈশনলকই। মাহুগী মশা অপৎপাসিং অহুদগী অমোক অতোপ্পা উদ্ভিদ জাত অমা অমোক থোরক্নুনা মাহূগী বন ডাক্তনা অমোক ইথন থল্লে। মাসুমনা যুগ কয়ামুক হোৎরবদা মাথোই অহুগী মশা অহুদগী থোকখিবা অমুবা লৈরোন অমা থোকখি, মাহূ হুক্কিক কাউবা কয়ি করিগুম্বা মফমদা লাইথিগী লৌবুক ময়াম লৈবা উর্নরি, মাহু লৌরগা লম লম অহুগী মীসিংনা মৈ থানৈ। অহুগা য়ুহারাবনাচিংবদা মথক্তা চিংনচিংবগী মশ না লৈপাকনা ননসিনখি-চুনা লুপ্পবা লৈহ্মুংদা লৈব। কয়লাপাথর ওনখি মাহূগী মচুংদগী লৈহ্মুংগী থাও থোর্কালিবা অসিনি। মাসি লৈরোন অমা শেমাথবগী মতাংনি।

## তাইবংপানদা থরাইপানবা অহানবা—

মথক্তা হাঈপ্রবা কঙ্গ্স্বা অহুদা থরাইগী লৈনবা পোৎ অহু লৈবনা মশা অহু শংই, অহুনা হুংসিৎ অমস্থু লৈপাকগী মচিঞ্জাক মথন্তনা লৌহুনা চাবা ওনই, মাসিনা মথং মথং ওল্লকপনা উ রা নাপীসিংবীনচি বা থিঙ্গাইহুনা হৌবা অসি ওইখি।

অহুগা থিঙ্গাইহুনা হৌবদা থরাইগী লৈনবা পোৎ অহু য়াউ-দবনা মচু সংদবা এলনা মথন্তনা মচিঞ্জাক লৌহুনা চাবা ওমদহুনা কং অমস্থু নাপীসিংবী উরাগ; তিম্নহুনা মাহুদগী মচিঞ্জাক লৌহুনা চাই, মাসিনা মথং মথং ওল্লকপনা থরাইপানবা জীবাসিং অসি মী কাউবা মথং মথং পোক্লকই।

থবা ব্রান্টসরামনা চিংবসিং মথন মথা য়াম্নবা জীব ময়াম্না যুগ অতুদা লৈরমই। যুগ অসিগী ময়েদা ঈসিং কংকানতদা লৈরম্বদগী অতিয়াদস্থু চৎপা উচেক থোকপা হৌই। অতুগা লৈরোম্বনা মতম মতম অসিদা খরিমাটিগী লৈরোন ওনবা হৌই।

## মরিস্থুবা থরাইপানবগী থোরকপা—

থরাইপানবগী মরিস্থুবা থাক্তা মথোম থকপনা মক ওই। মতুম অতুদা পঙা, ওক, শামু ভিত্রা, সগোন মাখোই অসিগী মপা মপুসিং অতু থোকলে। মতম অতুদা উনাচিংবা থিঙ্গাইত্তুনা হৌবসিগী মপান সাংপা অমস্থু মাতুদগী মহৈ ওনবস্থ হৌরে।

## থরাইপানবগী মঙাস্থুবা যুগ—

মঙাস্থুবা যুগতা লৈপাক্ত মী থোকলে, মাতুদা থোকপা অহানবা মীসিংগী মপা মপু অহানবগী শাসিংদি বৈজ্ঞানিকসিংগী মত্তা য়োং, বনমানু অসিনাচিংবনা শাক্কী ওইরি। মী হাঙবা অসিনা থোক্ল বদদি অহানবা মাখোইনা কংকানগী শরুক অসিগী মপু ওইখি। মাখোইনা থিনগাইত্তুনা হোবা পোং পুম্নমক মাখোইগী খুবাক্তা লৈখি।

## বিজ্ঞানগা ধর্ম্মগা তিন্নবা।

পাশ্চাত্য বৈজ্ঞানিকসিনা তাইবংশেম্বগী বিচারদা কাখৎপা (Aporteriori) ওইনা অতুনা হিন্দুগীনা কুমথরকপা—হনথরকপা (Apriori) ওইনা এংই। বেদ অমস্থু পুরাণসিংনা রূপকতা অমস্থু মাতুনা শেম্বা রাথনপা তাইবংশেম্বগী মরমদা পুথোক্লম্বা অতু-দগী বিজ্ঞানহৈবা সিংগী অনুমান অমস্থু তুলনাত্মক জ্ঞান্না পুথোক-

পনা সৃষ্টিগী বিচারদা হেন্দোকপা ওমদে। তাইবং শেমগৎপদা য়োংগী মথংদা মীপোকই, হায়বসি Lamark, Darwin নাচিংবা মথং-মথং ওল্লকপা মত পাম্বা বৈজ্ঞানিক সিংনা পোক্তরিবগী মমাংদান। হিন্দুগী পুরাণনা হায়বা হাইহুনা লৈরমলে—

স্থাবরং বিংশতের্লক্ষং জলজং নবলক্ষকম্।
কূর্ম্মাশ্চ নবলক্ষঞ্চ দশলক্ষংচ পক্ষিণঃ।
ত্রিংশলক্ষং পশূনাঞ্চ চতুর্লক্ষঞ্চ বানরাঃ॥
ততো মনুষ্যতাং প্রাপ্য ততঃ কর্ম্মাণি সাধয়েৎ॥

হাইরিবা অসিগা ক্রমবিকাশবাদী বৈজ্ঞানিকসিংগী মথং মনাউগা পাংথকনি। অদুবা মত অনিমক্তা য়ুম্না এংশিন্দুনা Sir John Woodraffeনা মাগী অফাউবা is India Civilized তা হাইরমই—

Ages before Lamark and Darwin it was held in india that man has passed through 84 lakhs of births as plants animals, as an inferior species of man and then as the once store of the developed type existing to day.

ভগবান্ বেদব্যাসনা পুরাণ শাস্ত্রদা সৃষ্টিগী মরমদা মথ মনাউবু মাসুম্না হাই,—

ঈশ্বরনা অহানবদা পুম্ন কী মরু পরমাণু শেমই, মাদুবু মহৎসর্গ কৌই। অনিশুবদা ক্ষিতি, অপ্, তেজঃ, মরুদ্, ব্যোম হায়বা পঞ্চভূত শেমই, মাদুবু ভৌতিক সৃষ্টি কৌই। অদুগী মতুংদা ঈসদা লৈবা ওানিংবা শেমই, মাদুবু প্রাকৃত সৃষ্টি কৌই।

মরিস্থবদা উরি, উ রা, মহৈয়াল্লগা সিবা ফৌনচিংবা শেমই, মাহুবু মুখ্যসৃষ্টি কৌই। মণ্ডাস্থবদা উচেক, শা শেমই। অহুগীমতুংদা লাই মা শেমই, মাহু মথং মথং তরুক অমস্থ তরেৎস্থবা সৃষ্টি কৌই ( ব্রহ্মাণ্ডপুরাণ অনুষঙ্গপাদ ৬৫। ৬০ )

মীওইবনা লৈপাক্তা পোক্না পাল্লকপা অসি মাস্থপ কুইরে হাঙ্গৈবা অরেপ্পা পুথোকপা পণ্ডিতসিংগী মত মায়দরি। হিন্দুশাস্ত্রদা মতম লেপনবা উপায় কয়ামুক লৈবা অহুস্থ ঐথোইনা হায়না। নৈনখরে, মাহুদগী ঐথোইনা মতাং অসিদা মাগী পরিমাণ নত্তনা স্থপনগী মথিংতা ওইনা যুগ হাঙ্গৈবসিতা লৌরবদা মাবু সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, অমস্থ কাল অমুম্না খাইদোকই। মার খাইদোকপা অহুতা লৌর বাদ বৈজ্ঞানিকসিংগা সামঞ্জস্য ওই, মাহাদ—বৈজ্ঞানিকসিংনা অহানবযুগ—Paleozoic, আনস্থবা যুগ—Mesozoic, অহুমস্থবা যুগ—Cainozoic, অমস্থ মরিস্থবা যুগ—Quaternary অমুম্না খাইদোকই। বৈজ্ঞানিকাসগী মতত্তা যুগ মরি আসগীময়াইদা মা পোকই। মাথোইনা প্রমাণ কয়ামুক তৌহুনা লৈপাক্তা মী পোকপসি চহি লক্ষের স্থরে, অমুম্না লেপই। মাসিদা বৈজ্ঞানিকাসংগী মততা থোইনা খেন্নবা লৈতরে। অহুগা যুগ মরিথোকনা খাইদোকপা অহুদগীদি হিন্দুগী দশাবতারগী পরেং অহুনা হেন্না বিজ্ঞান সম্মত ওইবা হেল্লি। হিন্দুগী দশাবতারগী সৃষ্টি মথং মনাউদ অসিনি,—

১ম। মৎস্য অবতার—অহানবদা তাইবং অপুম্বা ঈসিং ওাক্তা ওাই অহুনা ঈসিংদা লৈবা জাবনা জীবাসংগী অহানবনি।

২য়। কূর্ম—লৈপাক লৈরক্রবদা লৈপাক্তাস্থ ঈসিংদাস্থ লৈবা খেঙ্গনচিংবা উভয়চর পোকই।

৩য়। বরাহ—ঈসিংগী তিন্নবা লৈথোম কংকাল অমসুং উরা-সিংগী মরক্তা লৈবা ওকনা চিংবা জীব থোকই।

৪র্থ। নরসিংহ—মতম অতুদা লৈপাকতা মী লৈবা য়ারে, অতুবু মতম অতুনা শা, ঙা, অহিংবা অমসুং বনদা থোকপা উচৈ উনা, মক অসিনা চিংবা নত্তনা হিংনবা চিঞ্জাক ফংদরি অতুনা তংখাই অমা শা, তংখাই অমা মীগুম্বা অতুগুম্বা নরসিংহগী যুগনি।

৫ম। বামন—মতম অতুদা মী লৈবদা লৈপাক্তা খুদোংচারে, মতম অতুদা বামনগী যুগ থোকলে, মীদা রাখল লৈবনা কান্নবা খংলে অতুবু চাউখংপগী শরুক য়োদরি, অতুনা থোংনেম্বা বামনগী যুগ ওই। লৈপাক অপুম্বা উমুং রাহুংতা ডাই, মাতুদা লৈবা অমসুং তপস্যা তৌবতগী দমক্তা ওই, অতুনা লৈবা য়াবা লৈপাক পিয়ু হংঈনা নি।

৬ষ্ঠ। পরশুরামগী—পরশুরামগী খুৎলাই; সিংজংতনি। মী-ওইবনা খুৎলাই সাবা হৈতরিঙৈদা নুংনা খুৎলাই ওইরমই। মাতু হেন্দোক্লক্কুনা য়োংনা থাংনচিংবা সাবা হৈবা মতমদা পরশুরাম যুগনি। লৈপাক্তা হৌবা উ রা য়ানথোকতুনা লৈফম শেম্বা হৌবা মতমনি লৈপাক্তা ওইরিবা অংকবা, অঙকপা ওইবা থিবিকপু উরগা লাইনি হাঞনা নিংতুনা সামগাণ তৌতুনা খুরুমবা হৌরে। মতম অসিবু সভ্যতা হৌগৎপা মতম কৌই।

৭ম। রামাবতার—বনদা লৈবা ফত্তবা হিংচাবনচিংববু হাৎপা রামগী যুগতা পৃথিবীগী মকম ২ খুদিংদা মীতাবা, চৎপা, অপংবসিংবু সিজ্জৎহনবা হৌরে। সামগাণ অমসুং অথর্ব্বনা বেদগী মন্ত্রনা

মীওইবগী ফননবা অমসু ফত্তনবা ভৌবা হৌরে। মতম অসিদা যজ্ঞ ভৌরে, কনা ২ গুম্বা ঋষিসিংদা তাইবংপানবদা লাইমরাম লৈ হাঙ্গনা নিংলম্বদগী ঈশ্বরদি অমত্তনি হাঙ্গনা নিংবা হৌরে। মতম অসিদা মীওইবগী সভ্যতাগী পাখং ফাবা মতমনি।

৮ম। শ্রীকৃষ্ণ—মতম অসিদা মীওইবগী চাওখৎপা থমথেংলে,

৯ম। বুদ্ধ যুগ অসিদা উচ্চ সভ্যতা ফংলিবসিংনা হিংসা ভৌবা অসি কোকননবা অহিংসা ধর্ম হৌদোকলে,

১০ম। কল্কি—মাসোদ লাক্করিব যুগনি।

মাসুন্না মার্কণ্ডেয় পুরাণগী মধুকৈটভ, মহিষাসুর, চণ্ডমুণ্ডনা চিংবগী রায়িদগীসু সৃষ্টিগী মথং মথং চাওখৎলকপা অসি পুথোকপা য়াই।

## মীওইবগী অহানবা থোকফম—লৈফম।

নো চুপ অমসু নোংপোক্কী পণ্ডিতসিংনা আর্যজাতিসিংগী অহানবা থোকফমগী দমক য়াম্না নৈনখরে। অয়াবদি পণ্ডিতসিং অতুগী চপ মান্নবা মততি হুজিক ফাউবা থোক্তরি, মাসিগী মরমদা ঐখোইনা মথক্তাসু খর'নৈনখরে।

পণ্ডিতশিং অতুনা হাঙ্গ ককেশসচিং, বালটিক বেলা, কাস্পিয়ানগী মপান, অষ্ট্রোহঙ্গেরী, ব্যাবলিন, ইরান, ভারতবর্ষ অমসু উত্তর মেরু অসিনাচিংবা মফম ময়াম অসি উংনরি। পণ্ডিতসিং আসিনা ফনাফজনা মাগী ২ মত অসি রানা পুথোক্লরে, ভৌইগুম্বসু মাখোইগী মত অতুদা কনাগুম্বা পণ্ডিতসিংগী মপুক্তা মরৈপাক লুংসিবগী অমম্বদা তাবা য়াউই হাঙ্গবাউনৈ। মাসিগী মরমদা পৃথিবীগী সভ্য জাতিসিংগী মরোনদা চাউর ২বা সাহিত্য গ্রন্থ

মরাম খোকপ্রবনি। মাদু পুম্নমক অদুবু ঐখোয়না মকম অসিদা লৈনকমথোক্কে। মরম অসিনা য়াম্না ফেনবা মাখোই অদু খরদং উৎনিংই।

পণ্ডিত কাংবু অমনা লোনগী মরু, লৈপাকী মরু, অমসু মীওইবগী মরু তত্ত্ব অদুম অসিগী মথক্তা চেপবা যুক্তি তৌদুনা ইউ-রোপ মহাদেশকী মকম ময়ামবু অর্য্যসিংগী অহানবা লৈকম থোক-পনি হাঙ্গৈনা পুখোকই। মাখোই অদুগী মরক্তা Dr. O Sohrader, Dr. R. G. Latham Th Benfey, Dr. Gliss, Dr. Speigel, Theodor posebe, Karlpenka, I. G. Guno অসিনচিংবা পণ্ডিতসিং অসিগী মমিংবু সিংথাবা য়াই।

অতোপ্পা পণ্ডিতসিনা হাঙ্গৈবনবু এসিয়া ( গী ময়াইবু ) আর্য্য-সিংগী অহানবা মকমনি হাঙ্গৈ, মাদুম্না হাঙ্গৈবসিংগী অখোইবা পণ্ডিত-সিংদি—F. Maxmullar, * A Pictet, A. Honelacque, Johann ১ Sehmith ২, W. Von Homboldt, A. Weber, A. B. Keith অসিনচিংবনি।

অহানবা হাঙ্গৈখিবা পণ্ডিতসিংনা মাদুগী মতুংদা থোইদোক-নামক Theodor posehe অমসুং Karl penka না ইখ্রাইগা মাম্নদবা বুদ্ধিগী পাঙ্গলনা ইউরোপকী মপান্দা স্বরময়েকপু সংস্কৃতকী স্বরময়েকপু হেন্না কুইরবনি অগুম্না সাগৎতুনা শেম্নগা মাদুদা মাখোইনা বিচার তৌই। মাসিগী মরমদা পণ্ডিত অমনা ( A. H. Sayee professor of Assyrlology ) ইরমই—

The dethrodement of Sanskrit has a direct bearing on the question of the original home of the Indo European.

*   *   *   *   *   *

* ১।২ পণ্ডিত অনি অসিনাদি চীনগী মাঙ্গোলিয়ানচিংবা মকমবু আর্য্যসিংগী অহানবা লৈকমনি হাঙ্গৈ।

I must avow my entire conversion to the theory first profounded by Latham and of late years ably depended on anthropological and linguistic grounds by Posche and Penka, that the Aryan race had its first seat, not in Asia, but in the Baltic provinces and northern Germany.

মহাকনা মকম অমদা অমোকস্থ হাঈ—

The older doctrine of comparative philology which brought the Aryans from Asia rested mainly on the Assumption that the nearer a dialect is to its primary centre the less alteration we are likely to find in it, and the farther belief that Sanskrit stands nearer to the parrent speech than any other member of the Indo European family of speech, this belief has been overthrown by the discovery that the European system of vowels is more primitive than that of Sanskrit.

Jar Charpenter ( Bulletin of the Oriental Studies ) না মথক, হাঈশ্রবা মত অনি অহুবু সমালোচনা তৌহুনা অকোনবদা হাঈবা পণ্ডিতকী যুক্তি লৌই।

Isaac Taylor ( the origin of the Aryans ) না মনিংলোমগী পণ্ডিত পুন্নমক্কী মত পুন্নমক এংহুনা মচেৎ মগ্না ওইনা অমস্থ কোংকাতুনা অহানবগী পণ্ডিতসিংগী মতপু লৌই, মানা মাগী অকাউবা লাইরিক্কী হৌদোকপা রাহৈদা হাঈরমই,—

I have obtruded my own opinions as little as possible. On the main thesis of the book they are essentially those Spiegel and Schrader, though in several points I find myself rather in agreement with Cuno.

বালগঙ্গাধর তিলক ( Arctic, Home of Aryans ) অমসু Dr. F. Warrens ( Paradise Found ) না অর্য্যসিংগী অহানবা লৈকমদি উত্তরমেরু ( নুংথিল থা ৬ অমসু অহিং থা ৬ ওইবা মফম ) মনাক্তানি হায়ী।

পণ্ডিত সত্যব্রত সামধ্যায়ী ( গোভিল গৃহ্য সুত্রগী ভূমিকা ) অমসু ডাঃ অবিনাশচন্দ্রদাস ( Rigvedic India ) না আর্য্যগী অহানবা মফমদি ভারতবর্ষনি হায়িনা পুথোকই। নোংচুপকী পণ্ডিতসিংগী মরক্তা A. Curzon না যুক্তি ময়াম পুথোকতুনা ভারতবর্ষনা আর্য্যগী অহানবা থোককম লৈফমনি হায়িনা সমর্থন তৌই।

ঐখোইনা হায়িপ্রবা পণ্ডিতসিংগী মত অদুদা নৈনরুবা তৌদরে। মাখোইনা মাগী মগী মত অদু পুথোক্লমদাইদা মাখোইগী বিচারগী তোংকম ভাষাতত্ত্ব অমসু নৃতত্ত্বগী প্রমাণনা ফংবা অদুগুম্বা মফম অদুদা শাব্দ প্রামাণ লৌদুনা ঐখোইগী মত অদু চংখোম্লা পু-থোকথরে, মাদুদি ত রতনা মীওইবগী অহানবা পোকফমনি, মাসিদা পোকপা মী ফাংবু অমনা ঈসিংগী ঈচাউনা মাখোইগী লৈকম থাদোকতুনা হিমালয় চিংশাং লানদুনা অরাংলোমদা চংখি।

মাথোইনা মথং মথং চৎখিত্নুনা উত্তরমেরুগী মনাক্তা হাঙ্গবদি মফম অমুদা থা ১২ না নোংমা ওইনবা অহিং থা ৬, মুংথিনদা থা ৬ ওইবা মফমদা লৈরুই। অইংবনা মফম অমু লৈবা য়ারক্ত-রবা মতমদা মাহু থাদোক্তুনা লাকই, মাথোইগী কাংবুগী য়াম-থৎলকপা অমসু মাগী মাগী খুদোংচাবা এনমুনা মথাং মথাং থাইনরকপনা পৃথিবীগী মফম কয়মুক্তা সন্দোকখ অমুম্না লেপথরে। ঐখোইনা হাঙ্গিব্রিবা প্রমাণ পুম্নমক অমু বেদনা য়াবাতা ওইনা পাঠকসিংনা লৌগদবা নত্তে, ভাষাতত্ত্ব, ভূতত্ত্ব, অমসু নৃতত্ত্বনাসু মাহুবু চংথোম্না সমর্থন তৌববনি। লাইরিক অসি চাওমনব্রগনি হাঙ্গিহুনা সন্দোকনা ইদবাতনি। ঐখোইনা মতুংদাসু মণিপুরগী মরমদা ইরিবা পুম্নমক অসি বেদ অমসু মহাভারতনা প্রমাণ ওইরবা বি-জ্ঞানগী মত ওাক্তুনি।

মতাং অসিদা ঐখোইনা হাঙ্গিহৌগদবা অমা লৈরি, মাহুদি ঐখোইগী লৌথোকপগী লোইবা নাইত্রবা হিরা মণিতনা থনব্রবা লনগৈ বেদ হাঙ্গিবা অসিনা মাসুপ শেংবা অমসু মাতনা প্রমাণ পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবা অ'স কবিননো হাঙ্গিবা অসিনি। মাসিগী মরমদা পৃথিবীগী মানা মহেল্লে হাঙ্গিনহুনা ফাউব্রবা পণ্ডিত-সিংগী মত কয়ামুকপু ইরাইলাইনা হুংল্লক্তুনা মানা হাঙ্গিবতা মরৌবা মরম কব্রিননো হাঙ্গিবা অসিদি মতাং অসিদা মরম খরদং উং-লিংই।

বেদবু মাসুপ য়াম্না প্রমাণ ওইনবা অসিগী মরম লৈরি। মাহু লৈতনদি কপিল, কনাদ, জৈমিনি বাদরায়ণ, যাস্ক, সায়ন, শঙ্কর, রামানুজ, মধু অসিনাচিংবা তাইবংপানবগী মীওইবদা ওই-

খোক্তবা বুদ্ধিগী পাংগননা তিনপ্রবা পণ্ডিতসিংনা করিগীদমক বেদবু শাস্ত্র পুমনমক্কী কোকথক্কী লৈতেংনি হাঙ্গৈনা লৌগনগে ? মাখোই অহু জ্ঞান লৈপ্রবা, হৈসিংপ্রবা, লৌসিং চাওপ্রবা শক্তনি, অমসু মাখোই অহু অককপা, অপংবা, খংদবা বুদ্ধি লৈতবা অমত্তা নত্তে।

বেদনা খোরকপগী মরমদা প্রাচীন ভারতবর্ষগী ধর্মশাস্ত্রদা এৎনব্বিবা তিন্নদবা মত ময়াম লৈবা অসিগুম্না পৃথিবীগী কনাগুম্বা জাতি অমগী সাহিত্যদা লৈতে, অঙ্গিরা বিশ্বামিত্র, বশিষ্ঠ, অত্রি, বামদেব, দীর্ঘতমানাচিংবা বেদবু উরকপা কুইখ্রবা ঋষিসিং অহু লৈরম্বা ঐতিহাসিকনি হাঙ্গৈবদা কনাগীসু চিংনবা লৈতে। মাখোইনা বেদবু মথন্তা খোকচরকপরা কনাগুম্বনা শেম্বনা অমসু মীওইবনা খংউবরা, নত্রগা শেম্বরা হাঙ্গৈবগী মরমদা তশেং ২ না হাঙ্গৈরমদে। করি করিগুম্বা বেদগী মন্ত্র উরগা মাসি ঋষিসিংনা শেমলম্বনি হাঙ্গৈনা নিংই। মাতুগীদমক ঋগ্‌বেদগী ২।৩৯৮, ৩। ৩০।২০ ৪।৬।১১;৬।৫২।২;৭।৩৫।১৪, অসিনাচিংবা অসি পিবা য়াই। অমসু ঋগ্‌বেদগী ১ ১৩০.৬ অমসু ৫।২।১১ মন্ত্রদা হাঙ্গৈরি, মাতুদি স্থত্রধরনা রথ শাই। মাতুগুম্না ভগবানগী পেন্নবা মন্ত্র অসি শেম্বনি। মন্ত্র (১।৩৭।৪) দা দেবদত্তম—লাইনা পীবা অস্নুমনা হাঙ্গৈ। অহুগা ১।১৬৪।৫ মন্ত্রঃ—

তস্মোদ্যজ্ঞাত সর্বভূতঃ ঋচসামানি জজ্ঞিরে।
ছন্দাংসি জজ্ঞিরে বস্মাদ্যজুস্তস্মাদজায়ত ॥

মাসিদা হাঙ্গৈ—হোম পুমনমক্তা লোইনবা বিরাটপুরুষদগী বেদ মরিগী পোক্কুপা হাঙ্গৈ।

অথর্ব্ববেদগী মন্ত্র ১০ | ৭ | ১৪ দা হাঙ্গৈ,—বিরাট পুরুষদগী থোকই হাঙ্গৈ, অতোপ্পা মতাং ১৩ | ৪ | ৩৮ দনা ইন্দ্রদগী থোরকই হাঙ্গৈ, মতাং অমদনা ১৯ | ৫৪ | ৩ দানা মহাকালদগী বেদগী পোক-কম ওইরকই হাঙ্গৈ।

শতপথ ব্রাহ্মণগী যাজ্ঞবল্ক্য কাণ্ড ১৪৫ দা হাঙ্গৈবমবু পরমা-স্থাদি অস্তিয়াদগী মানা চাওবা হেল্লি, মাঙোন্দগী ঋগ্‌বেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ অমসু অথর্বাঙ্গিরসবেদ মুংসাস্বর হোন্দোকপগুমনা থোকখি।

বিষ্ণুপুরাণ ( ১।৫।৪৮ ) অমসুং শ্রীমদ্ভাগবত ( ৩।১২।৩৪—৩৭) নাচিংবা পুরাণসিংনা হাঙ্গৈবনাবু বেদবু ব্রহ্মাদগী থোকপনি অসুমনা হাঙ্গৈ।

মনুসংহিতা ( ২।৩।২৩ ) না হাঙ্গৈ বেদদি মথন্তা থোকচবনি। যাস্কনা মাগী নিরুক্ত ( ১ | ১৫ ) দা অমসু পাণিনিনা মাগী সূত্র ৪ | ৩ | ৬০ ) দা বেদবু মাবু লেংবা লৈতে হাঙ্গৈবসি য়াই।

মহর্ষিকপিল, জৈমিনি, অমসু বাদরায়ণনাচিংবা প্রাচীন দর্শন-কারসিংনাসু বেদবু লেংবা লৈতে হাঙ্গৈবসি য়াদবা তৌদে।

বেদ হাঙ্গৈবসি ওনথোকনা কুইথবা লোম্না লেংবা ওনথোক্লা কুইথবা লাইরিকনি। বেদ হাঙ্গৈবসিদি মী কৌবা জীব মখল অসিগী ইথাইমক্তগী মানা মহানলবা লাইরিকনি অমসুং মীওইবগী সভ্যতাগী অহানবা খুদমনি। মরম অসিনা বেদ হাঙ্গৈবসি থাকচবা লৈতনা মী পুম্নমক্কী য়াম্না লুনা তৌফমনি অমসু মাগী মরোনবু লোননবা ওই। মীওইবা হাঙ্গৈবা অসিগী কুইরবা ইতিহাসদি ভা-রতকী বেদ নত্তবা অমা করিগুম্বা মফমদা লৈত্তরে। অদুগুম্বা মতম অদুদা মীওইবনা থনখিবা রাখল, চৎখিবা, থাজখিবা ধর্ম, লাইনিং

সমাজগী লিচৎ অমসু আচার ব্যবহার পুম্নমক মসিং লাকওমদনা কুইগ্রবা মহাকালগী সমুদ্রদা লুপগ্রবা পুম্নমক অদু করম তৌরিংগবা অসুম্না অনুমাণনা শেমশাদুনা থিবা নত্তনা মত্তম অদুগী ইতিহাস থিবা য়াদ্রবা অদু অদুগুম্বা কুইথ্রবা অমসু নিংসিংবা থোকরবা য়াকম মত্তম অদুগী ইতিহাস অপুম্বা বেদগী সংহিতা ভাগতা সুনা ফংউ। অদুগুম্বা কুইথ্রবা মতমদগী হৌদুনা মীকৌবা ঐথোইবু মথৎ মথৎ পোকথরকইবা ইপা ইপুসিংনা চংলকপা পুমনমক অদু মাঙোন্দা লৈবা মরমনা বেদবু মাবু লেংবা লৈত্তবা অমসু উরকপা অসুমনা কৌই। অমসু অসুপ কুইথ্রবা মত্তম কৌবা অসিনা পোৎ পুমনমকপু মাংহনগ্রবদা মাত্তদি অসুপ কুইনা মাংদনা লৈংরক্রবা বেদগী মন্ত্র মরাম অসিনা মাসুপকী মত্তিক অশেংবা অমসু ইথ্বাইদগী অহেনবা ওইরক্রবনি।

জর্মন মচা পণ্ডিত অথোইবা Mex Muller না মহাকী তাইবংপানবদা ফাউরবা "Origin and Growth of Riligion" কৌবা লাইরিকতা মাসিগী মরমদা হায়রমই :—

'One thing is certain, there is nothing more ancient and primitive, not only in India but in the whole Aryan world than the hymns of the Rig Veda''.

মানা "Seleoted Essays" কৌবা লাইরিকী অনিসুবা খণ্ডদা "Lecture on the Vedas" কৌবা প্রবন্ধদা বেদগী ইথ্বাইদগী হেন্না কুইরবা অমসু ইথ্বাইদগী হেন্না শেংবগী মরমদা চিংনবা মীসিংদা হায়রমই—

পুরাণ কৌবা শাস্ত্র অসিসু বেদগুমনা প্রমাণ ওই। মাতুগী মরম অতুসু মথক্তা ঐখোইনা ব্যাখ্যা তৌথরে। পুরাণ হাঙৈরগা মৈতৈগী পুরাণসিং অসিসু মাতুগী ময়ুংদা লৈবা অমনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণনা হাঙৈরি, 'ব্রাহ্মণ ওইবনা বেদ মরিমক তমলবসু পুরাণবু তমত্রবদি মহাক অতু চংখোনবা ওইবা ঙমদে (ব্রহ্মাণ্ড প্রক্রিয়াপাদ প্রথমাধ্যায় অমসু বায়ু ১। ১১৯-১২০) মাসি হাঙৈবগী মরমদি পুরাণসিং অতুদা বেদগী নিংথিবা সন্দোকপা ব্যাখ্যা ইরি। অতুনা মৈতৈগী পুরাণসিং অতুদা বেদগী ব্যাখ্যা লৈ হাঙৈবসি ঐখোইনা মতাং খুদিংদা উৎখরে, হুজিকসু মাতু উৎলি।

মীওইবনা অহানবা পোকফম অমসু মীওইববু হিংনব লৈফম চিঙ্গাক কনানা ইহান হানবদা শীবগে? হাঙৈবসি হুজিক্কী কান্দা থিনব নত্তনা থাঙৈনসু থিনখি হাইবা ঋগবেদনা তাকই, মাতদি—

"কোদদর্শপ্রথমম্ জায়মানম্, অস্থন্বন্তম্ যদনস্থাবিভর্ত্তি।
ভূম্যাঃ অসুঃ অসৃগাত্মা ক্বচিৎ, কোবিদ্বান্ সমউপগাৎ প্রষ্টুমেতৎ"

অর্থাৎ ইহান হানবদা পোকপ মীবু কনানা উহৌবগে? করম্বা মতমদগীনা লৈপাক্না মী ওইবগী হকচাং থন্নাই, ঈবু শেমগৎপা হৌবগে? করম্বা পাণ্ডিৎতা কনানা রাকম অসি হংননবা চংলবগে? অসুম্না ঋগবেদ। ১। ১৬৪। ৪ না হাঙৈ মাসিগী পাওখুমদা—

ঋগবেদ সংহিতাদা তুরেন পুমমক্তগী মানা মহেনলবী মাবু নদীতমে, দেবীতমে অসুম্না কৌবী সরস্বতী কৌবী তুরেনগী রা কয়ামুক হাঙৈরি। তুরেন অসিবু পারসিকসিংগী জেন্দ আবেস্তাদা "হরকুইতি"

কৌই, খাগীনা "চৌকুত্তি" কৌই। মহাক্কী সরমুর লৈপাক্কী চিং ময়াম লাম্থোক্তুনা পাক চাউরবা অমম্থং অথোইবা পুন্থগী মশক ওইরব ঈশিং ময়াম পুরগা কুরুক্ষেত্র রোমদা লাক্তুনা দৃশদ্বতী ( হৌজিক্তি কাগার কৌবা ) তুরেন্দা তিন্নে। হৌজিক্তি মহাক্কী মশা অসি উবা ফংদ্রে। তুতত হৈবসিংনা খিনবদা হৌজিক্তি ফুট চামরি লৈত্তোই মরক্তা তৌথরগা অহুগুম্বা শেংলবা পুন্থ ওইবা মা়া ঈসিং অহু ফংখি, হাঈ। মাস্থমা সরস্বতীনা মপান্দা চেন্নরদগী লুপখিবা মফম ২ সিং অহুবু শাস্ত্রনা "বিনশন" কৌই। ভীষ্মনা তেনগী শয্যাদা হিপখিবা কুরুক্ষেত্রগী মফম অহুবু বিনশন কৌই। ভীষ্মনা হিপ্পা মতম অহুদা সরস্বতী অসি মপান্দা লৈতরে, হাঈবা মহাক্তা রত্তপী রারেংনা তাকই, মরমদি সরস্বতীগী অহুগুম্বা পুন্থজল অহুগী দমক অর্জ্জুননা লৈমুংদগী লৌখৎতুনা ভীষ্মদা পিথকখি। অসিগুম্বী তুরেন অসিনা তুরেন পুন্নমক্কী অহানবা, পুন্নমক্কগী মানা মহেল্লবীনি। মাগী মত্তিক মগুণ অমসু আর্য্য কৌবা জাতিনা মাস্থপকী মত্তিক সুংসিখিবা অসিগী মরমদা বেদনা মাস্থপ য়াম্না থাগৎপনি। তাইবংপানবদা মী কৌবা জাত্তি অসিনা ইহান হানবা পোকফমদি তুরেন অসিগী মপান্দনি। মীকৌবা জাতিগী হিংতুনা লৈবা য়ারমদবগী হিংননবা লম অমসু মাথোইগী হিংনবা ঈসিং চানবা চিঞ্জক পুন্নমক তুরেন অসিনা ইহান হান্না পীখি। অসিগুম্বী তুরেন অসিবু মমিংদি কাউখিতুনা মৈতৈ পুরানকারসিংনা হাঈরমই, মীওইবনা অহানবদা চাক থোংতুনা চারমদে, মক্কী শাতুনা শেং ইল্লমদে, তুরেন্দগী লোক্তুনা সিজয়রমই, হাঈরিবা তুরেন অহু মহাক আসনি। কুইশ্রবা রারিগী শাইরিক বাল্মীকিনা রামায়ণ কৌবা মাগী অফাউবা লাইরিক্তা স্থচক্ষু, মাহুগুম্না বেদব্যানা মাগী ভারতত্তা চক্ষু কৌবা তুরেন সমুদ্রগী সমতল

বারিদগী ফুট ১৩৮৭০ হাংবা পামীরগী চিংক্তৌরিয় প্রপাততগী পোক্‌তুনা আরাল হ্রদরোমদা চেল্লকপী Oxus কৌবা তুরেল্লা সরমুর য়োহ্ননা মান্না মমাই মথা ওন্থরক্তুনা দৃশদ্বতী তমনা চেল্লকলবদা সরস্বতী কৌরম্বনি, অস্রুমনা ভূগোল হৈবা পণ্ডিতসিংনা পুথোকই, অসিগুম্বী তুরেনগী মপান্দা মীকৌবা জীবনা অহানবা পোকপা অমস্তুং লৈফম পীহুনা অচা অথকনা মীওইববু য়োকখিবা অহু বেদনা অস্রুমনা হাঙ্গৈ। মফম অহুদা তাইবংপানদা লৈবা থরাইপানবা পুম্নমক্কী কোকথক্কী লৈতেং ওইবা মী কৌবা জাতিনা থোক্‌তুনা শান্নবা হৌবা, মাহুগী মতুংদা মাথোইগী লৈবা তাবা য়াননবগী দমক, ওাক্ল-বগীদমক অমস্তু ফননবগী দমক হাঙ্গৈহুনা সরস্বতাবু লৈপাক পীখি, অস্রুন্না হাঙ্গৈবনা ময়েকনা তারে, মাহুদি মীওইবা জাতিগী অহুগা আর্য্য কৌবা মীগী ইহান হানবা মীনা সরস্বতী তুরেনগী লৈপাক্তা ইহান হান্না ওইখি ( তে বিশ্বা সরস্বতি শ্রিতায়ুঁষি দেব্যাম । ঋগ । ২ । ৪১ । ১৭ ) ( উতক্ষিতিভ্যোহবনী রবিন্দঃ ঋগ ৬ । ৬১ । ৩ ) অহানবা মীসিং অহুগী হিংননবা ঈসিং ( বিষম ঋগ ৬ । ৬১ । ৩ ) না মমাগী অমৃত যগগী মথোমগুম্বা ঈসিংনা অহানবা পোকপা মীসিং অহুবু য়োকপিখি।

( পয়সা ঋগ ৬ । ৬১ । ১৪ ) মরম অসিনা মাবু—সরস্বতীবু বেদনা ( ঋগ ২ । ৪১ । ১৬ ) মীওইবগী অথোইবা মমানি হাঙ্গৈহুনা "অম্বিতমে" তুরেন অথোইবীনি "নদীতমে" অমস্তু লাইরেমা অথোই-বীনি হাঙ্গৈহুনা "দেবীতমে" হাঙ্গৈনা কৌই। মরম অসিনা মহাকপু মাস্নুন্না লৈসিলৈথোম্মখি ।

সরস্বত্যভি নো নেষি বস্যো মাপস্ফরীঃ পয়সা মান আধক্।
জুষস্ব নঃ সখ্যা বেশ্যাচ মাত্বৎক্ষেত্রাণ্যরনানি গন্ম।
(ঋগ ৬।৫।৬১)

হে সরস্বতী! ঐখোইবু অথোইবা লননাচিংবা পীহুনা চেনশিন্নু, নংগী অমৃতগুম্বা ঈসিংনা ঐখোইগী ফজনবা থোকহনবিগন্নু, ঐখোইবু ননাক্তগী থাদোক্তনা থম্বীহুনা ঐখোইগী অচানবা অমম্তুং নংগী নতুং ইনজবা অসি লৌবিয়ু. নঙোন্দগী অতোপ্পা ফত্তবা মফমদা চৎহনবিগন্নু।

মী কোৎবা জাতি অসি মীপোকপা হৌংবা য়ুংবা মফম তোঙান তোঙানবা পোক্লগা কোন্না মাগী চৎনা থোকনরক্লবদা তিন্নবা কাইনবা ওইবরা অস্মুম হাঈবদা বেদনা হাঈ, মফম অমত্তদা পোকলগা তোঙাল ২ চৎনখিবনি অস্মুন্না হাঈ, মাহুদি ঋগ বেদগী ৩।৫৪।৯ গী মন্ত্রদা সায়নাচর্য্যনা "সর্ব্বম একস্মাৎ জাতম্" অর্থাৎ মী ঐখোই পুম্নমক মফম অমত্তদা পোকমিন্নখি অহুগা তোঙান ২ না লৈনখিবনি।

"স্ত্বত্রে রেজন্তে বিকৃতানি রূপশঃ" ঋগবেদ ১।১৬৪।১৬

মাহুম্না লৈনখ্রবা মীসিং অহুনা মানা ২ লৈরু ২ বা মফমগী ঈসিং নুংসিৎলচিংবগী মগুণনা শক্তা চুদা তোঙান তেঙানখি। মাসিগী মরমদা প্রাচীন ধর্ম্মসিংগী মরক্তা য়িহুদীসিংগী ধর্ম্ম লাইরিকী রারী অমা লৈ। মাহুদি থাইনা মতম অমদা তাইবংপানবা অপুম্বা অসি ঈসিংনা থুমখি। ঈসিং অহুনা হম্বরকলবদা মী ওইবনা থৈন্নে, মাম্নমা চাউবা ইচাও অসি থোকলবদা মতুংদা...

লৈনরবা লৈপুং থোনসি হাঙ্গৈনা লেপনখি। মাথোনা অতিয়াদা থোকলিবা খবানমচাক পকনা থোনসি লেপনরে। মীপুন্নমকনা হৌদুনা থোনবদা অরোইবা লৈত্রবদা তাইবংপানগী মপুনা তোক-হনগে নিংলে। মী পুন্নমক অমগা অমগা মরোপ তিন্নহন্দরে। অতুনা অমনা ঙাংবা অমনা খংদ্রহনা পুলপনা লৈপাক থোল্লম্বা তোক্কনা চৎনখি। মাদুদগী মীওইবগী লোনময়াম থোকখিবনি। অস্নমা হাঙ্গৈ, মাসিদা ঐতিহাসিক য়াওদবা নত্তে অসিগুম্বা ইচাউ অসিদা পুরাণদা ব্রাহ্মণদা বেদদা য়ামনা তোইনা থে নৈ। অসিগুম্বা ইচাউ অসিদগী অহানবা পোকপা মীসিংনা মতম অমদা মাথোইগী পোকনফম থাদোক্কনা হিমালয়গী রাংমা তান্না চেল্লুই।

মৈতৈগী পুরাণনা ঈচাউনা লৈপাক অসি থুমগ্রবদগী মহাদে-বগী ত্রিশূলনা চিং থিঙ্গাইদুনা ঈসিং কংথহল্লগা মাথোই পুন্নমক অকং অকংবদা খুন্দাহৌই হাঙ্গৈরিবা অদুম্ব ঈচাউ অসিগী রানি।

অহানবা মীসিংনা মাথোইনা অহানবা লৈরম্বা মফমদগী মথং মথং চৎথোক্লকপা অনৌবা মফম অফবা থিরকপাগী রাফম পুন্নমক বেদনা হাঙ্গৈরি, মাদুদি

"অনু প্রত্নসোবাসো হুবেতুবিপ্রতিং নরং।
যং তে পুর্ব্বং পিতাহুবে। ঋ ১ | ৩০ | ৯

ঐথোইগী অহানবা লৈফমগী মপু ইন্দ্রবু ঐথোইনা কৌরি, মাবু ঐথোইগী ইপাইপুনা মমাংঙৈদা কৌখিবনি।

অভি সুম্নবসং নয় ন নবাজ্বরো অধ্বনে।
পুষন্নিহ ক্রতুংবিদঃ | ঋ ১ | ৪২ | ৮

হে পূষা! যজরবী নাপী হৌবা মকমদা ঐখোইবু পুবিয়ু, লম্বেনদা ঐখোইবু রাদনবা তৌবিয়ু, লম্বেন অসিদা নংনা ঐখোইবু ঙাকপিবনি।

পিপর্তু ন অদিতী রাজপুত্রাতি দ্বেষাংস্যর্যমা সুগেভিঃ।
বৃহন্মিত্রস্য বরুণস্য সার্মোপস্যাম পুরুবীরা অরিষ্টা।

ঋগ্ ২। ২৭। ৭

নিংথৌপোকপী—অদিতী অমসুং অর্য্যমানা একনবাবু ঙমহনা ঐখোইবু মুঙাইবা লম্বেনদা পুবিসনু। ঐখোইনা অকনবা ময়ামগা লোইননা অমসুং মীবু মাংনবা তৌদনা মিত্র অমসুং বরুণগা মুঙাইবা ফংগনি।

মরুত্বং তং বৃষভং বাবৃধানমবারিং দিব্যং শাসমিন্দ্রং।
বিশ্বাসহমবসে নূতনায়োগ্রং সহোদামিহ তং হুবেম।

ঋগ্ ৩। ৪৭। ৫

ঐহোইনা মগুণময়াম চেনবা, পাঙন পীবা ইন্দ্রবু ঐখোইনা ঐখোইগী অনৌবা লৈফম অফবা ফনবগীদমক যজ্ঞদা কৌজে।

অগব্যূতি ক্ষেত্রমাগন্ম দেবাউর্বী সতী ভূমিরংহুরণাভূৎ।
বৃহস্পতে প্রচিকিৎসা গবিষ্টাবিশ্বাসতে জরিত্র ইন্দ্রপন্থাম্।

ঋগ্ ৬। ৪৭। ২০

ঐখোইনা কোইরক ২পদা যগশেনফম লৈতবা ১ফমতা ফংলে, হে বৃহস্পতি ঐখোইবু পুবিয়ু; হে ইন্দ্র ঐখোইবু অফবা লম্বেন তাকপিয়ু।

তা যজ্ঞমা শুচিভিশ্চক্রমানা রথস্য ভানুং রুরুচুরজোভিঃ।
পুরূবরাংস্যমিতামিমানাপো ধন্বান্যতিং যাথো পপ্রান্।

ঋগ্ ৬। ৬২। ২

হে অগ্নি অনি! ঈসিং ফংননবগী দুমক ঐখোইগী সগোলবু মরুভূমি লানথোকনা চংহনবিয়ু।

বাসয়মীবমেধসস্ত্ব নঃ কদা ন ইন্দ্রবচসো বুবোধঃ।
অস্তং তাত্যাধিয়ারায়িংসুবীরংপৃক্ষো নো অর্বান্যুহীত বাজী
ঋগ্ ৭।৩৭।৬

হে ইন্দ্র! ঐখোইনা নংবু লৈসিলৈ-থানলি, নংনা ঐখোইবু লৈনফম পীবিয়ু।

সনা পুরাণম্ অধি এমি আরাৎমহঃ পিতুজনিতুর্যানি
দেবাসো যত্রপণিতার এবৈঃ উরৌ পথিব্যুতে তস্থুবন্তঃ।
ঋগ্ ৩।৫৪।৯

ঐখোইনা নংগী অরিবা জাতিগী মতৌগী রা নিসংই, নখোইনা হুক্কিকস্ত মাগী মাগী সাদোং তোক্লনা পাকচাউবা হান্নগী লৈফমদা চংলি।

হাঈগুম্বা মন্ত্রসিং অসিদা উনখরে, মাদুদি তাইবংপানবগী অহানবা লাইরিক বেদনা হাঈরি মীওইবগী অহানব—আর্য্য জাতিগী অহানবা মীসিংনা হুন্না লৈনমফম, হান্নগী মফম থাদোকপা অমসু অনৌবা মফম থিংনা চত্লগিব অঙ্ক কাঈব।

আর্য্য জাতিনা অহানবা লৈরম্বা মফম অদুদি কদাইনো। হাঈরবু বেদনা হাঈরি মথেক্তুদি অহানবদা চিদা লৈরম্বা জাতিনি অসুম্না সসল হাঈ, মাদুমক বামদেব ঋষিনা মৈগী মমাংদা পূর্ব্ব-পুরুষসিংনা অহানবদা চিংদা লৈ অসুম্না বেদগী মন্ত্র সোনখি।

"অশ্মব্রজাঃ সুদুঘা বব্রে অন্তরুদুস্রা
আজন্নুষসো হুবানাঃ ঋগ্ ৪।১।১৩

মাখোইনা চিংনা কোইসিনব মকমদগী মখোম থোকপি মন-বিসিংগা লোইনাহুনা চিংদগী কুমথদুনা মপান্দা থোরকই।

তে মর্ম্ত দদ্রিবাংসঃ আদ্রিম তেষাম্ অন্যে অভিতঃ বিবোচন্।
পশ্বাযন্দ্রামঃ অভিকারং অর্চনবিন্দন্তঃ জ্যোতিশ্চ কৃপন্তঃ ধীভিঃ।

ঋগ্ ৪ | ১ | ১৪

মাখোই অহু বুদ্ধি য়াম্না শেংই, চিংগী লৈপাক্তগী মপান থোকলকই, মাখোইনা মাগী খুংলাই ( লাঙ্গোনবাচংবা ) পুরকই, মখুৎ মশা হৈববু লুনা ভৌই, মাখোই অহু জ্ঞান লৈ অমসুং থৌজানবিহৈ।

দৈব্যা হোতারা প্রথমা বিদুষ্টরা ঋজুযক্ষতঃ সমৃচা বপুষ্টরা।
দেবান যজন্তৌ ঋতুথা সমঞ্জতঃ নাভাপৃথিব্যা অধিসানুষু ত্রিষু।

ঋগ্ ২ | ১ | ৭

অহানবা যুগকী জ্ঞান লৈবা যজ্ঞতৌবাসিংনা মন্ত্র পুম্নমকনা মরম ওইহুনা নংবু পুজা ভৌথি। মাখোই অহুনা লৈপাকী মযোন থোইদো অর্থাৎ ময়াইদা চিংগী মতোন অহুন্দা ঋতু খুদংদা তিননহুনা যজ্ঞ তৌথি। মাসুম্না ঋগ্ ৩ | ৪ | ৭ অমসু ৩ | ৭ | ৮ দাসু মাসুম হাঙ্গ। মাসি পুম্নমক্তগী থংবা ওমই, পৃথিবীগী ময়াই ওইব চিং ওাক্তা ওাইবা লমদা আর্যসিংনা অহানবা লৈরমই, মাহুদক্তগী তমদা মাগী ২ মুওাইগদবা থিহুনা খুন্দাবা চৎমরকই। মাসিবু মৈতৈগী পুরাণনা হাঙ্গ মৈতৈগী যুমফম অহানবদি চিংদা ওইরমই মাহুদগী কোম্না কুমকই, অসুম্না হাঙ্গ, মাখোইনা মণিপুরদা লৈরবা মতমদা মাসুপকী মতি মাখোইগী বুদ্ধি অহু পিকশিনখি, চিং হাঙ্গরগা মণিপুরগী চিং অকোইব অসিতা মখংখরে, লৈপাক

হাঈরগা মণিপুরগী তম অসিত্তা মখংখরে, অতুনা মাখোইনা মচা মসু তারতুনা লৈরবদা মাখোইগী মপা মপুনা চিংদা লৈবা জাতিনি হাঈরম্বা অতুনা মাখোইবু চিংদা মাখোইগী যুম্ফম লৈ হাঈতুনা চিংদা যুম্ফম লৈতবা মৈতৈদি মখুত্তগী ঈসিং লোৌবা য়াদবা জাতিনি হাঈনৈ। অতুগা চিংনা কোইব পৃথিবীগী থোইদোৌ ওইব ময়াইদা মাখোইগী পোক্লফমনি হাঈরম্বা অতু কাহৌতুনা মাখোইগী মণিপুর কৌরগা হুজিক খংনরিবা লৈপাক অসিবু তাইবংপানবগী ময়াইনি অমুম্না পুরাণকারসিংনা হাঈরমই। মফম অসিদা পৃথিবী লৈপাক লৈমনা মশাগী ময়াই ওইবনা খাংগোই হৌপফমনি অমুম্না নিংতুনা লম অসিবু মেখলী দেশ অমুম্না কৌরমই।

মাখোইগী অপোকপা মফম অহানবা অত্ত মণিপুরগী অকোইবদা লৈবা চিং অসি নত্তে, চিং ওইবা চিংনা কোইযনবা মণিপুর-গুম্বা লমদগী লাকপনি হাঈবা খংনবদি, মাখোইনা অশ্ববু সগোন কৌবা, সগোনকাংজৈ সান্নরকপা, কাংচিংবা, কাংসান্নবা, থাংপু কাংথোন কৌবা কাংপোৎ, কাংজৈ, কাংক্রম, কাংহু, কাংখুন, কাংখিল, কাং কাংপাক, কাংনিং অসিনাচিংবা মিংফমগা লোইনবা মাখোইগী লিচৎ, শান্নবা, কুমৈ অসিনচিংবনা চিং অসি নত্তে হাইবা তাকই। মাখোই অসিদি মতাং অমদা আলোচনা তৌগনি।

মৈতৈ হাঈবাসিনা মণিপুর য়োৌরবদা মপামপুনচিংবনা খংলম্বা মী হাঈবা জাতি অসি মখল ৭তনি হাঈবা অতু মাখোইনা কারকই। অতুনা মাখোইনা মী অসি শকতা চুদা মানদবাসিংবু মখল তরেৎনি হাঈনা নিংখি—অতুনা জাতি অমামমু এক। এক

কৌবদগী একপু সলাই, সলাই এক অহু ৭ নি অসুম্না হাঙ্গৈরমহৈ মাহুদি মাখোইগী মপা মপুনা কারম্বা মন্ত্রনা হাঙ্গৈ—

সাকম্ জানাম্ সপ্তমম্ আহুরেকম্ ষট্ ইৎ সমাঃ ঋষয়ঃ দেবজা ইতি।
তেষাম্ ইষ্টানি বিহিতানি ধামশঃ স্থত্রে রেজন্তে বিকৃতানি রূপশঃ॥

নগ্ বেদ ১ | ১৬৪ | ১৬

মফম অমত্তদা পোকমিন্নবাসিংগী মহুংদা তরেৎসুবা অহুসু মরু অহানবদগী খোরকপনি, মাখোই অহুগী মরক্তা তরুকনা নিয়ম তৌবা মন্ত্র উবা অমসু লাইনা পোকপনি, মাখোই অহুগী লৈননবগীদমক মফম ময়ামদা লৈফম শেমখি। লৈফম তিন্নদবনা মাখোইগী মওং মতৌ শক্তা চুদা অমসু মরেপ তিন্নখিদে।

# এক সলাই খাইবা।

মাখোইনা মণিপুররোমদা লাকপা মতমদা হাঙ্গৈগ্রবা মী মখন ৭মক অসি সুনা লাকই হঙ্গৈবা মৈতৈগী পুরাণদা অমসু মাখোইগী অরিবালোন, লাইরা, পাউরৌ অমসু থোদোদা ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মাখোইনা এক ৭ নি হাঙ্গৈবা অসিদি মাখোইনা খংলকপা মরম্না মফম অসিদা অতোপ অতোপ্পা মীজাৎ য়াম্না তিননরবা কাইনথদা এক সলাই অসি ৭ খোকনা খাইদোকচবনি।

মাখোইনা মাসুম্না খাইদোকই, মাহুদি মাখোই লাকনিন্নবাদাসু, য়াম্না লৈরম্বদাসু, কোম্না লাকপদাসু অমসু মাখোইগা তিনসিন্নখি-

বাদস্থ এক সলাই হাঙনা খাইদোকনৈ। মাতুমনা খাইদোকপা অতুদা মরমদি মাস্থম্না পুখোকখি, মাখোই অতুগী অপোকপা অতুদা এ লশা মতুংদা পোক্লকপা খুকন পাকনবা অপোকপা ওইবা মিংচংপা পোক-খিবদগীস্থ খাইদোকই, অতুগা কোল্লা লাকপাস্থ হাল্লা লৈরম্বা একতা তিজংহনবা, তিনবা খুদোং চাদবনা মখোইগী তোঙানবা এক অমা ওইহনবা মাতুদাস্থ মমৈদা খাইদোকপা অস্থম্না তৌই। মাস্থম্না এক খাইদোকপা অসি হুজিক্কুগী চহি ১৪০০ রোমতদা চেংলবা নিয়ম অমদা র'এদ তৌথি। মাতুগী মমা দদি থোইনা কল্লমদে। খুদমগী দমফ ৫৫০ ইং খৃষ্টাব্দদা নাওফংবা কৌবা নিযৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী হাকথক্তা এক সলাইবু মাগী প্রজা অপুম্বদা খাইদোকই, মাতুদি ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং, ৬ খাবা অমস্থ ৭ ঙাম্বা তরেৎ অসিনি।

মাখোইনা এক খাইদোকপগী মক ওইব নিয়মদি হাল্লগী বেদার্থ অস্থ খংন্রবনা হুমিৎ চয়োন ৭ কা মাখোইগী অফাউব অপোকপা সিংনা অনি অসিদা পান্দুনা কংলৈগী ইম্ফানদা কংল'দা খাইদোকখি, অতুনা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং | কুপত্রেং | অঙোম |
| ২। | নিংথৌকাবা | শেনত্রেং | নিংথৌজা |
| ৩। | লৈপাকপোকপা | পাম্মরিংবা | লুৱাং |
| ৪। | য়ুমসকৈশ | লৈশ তাউ | খুমন |
| ৫। | সগোলশেন | কোনশৌরেণ | মোইরাং |
| ৬। | ঈরাই | অশংবা | খাবা |
| ৭। | থাংজা | তুমাঙানবা | ঙাম্বা |

অসি মি—মাসিদা পাঠকসিংনা উনগনি মাখোইগী অপোকপা ওইনা হাপ্লবা লাইসিং অহু লাই অম্বগী সায়োগমি, মাখোই অহু বৈদিক সাহিত্যগী মতুং ইন্না অর্থ হল্লবদি রশ্ম্যাত্তি-মানী দেবতানি অম্নুনা হাঙ্গীগনি, মাহুতবু লৌরুবদি মাখোই অসি ক্ষত্রিয় মচা ওাক্তনি চন্দ্র অমস্তু সূর্য্য বংশগী ধারানি হাঙ্গীবা ফোংদোকপনি মাখোইনা মাহুগী অর্থ অহু মশানা মতম অহুদা নাগফংবগী হাকথক্তা ফোংদোকপ ওমব্রহুনা এক সলাইগী মমিং থোনবা মতমদা অমা ওইনা লৌহুনা মাখোইনা শেমজিনব রারি অমদা মমিংসিং অহু পানসিনখি মাহুদি—

## মৈতৈ পূরাণকারনা শেম্বা রারি।

গুরুশিদবনা যণ অসিব অমা ওইহুনা তাউরকই, কুপত্রে'না মাহু উরগা অপুম্বনি তুক্কচৈ হাঙ্গী, শেনত্রেংনা মাযা ওইরস্তু রাই হাঙ্গীনা থুমই। কুপত্রেনা মায় ওইরবদি কয়ম্না খংগনি হাঙ্গী, সেনত্রেংনা ঐতৌগে হাঙ্গীহুনা তাউরিবা যণ অসিবা অহুদা হাঙ্গী, অসিবনবু মমৈ হাঙ্গীববা? হংই, মাহু তারগা গুরুনা ওল্লিব যণ অহুনা মমৈ হাঙ্গীরকই। কুপত্রেং শেনত্রেংনা গুরুনি হাঙ্গীবা খংলহুনা যণ অসিবাবু কংকান্দা চিংখংলে, গুরুনা ওল্লিবা যণ অহুবু এক ৭ না গোমেধ যজ্ঞগী দমক থাইদোকপদা মংনা মানা হোম তৌবগী শরুক অহুগী মতুং ইন্না এক ৭কী মমিং থোনখি, মাহুদি—অতৌবা মথৌরি লৌবনা অতোম নিংথিবা মনিং থুংবনা নিংথৌজা লৌম্বাই লেনফু লৌবমা লুরাং খুমাং লৌবনা খুমন, অথুম্বা মকম মমিং মমিং লাউবা মকম লৌবদগী মোইরাং, চেংলৌ (মাইখোং)

গী মথা অমস্থং ঙানবা খমোইখা লৌবনা খাবা অমনা ঙানবা কৌখি অস্থুম্না সান্থনা শেমলমই।

ঐখোইনা মৈতৈগী এক সলাইসিং অসিবু অশেঙ্বনি হায়বা থাজৈ শেংনা প্রমাণ তৌব ঙমই, মাতুদি মাখোই অসিগী মৈহৌরোলসিং অতু হুজিক ফাউবা পরেং স্নুনা ওম্না লৈরি, মাতুদা এংলগা থংবা ঙমই, মাতুদি—মাখোই তরেৎ থোকনা থাইদে.কইবা অতু পুরোণ অমত্তদা অনি থোকনা থাইদোকপনি। অতুগা মাতুম্ব অমগা অমগা হৌকমস্থ তিম্নরক্তে, হায়বা থংই মাসিদা ঐখোইনা হায়নিংই, মাতুদি মী কৌবা জাতি অসিমক্তবু আর্য্য হাইরগা খংনরিবা অসিত্তদগী থাইদোকপনি হায়বা অতুগা মত ওইরবদি হুজিক্তগী চহি লখা কয়ামুক্তী মমাংদা খাইনবা ওইগনি, অতুগা আয্য কৌবা জাতি অতুনা তোঙানবা মকম অমৎগী অতোপ্পা মীগা তিম্নবা ওইরবদি বেদা মাখোইগী পরিচয় খংদবসিংদি অনাৰ্য্য কৌবা জাতি অতুনি অস্থুম্না ভশেং ভশেংনা হায়গদবনি।

মাতুদি এক সলাই হায়বসি হান্না মাস্থুম্না লেপলমই, মাতুদি ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুয়াং, ৪ খুমন, ৫ ঙানবা, ৬ মোইরাং, ৭ চেংলৈ, ৮ খাবা অমস্থং ৯ সরাং লৈশাংথেম, মাসিবু মরি থোক্না থাইরগা ১ অঙোম নিংথৌজা, ২ লুয়াং খুমন, খাবা ঙাম্বা, ৩ চেংলৈ, ৪ মোইরাং, তরেৎ থোক্না থাইরগা ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুয়াং, ৪ খুমন, ৫ খাবা-ঙানবা ৬ খাবা চেংলৈ, ৭ মোইরাং অসিনি। অতুনদি মরেকনা তারে, এক সলাই তরেৎ হায়তুনা লেপ্পদি বেদগী মী মথন তরেৎ হায়বা অতুগী অর্থ লৌতুনা লুপ্লিং চয়োন তরেৎতা

পান্দুনা মৈতৈনা খাইদোকপনি অহুগা খাক্লে সেংবা মী মথন তরেৎমক অহুনা মণিপুরদা লাক্কুনা খুন্দাখিবা নত্তে। ✓

মণিপুরদা আর্য্যবা চংলকপা অসি কাংবু ওইনা চংলকইদি হাঙ্গৈবযু চংলকপা মতমদা মাহুপ য়াম্না খাইনা চংখিবাদি নত্তে, মতম অহুদা মণিপুরদা লৈবা মীসিং অহুগী তরেৎ থোক্না খাইদোক্লগা সরুক অমগী মান ক্বাদে মাহুমকসু মচিৎ মচিৎ ওইনা চংলকপনি অসুম্না খংনৈ। মাখোইনা চংলকপা মতম অহুদা ভারতবর্ষ অসি ভারতবর্ষ কৌরমদে। ভারত হাঙ্গৈনদি কৌনব্রিবৈ অহুগা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা অচৌ অচৌবা আর্য্য শাগৈনা সন্দোকনরবা 'মতুং কাইনখংদা মণিপুরদা মাখোইনা চংলকই। মাহুদি প্রমাণ অত্তে থোইনা তৌদবসু লাইনা খংবা ওমই, ঋগ্ বেদগী "দ্যৌঃ পিতরঃ পৃথিবী মাতর" ঋগ্ ৬ | ৫১ | ৫ অসিনচিংবা মন্ত্র অসিনা থোক্ত-রিবৈদা খুন্দাখিবা—হায়রগী লৈফম থাদোকখিবা কাংবু

| | | |
|---|---|---|
| হিব্রু | মাখোইনা নিংবা লাই | ইলোহিম |
| চালডিয়া | „ | ইল্লা |
| আরবী তুর্কী | „ | অল্লা |
| মিসর | „ | টেন |
| তাতার | „ | মাগাতাল |
| চীণ খাগী | „ | পুবা (১) |
| জাপান | „ | কামিসামা |
| মাডাগাস্কর | „ | অয়র |
| ফিজি | „ | কালন |

(১) মাসি বেদগী দেবতানি।

মাসিগী রাকম অসি মথক্তা মহাভারতকী প্রমাণ তৌখরে। মাহুস্থ পাঠকসিংগী বিচারদা থুংঙাইনবা মতাং অসিদা অমোক লৌথংকম থোকই।

মণিপুরী জাতি অসিবু ক্ষত্রিয়নি হায়রবদি ভারতকী হিন্দু-সমাজদা চংনবিদা হুজিক্কী কালগীদা হ ঈরগা মণিপুরী জাতিদি রাজপুত জাতিনি হাঈগনি। মাগুম্না হাঈনরকঙৈদগীদি চংনবীগী মতুংইন্না মণিপুরী রাজপুত পুম্নমক অসি থাং মথক্কী উপাধি "সিংহ" হাঈবা অসিনা মাখোইবু বিশেষিত তৌখরে। তৌইগুম্বস্থ ম চুম্না মাখোইগী মিংদা "সিংহ" তারবা মক্তদা মী পুম্নমকী পুক'নংদা মাখোই অসিবু ক্ষত্রিয়নি হাঈবসি সূর্য্যবংশরা; নত্রগা চন্দ্রবংশরা; অমস্থ মাহ্র নত্তবা চুম্নগী ক্ষত্রিয়রা হাঈবা অসিদি থংনিংথি। মশা মশানা পরিচয় পীবা মতমদাস্থ কনাগুম্বনা সূর্য্যবংশনি হাঈ, কনাগুম্বনা চন্দ্রবংশনি হাঈ, অতুগা অনি অসিদগী তোঙানবনি অস্নুম্নদি হাঈদে।

মাখোইগী অরিবা লাইরিকনাচিংবা পুম্নমক্তা এ:লবদা মাখোই পুম্নমক অসি সূর্য্যবংশনি হাঈনা তাকই, তৌইগুম্বস্থং সূর্য্যবংশগী অক্ষাউবা ইক্ষ্বাকুগুম্বা অমাগী ধারানি হাঈবদি লৈতে।

অমুগা মপানগী—মণিপুর নত্তবগী ইতিহাস এংলগদি নিথৌজা কৌবা শাগৈ পুম্নমক অতুদি চন্দ্রবংশনি হাঈবা য়াই—মরমদি মাখোইদি মণিপুরদা পানখিগা বভ্রুবাহনগী ধারানি। অস্নুম্না থংনৈ। তৌইগুম্বস্থ মাখোই অতুনা তশেং তশেংনা বভ্রুবাহনগী ধারা নত্রগা মাগী সিংহাসন ভাকপা মাগী ক্ষেত্রজ মক ওইরবস্থ মৈতৈ হাঈরগা

খংনরিবা ক্ষত্রিয়গী বংশ রক্ষা তৌবা মচা হাঙ্গৈবহ বভ্রুবাহনা থোকখিংনিনা, মাগী ধারাবু সূর্য্যবংশনি হাঙ্গৈবদা করি অমত্তা অরানবা ওইরোই। মরমদি মণিপুরীয় ক্ষত্রিয় পুম্নমক অসি গুরু অহুমগী ধারানি অসুম্না মাখোইগী পুরাণ পুম্নমকনা অমসু শাগৈ পুম্নমক্কী কুলপঞ্জীনাসু হাঙ্গৈ। মাখোইগী পুরাণনচিংবা অহুনা মাখোইবু থাগী ধারানি হাঙ্গৈদে অমসু মৈগী ধারানিসু হাঙ্গৈদে। ক্ষত্রিয়সিং অসিনা অহুঙৈ মণিপুরদা থোরকঙৈদদি ব্রাহ্মণ ভ'গতা বেদনা তাকপদি মৈগী শাগৈ য়াউখি হাঙ্গৈ। মৈতৈগী পুরাণদা ঐখোইনা খোজুন লিবদাসু মাখোই অহু খবাদি ফংইদি হাঙ্গৈবাবু মখোই অহু মুংখিহুনা খরদং লৈহৌবা অহু গুরু অহুমগী ধারাদা তিনশিনখরে। অহুনা মাখোই অহুসু ক্ষত্রিয় হাঙ্গৈখরে অহুনা সূর্য্যবংশ ওাক্তা ওইখরে হাঙ্গৈগনি। মরমদি মণিপুরী ক্ষত্রিয় পুম্নমক গুরু অহুমগী ধারাদা ওম্না লৈখরে।

গুরু অহুম কৌবদি মঙাং, লুরাং, অমসু খুমন, অসুম্না কৌই, মাখোই অহুসু মঙাং গুরু, লুরাং গুরু, অমসুং খুমন গুরু, অসুম্না খংনৈ। গুরু অহুম অসিবু লাইরোণদা হাঙ্গৈরগা মঙাং গুরুনা কোঞ্জিন তুখোক্পা, লুরাং গুরুনা অসিবা, অমসু খুমন গুরুনা অতিয়া শিদবা অসুম্না কৌই। অমোকসুং অহুম অসিবু মীওইনা হাঙ্গৈগে হ'ঙ্গৈরবদি অপোকপা ওইনা লৌহুনা অঙোম অমসু নিংথৌজাগী অপোকপাবু মঙাং, লুরাং অমসু মোইরাং অসিবু লুরাং গুরু অমসু খুমন, সরাং লৈশাংথেম খাবা অমসু ঙানবা মরিবু খুমন অসুম্না কৌই। মাসিগী ভাবতি এক সলাই পুম্নমক অসি

মায়খোই অহুমজদগী য়োকপনি হায়বনি। থাংলৈপেংবদা মৈতৈ পুরাণদা গুরু অহুম হায়বদি মুপনগী চুমিত্তবু হায়রনি।

শ্রীবিষ্ণুগী নেংফম আকাশগী মথং অহুম থোকফম, য়ুংবা অমসু তাকম; অহুমদা লৈবা চুমিং অমত্তবু মহাক্কী মতম ২ অহুদা লৈবা মফমগী মতুং ইন্না গুরু অহুম কৌবতনি, মাহুদি থোরকপা মত্তানগী মশক ওইবা চুমিংপু মঙাং, কোকতোন য়োরবা অরাংবদা লৈবাবু লুরাং অমসু তারক্লবা থোংমুং চনবা চুমিংপু থুমন কৌই। অসিগুম্বা সূর্য্য দেবগী মশক ওইবা গুরু অহুমদগী মৈতৈগী এক সলাই পুম্নমক অসি থোকখিবা ওইনা হায়বা অসি মহাভারতকী মরোণদা হায়রবদি সহস্র জ্যোতিদগী ক্ষত্রিয় মচাসিংগী থোরকপা অহু ময়েকনা তাবে। মাহুদি—মহ্যনা দেবভ্রাট্‌, মহাকনা সুভ্রাট্‌ সুভ্রাটনা দশ জ্যোতি, শত জ্যোতি অমসু সহস্র জ্যোতি কৌবা অহুম পোকই, সহস্র জ্যোতি সূর্য্যদগী ক্ষত্রিয় বংশ পুম্নমক পোকখি—

> "ভূয়স্ততো দশগুণাঃ সহস্র জ্যোতিষঃ সুতাঃ।
> তেভ্যোঽয়ং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভরতস্যচ॥
> যযাত্যাক্ষ্বাকুবংশাশ্চ রাজর্ষীনাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
> সম্ভূতা বহবোবংশা ভূতসর্গাঃ সুবিস্তরাঃ॥
>
> ইতি মহা আদি ১। ৪৬ ৪৭।

মরম অসিনা সংসংনা থংলে মৈতৈ হায়বা জাতি অসি ভারতীয় আর্য্য ভাষাদা ক্ষত্রিয় কৌই। মৈতৈ রাজপুত পুম্নমক ভারতীয় আর্য্যভাষাদা সূর্য্যবংশনি,।

মাসিগী মরমদা ঐখোইনা মৈতৈ পুরাণনা চিংকগী খোং ওইনা য়াম্না নিংখিনা প্রমাণ তৌবা ওমই, মাতুদি—চুজিক মৈতৈ হাঙ্গৈরগা [illegible]রিবা ক্ষত্রিয় জাতিসিং অসি মৈতৈ তাকদি মতে। মৈতৈ কৌবা খুকন পাঙ্গনবা কাংবু অমা মণিপুরদা থুন্দাখিবনি। মাখোই অহুগী খুকন পাঙ্গনবা অমসুং হৈসি বনা মরম ওইদুনা মাখোইদা জাতি ময়াম্না তিনসিনখি, চুজিক্তি পুলপ অহুবু মৈতৈ হাঙ্গৈরগা খংনবনি। মাখোইদা তিনসিনখিবা জাতিসিং অহুগী মনুংদা অনি অমনা ইথ্রাইদগী হেন্না য়ামই। মত্রগা মাখোই অহুনা অথোইবনি। অনি অহুনা মৈতৈদা তিনলগা অহুম অসিবু চুজিক মৈতৈ হাঙ্গৈরগা খংনরে। মাদোমদা হাঙ্গৈরবদা মমাংতৌদদি মৈতৈ ওইখিবা হাঙ্গৈরবদগী মৈতৈ শব্দগী অর্থনা ব্যাপক ওইরকুনা চুজিক্তি মৈতৈ হাঙ্গৈবসি ক্ষত্রিয় হাঙ্গৈবগী পর্য্যায় বাচক ওইরে। অহুনা চুজিক্তি সুগুণ-থা'বা গৌড়িয় ধর্ম্মচৎপা ক্ষত্রিয পুম্নমক মৈতৈ কৌরে। মণিপুরদা লৈরকপা জাতিসিং অসিগী মনুংদা চুজিক উরিবা মণিপুরগী পুরাণ ইতিহাসদা কংনবা খুকনবা জাতিদি অহুমনি, মাতুদি মৈতৈ, মোইরাং অমসু খুমন অহুম অসিনা পুরাণদা হাঙ্গৈবা মমৈ থংবা যুগকী অকনবা জাতিনি। জাত অহুম অসিবু পোইরৈ, ময়ুম অমসু নোংয়াই কৌবা বিশেষণ অহুম্না মাতুদি পোইরৈ মৈতৈ, ময়ুম মোইরাং, অমসু নোংয়াই খুমন।৮

বিশেষণ অহুম অসিনা তাকপা অর্থদি ময়ুম হাঙ্গৈবদি লৈজাদুনা লৈরবা মাগী ২ ময়ুম ওইরমবা জাতি হাঙ্গৈবান, মাখোই অসিনা মণিপুরগী খুমন অমসু মৈতৈদগী হান্না লাকপা আদিম বাসীসি, পোইরৈ হাঙ্গৈবনা পোইরকপা কোম্না লাকপা হাঙ্গৈবনি অমসু নোংয়াই হাঙ্গৈবদু

অমম্বা অহিংহু কটৈ, অদুনা মাখোইসি নোংচুপনা মাখোইগী শোরুকম হাঙবনি।

মৈতৈ, খুমন অমসু মোইরাং হাঙবা অচৌবা জাতি অহুম অসিনা এক সলাই তরেৎ, তরেৎ অসি সুনা লৈ। হাঙবদি মৈতৈনাসু ৭, খুমননাসু ৭, মোইরাংনসু ৭ থোকনা থাই, তৌইগুমসু মৈতৈদা মৈতৈনা, খুমনদা খুমন্না, মোইরাংদা মোইরাংনা নিংখৌ ওই। মৈতৈগী কাকনা অরাং, মরাইদা খুমন, মথাদা মোইরাংগী লমনি। জাতি অহুম অসি মশক মান্নদে, ফিজেৎ মানদে, চিঙ্গাক মানদে, অমসু মরোনসু তিন্নদে। হুজিক্কি ইতিন ফিরুখিবনা চপ মান্নখরে। হুজিক্কি মাখোইগী শেম্নবা ফংদরে। তৌইগুমসু মোইরাংগী হান্না লেপ্লম্বা মরোল অহু খজিক ২ শব্দ থন্না ২ তুজক ফাউব লৈরি, মাহু এলগা থাইনদি ইতিন তিন্নরমদে হাঙবা অহুগী শাক্ষী ওইরি।

## এক সলাই ৭ থোক্না থাইবগী মরম।

ঐখোইনা মথক্তানু হঙখরে, মাহুদি বেদনা মী মখন ৭ নি হাঙরি, বেদনা হাঙরিবা ৭ অহুদি তংরৎমক ক্ষত্রিয়বর্ণ ওাক্তনি হাঙবদি য়াদে। অহুগা মখোইনা সুপনগী ক্ষত্রিয়তদা ৭ থোকনা থাইবা অসিদি মাখোইনা খংলকপা বেদগী মখল ৭ অহুতা ফারগা মচুদা এ চুনা থাইবনি। মাহুসু বেদগী নত্রগা বেদগী মখংগী হিন্দু শাস্ত্রগী নিয়মদি নত্তে। বৈদিক বিভাগকী মতুংইন্না বর্ণ—মচুদা জাতি থাইরবদি, মখল মরিতা থোক্না থাইগদবনি, মাহুদি—অহৌবা ব্রাহ্মণ, নাপু ক্ষত্রিয়, অহানবা বৈশ্য অমসু অমুবা শূদ্র অহুম্না থাইগদবনি। মৈতৈগী

তরেৎকী মচুদি ১ অঙাংবা—নিংথৌজা, ২ অঙোঁবা—অঙোম, ৩ চিগোক—লুরা', ৪ অমুবা—খুমন, ৫ নাপু—মোইরাং, ৬ অঙ্গবা—খাবা ঙানবা, ৭ অরাউবা—চেংলৈ সরাংলৈশাংথেম অমুমা খাইদোকই। মচুসিং অসিদা হিন্দুশ স্ত্রগী মতুংইন্না হ ঈরবদি অঙোমগা চেংলৈ সরাং-লৈশাংথেমগা ব্রাহ্মণ, মোইরাং—ক্ষত্রিয়, নিংথৌজা—বৈশ্য অমসু খুমন, লুরাং অমসু খাবা ঙানবা শূদ্র হাঈগদবনি। অদুবু মৈতৈনা একসলাইগী মচু অসিদি মথক্তা হ ঈবা হিন্দুশাস্ত্রগী মত অদুদা খাইবা নত্তে। মৈতৈগী মচু অসিদি করিগুম্বা রাএল অমগী মতুং ইন্না খাইবনি৮

৯ নোংপোক্তা লাকপা আর্য্যাসিংগী লম্বেনদি মণিপুর অসিনি। মাখোইনা লাকপদা ক্ষত্রিয়সিংনা মাখোইগী অপোকপনি অমসু মপূনি হাঈনা নিংনরকপা লাইদি মিত্রাবরুণ কৌবা বৈদিক দেবতা অসিনি। ক্ষত্রিয়মচাসিংগী মিত্রাবরুণনা রসনি অমুমা বেদনা সংসংনা হাঈ। অদুনা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা প্রমাণ তৌই মাদুদি নোংপোক্তা চৎখিবা আর্য্যসিংনা মিত্রাবরুণবু উপাসনা তৌই, মাদুগী ধর্ম্ম অদু শন্দোকখি, অমুমা হাঈ। মিত্রাবরুণ হাঈবা দেবতা অসিবু ঈশিংগী লাইনি অমুমনা বৈদিক যুগতা থাজনৈ। ঈসিংগী লাই হাঈবদি ঈশিং অসিনা মাখোইগী লৈফমনি, ঈসিং অসিদা তোংলিবা লাইনি অমুমনা নিংই। ঈসিং অসিনা অতিয়াদা লোংগী মথক ওইনা লৈরিবৈদা বেদনা লিন ( অহি—সর্প ) অমুমনা কৌই। আকাশবু সমুদ্র কৌই, সমুদ্রদা নোংনা লৈবা অদুবু লিননা সমুদ্রদা লৈবা কৌই। নোংনা লৈচিন নোংফাই ওইনা অকাশদা লৈরগা শাদুদা থুমিংকী মতাম্না তাদুনা মচু ওম্বোক ওম্বোকপা শাংথা লেংথনা তাব অদুবু বেদগী শ্রুতিসিংনা

উপদ্রব তৌবা লিননা মথি কোংহুনা লৈপাক্কী অরাবা লুংঙাইবা উৎপনি হাঙ্গৈ। মৈতৈগী পুরাণনা মাহুবু তাঙরোইনাই কৌবা লাইগী সালোং লিননা থোকপনি অমুম্না বেদগুম্না হাঙ্গৈ। মাখোইনা নিংথি, মাখোইগী মপু, মাখোইগী পাঙ্গন অমসু মাখোইবু শেম্নকপা দেবতানা লিন অহুনা তোংহুনা অতিয়াদা থোক্লিবনি অম্নুম্না মাহুবু য়াম্না কিথি।

ভারতকী মচি মচিদা খুন্দারবা নাগ জাতিসিংগা মাখোইগা তিন্নখিবা মরম্না মাখোইনা নি লিবা মিত্রাবরুণগী নোংবু লিননি নিংবা ভাবকা নাগ জাতিসিংগী লিন ইরাংপা অহুগা তিন্নরবদা মণিপুরদা ধর্ম্ম অনি অসিগা তিনসিন্নখিবদা ওন্থোকনা খুদোং চাবা অমা থোকখি। অহুনা লিনগী মচু মখল তরেৎ লৈবগা মাখোইগী জাতি মখন তরেৎ লৈ হাঙ্গৈনা থংবগা মশা অমত্তা ওইনা তিন্নখরে। অহুনা নাগ জাতিসিংনা লিনবু-চুম্নগী লৈপাক্তা লৈবা লিনগা অমসু নোংগী মশক ওইবা বেদগী লিনগা তিন্নাহুনা লিন হাঙ্গৈবা অসিমক্তবু মৈতৈনা লাইনি হাঙ্গৈনথি।

মাখোইনা লিনবু লাইনি অম্নুম্না হাঙ্গৈবদি হাঙ্গৈরগা থোইদোক্না মাখোইনা থাজব'দ লাংরেন ( অজগর ) কৌবা লিন অহুবু লাই মখল অমনি হাঙ্গৈনা থাজখি। মাহুগী মরমদি মৈতৈনা থোরকপা হুমিংপু মঙাং, য়ু'বা মতমবু লুরাং অমসুং তাবা মতমবু খুমন কৌবা অহুগুম্বা হুমিং কৌবা লাই অহুনা লাইরেনদা তোংহই অম্নুম্না থাজখরে। মাহুদি লাইরেনদা লৈবা মাখোইগী মশিজবা কৌবা পিতৃগী শরুক অহুনা হুমিং থোকপা অয়ুক্তা মকোক্তা, হুমিং য়ুংবদা ময়াইদা, অমসুং তারকপদা মমৈরোমদা লৈবা মৈতৈনা থিবা কংথি। মৈতৈনা থাজনরি,

মাহুদি—লাইরেন কৌবা লিন্দা লৈবা মাখোইগী মশিঙবা-পিত অহুবু ছুমিৎ মিত্র কৌবা মাখোইগী অপোকপা লাইনা ওন্দুনা মাগী লাদোং লাইরেনদা ভোংহুনা লৈবনি অস্থুম্না নিংখি। অহুনা ম'হুগী লৈনকম ওইবা লাইরেন কৌবা লিনসিং অহুবুস্থ মাগী ২ জাতিগী মচু অহুগী মতুং ইম্না ভরেং থোক্লা জাং খাইদোকখি। মাহুদি, ১ ভাংনা লাংবা নিংথৌজা, ২ ভৌনা লাংবা অঙোম, ৩ ছিগোক ওইনা লাংবা লুয়াং, ৪ মুনা লাংবা খুমন, ৫ সংনা লাংবা খাবা-ঙাম্বা, ৬ নাপু মাম্না লাংবা মোইরাং, ৭ য়াউনা লাংবা সরাং লৈ-শাংথেম ( চেংলৈ ) অসিনি।

মথক্তা হাঙ্গৈগ্রবা লিনসিং অসিগী অঙকপা য়াম্না মণিপুরদা লৈ, মাহুদি লিনসিং অসিগী মাখোইগী এক সলাইনাচিংবা হৌ-রকপা অসি মুন্না খংবাসিংনা মাগী মাগী হৌরকপা অহু হাঙ্গৈহুনা কৌবদা সোইদনা লাকই। অমসু মাখোইগা উনরুরগা মাওইবদা অরাবা পীড়া কংই, করুবা লিনদি উনরুরগা অরা অনাবতা কংবা নত্তনা সি, অস্থুম্না থাজনৈ। মাসি পুম্নমক অহু য়াম্না মুন্না লৈনরগা খংবা ওমই, মণিপুরদা লৈবা জাতি অসি হু'জকী কালদা আর্য্য হাউরগা খংনরিবা জাতি অসিদি থজিক্তনি, আর্য্য নত্তবা বেদ চজবা জাতিনা য়াংমই। তৌইগুম্বস্থ মাখোইদা প্রাচীন আয্যসিংগী তিনসোন লাইসোন লিচৎসিং অহু মাখোইনা য়াম্না ভমহুনা বৈদিক সংস্কৃতিনা মাখোইদা য়াম্না চুখি। মণিপুরী জাতিসিং অসিদা চংখিবা আর্য্যসিংবু মথাং অনিরক্তনি অস্থুম্না, চাউরাকনা খাইদোকপা য়াই। মাহুদি মৈতৈগী পুরাণসিং অসিনা থোক্তরিতৈগী মমাংদা

চংখি। অখোই অদুগা ভিন্নবদগী মণিপুরীয়সিংগী আর্য্য ধর্মগা ইরেৎ য়েংনবা অসিগুম্বা পুরাণসিং অসিনা থোকখিবনি। মাখোইনা শিলো খিলো লাক্তুনা মণিপুরদা চংখিবনি। অদু ওইতুনাসু মাখোইনা লাকপা মতম ২ অদু পুরাণনা পুখোক্তরে অদুনা মাখোইগী লাকপা মতম হাঙদবা থংহৌদবা পুন্নমক অদুবু অহানবা চংলকপা অসুমা অমোক্তা ওইনা ঐখোইনা লাইরিক অসিনা পাঠকসিংগী মুঙাইনবা লৌরে। মথাং অমনা পুরাণসিং অসিনা থোক্লবা মতুংদা চংলকপা অমনি। অকোনবা চংলকপাসিং অসিদি মাখোইনা চংলকপা মতম ২ গী চহি থংবা ঙমলে, অদুগা মাখোইনা মৈতৈগা ভিনসিন্নখিবা চহিদগী হৌদুনা থা, ভিথি ফাউবা থংবা ঙমলে মাদুগুম্বা অকোনবা লাকপা আর্য্যসিংদি নিংথোরোন অমদা অনিরুদ্ধগী হেম্না চহি খুদিংগী ওইনা মৈতৈগা আর্য্যসিংগা ভিন্নরে হাঙবা থংবা ঙমই। তোইগুম্বসু অকোনবা চংলকপা আর্য্যসিং অসিদি আর্য্যগা অনার্য্যগা য়াংখাইনবনা য়ামই। অশেংবা আর্য্য ঙাক্তসু চংলকই, অশেংবা আর্য্যসিং অদুদি মৈতৈগী হান্না খাইরম্বা এক সলাইদা ভিন্দবাসু ভিনখিবাসু য়াউই, অদুগ ২ নদি ওইরগা হৌজিক্তি পুনপ ভিন্নরগা মণিপুরীয় জাতি হাঙদুনা ভারতকী জাতি পুন্নমক্তগী তোঙানবা জাতি অমা ওইনা মখোইগী সভ্যতামকপু—পৃথিবীনা তম্নবা লিচংকা লোইমনা তাইবংপানবদা মকোক থাঙজদুনা ঐখোই লৈ হাঙনা উংপা হৌরে।

ঐখোইনা হৌজিক উৎপ্রিবা মণিপুরদা আর্য্যসিংনা চংলকপা মথাং অনি অদুগী মতম অদু মতাং অসিদা হান্না নিংখিনা পুখোক-

নিঙি। মাহুদি অনৌবা চংলকপাসিং অসিদি খৃষ্টগী চহি ১৫০ দগী হৌবা মতমদনি। মাসিগী মমাংদা লাকপা আৰ্য কাংবুগীদি নিংথিনা চহি পুথোকপা ঙমদে, মাথোইগী চংলকপা মতমদি অহুমান অমস্ত পুরাণনাচিংবগী ৱাকমদগী পুথোকনি।

হু জক্তি মণিপুরদা খুংগী মমাংগী চহিদা চংলকপা আৰ্যসিংগী থোংগুন লিবদা ফংবা মাথোই অহু মথং মথং পুথোকলি।

মতাং অসিদা তরুকসুবা পন্দুপ লোইরে।



# মণিপুর ইতিহাস

## ৭ সুবা পন্দুপ

### পৃথিবীগী লৈমাইদা মৈকৈ লৈপাক্কী লৈফম।

### মাবু মণিপুর কৌরকপা।

১। মণিপুর কৌবা লৈপাক অসি হৃজিক্কী কালদা চৎনবা মিংদা হাঙ্গৈরবদি ইণ্ডিয়াগী মচি অমদা লৈ, অসুম্না খংনরে। ২। মাসিদগী হেন্না কুইরবা মিংদা হাঙ্গৈগে হাঙ্গৈরগা ভারতবর্ষগী মচি অমদা লৈ, অসুম্না হাঙ্গৈগনি। ভরতকী করম্বা মচি অমদা লৈ, অসুম্না হাঙ্গৈগনি। ভারতকী করম্বা মচিদা লৈবনো; হাঙ্গৈনা হংলবদি হৃজিক্কী কালগী অনৌবা ভুগোলদা হাঙ্গৈরগা নোংপোক্তা মণিপুর, নোংচুপ্তা সিন্ধু হাঙ্গৈগনি।

"আসিন্ধু মণিপুরং ভারতংবর্ষং"

( জ্যোতির্গণিত, বেঙ্কটেশকেটকার )

৩। মাসিদগী খরা হেন্না কুইরবা ভুগোলদা হাঙ্গৈরবদি মণিপুরদি ভারতকী নোংপোক্কী হৌগৎলকপা ভারত অপুম্বাগা এংলুরগা মথা ওইরপ তৌবা লৈপাকনি হাঙ্গৈগনি। ৪। মাতুদগী অমোক কুইরবদা হাঙ্গৈরগা জাম্বুদ্বিপকী মথাখংবা মচি অমদা লৈ হাঙ্গৈগনি।

ভারতবর্ষ হাঙ্গৈবা মিং অসিদি অনৌবা মিংনি কুইত্রিবনি। বৈদিক যুগকী হৌগৎলকপদা লম অসিবু ভারত কৌরমদে। মিংকম

অসিনা ব্যাপক ওইবা অর্থদা শিজন্নবা হৌবনি তন্ত্রযুগতা হৌবনি। মতম অমুদা ভারত হায়রগা খংদবা মকম পুম্নমক্পু মপান থোক্না থাইদোকই, মাস্তদি —

অথ পূর্বস্যাংমঞ্জনবৃষভধ্বজপদ্মমাল্যবদ্গিরয়ঃ।
ব্যাঘ্রমুখস্থক্ষকর্ব্বটচন্দ্রপুরাঃ শূর্পকর্ণশ্চ।
খস মগধশিবিরগিরিমিথিলসমতটোড্রাশ্ববদনদন্তুরকাঃ।
প্রাগ্‌জ্যোতিষ লৌহিত্যক্ষীরোদ সমুদ্রপুরুষাদাঃ।
উদয় গিরি ভদ্র গৌড়কপৌণ্ড্রোৎকলকাশিমেকলাম্বষ্ঠাঃ
একপদতাম্রলিপ্তিককোশলকাঃ বর্দ্ধমানাশ্চ ॥

হাঙ্গৈরিবা লৈপাকসিং অসি ভারতকী নোংপোক্তা লৈবা ঙাক্তনি মাসিদা "মিথিল" হায়বসি বৈদিক যুগতা "বিদেহ" কৌবা লৈপাক অমুবুনি অস্তুন্না খ নৈ। মাসিদা প্রাগ্‌জ্যোতিষ হাঙ্গৈবসিনা মতম অসিদা কামরূপ হাঙ্গৈরগা খংনবা মশাং অসিনি। মাতুনা'দ ময়েক্না তারে মতম অমুদা ভারতকী নোংপোক্তা "মণিপুর" হাঙ্গৈবা অসি লৈ। মতম অমুদা মণিপুর হাঙ্গৈরমদে।

ভারতকী মৈরমদা লৈবা লৈপাক্তি—

আগ্নেয্যাংদিশি কোশলকলিঙ্গবঙ্গোপবঙ্গজঠরাঙ্গাঃ।
শৌলিকবিদর্ভ বৎসান্ধ্রচেদিকাশ্চোর্দ্ধকণ্ঠাশ্চ।
বৃষ নালিকেরচর্মদ্বীপা বিন্ধ্যান্তবাসিনস্ত্রিপুর।
শ্মশ্রুধর হেমকুট্য ব্যালগ্রীবা মহাগ্রীবাঃ।
কিস্কীন্ধ্য কণ্টকস্থল নিষাদরাষ্ট্রানিপুরিক দশার্ণাঃ।
সহজপ্রাপর্ণ শবরৈরা শ্রেবাদ্যো ত্রিকেদেশাঃ।

মখারোমদা লৈবা লৈপাক—

অথ দক্ষিণেন লঙ্কাকালাজিন শৌরিকীর্ণতালিকটাঃ।
গিরি নগরমলয়দর্দুরমহেন্দ্র মালিন্দ্যভরুকচ্ছাঃ।
কঙ্কট টঙ্কন বনবাসি শিবিকফনিকার কোঙ্কনাভীরাঃ।
আকর বেনাবন্তিকদশপুর গোনর্দ্দ কেরলকাঃ।
কর্ণাট মহাট বিচিত্র কূটবাসিক্য কোল্লগিরিচোল্লাঃ।
ক্রৌঞ্চদ্বীপ জটাধর কাবের্য্যারিষ্যমূকশ্চ।
বৈদূর্য্য শঙ্খ মুক্তা ত্রিবারিচর্ম্মপট্টনদ্বিপাঃ।
গণরাজ্য কৃষ্ণবেল্লুর পিশিক শূর্পাদ্রি কুসুমনগাঃ।
তুম্ববন কর্ম্মণেয়ক যাম্যোদধি তাপসাশ্রমাঋষিকাঃ।
কাঞ্চি মরুচীপট্টন চের্য্যার্য্যবা সিংহল ঋষভাঃ।
বলদেব পট্টনং দণ্ডকাবনতিমিঙ্গিলাশনা ভদ্রাঃ।
কচ্ছথে কুঞ্জরদরী সতাম্রপর্ণীতি বিজ্ঞেয়াঃ॥

ভারতকী নৈঋত—সঙ্কোং থংবা লৈপাক—

নৈঋত্যাংদিশি দেশাঃ পহ্লব কাম্বোজসিন্ধুসৌবিরাঃ।
বড়বামুখারবাম্বষ্ঠ কপিল নারী মুখানর্ত্তাঃ।
ফেনগিরিযবনমাকরকর্ণপ্রাবেড় পারাশব শূদ্রাঃ।
বর্ব্বরকিরাতখণ্ডব্যাস্যাভীর চঞ্চুকাঃ।
হেমগিরি সিন্ধু কালকরৈবতক সুরাষ্ট্রবাদরদ্রবিড়াঃ।

নোংচুপথংবা লৈপাক—

অপরস্যাংদিশি মণিমান মেঘবান্ বনৌঘঃ ক্ষুরার্পণোহস্তগিরিঃ।
অপরান্তকশান্তিক হৈহয়প্রশস্তাদ্রিবোক্কানা.।

পঞ্চনদরমঠপারতভারক্ষিতিজৃঙ্গ বৈশ্যকনককাশকাঃ।

নির্ম্যর্য্যাদা ম্লেচ্ছা যে পশ্চিমদিক্‌স্থিতাস্তেচ।

বায়ুকোণ—কৌক্রুরোমদা লৈবা লৈপাক—

দিশিপশ্চিমোত্তরস্যাং মাণ্ডব্যতুখার তলহলমদ্রাঃ।

অশ্মক কুলুতলহডস্ত্রীরাজ্যনৃসিংহবনখস্থাঃ।

বেণুমতী ফিল্‌গুলুকা গুরুহামরুকুচ্চচর্ম্মরঙ্গাখ্যাঃ।

একবিলোচন শূলিকদীর্ঘগ্রীবাস্যকেশাশ্চ॥

অন্নাংলোমদা লৈবা লৈপাক—

উত্তরঃ কৈলাসোহিমবান্‌ বসুমান্‌ গিরির্ধনুস্মাশ্চ।

ক্রৌঞ্চোমেরুঃ কুরবস্তথোত্তরাঃ ক্ষুদ্রমীনাশ্চ।

কৈকয়বসতিযমুনাভোগপ্রস্থার্জ্জুনায়নাগ্নীধ্রাঃ।

আদর্শান্তর্দ্বীপত্রিগর্ত্ত তুরগাননাশ্বমুখাঃ।

কেশধরচিপিটনাসিকা দাসেরকবাটধানশরধনাঃ।

তক্ষশিল পুষ্কলাবতকৈলাবত কণ্ঠধানাশ্চ।

অম্বর মদ্রক মাল্লবপৌরবকচ্ছার দণ্ডপিঙ্গলকাঃ।

মাণহলহূণকোহল শীতকমাণ্ডব্যভূতপুরাঃ।

গান্ধার যশোবতি হেমতালরাজন্যখচরগব্যাশ্চ।

যৌধেয়দাসমেয়াঃ শ্যামকঃ ক্ষেধূর্ত্তাশ্চ।”

চিংথৈ থংবদা লৈবা লৈপাক—

ঐশান্যাং মেরুকনষ্টরাজ্য পশুপালকীরকাশ্মীরা।

অভিসারদরদতঙ্গণ কুলূতসৈরিন্ধ্রবনরাষ্ট্রঃ।

ব্রহ্মপুরদার্ব্বডামর বনরাজ্যকিরাতচীন কৌণিন্দাঃ।

তাম্রপালোল জটাসুরকুণ্ঠখসঘোষকু চিকাখ্যাঃ।
একচরনাস্তুবিশ্বাঃ সুবর্ণ-ভূর্ব্বসুবণং দিবিষ্টাশ্চ।
পৌরবচীর নিবসনত্রিনেত্রমুঞ্জাস্ত্রিগন্ধর্ব্বাঃ॥

মতম অসিদা ভারতবর্ষগী থারিবা লৈপাক মমিংসিং অসিগী মতম অসিদা চৎনবা মমিংসিং ইতুনা ঐখোয়না অরেম্বদা লাইরিক চাওখোকহন্দরে। মাসিগী মরু ওইবা অর্থদি তিংথৈদা চীন নোংপোক্তা উদয়গিরি, মৈরমদা ভারতকী দ্বীপপুঞ্জ, মথাদা কম্বোজ, নোংচুপ্তা ম্লেচ্ছরাজ্য, বায়ুকোণদা মরুকুচ্চ অমাংদা উত্তরকুরু কাউবা অসিগী মথৈবু ভারতবর্ষনি হায়না নিংলমই। মাসিদগী ঐখোইনা নিংবদি মতম অমদা হাইরিবা লমদম পুম্নমক অসিনা তিনবা চাউরবা পৃথিবীগী শরুক অসিবু খলমই, মতুংদা ভারতপু ভারত কৌরবা মতমদা পুম্নমক অচুবু ভরতনি হাইজিনবনি। মরমদি লম অয়াম্পসিং অচুনা মখোইগী লৈপাকপু ভারতবর্ষ কৌই হাইনা খংদে। মাতুদি মৈতৈ পুরাণনা মণিপুর কৌবা মিংকমবু হাইরমদবাগুম্বনি।

মণিপুর হাইবা মিংকম অসি বেদসাহিত্যদা লৈতে। রামায়ণদাসু লৈতে, মহাভারততাদি লৈ। পুরাণ শাস্ত্রদসু লৈ। অচুম্বা করম্বা লৈপাকপু মণিপুর কৌরম্বগে হাইবদি পণ্ডিতসিংগী মত মায়দে। মহাভারতকী আদি পর্ব্বদা হাইরিবা রাইদা এংলবদি মণিপুর কৌবা লৈপাক অমা ভারতকী নোংপোক মথারোমদা লৈরমই, হাইবা ফংই। মতম অচুদা সমুদ্রগী খোইনা লাপ্তবা মকমদা লৈরমই।

অর্জুননা তীর্থ চৎলকপদা অহানবা গঙ্গাদ্বার রোমদা লৈরমই, অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণসিংগা লোইনদুনা নোংপোকলোমদা চৎলি, মাদুদা চৎপা পরেং অদু অসিনি—

"প্রাচীং দিশমভিপ্রেপ্সুর্জগাম ভরতর্ষভ।
আনুপুর্বেন তীর্থানি দৃষ্টবান্ কুরুসত্তমঃ ॥

ভার, আ, ২১৫। ৫

নোংপোক্কা লাকপদা নৈমিষ, নন্দা, অপরনন্দ, কৌশিক, মহানদী, গয়া অমসুং গঙ্গা, মাসি মথং মথং লাকই, অদুগী তুংদা অঙ্গ, বঙ্গ, অমসুং কলিঙ্গ দেশদা লৈবা তীর্থশিংদা চৎলি। কলিঙ্গ য়োৌবদা অর্জুনগী তুং ইনবা ব্রাহ্মণসিং হনখোই, মী থরদংতগা লোই-নদুনা কলিঙ্গ দেশদা চৎলি, মাদুদা লৈবা তীর্থসিংদা অর্জুননা চংই। তীর্থ ময়াম উরমলগা মাদু থাদোক্লুনা মহেন্দ্রকোৌবা চিং লাম্থোক-লমই। অদুগী তুংদা সমুদ্র মপানলোমদা লম্বেন ওইদুনা তপনা তপনা মণিপুর লৈপাক্কা চংখি।—

"মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতং।
সমুদ্রতীরেণ শনৈর্মণিপুরং জগাম হ ॥"

ভা আ, ২১৫। ১৩

মণিপুরদা লৈবা তীর্থ ময়াম দর্শন ময়াম তৌরগা মতম অদুদা পানবা চিত্রবাহন নিংথৌগা উনৈ, মচাগুপী পীগ্ন হাঙ্গৈজে। মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী লৌদুনা অর্জুননা মণিপুরদা চহি অহুম লৈ। মচানিপা বভ্রুবাহন পোকলবদা চিত্রবাহনদা পিরললগা অর্জুননা তীর্থদা অমোক চৎলি। মণিপুর থাদোক্লবা মতুংদা

অর্জুননা লাকপা অসি ভারতকী মখারোমদা লাকপা হৌই, লম্বেলনা সমুদ্র মপানলোমদা চৎখি—

"ততঃ সমুদ্রে তীর্থানি দক্ষিনে ভরতর্ষভ।
অভ্যগচ্ছন্ সুপুণ্যানি শোভিতানিতপস্বিভিঃ॥

ভ', আ ২১৬। ১

মথক্তা উৎপ্রনা মহাভারতকী প্রয়োগ অসিনা খংনরিবদি মণিপুর অসি নোংপোক্কী মঙ্গং চনবনি, অতুগা মখাগী হৌগৎপদা খোকলে, অতনা মনিপুরবু মতম অতুদা ভারতকী মৈরম থংবনি হায়গনি। অতুগা হায়রিবা মকম অসিমকনা হুজিক্কী মণিপুর অসি-মকনি হায়বদা—কককদবা প্রমাণ ওইরে, হায়বদি য়াদে, মাতুগুম্না রাকম অসিমকনা মণিপুর অসিবু ভারতকী মণিপুর অতু নত্তে হায়নবগী অখোইবা প্রমাণ ওইবস্তু য়ারোই। মাসিগী মরমদা কনা ২ গুম্না পণ্ডিতসিংনা হায়নৈ, মতুদি মহাভারতকী বংহে অসিনা খংনরিব দ মতম অসিনা গঙ্গামকোবা সহরগী মনাক্তা সমুদ্র মপান্দা মহাভারতনা হায়রিবা মণিপুর কৌবা লৈপাক অসি লৈবমই। অস্মুম্না প্রমাণ তৌনৈ, মাংবু ঐখোইনা থাগৎশেংবনি অস্মুম্না লৌবা ভমদে, মরমদি—অর্জুননা লাকপা লম্বেলদা মহানদী, গয়া, অমসু গঙ্গা লানথোকলক্তুনা নোংপোকতা লাকই। গাঙ্গাম চৎকদবনা নোংপোকলোমদা লাকপগী কারবা কয়িনো? হরিদ্বারদগী নোংপোক ওন্না লাকপনা মখারোমদা গঙ্গামদা থুংফম লৈতে, মরমদি ঙমদন অনিসি হরিদ্বারগী দক্ষিণোত্তরবৃত্তদদি এংলবদা অক্ষাংশ ১০ খেন্নবা লামদি। অতুগা পশ্চিমোত্তরবৃত্তদদি অংশ ০°৬ তা খেন্নৈ। অমসু

গঙ্গাগী নোংচুপ্তা মণিপুর লৈকম থোকই। থাঙ্গেশেংবদি মহাভারততা হাঙ্গৈরিবদি মণিপুরদি গঙ্গাগী নোংপোকনি হাঙ্গৈবা ভারতকী রাহৈ অহুনা ভাকই।

কনা ২ গুপ্তাসিংনা হাঙ্গৈবা অহু ঐথোংনা লৌহনা গঙ্গামগী মনাক্তা করিগুম্বা মফম অমবু মণিপুর কৌরমই, অমুম্বা লৌববদি মফম অহুবু ঐথোয়না উত্তর অক্ষাংশ ২০ নি, অহুগা কুরুক্ষেত্র, উজ্জয়িণী অমসু লঙ্কা ফাউবা চংপা লম্বি অমাগী নোংপোক্তা যোজন ৪০ রোম সুবদা লৈ হাঙ্গৈদবা য়ারোই। অহুগা অশ্বমেধ যজ্ঞগী সগোনগী মতুং ইন্দুনা চংপা অর্জুননা সিন্ধু লৈপাক্কগী মণিপুরদা চংলি অমুম্বা মহাভারততা হঙ্গৈ। সিন্ধু লৈপাক্কি উত্তর অক্ষাংশ ২৫.৬ অহুগা রেখাদেশগী নোংচুপ্তা যোজন ১৮৬ তা লৈ অহুনদি মণিপুরগী মনাক্তা সিন্ধু লৈ হাঙ্গৈবদা করি আতা য়াদে। অহুবু মথোই অনি—সিন্ধুগা মণিপুরগা নকুবা থোক্লবদি, সিন্ধু হাঙ্গৈবসি নোংপোক্তা লৈবা অমবু মতম অহুদা সিন্ধু কৌরম্বা ভাই। মাহুগী প্রমাণদি, মহাভারতকি অশ্বমেধ পৰ্বনা হাঙ্গৈ মাহুদি— যুধিষ্ঠিরগী সগোন থারবদা অর্জুন সগোন ভাকপা ইনলি। অহানবদা, ত্রিগর্ত্তদা চংলি। অহুগী তুংদা প্রাগ্জ্যোতিষপুরদা চংলি।

"প্রাগ্জ্যোতিষমথাভ্যেত্য ব্যচরৎ সুহরোত্তমঃ।
ভগদত্তাত্মজ স্তত্র নির্যয়ৌ রণকর্কপঃ।" ভা, আ ৭৫। ১

ভগদত্তনা পালম্বা প্রাগ্জ্যোতিষপুরদি কামরূপনি, হুজিক মহাকপু গৌহাটি হাঙ্গৈরবা থংনরি। মাসিদি প্রসিদ্ধনি, অহুনা সিন্ধুগী গৌহাটিদা চংলি, হাঙ্গৈরবদি সিন্ধু অহু হুজিক থংকরিবা অসিনি

হাঈরবদি যুক্তিদা করি অমত্তা চাদরে। অদুনা নোংপোক্কা লৈবা সিন্ধু অমা লৈরম্বা তাই, মাহুগী অথোইবা প্রমাণদি.—

"সৈন্ধবৈরভবদ্ যুদ্ধং ততস্তস্য কীরিটিনঃ।

হতশেষৈ মহারাজ হতানাঞ্চ সুতৈরপি॥" ভা, অ ৭৭। ১

মাসুম্না প্রাগ্ জ্যোতিষগী মথংদা সিন্ধু য়োরে। অদুগী মথম অদুদগী

ক্রমেণ সহয়স্ত্বেবং বিচরন্ পুরুষর্ষভ।

মণিপুরপতে র্দেশমুপায়াৎ সহপাণ্ডবঃ॥ ভা, অ ৭৮। ৪৯

মথং মথং লাকতুনা মণিপুর য়োই, অসুম্না মহাভারতনা হাঈ। অদুনা নোংপোক্কা লৈ হাঈনা ফাউরিবা অসিনা চপনবনিনা সিন্ধু অসি নোংপোক্কা লৈবা করিগুম্বা মফম অমগী মমিং'ন। মাহু নত্তনা অহানবদা গৌহাটি, মথংদা হায়দ্রাবাদ, অদুগা গপ্পাম চংলি হাঈরবদি য়াম্না চান্নদবা মরম্না সাংগুস্য ওইবা য়াদে।

মৈতৈসিংনা পেইরকপা মতমদদি, ভারতবর্ষ অসি ভারতবর্ষ হংসুম্না য়াম্না ফাউরমদবা তাই, মথোইনা চংলকপা মতমদাসু মহাভারতনা লম অসিবু মণিপুর কোবা অসি মতম অদুদদি থোনদরি। মাহুগী লেংদবা প্রমাণদি মহাভারত ইবা মতমদা উত্তরায়ণগী হৌকমনা শ্রবণা কোবা থৌরানমচাকতা ওইরমই, অদুগা মৈতৈনা মণিপুর য়োবা মতমদদি উত্তরায়ণ হৌকমনা শ্রবিষ্ঠাদা ওইরমই, মতম অদুদা খোংচোংঙুগী অসি বিষুববৃত্তদগী খজিক্কা অরাংলোমগা চথোকই, মাসিগী মরমদা ব্রাহ্মণভাগতা বেদসাহিত্যনা য়াম্না নিংথিনা সঙ্গোক্না তাকলি পাঠকশংগী মুংঙাইনবগীদমক মতাং অসিদা মৈতৈনা মণিপুরদা পোইরকপগী মরমদা শতপথ ব্রাহ্মণগী আখ্যায়িকা অমা অহুবাদগা লোইননা লৌথক্লে।

ঘৃতাচ্যেতি। বিদেঘো হ মাথবোঽগ্নিং বৈশ্বানরং মুখে বভার। তস্য গোতমো রাহুগণ ঋষিঃ পুরোহিত আস। তস্মৈ হ স্মামন্ত্র্যমাণো ন প্রতিশৃণোতি—নেন্মেঽগ্নি বৈশ্বানরো মুখান্নিষ্পদ্যাতা ইতি। ১০

তমৃগ্ভির্হ্বয়িতুং দধ্রে বীতিহোত্রং ত্বা কবে দ্যুমন্তং সমিধীমহি। অগ্নে বৃহন্তমধ্বরে বিদেঘ ইতি। ১১

স ন প্রতিশুশ্রাব। উদগ্নে শুচয়স্তব শুক্রা ভ্রাজন্ত ঈরতে। তব জ্যোতীংষ্যর্চয়ো বিদেঘা ইতি। ১২

স হ নৈব প্রতিশুশ্রাব তং ত্বা ঘৃতস্নবীমহ ইত্যেবাভিব্যাহরদথাস্য ঘৃতকীর্তাবেবাগ্নির্বৈশ্বানরো মুখাদুজ্জজ্বাল তং ন শশাক ধারয়িতুং। সোঽস্য মুখান্নিষ্পেদে। স ইমাং পৃথিবীং প্রাপাদঃ। ১৩

তর্হি বিদেঘো মাথব আস সরস্বত্যাম্। স তত এব প্রাঙ্ দহন্নভীয়ায়েমাং পৃথিবীম্। তং গোতমশ্চ রাহুগণো বিদেঘশ্চ মাথবঃ পশ্চাদ্দহন্তমন্বীয়তুঃ স ইমাঃ সর্বা নদীরতিদদাহ। সদানীরেত্যুত্তরাদ্ গিরের্নির্ধাবতি। তাং হৈব নাতিদদাহ। তাং হ স্ম তাং পুরা ব্রাহ্মণা ন তরন্ত্যনতিদগ্ধাগ্নিনা বৈশ্বানরেণেতি। ১৪

তত এতর্হি প্রাচীনং বহবো ব্রাহ্মণাঃ। তদ্ধাক্ষেত্রতরমিবাস। স্রাবিতরমিবাস্বদিতমগ্নিনা বৈশ্বানরেণেতি। ১৫

তদু হৈতর্হি ক্ষেত্রতরমিব। ব্রাহ্মণা উ হি নূনমেনদ্যজ্ঞৈরসিষ্বদন্। সাপি জঘন্যে নৈদাঘে সমিবৈব কোপয়তি তাবৎ, শীতানতিদগ্ধা হ্যগ্নিনা বৈশ্বানরেণ। ১৬

স হোবাচ বিদেঘো মাথবঃ—ক্বাহং ভবানীতি। অত এব তে প্রাচীনং ভুবনমিতি হোবাচ। সৈষাপ্যেতর্হি কোসলবিদেহানাং মর্য্যাদা। তে হি মাথবাঃ। ১৭

অথ হোবাচ গোতমঃ রাহুগণঃ কথন্নু ন আমন্ত্র্য মানো ন প্রত্য শ্রৌষীরিতি। সহোবাচ—অগ্নিম্মে বৈশ্বানরো মুখহভূৎ, সনেন্মে মুখান্নিষ্পদ্যাতৈ. তস্মাত্তে ন প্রত্য শ্রৌষমিতি। ১৮

তদুকথমভূদিতি। যত্রৈবত্বং "ঘৃতস্রবীমহে" ইত্যভিব্যাহর্ষীঃ, তদেবমে ঘৃতকীর্ত্তাবগ্নি বৈশ্বানরো মুখাদুদজ্বালাৎ তন্নাশকং ধারয়িতুম্, সমে মুখান্নিরপাদীতি। ১৯

স যৎসা মিধেনীষু ঘৃতবৎ সামিধেনমেব তৎ। সমেবৈনং তেনেদ্ধে, বীর্য্যমেবাস্মিন্ দধাতি। ২০। তত্তু ঘৃতাচ্যোতি॥

হায়রিবা ঋক্‌সিং অসি শুক্লযজুর্বেদীয় মাধ্যান্দিনী শাখাগী শতপঠ ব্রাহ্মণগী রারিনি। মাসিদা হায়রিবা অসিদি

"প্রবো রাজা অভিত্তবঃ। হবিষ্মন্তো ঘৃতাচ্যা।
দেবান্ জিগাতি সুম্নয়ুঃ॥"

মন্ত্র অসিদা য়াউরিবা "ঘৃতা চ্যা" হায়বা অসিগী মরমদা থোকখিবা ঐতিহাসিক প্রসঙ্গ অমা ঋক্‌সিং অসিনা পুথোকখনি, মথোই অদুগী মথং মথং কাইদনা মৈতৈরোন্দা অর্থ হন্দোকতুনা এংসি—

১০। মহাক্না (মন্ত্র অদুদা) ঘৃতাচ্যা (হায়বা মন্ত্রগী বাক্যাংশবু উচ্চারণ তৌই)। বিদেঘ (১) মাথব (২) না বৈশ্বানর অগ্নিবু (মৈবু) মচিন্দা পুখি। রাহুগণ (রাহুগী মচা) গোতম ঋষিনা মাগী পুরোহিত ওইখি। বৈশ্বানর-অগ্নিনা চিন্দগী তাখিগনি হায়দুনা, মাসুনা কিদুনা মানা (পুরোহিতনা) কৌদুনাসু মাদুগী পাউখুম পিখিদে।

(১) "বিদেঘ" হায়বসি শতপঠগী অতোপ্পা মফম ২দা "বিদেহ অদুম্না হাই (১, ৪, ১৭: ১৪. ৬. ১১, ৬; ৭, ২. ৩) হগী মফমদা ঘ ওইনা হাইবনি, অদুনা বিদেঘ—বিদেহ হাইব নি। (২) Weber অমসু সামশ্রমীনা "মাথব" পাঠ, সায়ণনা "মাধব" হাই।

১১। মহাকনা (গোতম ঋষিনা) ঋক মন্ত্র ময়ামনা মহাকপু (বিদেঘ—মাথবপু) কৌরকই—"হে মেধাবিন্ (হে-কবি) অগ্নিনা, মহাকপু হোম তৌরগা চাউখংলি (অশারোমদা হাঙ্গৈগা মানা হোম তৌফমদা লাইসিংবু কৌই) অতুগুম্বা ভানলবা, অথোইবা মহাকপু ঐখোইনা যজ্ঞদা চাকতুনা ভানহনলি (৩)। বিদেঘ! (৪)

১২। মহাকনা (বিদেঘনা) খুমদে। (গোতম ঋষিনা হাঙ্গৈ)—হে অগ্নি (মৈ।) নঙ্গী ভানলবা, শেংলবা মভান ময়াম হৌরে, নঙ্গী মৈরি অমস্থ মভান ময়াম হৌগংলে (৫)। বিদেঘ অ অ!

১৩। মানা (বিদেঘ—মাথবনা) খুমদরে। (ঋষিনা হাঙ্গৈ) হে ঘৃতক্ষরণ শালিন্ (ঘী সিরথবনা তিনবা।) ঐখোইনা অতুগুম্বা নংবু হাইজরি। (৬) মানা মাসিতা হাঙ্গৈবদা অমস্থ মাসিগী মমুংদা য়াউরিবা "ঘৃত" শব্দ অসি হাঙ্গৈবতদা বৈশ্বানর—অগ্নি (মৈ) না (নিংথৌ বিদেঘ—মাথবকা) মচিন্দগী চাকখংখরে। মানা মাতুবু পুবা ভমদরে। মাতুনা (মৈনা) মাগী মচিন্দগী থোরকতুনা লৈপাক্তা তাখরে।

১৪। বিদেঘ মাথবনা মতম অতুদা সরস্বতীদা (সরস্বতী তুরেনগী মপান্দা) লৈরম্লই (৭)। অতুগুম্বা (মৈনা) মকম অতুদগী

(৩) মাসি বা, স, ২, ৪, ১, অমস্থ ঋ, স ৫, ২৬, ৩। (৪) ঋকসিং অসিনা বিদেঘগী মচিনদা লৈবা মৈবু তেংথাবনি, অদুগা থাগৈশেংবদনা বিদেঘবু কৌই, অতুনা অরোইবদা "বিদেঘ"! হাঙ্গৈনা তারবনি—সায়ণা
(৫) তৈ, স, ১৩, ১৪, ২৮; ঋ, স, ৮, ৪৪, ১৬; (৬) ঋ, স, ৫, ২৬, ২। (৭) সায়ণনা হাঙ্গৈবদি "মতম অতুদা মৈচাক 'থাংনবা সরস্বতী

মমাই নোংপোক ওন্দুনা লৈপাকলৈমা অসিবু চাকতুনা চংখরে। মখোয়মা রাহুগণ গোতম অমসু বিদেঘ-মাথবনা অতুগুম্বা চাকলিবা মৈ অতুগী মতুংইন্দুনা চংখি। অদুগুম্বা ( মৈনা ) অসিগুম্বা তুরেন পুম্নমক্পু চাকতুনা কাংহল্লে (৮) তৌইগুমসু সদানীরা (৯) (মমিং অসি কৌবী তুরেন ) মহাক্কি অরাংথংবা চিংদেগী চেল্লকপী মহাক্কদি চাকথোক্কপা ঙমদে। "বৈশ্বানর-অগ্নিনা ( মৈনা ) মাসিবু চাক্কে" মাসি নিংহুনা ব্রাহ্মণসিংনা মমাংদৈদা অতুগুম্বী ( তুরেন ) গী রাংমা লান্দে।

১৪। অদুগীতুংদা হুজিক্কি ( মহাক্কী ) নোংপোক্তা ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈরে। ( মতম অদুদদি ) মফম অদু লৈফম ওইবা য়াম্না মতিক চারমদে অমসু ঈসিং য়াম্না লৈরনই, মরমদি, বৈশানর-অগ্নিনা ( মৈনা ) মহাক্কী মহাও লৌদে।

১৫। তৌইংদসু হুজিক্কি মাহু য়াম্না লৈবা য়ারে; মরমদি ব্রাহ্মণসিংনা সোইদনা যজ্ঞ তৌদুনা মৈবু মহাক্কী মহাও লৌহল্লে। অদুগুম্বা ( তুরেনদা ) কালেনগী থমথেংনা ওসাংলবা মক্তদাসু অদুগুম্বা মচিন্ন ঈংলমই; মাহু বৈশানর অগ্নি ( মৈ ) না চাক্কে অদুনা মাহুপ ঈংলনি।

---

তুরেন্দা লুপ্তুনা লৈরমই, অদুম্না হাঈ। (৮) মাসি "তুরেন মমাংদু চাক্কুনা ২ হাঈবসি তুরেনসিং অদু লান্দুনা চাক্কুনা চংখি" অসুম্না অর্থ তৌগনি; মূল অনুবাদদি সায়ণগী মতনি। (৯) সদানীরা কৌবী তুরেন অসিদি সায়ণনা "করতোয়া" নি হাঈ, অমরনাসু হাঈ মাহুদি —১, ১০, ৩৩।

১৭। (মন্ত্রম অতুদা) বিদেঘ মাথবনা হাঙ্গৎখিরমই, "ঐ কদাইদা লৈগনি?" মানা (অগ্নি—মৈনা) খুমই—মাসিদগী (তুরেন অসিদগী) নোংপোক্তা নংগী (লৈনবা) লৈপাক ওইগ ন। অতুগুম্বী (সদাণীনা তুরেন—করতোয়া) তুরেননা কোসল অমস্তু বিদেহ লৈপাক্কী অরোইবা ওনথৈ ওইরমই, অমস্তু মাখোই অতু মাথরসিং (অস্তুম্না ফাউরমই)।

১৮। অতুগীতুংদা রাহুগণ-গোতমনা (নিংথৌদা) হংই,— "নংনা কৌরবামক্তদা ঐখোইদা খুমদে, করিননো?" মানা খুমই,—(মতম অতুদা) ঐগী চিন্দা বৈশ্বানর—অগ্নি (মৈ) লৈ, মানা ঐগী চিন্দগী থোকখিগ ন,—মাসি কীতুনা ঐনা খুমদবনি।

১৯। তৌইগুমস্তু মাতু কমদোথরে? "নংনা মতম অতুদা" হে ঘৃত ক্ষরণ শালিন্—হে ঘী মচিচেনবনা তিনবা! ঐখোইনা (নংবু) হাঙ্গজরি!"—মাসি হাঙ্গবদা মতম অতুদা ঘৃত (শব্দ অসি) হাঙ্গবদা বৈশ্বানর—অগ্নিনা চিন্দগী চাকথংখি, ঐনা মাতু পুবা ঙম-খিদে; মানা ঐগী চিন্দগী থোকখি, অতুগা ঊাখি।

২০। সামিধেণী মন্ত্রমদা ঘৃতশব্দ য়াউবা পদ লৈবা, মাতুনা মহাক্কী (মৈগী) চাকথংনবনি, মানা মাতুনা মরম ওইতুনা মাসিবু (মৈবু) চাকহনলি অমস্তু মাতুনা মহাক্কী বীর্য্য পী।

২১। (মানা) মরম অতুদগী (মন্ত্র অতুদা) ঘৃতগা তিন্নরবা (শ্রাকনা)—(ঘৃতপদ অসি উচ্চারণ তৌই)।

ঐখোইনা লৌথংচরিবা শতপঠগী য়ারি অসি পাঠকসিংনা য়াম্না পুকনিং চংনা পাবিগনি। Prof. Weber নচিংবা পাশ্চত্য পণ্ডিত-

সিংনা মাসিগী রা লৌহুনা অহুমান তৌখি, মাহুদি—আর্য্য সংনা ভারতত্তা লাকপা অসি অহুম্নকনি। অহানবদা তারকপা আর্য্য-সিংনা পঞ্চনদ প্রবেশ ফাউবত্তা চংশিনলি। অহুগীতুংদা সরস্বতী তুরেন মপান্দগী ( ১৪ শ কণ্ডিকা ) মাথরনা অমম্ব মাগী পুরোহিত গোতমগী মথাদা লৈহুনা সদানীরা তুরেন হাঙ্গবদি অরাংচিংনগী—হিমালয়দগী চেল্লকপী করতোয়া কৌবী তুরেনগী মপান ফাউবা চং-সিনলি। ( মফম অসি হুজিক্তি বগুড়াকৌবা জেল অসি সদাণা-রাগী মথক্তা লৈবনি ) অহুনা আর্য্যসিংনা থুন্দাবগী অনিস্নুবদা মাসিনা ওমথৈ ওইরমই। মাস্নুমা লাকপনা অকোনবগী অহুমস্নুবদা মফম অসিদগী নোংপোক্তা চৎথি।

অমম্ব অনিরকস্নুবদা য়ৌরম্বা ওমথৈ করতে'য়া তুরেন মপান অসি ফাউবনা বিদেহ লৈপাক্তী নোংপোকথংবা ওমথৈনি। মতম অহুদা কোসল অমম্ব বিদেহ লৈপাক অনি অসি নিংথৌ অমত্তগী মথাদা লৈরম্বা তাই। নিংথৌ অহু মাথব কৌবা অসিনি, অহুনা তারিবা মফম মাথব কৌরমই।

অনিস্নুবা মফম অহুবগী নোংপোক্তা অহুমক স্নুবদা চৎনা লৈথি হাঙ্গবা অসিদি হুজিক মফম অহুবু করি কৌবগে হাঙ্গবদা ইরাই লাইনা থংলে, মণিপুর হাঙ্গরগা হুজিক থংনরিবা লৈপাক অসিনি মাহুগী সাক্ষ্যসিং অহ ঐথোইনা মতাং অসিদা ইৎনিংই, মাহুদি—

(১) বিদেঘ-মাথরনা মৈদা ঐগী লৈফম কদাইদনো হংই হাঙ্গবা মফম অহুগী উত্তর অক্ষাংশ ২৪°৫১´ নি, অহুগা ভারতীয় মধ্যরেখাদগী পুর্ব্বদা যোজন ১২০ দা লৈ। অহুগা মণিপুরনা

হাঙ্গৈরিবা মকম অসিগী চপচাবা নোংপোক্তা উত্তর অক্ষাংশ ২৪°৫১´ দা লৈ। মাখোই অনিগী মপাদা নোংচুপ্পুগী নোংপোক্তা ওয়াবদা যোজন ৬০ ভনি। মমম অসিনা সদানীরাগী নোংপোক্তা নগী লৈকম ওইগ্র হাঙ্গৈরবদি মণিপুর নত্তনা অতৈ অমা লৈতে।

(২) মতম অহুদা ( মণিপুরদা লাক্তরিঙৈদা ) অসিগুবা মকমদা লৈরিঙৈদা মাখোইগী লৈকম অহুদগী মথাথংবদা লৈবা লমদমসিং অহুবু, মাখোইনা মণিপুরদা লৈররবা ফাউবা অহুমক মথাথংবা লৈপাক অমুমক কৌরে, মাহুদি—মৈতৈসিংনা আগোরতোংলানা· চিংবা লমশাং অহুবু থাইনা মাখোইনা সদানীরা মপান্দা লৈরিঙৈদা "দক্ষিণ" কৌরম্বনা হুজিক ফাউবা "তক্ষেন" কৌরিবা অসিনি।

(৩) বিদেহ লৈপাক্তা পানবা মাথর নিংথৌ অসিবু লৌকিক ভাষাদা "মিথি" কৌই। মহাক্তা মমিং "মিথি" হাঙ্গৈবসিবু বিষ্ণু· পুরাণকারনা নিরুক্তি তৌরমই, মাহুদি—"অপুত্রস্য তস্যনিমেহ্ ভুজঃ শরীরমরাজকভীরবস্তে মুনয়ঃ অরন্যাং মমন্থুঃ। তত্র চ কুমারো জজ্ঞে। জননাজ্জনকসংজ্ঞাকাসাববাপ। অভুদ্বিদেহোঽস্য পিতেতি-বৈদেহঃ। মথনান্মিথিরভূৎ। ইতি বিষ্ণু ৪।৫।

অর্থাৎ মচাপোক্তবা নিমিকৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মানা শীরবদা লৈপাক ভাক্লবা নিংথৌ লৈত্রহুনা কিরবা মুনিসিংনা অর-ণিদা ( মৈবাদা ) অসিবা নিংথৌগী মশাবু মৈথি। মাহুদা নিপা ১ পোকথি মাহুমা পোকই হাঙ্গৈহুনা মাবু "জনক" কৌই। মাগী মপাদি মশা লৈতে বিদেহনি হাঙ্গৈহুনা মচা অহুবু "বৈদেহ"সু কৌই। মথন—মৈবদগী পোকই হাঙ্গৈহুনা "মিথি" কৌই অসিনি।

এরেখোইনা পুরাণসিংদগী খংই, অতপথনা মাথরকোবা নিংথৌনা লোমলাক্না কোজুংবু "মখিদা" কৌই। অতুগা নিংথৌ অসিগী খারাদা অমত্তুং মাগী লৈপাকতা পাম্নবা নিংথৌসিং অতুবু "জনক" হায়বা উপাধি অসি কৌখি। অতুগা বেদনা "মাথর" হায়বসি মিং অসিনা লৈপাক্কী মমিংম্ম ওইবা অতুগা শ লৈগী মিংম্ম ওইনা হায়বা অতুদা চংনবিদা "মৈথি"—"মৈথিল" অসিন'চিংবা উপাধি নত্রগা জাতির নাম অমত্ত্ব ওইখি। মরম অতুনা সদানীরা মপান্দগী মৈগী য়াখংনা নোপোক্ত খুন খোক্রকপদা মাখোইগী জাতিবু "মিথি—Mithi" কৌরকই, অতুনা মণিপুরদা লৈরবা মতমদা মাখোইগী জাতিগী মিং অতুবু মতমগী পাংমন্না সাংনা হায়খিতুনা "Mithi—মৈতৈ" হায়খি *

(৪) মণিপুরদা লাকপা নিংথৌ অতুবু মৈতৈপুরাণসিংনা হায়-বদি 'পুরৈরোম্বা" কৌই। মরমদি পুরৈরোম্বা হায়বা অসিগী ব্যুৎপত্তি তৌরবদা মৈতৈরোন্দা "পুবা—অতুনা য়াউাংবা য়াদতুনা মরৈরোম্বা—মা ডাংদবা" হায়বনি। মাত্তদি নিংথৌ অসিনা মচিন্দা চিক্তুনা পোং অমা ( মৈ ) পুই, লাইসিনা হায়বদি ব্রহ্মণনা হংবদা খুমদে হায়তুনা মাবু পুরৈরোম্বা কৌনখি, হায়বনি। অতুনা মরেকনা তারে, বেদগী রারী অসিগী খোক্তখিবা থৌদোক অতুগী মতুংইন্না মণিপুরদা মাগী মমিং অসি কৌখিবনি।

(৫) মৈ হায়বসি ঈডাংপা হৌদোকপা অমত্ত্ব ঈডাংনবা মৈ পুতুনা লাকপা কা'বু অসিব মৈতৈগী পুরাণনা "পাইরৈজোমবা

* মিথি—Mithi মাসিবু লং ওইনা হায়রগা "মাইথাই" মাহুবু হিন্দী উচ্চারণদা মৈথৈ—মৈটৈ—মৈতৈ।

খুনথোক্লকপা" কৌই মাহুদা হাইরিবা "পোইরৈতোন" হাইবনি 'পুরোহিত' হাইবনি, মাহুদি রাজুগী মচা গোত্রগী থারা মাথক নত্রগা মিথি শাগেগী পুরোহিত ব্রাহ্মণবু হাইবনি। মাখোইনা মৈ ঈড়াংহুনা মৈ পুখোল্লকপা মতম অসিবু "তৈগী পুরাণনা কাউ-থিদে। মাহুদা হাই, লৈপাক অসিদা লৈরম্বা মীসিংদি চাকথোং-হুনা। চ'দে, উরাদা চাক পাল্লমই, ফীশাহুনা শেন্তে, তুরেন্দা ফিরোন তাউথরমই। মযুম মকৈ শারমদে, চিংগী, মন্থুং অমসু উরুংঙাম্লুংদা নোং সুংস্নুং চংদবা য়ুম লাইনা শাবা লৈরমই। পোইরৈতোন্না মৈ পুরকৈতদগীদি—চাবসু মৈদা থোংহুনা চারে, ফিরোন খুংসু খুংলাইনা সারে, খুংনা য়ুমকৈশাহুনা লৈখি- অসিগুম্বা অরাবা থবক সিংপা অসি হৌখি হাই। অহুনা পোইরৈতোননা খুনথোকপদা য়োল্লম্বা মৈ অহু হুজিক কাউবা মুংপা য়াদে হাইহুনা য়োকলি। মৈ অহুদা ইন্দ্রবু তোম তৌরম্বগী, ইন্দ্রগী খুবম য়াবরি। মৈসিং অহু অতৈদি মতমগী পাঙ্গলনা মুংখ্রবদা নোংপোক্তা নোংমাইজিং চিংদদি হুজিক কাউবা "ঐন্দ্র" কৌবা সোরারেন্দগী মনাইসিংনা য়োকলি।

(৬) মণিপুরদা লাকপা মৈথিসিংনা মাখোইগী পাঙ্গন পীবা মপু লাইদি মিত্রনি নিংখি, মাহুবু সুমিৎতা অমসু মৈদা ঈডাংলি, মাহুগী মনাইনি হাইনা নিংহুনা মাখোইবুনা মিত্রগী মনাই "মৈত্রেং" ঈড়াংনফম অগ্নি অমসু সূর্য্যবু মিত্রগী প্রতিকনি নিংবনা অগ্নিবু "মৈ" সূর্য্যবু "নিং—সুমিৎ" কৌই। অহুনা মৈতৈপুরাণনা মৈবু খুরুম্বদা হাইরমই "মৈত্রেং অরাবমা য়োইমাই মহুৎ সিন্নবৈ"।

(৭) মাখোই অনিমু হারা লৈরবা কাংবুনা কোরা লাকপনি

হাঈদুনা 'পোইরৈ' কৌই, অদুনা মরম নত্তনা মীশী লমদা লাক্‌পনি হাঈবা খংনবা "পোইরৈ মৈতৈ" কৌরমই।

(৮) মাখোইনা মণিপুর য়োরগা নোংপোক্তা থুন শম্লোকপা লেপখিদে, মাসিদগী কাংবু থরা মচিং মচিং ওইবা নোংপোক্তা চংলি। ঐখোইনা অনুমান তৌই, শ্যাম লৈপাক্কী "খৈ" জাতিসিং অদু মাসে'মদগী থাইখিবনি।

(৯) অদুগা মাখোইনা হাল্লা লৈরম্বা লমদন মিথিলারোমদা কনা ২ গুম্বাসিংনা হনদুনা ঈপাউ খংলুবাম্নু য়াউই, অদুগা মাসিদা লৈরগা সিংখবা মাসিংমু মাদোমদা তিনলি অমসু সিরপাম্নু মাদোমদা চংলি অমুম্না থাজখি। মরম অমসনা মৈতৈশু শিরগা চংনবা লম্বেনদি নোংচুপ্তা লৈ হাঈনা থাজরমই, মকম অদুবু মণিপুরগী থোঙাক কৌই। মতম অদুদা মুংসিরবা মচানাচিংবা সিরগা থাইনা মাখোইগী লৈফম অদোমদা চংলুবগী পাউান হাঈদুনা মুংসিরবা ঈশৈকয়ামুক লেংদুনা শরুরমই।

"হারেং ইঙেনথা কৌবদি" তাবুং শিং মিং শিংদবুংবা অমল থৈরে কুম্নবদা লৈমুং থোঙারেব অহনবনা নপল চিংখোং পোরৈতোম্না রারমপনি অমুক তাইবং হলরাই খিও হাঈনা লেংনা মৌনা হলরাইরকলে অদু নোংগী হরেং ইঙেন থা কৌএ" অসিনাচিংবনি।

(১০) মাখোইনা মৈনা মাখোইদা নংখোইদি নোংপোক্তা লৈয় হাঈনা পিরকপা বর অদুবু য়াম্না থাজখিবা মরম্না পুরৈরোম্বগী থারানি হাঈবাসিং অঙ্গী মরক্তা পুরৈরোম্বা নিংথৌগী সিংহাসন

ভাকপা প্রতিনিধি অহু লোংচুপ্তা মন্নমহোংবা তৌহৈদে হাইহুনা কিনৈ। নোংপোক্তা কাথংপা মথৈ য়াই।

(১১) মাখোইনা মিথিলারোমদগী লাকপা অসি খিলৌ খিলৌ য়ামই, মাহুগী অমাইবা খুদম অমদি পুরৈরোম্বনা মণিপুরদা মাগী খুকন পান্নবা, হৈসিংবদা হায়্যা লৈরম্বা মী পুম্নমক্কী মপু নিংথৌ ওইনা পাম্লে। মতুংদা কাইনখদো * নিপা অমা লাকই, মাদা হাইরৈ, ঐদি পুরৈলোম্বগীময়াম্বনি হাইহুনা নিপা অমা থোরকই। মানা হাইরৈ, ঐসা নিংথৌ ওইকম থোকই, ঐদি পুরৈলোম্বগী ময়াম্বনি, হাইরে। লৈপাকনা বিচার তৌরে। পুরৈলোম্বদি মচিন মনাক্ত লৈত্তে, হায়রগা ময়াম্বনি হাইবসি করিনো থন্নরে। পুরৈ-লোম্বনা হাইরে, মত্তে. নিপা অসি ইয়াম্বা মত্তে মিনমহুবা হাই-বনি খুঙই। পাত্র মন্ত্রীনা থন্নবদা লাইগী সামু য়াইসাদা থাজিননি, হাইহুনা অত্তাঙ্বা সামুদা থাজিনলি। নিপা অসিগী হৈসি বনা সামুগী মথক্তা তোংথংলে। লৈপাকনা নিপা অসি নিংথৌ ওই-কম থোকই। লৈপাকনা য়াননহুনা মাবু মণিপুরগী নিংথৌনি য়ানরে। পুরৈলোম্বমু তামথোক্তে নিংথৌ অমা ওইহুনা অহুমক লৈরমই। অকোনবা লাকপাসিবু মৈতৈপুরাথনা "চিংশোনবা" কৌই। মাগী থারাবু নোংমাইথেম কৌই। পুরৈলোম্বগী থারাবুনা "অন্তোমসু"

---

* পুরৈলোম্বা নিংথৌনা শাবরা অসি মাগী মফমদা সিনবা নিংথৌ অহুবমু পুরৈলোম্বা অহুমক কৌই, অহুনা হুজিক কাউবা তৌরি। মাসিনা থংবা ওমই, সদানীরা মপান্দগী মণিপুরদা লাকপা অহুমু অহানব সরস্বতী তুরেন মপান্দগী লাকপা অহুগী থারা ওইবা তাই।

কৌই। ধারা অনি অসিনা ছজিক কাউধা পুরৈলোম্বগী অহানবা ফম্বা সিংহাসন অহুবু এথনা এংনমা ভাকলি। ধারা অনি অসিংমকপু মৈতৈগী মনুংচনবা জাতি ওইনা খ নৈ, হাঙৈবদি মৈতৈ হাঙৈংমগা ধারা অনি অসিস্থ মৈতৈগী মনুংচনবা ওইনা অহুনক খংনৈ। ধারা অনি অসি গোত্রদি তিম্নদে। মৈতৈ হাঙৈরগা খংনরিবা জাতিদি ধারা অনি অসি নত্তবা "নিংথোউজা" কৌবা কাংবু অমা লৈরি, মাথোই অহুগা ধারা অহুম অসিবু থাঙৈশেংবদা মৈতৈ M.thi কৌই। অহুম অসিদি মৈহৌরোনদদি মণা অমত্তনি, হাঙৈবদি সূর্য্যবংশ ভাক্তনি। অহুগা অহুম অসি তোঙান তোঙান খংনবা হাঙৈয়বদা পুরৈলোম্বগী ধাবা, ২ নোংমাইনিংথো চিংশোনবগী ধারা অমস্থ ও পাথংবগী ধারা অহুম্না অহুম থোকই। অহুম অসি মনৈদদি মৈতৈগী মহুংদা পাখংবগী ধারানা খুৎকনবা হেনগংলকতুনা চান্নবা মণিপুরগী সিংহাসনগী মপু ওইখি। হান্নগী পুরৈলোম্বগী ধারাবুদি মাথোইগী মথাদা লৈবা অমা ওইনা থমই। পোইবৈ মৈতৈগী মথংদা খুমন কৌবা কাংবুগী খুকন পাঙনবা অমস্থ মথোইনা মণিপুরবু নৈবা য়ান্না নিংথনা ফংই। মাথোই অসি থাঙৈশেংবদা মৈতৈ ওইগনি, মরমদি মাথোই অসিনা লাকপা অসি মৈতৈগী হৌরকফম অহুদগীনি, মরম অহুনা খুন অমনবা হান্না লৈরম্বদগী লাকপনি হাঙৈতুনা খুমন কৌবনি, অহুনা মাথোইগী বিশেষণদা নোংয়াই কৌই। নোংয়াই হাঙৈবদি মথক্তাস্থ হাঙৈথরে অহিং—নোংচুপ হাঙৈবনি, মাসিনা থেংনা—থিম্না লাকপবুস্থ খংনৈ। থাঙৈশেংবদা মৈতৈগা খুমনগদি পুদি তিম্নদে *।

---

* খুমনদি পঞ্চালদেশগী নিংথৌগী ধারান, অহুনা মাথোইদি মৌদ্গল্য গোত্রনি।

সরস্বতী তুরেন মপান্দগী লাকপনা অনিশুবক্তা সদানীরাগী নোং-চুপথংবানা ওমথৈ ওইস্লিংউদা মফমসিং অদুবু বেদনা মাথব কৌরমই, লৌকিক ভাষাদা মাদুবু মিথি—মিথিল, অমসু বিদেহ কৌরমই। মৈনা তাক্কুনা সদানীরাগী নোংপোক্তা লাক্লবা মতম অদুদা মাখোইনা মণিপুরদা চংলকলবদা লম অদুবু হাঙ্গৈবাদ হুজিক মণিপুর হাঙ্গৈরগা খংনরিবা লম অসিবুদি মাথব-ত্রগা মিথি অমসু বিদেহ কৌরদরে তৌইগুম্বসু মাখোইগী জাতনা লৈবনি—কোন্না লৌসিন-বনি হাঙ্গৈবা খংনবা মিংনা কৌররে, মাদুদি—মিথিল'সংনা লৈবা লৈপাকনি হাঙ্গৈদুনা মৈতৈ লৈপাক কৌরে। মাখোইনা লাকপা মতমদা মণিপুর কৌরমদে, মাখোইনসু মণিপুর হাঙ্গৈনা খোল্লদে। অদুনা মৈতৈগী অরিবা রারি ইবা লাইরিকসিংদা মণিপুর হাঙ্গৈবা মিং অসি য়াউদে।

(১৩) কাংবু অসিগীদি যজ্ঞ তৌবাতনা অখোইবা ধর্ম্মনি। মৈবু ঈড়াংপা হুমিংপু ঈড়াংপা হাঙ্গৈবসি মাখোইগী লিংংখনি। মাখোইনা মৈ লৌবদি খানা মৈগী থরানমচাকী মনাক্তা লৈবা মতমদা মৈবা চিংদুনা মৈ লৌই, মাদুনা যাগ তৌরমই। মাখোইনা নোং-পোক্তা থুন সন্দোকপা মতমদা থরানমচাক সয়োম অমা উখি। সয়োম নাইনা খোকপা থরানমচাকসিংদগী মাদুনা ইথুাইদগী ইহেন হেনাল, অম্বমা খংখি। "এষা এব ভূয়িষ্টা" মাখোই অসিনা ইথুাইদগী সয়োম চাউবা হেল্লি, লংবাসু মাখোই অসিনা ইহেন হেনলি, অম্বমা হাঙ্গৈ। অদুগুম্বা থরানমচাকসিং অদুবু মতম অদুগী মীনা খংই, মাদুদি থরানমচাকসিং অসি নোংপোক্তা চপ হানা

থোকই, অদুগা মখা অমসু অরাংশোমদা চোংথোক্কে অদুগা থংবা তমখি, "এতাহৈবৈ প্রাচ্যেদিশোন চাবক্তে" মাথোই অসি নোংপোক্কী লানথোক্কে—চোংথোকতে অদুগা হাই। রাহৈ অসিগী অনগা অর্থদি অসিনি, মাহুদি লৈপাক লৈমাগী মখা অমসু অরাং অনি অসিগী লাগা চপমান্নবা মকমদা নোংপোক নোংচুপ লোমদা চৎপা লম্বি অমা লৈমাইদা চিংলবদি, মাহুমা ভাবনা সাবা লম্বি অদুবু বিষুববৃত্ত কৌই, হাইরিবা বিষুববৃত্ত অদুগী মপাদা কন্নিগুম্বা থরানমচাক অমা অতিয়াদা থোক্লবদি থরানমচাক অদু নোংপোকতা চপচানা থোকনি, অদুগা নোংচুপ্তা চপচানা তাগনি। মালা নোংপোকতা থোক্লগা মথং মথং লাকতুনা নোংচুপ্তা তাবা উবা অদুদা ময়াই চপচানা চৎকনি অর্থাৎ খা অমসু অরাংশোমদা চৎথোকলোই মরমদি বিষুববৃত্তগী মনাকতা লৈবা লৈপাক পুন্নমকাত নিংথম কালেন নাইদনা শুমিৎ থুদিংগী অহিং সুংথিল শাংবা চপ মাটৈ। অদুগা মাহু নত্তবা মকমদি কালেন ওইরকলে সুংথিন শাংবা হৌরে, নিংথম ওইরে অহিং শাংবা হৌরে অদুম্না শুমিৎ থুদিংগী অহিং সুংথিনগী অক্তেন অথাং মানদে, অসিগুম্না অহিং সুংথিন মান্নদবা লৈপাকতাসু বিষুববৃত্তগী মপাদা শুমিৎনা লৈরবদি অহিং সুংথিন শাংবা চপ মাটৈ। অসিগুম্বা মকম অসিদা ইথাইদগী মানা ময়োম চাউবা, মচু ভানবা লংবা ইহেন হেনবা থরানমচাক ময়োম অমা থোকই, মাগী থোককম অসিদা কবাগুম্বা অমস্তন্ন থোক্কে, অদুনা মাসিবু এংচুনা মাগী মপাদা থানা লৈবা মতমদা মক্তগী মৈ লোই, থরান-মচাক অসিবু আগ্নেয়—মৈগী থরানমচাক অদুম্না কৌরমই। অমসু মপাদা থানা লৈবা মতমদা লুহোং কৈহোংবা তৌনরমদে, মাদুদা

ভৌরবদি অমা অনা অমস্থু থাইনা ছেৎনবা মংই, অম্মুমনা কি-নরমই। মাকম অসি কাংবু অত্থুনা নোংপোক্তা খুন সন্দোকপা ধর্ম এনবা চংপা মতমদা ভৌথিবনি হাঙ্গৈবা মাধ্যান্দিন শাখাগী শতপথ ব্রাহ্মণগী শ্রুতিসিংনা য়ামনা নিংথিনা সন্দোকনা তোঙান তোঙানবা মতাংদা তাকই। অত্থুপা মতম অত্থুগী মীসিংনা "এতা-হবৈ প্রাচ্যৈাদিশোনচ্যবন্তে" অম্মুম হাঙ্গৈদুনা মৈগী থরানমচাকসিং অত্থুগী মতম অত্থুদা থোকপা মফম অত্থু নিংথিনা, য়ামনা শেংনা তাক্লমই। মাত্থুগী মতুংদা ওইহৌবা ঐথোইনা হৌরবা অত্থুগুম্বা মতম অত্থুবু হুজিক অঙকপা লৈঙনা থংবা ঙমই।

ঐথোইনা অত্থুতৈ মৈ পুত্থুনা নোংপোক্তা খুনসন্দোকখিবা কাংবু অত্থুনা চংখিবা মফম অমস্থু মাথোইনা থনম্বা থারাসিং অত্থু থিরকপদা হুজিক ফাউবা থোকহৌরিবা থরানমচাকসিং অসিনা থাউমৈ ওইনা পাইদুনা খোঙ্জুন লিরকপদা ইরাই লাইনা উবা ফংলে মাত্থুদি বৈজ্ঞানিক সম্মত ওইবা আপ্তবাক্য ওইবনা মতম অসিদা কনাগুম্বা মী অমত্তবুস্থু চিংনবা পোকহন্দরে।

অংগারোমদা হাঙ্গৈরবাদ মাসিমাস্থু সোইদনা তৌকম থোকই, মাত্থুদি নোংপোক্তা খুন সন্দোকখিবা কাংবু অসিনা খুন সন্দোক-প্রবা মতুংদা যোগী যাজ্ঞবল্ক্যনা য়ারি অসি ব্রাহ্মণ ভাগতা ইবনি। মাত্থু ইবা মতমদা মৈগী থরানমচাকসিং অসিনা বিষুববৃত্তগী মপাদা থোকই, মতম অত্থুদা মফম অত্থুদা থোক্তরবদ যোগী যাজ্ঞবল্ক্যনা কারিদৌগুংদস্থু মতম অত্থুদা ওইদবা থরানমচাক্কী মওং অত্থু হাঙ্গৈরোই। অত্থুনা থংবা ঙমই, মণিপুরদা মৈতৈনা চংলকপা মতম অসিদি মৈগী থরানমচাকনা বিষুববৃত্তদা লৈরিদ্রৈদা চলকপনি, হাঙ্গৈনা লৌরবদা

হেজনবা মতমদি ওইবা হৌমদে। মরমদি থোকখিবা থৌদোকশু লাইরিকতা ইবা হৌনবিনি।

অছুমস্তুবা মকমদা থুন্দারবা কাংবু অসিনা মাখোইগী অহানবা নিংথৌ বিদেহ-মাথুর কৌবা নিংথৌবু "পুরৈরোম্বা" কৌখি, মরমদি মৈতৈরেন্দো বিদেহ মাথুরকী মিং অসিনা অন্বর্থ নামনি। ( মাসিগী মরমদা মস্তুবা সাক্ষাদা হাঙ্গৈথরে ) অসিগুম্বা মাখোইনা হুমৎ চুম্বা মাগী খোকপা তাবা অমস্তু মাগী মনাকতা থম্বা লৈবা এংবা মৈগী থরানমচাক সম্বোমসিবু মৈতৈনা "এভা হবৈ প্রাট ) দশে নাংবাস্তু" হঙ্গৈবা শ্রুতগী অর্থ কৌহনা "খোংচোংস্তুগী" কৌই। মিংকম অসিনা মৈতৈরোনগী পেংইরৈ তারবদা অয়োম তারাগী অন্বর্থ নামনি। মাসিনা থবা ওমই, লৈপাক অসিদা মাখোইনা খুন সন্দোকলবা অসিনা মহাভারততগী ওনথোক্লা য়াম্না হন্না লৈ। মতম অহুদদ লম অসে মণিপুর কৌরমদারি। অমস্তু মাতুগী মমাংদা হুজিঙ্কী কালদা অনাজাতি হাঙ্গৈনরবা কাংবু অনওাড লম অসিদা চংলকলমদরি। মরমদি মহাভারতকী মতমদদি আগ্নেয়তারানা লিথু ববুত্তদা লৈতরে, অরানলোমদা চেংথোকলে। অহুনা মহাভারতকী মতমদ বেদব্যাসনা ইরমই "প্রতি শ্রবণ পূর্ব্ব নি নক্ষত্রানি চকার হ" হস্তুম্না হাঙ্গৈরমই।

ঐখোইনা য়াম্না নিংথিনা হাঙ্গৈবা ওই, মাহুলি মৈতৈনা থং-লম্বা অতিয়াগী বিদ্যাসিং অসিদি লৈপাক অসিদা পোকপা মীনা মকম অসিদা লৈহনা তানবা মহৈদগী থংবা নত্তে। মাখোইগী মপামপুনা থংলকপা অহুদগী লৌবনি, হাঙ্গৈবা মথক্তা ঐখোইনা

উৎপ্রবা অহুনি। মাখোইনা খংলম্বা মহৈসিং অসিনা ইরাইলাইনা তাকই, ভারতা গ্রীকসিংনা অনৌবা বিদ্যা তৌদোকলরবা মতুংদা খংবা আকাশগী বিদ্যাগী মনম অমত্তা অরিবা মৈতৈগী পুরাণদা লৈ-রমদে। মৈতৈনা ক্রান্তিবৃত্তগী মনাক্তা খোকপা থবানমচাকসিংবু মশকখংবা অমসু মখোইগী মমিং থোলম্বা অহু ঐখোইনা অরিবা পুরাণদগী মথং মথং খংহৌবদি মাসিনি—

১ খোংচোংলুপী, ২ অপকপা, ৩ সাচুঙতেলহৈপা, ৪ লিক্লা সাফাব, ৫ চিংচরোই, ৬ চুশেনলুপী, ৭ নিংথৌনাগা, ৮ নিংথৌ-তুরেন, ৯ নিংথৌশামু, ১০ শামুপীচা, ১১ উ.ফাংঙতু, ১২ মো-কাংশন্ক, ১৩ লুরাংশন্ক, ১৪ নালপশন্ক, ১৫ ওকপুরোই, ১৬ তাউ-হুইরেন, ১৭ তোংচেংলুপী, ১৮ থাগাই, ১৯ থাতোন, ২০ নিংথৌ মম্বু মমৌ, ২১ হারৈ-াএ, ২২ কোরৌহু, ২৩ থ'বা লৈতেং, ২৪ শিলপী লিনিং, ২৫ রায়া খুরো, ২৬ শজিক, ২৭ থবা, আরাই লৈবা, ২৯ মুকশন, ৩০ উম্বীরেণ অসিনাচিংবনি। ( মাসিগী ময়ুংদা ২৬ সজিক অমসু ২৭সু থাবা মাখোই অনি অসিগী মরমদা ঐখোইনা তশেং তশেংনা মশকা কোম্বনা মমিং হাঙবা ঙমদে, মরমদি —মূমশকৈশ অমসু ঈরাইবু অতিয়াদা নোংঙানলমদাইদা উরগা সজিক সুমিৎতারশদাইদা উরগা থাবা অসুম হাঙনৈ। অহুগা ঐবু তম্বি-রম্বদা ঐগী গুরুদেবনা মৈতৈনা অশ্বিনীবু সজিক অমসু ভরণীবুসু থাবা কৌই অহুনা সজিক অমসু থবাদি পোৎশক অনিগী মমিংনি হাঙনা তাকলমই. অহুগা প্রাচীন আলেখ্য পত্রদাসু মাহুমনা লৈ )।

বেদ সাহিত্যনা নোংপোক্তা লাকপা আর্য্যসিংগী রাশি অসি হাঙৈরি, অহুগা মতম অহুগী আকাশদা ওইবা থরানমচাকী লৈকমসু

উংলি, মাদুগা মৈতৈগী পুরাণনা হাঙৈবদা চপ মান্নব অহুমশি ময়েকনা তারে, বেদনা হাঙৈরিবা কাব অসিনা মণিপুরদা লৈরবনি হাঙৈবদা কন্নিস্ত চিংনকম অমা থোক্কুরে।

## বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা থরানমচাক সিজিন্নবা

'মুখংবে এতন্নক্ষত্রানাং যৎ কৃত্তিকা'। মুখংবা এতদৃতুনাং যদ্বসন্তঃ। দেবগৃহা বৈ নক্ষত্রানি। কৃত্তিকাঃ প্রথমং বিশাখে উত্তমং। তানি দেবনক্ষত্রানি। অনুরাধা প্রথমম্ অপভরণীরুত্তমং। তানি যমনক্ষত্রানি.................. ..। তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত। এতা হবৈ প্রাচ্যৈ দিশো ন চ্যবন্তে। সর্ব্বানি হবা নক্ষত্রানি প্রাচ্যৈ দিশশ্চ্যবন্তে"

মাসিগী ভাবার্থদি অসিনি—থরানমচাকসিংগী মরক্তা খোংচোংমুপী হাঙৈবী অসিনা মচিননি। ঋতুসিংগী মচিননা বসন্তনি। থরানমচাক পুন্নমক অসি লাইগী য়ুম ভাক্কনি। খোংচোংমুপীনা অহানবনি। নাল্পা শক্কনা অখোইবীনি। মাখোই অসি লাইগী থরানমচাক ভাক্কনি। ওকপুরোইনা অহানবনি, থবা নত্তবনা অখোইবীনি। মাখোই অসিনা যমগী থরামমচাকনি। ................ ..। মরম অমুদগী খোংচোংমুপীদা (থানা লৈরৈতা) মৈ হৌগনি। খোংচোংমুপী সয়োম অসি নোংপোক্কী চোংখোকতে। অতৈ পুন্নমকতি নোংপোকতগী চোংখোকপা ভাক্কনি।

মথকতা হাঙৈরিবা থরানমচাকী মরম অসি থবক ভৌবগী মরমদা হাঙৈবনি। অদুগা থরানমচাকসিং অসিবু মসিংথিবা মতমদদি খোংচোংমুপীদগী হৌদুনা মসিং থিনদে, মাদুদি মাদুগী মরমদা পর্দনা হঙৈরমই—

"তেষাং সর্বেষাং নক্ষত্রাণাং কর্মসু কৃত্তিকাঃ প্রথমম্ আচক্ষতে। শ্রবিষ্ঠাতু সংখ্যয়া।"

অর্থ।— থরানমচাকসিংগী মরকতা খোংচোংশুপী হাঙ্গৈবীনা থবক তৌবগী মরমদা অহানবা মকোকনি, অদুগা শ্রবীষ্ঠা কৌবীনা চুরুগী মসিং খিবদনা মকোক অহানবনি। মাসুম্না হাঙ্গৈক্রিকা শ্রবিষ্ঠা হাঙ্গৈবা অসি সুপ-গী থরানমচাক সয়োম অমাগী মমিংনি, মাদুদি— খোংচো সুপী মরুম সয়োম চাউজ্রগস্থ থরানমচাক মরি। মাগী মখা ভই, মাগী মশক থাবদা বেদনা হাঙ্গৈ—

"চতস্রো দেবীরজরাঃ শ্রবিষ্ঠাঃ" (তৈঃ ব্রাঃ ৩।১।২)

রাহৈ অসিনা শ্রবিষ্ঠা হাঙ্গৈবীসি থরানমচাক মরিনি হাঙ্গৈবা থাই. মাখোই মরি অসিবু গ্রীক্‌সিংনা অ, ব, ক, ড, ময়েক মরি অসি কৌই অদুনা অসুবা হিংদা "অলফা, বীটা, গামা, অমসু ডেল্টা" অসুম্না কৌই। মাসিগী অহানবা অাসফা হাঙ্গৈবী অসিবু মৈত্তৈনা "হারৈ মাএ" কৌই। হারৈ মাই ওনফমনি হাঙ্গৈবদি মাইকৈ ওনফমনি হাঙ্গৈদুনা থরানমচাক অসিবু মৈত্তৈনা মিং অসি কৌরমই। মরমদি ওসি নুমিৎ থোকপা মতমদা নুমিৎকী ময়ো-দা চৈ অমা চপ চানা খিনলবদি, অয়েং অমোক থোকপদা মাদুদা নুমিৎ চপচানা লাক্তে, মথারোমদা নত্রগা অরাংলোমদা হোংদোকনি। মাসুম্না অরাংদা কাখৎপবু উত্তরায়ণ, অমসু মথারোমদা কুমথবাবু দক্ষি-নায়ণ কৌই, নুমিৎনা নোংমা নোংমাগী মথারোমদা মথং মথং কুমথখিবা অমিদা আল্কা থরানমচাক হেক রোবদা, নুমিৎকী মথাচৎপা লোইরে। অরাংদা চৎখৎপা হৌই, অদুনা থরানমচাক অসিবু

হুমিংকী হাৱৈ মাইওনফমনি হাঙীহুনা হাৱৈ মাএ কৌবনি। মাসিগী মৱমদা উপনিষদনা হাঙী—

"সূর্য্যো যোনিঃ কালস্য। তস্যৈতদ্রূপম্। যন্নিমেষাদি কালাৎ সম্ভৃতং দ্বাদশাত্মকং বৎসরম্।"

হুমিংনা মতমগী পোকফমনি। মাগী মশক্তি অসিনি—মাহুন্দি মিংকুপত্তগী হৌহুনা তৱানিথোই থোকপা চহি কাউবনি" মাসি হাঙীৱগা

"মাঘাদ্যং শ্রবিষ্ঠার্দ্ধম্,
আগ্নেয়ং ক্রমেণ,
উৎক্রমেণ সর্পাদ্যং শ্রবিষ্ঠার্দ্ধং সৌম্যম্"

(মৈত্র্যুপনিষদ ১ প্রপাঠক)

মাসিবু মৈতৈৱোন্দা হাঙীৱবদি নিংথৌতুৱেনগী হৌগৎপদগীনা হাৱৈ মাএগী তথোই অমা, মৈদগী হৌবনি, অমোক হন্দনা হাঙীৱগা নিংথৌনাগাদগীনা হাৱৈ মাএগী তথোই অমাবুনা অৱাং কৌই, অন্যুমা উপনিষদ্‌না হাঙীবা অতিয়াগী মওং অসিবু ঋগ্‌বেদকালগী মতুংগী ৱানি। মাসিগী অৱাইবা ভাবতি—হাৱৈমায়েগী তাথোইদগীনা হুমিংনা অৱাংলোমদা কারকপনা কোৱৌমু, খাবালিচেং, শিল্লীলিনিং, ৱায়াখুৱো, সজিক, থাবা, খোংচোংহুপী, অপকভা, সাচুং তেলহৈবা, লিক্লা শাফাবা, চিংচৱোই, চুংশেনহুপী মাখোই অসি মথং মথং লানথোলক্লুনা নিংথৌনাগাগী অচৌবা ফাউবা অসিদা লৈরিক্লো অৱাং ওইৱমই, অদুদগী নিংথৌতুৱেন্দগী নিংথৌশমু, শামুপীচা, উক্লোং তাতু, মোকাংশক্লা, লুৱাংশক্লা, নাল্‌পশক্লা, ওকপুৱোই, তাউহুইৱোং,

তোংচেং লুপী, থা য়াই, থাতোন, নিংথৌ মন্থু মপৌ অসি লান-খোক্লুনা হারৈমায়েগী তথংই কাউবা অসি মথারোমদা চংলি হাঙৈখনি।

মৈতৈনা হারৈমায়েদা মুমিংকী মাইওনকমনি হাঙৈবা থংখিবা অসি. মাখোইনা মণিপুরদা লৈরবদা য়ায়া লাইনা থংবা ঙমখি। মতম অহুদা মাখোইনা মুমিংপু চৈনা খিন্দুনা এংবা নত্তে, অতিয়াদা মস্তানপুত্নুনা থোকলিবা থাগী খোংচংকা মুমিং অমস্থু থরানমচাকা তিন্নবগী মফমগা, মস্তান লৈবা অহুম অসিগী নোংমতদা তিনসিন্নবা মুমিং অমা ওই, মাহুদা মাখোইনা অয়ণগী খোংজং অসি উখি-বনি মতম অসিগী মশকস্থু বেদাঙ্গ জ্যোতিষনা হাঙৈ —

> "স্বরা ক্রমেতে সোমার্কৌ যদাসাকং সবাসরৌ
> স্যাত্তদাদিযুগং মাঘস্তপঃ শুক্লোহয়ণং হ্যুদক্ ॥"

অর্থ। —অতিয়াদা হারৈমাএনে, থানে অমস্থু মুমিংনে অহুমনা পরেং অমত্তদা খোকমিন্নগা মুমিং অহুদা ফাইরেণগী নোংমা পানবা ওইবা মুমিং অহুদা মুমিংনা অরাংদা কাবস্থু হৌই, অস্থুম্না যুগ অমোক ২ হৌবসি চহি ৫। ৫ দা ওই অস্থুম্না হাঙৈ। মাসি হুজিকস্থু চহি ৫। ৫ দা হুঙ্গন হঙ্গন ওই, অহুগী মুমিং অহুদা উত্তরায়ণ হৌবা অসিতা তোকখিবনি। অহুনা আল্‌ফাবু হারৈমায়ে হাঙৈবা মিং অসি মৈতৈনা থোল্লন্বা অনিনাদ ময়েকনা তারে, যুগ হৌগংপা থুদিংদা উত্তরায়ণ ওইরিবঙৈ অহুগুম্না মতম অহুদা মৈতৈনা মণিপুর কৌনরিবা লম অসিদা মাখোই লৈরে হাঙৈবা থংই। অহুগা মাহুনা অমোক তাকই বেদব্যাসনা মহাভারত ইবা মতমগী মমাংদা মৈতৈনা

মণিপুরদা লৈরে হাঙ্গবদি করি অমতংসু চিংনকম লৈতরে। হাঙ্গিরিরা খৌদোকসিং অসিদু মৈতৈগী থাচং অমসু ঋতুগী হৌগৎপা অসিনা চিংথনা য়াম্না নিংথিনা তাকই।

মৈতৈগী চহি অমদা থা ১২ নি। থাসিং অসি সংস্কৃত ভাষাগী থাগুমনা পূর্ণীমা মুমিত্তা থাগা নরুবা থরানমচাক্তৌ মাংং লৌতুনা থোনবা নত্তে। বেদগী আর্ত্তব-মাস-ঋতু কোংদোকপা থা মসিং ওাক্তনি। মরম অতুনা মৈতৈগী থাসিং অসিগী মসিং এংলগা মাথোইনা মমিং অসি থোনবা মতমদা অত্তিরাগী মওং করম তৌবগে হাঙ্গবা য়াম্না মুয়া থংই মাতুগা লোইননা মাথোইগী সংস্কৃতি অতুসু কগোমদগী লাকপগে হাঙ্গমা পিরিবাসিংগী মায়দা লাইবা চোংথোকপা সাক্ষ্য অমা ওই, মাতুদি অসিনি—

| বৈদিক আর্ত্তব মাসনাম | মৈতৈ থা ১সু চৎনবী মিং | সংস্কৃত মাস নাম চান্দ্র |
|---|---|---|
| ১ মধু— | চিনবী,—মচিফু | চৈত্র |
| ২ মাধব— | কানবী,—কালেন | বৈশাখ |
| ৩ শুক্র— | অশাক্ত,—ইঙা | জ্যেষ্ঠ |
| ৪ শুচি— | হারেঙ,—ইঙেন | অষাঢ় |
| ৫ নভ - | য়াত্তং,—থরান | শ্রাবন |
| ৬ নভস্য— | অচিং,—লাংবন | ভাদ্র |
| ৭ ঈশ— | আরে,—মেরা | আশ্বিন |
| ৮ উর্জ্জ— | চিংথম,—হিয়াঙ্গৈ | কার্ত্তিক |
| ৯ সহর— | উনথম,—পোইনু | অগ্রহায়ন |
| ১০ সহস্য— | নিংথম,—ৱাকচিং | পৌষ |
| ১১ তপঃ— | আয়ীং,—লাঙ,-ফাইরেন | মাঘ |
| ১২ তপস্য— | থবি নমথাই,—লমদা | ফাল্গুন |

মৈতৈগী থ তরাংনিথোই অসিগী অর্থদি মাসুমনা হায়, মাহুৎদি —

১। চিনবী ষচিফোই থা কৌবনি—"খোয়ুম লাই মরুসিনবা থাজেম নৈ ওইবা, কোরৌ নোং ওইবাগী চিরেন লাংজেন মাপন মপু মচি পানফোই থোক্লে হায়বগী চিনবী ষচিফোই থা কৌঐ" মগিগী ভাবার্থ হাইগে হাঈরব্রদি অহানবদা শ্রুতিসং অসি হায়না লিংসংকম থোকই, মাহুৎদি —

"গাবো বা এতৎ সত্র মাসতা শৃঙ্গা সতীঃ ; শৃঙ্গানি নো জায়ন্তা ইতি কামেন তাসাং দশমাসানিষন্না অ্যসম্নথ শৃঙ্গান্য জায়ন্ত তা উদতিষ্ঠন্ তাবৎ ত্বোত্যথ যাসাং না জায়ন্ত যাসাং চ নস্তা উভয়া-রুদতিষ্ঠন্নারাৎ স্মেতি গোসত্রং বৈ সংবৎসরো বা য এবং বিদ্বাংসঃ সংবৎসরমুপয়ন্ত্য ঞ্চব যন্ত্যেব।" ইতি

মাসিগী ভাবতি অসিনি,—যগ হঈবসি মচি হৌরমদে, মাখোইনা মচি হৌবা পামহুনা মচি হৌনবগীদমক যজ্ঞ তৌখি, থা তরাংসুনা ব্রত তৌহুনা যজ্ঞ তৌরম্দা মচি হৌরকলে, নিবা থুলবা যগসিং অহু হৌগত্তনা চৎথরে। খরদি মচি হৌদরে। হৌদবাসিংনা মাখোইসু মচি হৌনবগী ব্রত অহু তৌজরে। তাইবংপানগী মপুনা উরহুনা মচি হৌদবসিংগী দমক ব্রাকম অসি হায়খি, মাহুৎদি, মচিহৌবসিং অসি নো চুরগা মচি পুহুনা চৎপা হৈরোই।

বেদসাহিত্যগী য়ারি অসিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমলে। মাহুৎদি মৈতৈসিংনা য়ারি অসি বেদদগী মগা মপুনা কারকই, অহুনা মাখোইনা পৃথামম্নগ কৌরা যজ্ঞ তৌরগই, মাহুদগী থোহুনা চৈত্র-

মাসবু ৰচিঙ্গু কৌরমই। মাসিদি বৈদিকযুগকী মাসি। মতু দা মাসি চৎখিত্রবনি।

মৈতৈগী থাসিং সিং অসিদা অরিবা মিংকমসিং অতু হুজিক্ত তোকখরে, অরিবা মিংকমাসং অঙবু কাউদনবা অনৌবামিং আমমম কপ্পা অতুতা হুজিক মৈতৈনা চৎলরে। মাতুমকতু খৃষ্টগী চা ১৯ লোইথৈদগীদ বাঙ্গালীসিংনা ভাউবিরতুনা ৰচিঙ্গুবু বৈশাখ অমুম্মা মৈতৈ মচাসিদা লপ্পা অর্থ হন্দোকপীররে, অতুনা মৈতৈগী থাচৎ অসিনা তাকই, মাখোইগী নোংপোক্তা খুন্দাদরিথৈদগী ওইরকপা সংস্কার অতু থাজৎতা হুজিক কাউবা মাখোৎনা কোক্তরি। অতুনা বাঙ্গালীসিংগী খংদবদগী থোকখিবা বৈশাখ ৰচিঙ্গু, জ্যৈষ্ঠ—কালেন হায়না কনমক তম্বিতুনাসু অঙাংসং অতুনা কায্যক্ষেত্রদা লাক্রবা ৰতমদা বৈশাখ শুক্লা তৃতীয়াবু কালেন হুমনি পানবা অতুম্মক কৌরি।

মৈতৈগী আর্ত্তবমাসসিংগী মশক মুম্না খংগে হুঈরবদি ঋতুগী হৌনবিগী মরমদা পঠকসিংনা য়াম্না মুম্না এ°সিনগনি। মাতুগী অসম্বা ভারততা ইউরোপকী মততা হুঈরবদি ঋতু হাঙবসি মার-তনি, মাতুদি ২১ মার্চ্চদগীনা এপ্রেল, মে অমসু ২১ জুন কাউবাবু বসন্ত কৌই, ২১ জুনদগীনা জুলাই অমসু ২৩ সেপ্তেম্বর থা অতুম অসিবু গ্রীষ্ম কৌই, ২৩ সেপ্তেম্বরদগীনা নবেম্বর অমসু ২১ ডিসেম্বর কাউববু হেমন্ত কৌই, অতুগা ২১ ডিসেম্বর, জানুওয়ারি, ফেব্রু-ওয়ারি, ২১ মার্চ্চ কাউবাবুনা শীত কৌই। ভারতকাদি ঋতু মরিতা নত্তে, তরুকনি, মাতুদি—গ্রীষ্ম, বর্ষা, শরৎ, হেমন্ত, শীত

অমসু বসন্ত ঙরুক অসিনি। ঋতু মথন ঙরুকনি হাঈবসি ঋগ্-বেদগী মতম অয়াম্বদা হাঈ। অতুগা তৈত্তিরীয় সংহিতাদদি মসিং কাউবা পননা হাঈ। অতুগা বেদসাহিত্যগী করি করিগুম্বা মকম-দনা হেমন্ত অমসু শিশির অনিসিবু অনম্বা ওইনা তিনসিন্দুনা মতাঙনিসু হাঈ। মাতু ইফোং ফোংনা ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা হাঈ "ঋতু মতাঙনি হাঈবা য়াই, মরমদি হেমন্ত অমসু শিশির'দ অমগুনি হাঈবা য়াই" হায়রি অসিনি।

শতপথ ব্রাহ্মণনা ঋতুবু মাসুংনা হন্নী, মাতুঙ্গি—মধু ব'চফু) মাধব ( কালেন ) থা অনি অসিবু বসন্তঋতু কৌই। উরি, উনা-চিংবা পুমমক মপান শাৎপা, মহৈ মরোং য়ানবা মতমনি। শুক্র ( ইঙা ) শুচি ( ইঙেন ) থা অনিনা গ্রীষ্মঋতুন, মতম অসিদা মুনিৎকী মঙান য়াম্না লংই, অমসু য়াকই। নভঃ ( থৱান ) নভস্য ( লাংবন ) থা অনি অসিনা বর্ষ'ঋতুনি, মাসিদা নোং তাই। ঈষ ( মেরা ) ঊর্জ ( হিয়াঙৈ ) থা অনিসিনা শরদঋতুনি, মাসিদা অচাপোৎ—কৌনৌ লোকই। সহস্ ( পোইনু ) সহস্য ( ৱাকচিং ) থা অনিনা শীতঋতুনি, মাসিদা থবাইপানবা পুমমকপু মাগী ২ পাঙ্গনগী মথা পোনাল। তপস্ ( কাইরেন ) তপস্য (লমদা) থা অনিনা হেমন্তঋতুনি, মাসিদা পোৎ-ঠৈ পৈ'শন্নি। মাসুম্না ঋতু তরুকী থা তরানিথোইদা থাইবা অসি শতপথগী শ্রুতিনা য়াম্না শেংনা হাঈ। তোইগুনসু মৈত্রেয়ী থা মসিং বচিফুনাচিংবা অসিগী অর্থ-শাদি থা খুদিংগী চানবা তৌদে। মাতুদি হুজিক চৎলিবা থাসিং অসিগী অমঘা মসিংগী অর্থদি—

১। অচিফু— খৎজিকৌবা থা—মাসিদি মঙ্গাংগী থা মিংগী অর্থনি।

| | | |
|---|---|---|
| ২। কালেন— | কাংলেন, কাং অখোইবা মপুং ফারবা | মাখোই অসি হাবৈমাএদা উত্তরায়ণ ওইবিউদা থোনবা মিংসিংনি |
| ৩। ইঙা— | ঈ সং জাইবা, | |
| ৪। ইঙেন— | ঈশিং রাম্না কংবা থা | |
| ৫। থরান— | লৌশিংবা অহানবা থা, | |
| ৬। লাংপন— | লৌরক্তা জা কাবা থা, | |
| ৭। মেরা— | কৌনৌ নৌবা থা, | |
| ৮। হিয়াংকৈ— | কৈদা কো হোঞ্জিনবা, | |
| ৯। পোইন্থু— | অনৌবা অনৌবা চহি হৌবা, | |
| ১০। রাকচিং— | রাইচিনবা থা, | |
| ১১। কাইরেন— | কৌনৌ চাইহনবা থা, | |
| ১২। লমদা— | মরু লৈপাক্তা তাবা থা, | |

মসিগী মমাংদা চৎলম্বা মৈতৈগী থা ১২গী মমিংসিংগী অর্থস্থ মৈতৈপুরাণদা হাইবগা লোইননা মখং মথং উৎলি, মাদুদ দ তপশা মাসনা হৌই মাদুদি, অসিনি—

১। লোইদাম থবিলমথাই থা কৌবদি খোইথুম (থযুম—থরানমচাকনা মযুম ওইনবা—স্বর্গদা লৈবা) লাই, মরুসিদবনা তাইবং মপুপোং ওইবনা চানা থকনবা পুরমক মালেম লৈদা থারে মরুপোকথাইদুনা মরামরি চৎলে মপানকারে হাইবগী লোইদাম থবি লমথাইদা কৌএ।

২। চিনবী মচিফোই থা কৌবদি,—থযুম লাইমরু সিদবা মালেম লৈ ওইবা কোরো নোং ওইবাগী জিরেন লাওএল মাপরমবু মচিপান কোইথোকলে হাইবগী চিনবী মচিফোই থা কৌএ।

৩। লোইনাম কামবী,—কালেন কৌবদি - ইয়ুবা চিংখোং পোইরৈরক্তোনগী মপারি তাবুংশিংমিন্নবদি অমদা শিংতুমলে। অহু নোংগী নোংজু মুংশা খাংনে অহু নোংগী কাম্বী কালেন কৌএ।

৪। অশাও,—ইভাথ কৌবদি চিংখোং পোইরৈতেম্না মপাম্বি শিংদবুং শিংমিন্নবনা অমদা থরৈ কুম্বদা য়াইবীমমুংহৌ তিলদাং মখোই শাউনা বা ওইখিএ। অহু নোংগী অশাউ ইভা থা কৌএ।

৫। হারেং ইভেনথা কৌবদি,—তাবুং শিংমিং শিংদবুংনা অমদা থরৈকুম্নবদা লৈদুং খোঙারেন অহনবনা নপাদা চিংখোং পোই-রৈতোম্না বারমদনি, অমুক তাইবং হলরাইখিও হাঙ্গনা লেংনা মৌনা হলরাইলকলে, অহু নোংগী হারেং ইভেন থা কৌএ।

৬। থৌরান, বাস্থংথা কৌবদি,—খোইমোম লাই, মরুশিদবী লৈত্রেম্না "হে খয়ুম লাই মরুসিদবও। তাইবং মরু ওইনবা নংগী শামু হকচাংবু উনবী মচেংহকপপু পুওমদরে" হায়ঙ্গনা ভংনা বানা খাংলমএ অহু নোংগী বাস্থং—থরানথা কৌএ।

৭। অচিং লাংবন থা কৌবদি,—ইয়ুবা চিংখোং পোইরৈতোননা মালেম খুনচাওরকভৈদা থৌহু নুংখোং হভৈদা মপারিবু চিংখরনএ। অহু নোংগী অচিং লাংবন থা কৌএ।

৮। আরেং মেরাথা কৌবদি,—লৈদুং খোঙারেন অহনবনা তাবুশিংমিন্নবদা পাওমেন্নকএ,—"নপাদা চিংখোংপোইরৈতোম্না থৌহু নুং খোং হাংখণ, খয়ুম লাই অরিবাবু চিংখো' বামি য়োকনা বাকন নপাকয়ো৬" হায়ঙ্গনা মশা মরেং পাইনা মেন্নকএ, অরে মেরা কৌএ।

৯। চিংথম, হিয়াংৈস্ক থা কৌবদি,—থয়ুম কৌবরেন অমুম্বনা মালেম লৈশেম মুংশেম লোইরবদা অচিক অশাউ থাইনা মালেম লৈরেপ লোইরবদা মালেম লৈরোনথাক লেমহোৱা অহু চিঙু মপুরেণ লামুংবদা থুপনা চিকনা থনমএ, অহু নোংগী চিংথম হিয়াংৈস্ক থা কৌএ।

১০। উনথম, পোইন্নু থা কৌবদি, — গুরুশিদবনা "ইপাৱি অহুম শাংপা অসি ঐগী ইত্তিক কনানা থংবগে এংগে" হাঙ্গৈনা কুরুমচিংদগী শানথরকপদা মপারি অনিমাদি থংলমদে, মপারি থোম-দোন ফত্তোনবনা থংলমএ উংবি পুক্লিং চেংনা থনমএ অহু নোংগী উনথম পোইন্নু কৌএ।

১১। রাকচিং নিংথমথা কৌবদি,—খোইয়ুমশিদবনা খোইমোম লাইরেমদা 'তাইপং নোংশা পানবগী থরাই হোল্লবাবু নোংদমবীগে হাঙ্গৈবগী লৈরাং য়ুমজংলববু অন্না হুইরাং শেন্নবগী চিঙু হকচাং-লেনবু পুঙমত্রবগী থাংথোকলে, খোইয়ুম লাইনিংথৌদ অন্না ইশৌ লাংনা থংলমএ, অহু নোংগী রাকচিং নিংথমথা কৌএ।

১২। অসিং, লাঙ্গ ফাইরেন কৌবদি.—খোয়ুম লাইনিংথৌ তম্পাক লৈশেম্বনা তাইবং মপুং ওইহনগে হাগোক হ.থা হনগে হাঙ্গৈবগী পাইমা মনিংশা মালং য়াইবীরেম্না মালেম তম্পাক লৈহন মথক্কী থরাই পুন্নমকপুন্ন মালংয়াইবী চৈরোইননা লংনা শিংপা হনজন লকলে, অহু নোংগী অসিং লাঙ্গ ফাইরেনথা কৌএ।

মাসুন্না থা তরানিথোইগী অর্থ নি হাঙ্গৈহনা মৈতৈনা শকই, মাসি কাব্যগী তাব য়ামনা য়াউরে, অদুগা অরেম্বদা হাঙ্গৈ-

জনবান্নু য়াউরে। মরম অসিনা মাথোই অহুমী তাব লৌহুনা হঙ্গোক্লবদি, মথাদা ইন্নিবা অসি থোকই,

১। তপস্য—কাল্গুন,বু থবি উমথাই, থা কৌরমই, অর্থদি মপান মহৈ য়ানবা হৌবা।

২। মধু—চৈত্রবু চিনবী থা কৌই, গবাময়ন যজ্ঞ তৌবদা চি-হৌবা থানি হাঙ্গৈবনি।

৩। মাধব—বৈশাখবু, কানবী কৌই মুংশা থাংবা থা।

৪। শুক্র—জ্যৈষ্ঠবু অসাউ ইঙাথা, মুংশাকনবা থা।

৫। শুচি—আষাঢ়বু হায়েং কৌরমই, মাহুদা নোংতাবা হৌবা থা হাঙ্গৈবনি।

৬। নভঃ—শ্রাবণবু য়াত্তুং কৌই, পৃথিবীনা মাগী গর্ভদা পুন্নিবা ঈসিংবু মীওইবগী চিঙ্গাক ওলহন্মুনা থিজাইহুনা হৌহনবা হাঙ্গৈবনি।

৭। নভস্য—ভাদ্রবু অচিং কৌই. অরাংপা, চিথ নাম্বুবা এংবা থা হাঙ্গৈবনি।

৮। ঈশ—আশ্বিনবু আয়ে কৌই. লৌ লোইরহুনা যণপোং থারবা থা হাঙ্গৈ।

৯। ঊর্জ—কার্ত্তিকপু চিংথম কৌই, অচিক অশা চপচাবা থা হাঙ্গৈবনি।

১০। সহঃ—অগ্রহায়ণবু উনথম কৌই, উন তাবা থা হাঙ্গৈবনি।

১১। সহস্য—পৌষবু নিংথম কৌই, নিংথম্বা থা হাঙ্গৈবনি।

১২। তপঃ—মাঘবু অসিং কৌই, মুংসিং সিংপা থা হাঙ্গৈবনি।

অহুনা চংথোকপা অহু অংশ অমা চংশদা চহি ৭২ য়োম চাই, মাসি মোইরবা অরেপ্পা চাং অমনি।

থরানমচাক—নক্ষত্র হাঙ্গৈবদি, মুমিংকী লম্বেন চগো অকোইং-বা অহুগী মনাক্তা মথারোমদা অমসু অরাংলোমদা মনাক্তা ইকোই কোইনা থোকলিবা থরানমচাক পরেং অকোইবা পুন্নমক অহুবু নক্ষত্র থরানমচাক কৌই, মাহু নত্তবা থরানমচাকপুনা তারা কৌই, অহুপা থরানমচাক মরাম মরক্তা চংপা থরানমচাকপুনা গ্রহ কৌই।

নক্ষত্র কৌবা থরানমচাকসিং অসিনা থোকলিবা-লৈবা মকম পুন্নমক অহু মুমিংকী লম্বেন কোইরক কোইবা চগো অহুদা লৈবা ওইবনা মহাকপু অকোঙ্গবা মালা অমনি হাঙ্গৈনা ভাব তৌবা যাই। মাথোই অহবু ২৭ থোক্লা চপমান্নবা এনথোকলগা লরুক অমমমদা লৈবা থরানমচাক মরাম অহুবু নক্ষত্র অমমম কন্তুমনা কৌই। অহুগুম্বা শরুক ২৭ অহুবু পৃথিবীগী সভ্যজাতিসিংনা মমিং অমামম থোন্নি। মমিংসিং অহু মৈতৈনা থোন্নম্বদি মথক্তা উৎপ্রবা অহুনি।

থরানমচাক—নক্ষত্র ২৭ অহু কনানা মকোকনো ? হাঙ্গৈবদি মাসিনা অহৌবনি, মানা অরোইবনি হাঙ্গবা নাইদে, মরমদি কোই-রক কোঙ্গবা ওইবনা মকোক মমৈ নাইদা নত্তে, অহুবু বিষুববৃত্তদা লৈবা অমসু দক্ষিণ ক্রান্তিদা লৈহুনা উত্তরায়ণ হৌকমদা লৈবা থরানমচাকসিং অহুবু থবক ২কী অহানবা মকোক ওইনা চংন-রম্বা ঐথোইনা বেদসাহিত্যদা উবা কংই মদোমদা এংলবদা মতম অমদা থোমচোংহুনীনা বিষুববৃত্তগী মপাদা লৈবমা অমসু হাইরে

মায়েনা মখারোমদা উত্তরায়ণ হৌকমদা লৈবনা নক্ষত্র —থরানমচাক-শিংগী লুচিংবা ওইরমই। মাস্তুমা ঐখোইনা পুখোকংরে।

খোংচোংস্তুপী হাঙ্গৈরগা থরানমচাক ৬।৭ কী সরোম অহুবু খংনৈ, মাহুগুম্না হায়েমায়ে হাঙ্গৈরগা ৪ খোকপা অংবু খংনৈ, মা-খোই অসিবু চৈনা থিন্দুনা য়াম্না কুপনা এংবা মতমদা অমামম-তবু খনগৎহুনা লৌরবস্তু, মুমিৎকী লম্বেন অকোইবগী ২৭ খোকপা সরুক অমামমদা খোকপগী মমিং ওইনরবদি অকোইবা অমদা অংশ ৩৬০ নিবা, মাহুবু ৩৬০÷২৭=অংশ ১৩ কলা ২০ গী মফমদা খোকপা পুম্নমকী মমিং ওইনগনি। অহুনা মুমিৎকী লম্বেনগা বিষুবগা অনিগী নত্তবা মফমনা চৎপা অহু নক্ষত্র অমগী লম অমা (১৩ অংশ ২০ কলা) চৎপদা চহি ১০০০ লিশিং অমারোম চংই, অসুমনা চাউরাক হিসাবত্তা তৌবা অকাইবা খোক্তে।

ঐখোইনা ইং ১৯৪১ দা মুমিৎনা মখারোমদা চৎপা লোই-হুনা অরাংলোমদা হৌগৎপা অহু য়ামনা মুম্না এংবদা উবা ফংই, মাহুদি তোংচেংস্তুপীগী তথাই হেন্দোকপদা মুমিৎনা উত্তরায়ণ হৌই। মাহুদগীনা হায়েমায়ে—ফাউবদা থরানমচাক ৫ নি, তোং-চেংস্তুপী, থায়াই, থাতোন, নিংথৌ মস্তুমমৌ অমস্তু হায়েমায়ে, মাখোই মঙা অমা। মাসিদা ঐখোইনা উবদা তোংচেংস্তুপীগী তথাই হেঞ্জনবদা উত্তরায়ণ হৌবা উয়ে, মাসিগুম্না মৈতৈনা হায়েমায়েদা উত্তরায়ণ উবা হৌবা অহু আলকাদগীনা খংলবস্তু উপনিষদকী শ্রুতিগী মতুংইন্না লৌরবদা মাসি লোইদনা তায়ে, মাহুদি হুজিক্তগী চহি ৪০০০ লিশিং মমিগী মমাংদা মৈতৈনা মণিপুর লৈপাক্তা লৈ-

হুনা থোদোকসিং অসি উবি, মতম অহুদা মৈতৈগী মচিফু, কালেন, ইঙা, ইঙেন হাঙৈবনাচিংবনা থাগী মমিং অসি থেংনবা চংলমই। হিসাব অসিদা হাঙৈরবদি গীতা অমস্থু মহাভারত ইবা মতম ইং ১৯৪১ দা চহি ২০৭১ সুরে হাঙৈগনি মাসি ভারতীয় সময়বিজ্ঞায়া য়ারবা মতনি, ( মাসিগীদমক পাঠকসিংনা আলোচনা তৌগে মিংবি-রবদি ইণ্ডিয়ান এণ্ড করেন ক্রোনোলোজি কৌবা বাপুজি বেঙ্কটেশ কেটকারগী লাইব্রিরী পৃ ১৫৩ দা পাবিগনি ) অহুনদি ঐখোইনা মতাং মতাং থুদিংদা হাঙৈখিবা মহাভারতকী সভ্যতাদগী হাল্লি হাঙৈবা অহু বিজ্ঞন সম্মতনি হাঙৈবা মতাং অসিদা অমোক হয়া ইখাইনা থাজৈশেংনা উয়বা অসিনি।

বৈদিক যুগতা তথাই অমতা সভ্য ওইখৎলিবা বেদসংপা কাংবু অহুনা মাসুপ মবা ভৌগলিক অমস্থু খগোনবিদ্যাগী এংসন্ন-রবা অয়নচলন বিদ্যা অসি করম্না হৈখিবা, মাহুয়া হৈরগা মাখোইগী হিংহুনা পায়বা থবকসিং অহুদা করম্না সিজম্নখিবগে হাঙৈবসি খল্লবদা হুজিককাউবা পণ্ডিতসিংনা য়াম্না ওকরি। মাহুগী মথক্তা মৈতৈ-সিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা মাহুবু পুরকহুনা চংলমই হাঙৈবসি ভাবদা অমোক হেম্না অঙকপা ওইনৈ। ঐনা মাসিগী অহানবা পুখোকপদা মতম অহুগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিঃ J. C Higgins C I. E. I. C. S. না য়াম্ন হরাউবা অলোচনা তৌহুনা সমর্থন তৌরমই, অহুগা ঐনা মাগী তৌবিমল অসি কুইনা কাউজরোই।

আসামদা অধ্যাপক তোয়ানা ঐগী বিরম অসি প্যাণ্ডুলিপীদা পাই, মথংদা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী অধ্যাপকসিংনা পাহুনা ঐবু

কলিকাতাদা অধ্যাপক মৈত্র কৌবা অমনা কালিদাটতা উৎসাহ পীরমই। মতুংদা ইউরোপ য়ৌথি, মালিদী মরমদা হুজিককাউবা ঐঙোন্দা পৃথিবীগী পণ্ডিত অমত্তনাস্ন মত অসিগী বিরুদ্ধ ওইদরি। মতুংদা লাইরেনময়ুম শ্রীযুক্ত ইবুঙোহলসিংহ বি, এল, দরবার মেম্বরনা ব্যারভ'র পিবিহনা ঐনা মাহুগী প্রমাণ কয়ামুক হারৈমায়ে কৌহনা ছাপা নমই, অদুগা ভারতকী অচৌ ২ বা পণ্ডিত পুস্তকতা আ-লোচনাগীদমক থাখি। হুজিক্তি ঐখোইনা অসিগুম্বা বিদ্যা অসি মৈত্তৈনা হৈরমই, অমস্ন মাহু ঐখোইগী হিংহনা পাম্নবগী থবক্তা অমস্ন নিংথৌগী থবক্তা সিজন্নরমই, হাঙৈবা অতুগীদমক প্রমাণ তৌরি।

# মণিপুর ইতিহাস

## ৮ সুবা পন্দুপ

### মৈতৈগী মতম সিজিন্নবা।

মৈতৈলৈপাক্তা হৌখিবা চহি থংননবা করিগুম্বা শক অম্না সিজিন্নরমদে। মাখোইনা মণিপুরদা খুন্দারকপা মতমদাসু ভারতকী সভ্যতাদা চহিগী মসিং শকনাচিংবা অসি চৎনরমদে, অদুনা মাখোইনা করিগুম্বা চহিগী মসিং অমা ফারকপা লৈতে। এখোইনা হিন্দুগী প্রাচীন সাহিত্যসিংদা প্রমাণ তৌবা ঙমই, মাদুদি মহাভারতকী মতমগী কাইনথংদা ভারততা কল্যব্দ, শকাব্দনাচিংবা অসি হৌদোকপনি। অদুনা মণিপুরদা লাকপা কাংবু অদুনা চহিগী মসিং থংনবা অঙ্ক অমত্তা সিজন্নবা থংলমদে।

থাইনদি ভারতকী হিন্দুসিংনা থরানমচাকী মনাক্তা থান। লৈবা অমসু তুম্মিংনা লৈবগী মতু ইন্না ঋতুসিংগী হোংলকপা মাদুনা মরম ওইদুনা মাখোইগী হিংদুনা পান্নবগী থবক খুদিংদা অমসু রাজকার্য্যদা সিজন্নরমই। অতুপা ৩তেন অশাংবা মতমদা যুগ (চকু) হাঙবা অমা সিজন্নৈ। মাদু নত্তবা শক অমসু নত্রগা ঈরাগুম্বা অমত্তা সিজন্নদে।

অতুপা মতম অমদা মীনাচিংবগী চহি করাম্নরে, হাঙবসি এংবা মুঙাইনবা শগোনশেন কৌবা গ্রহগী খোংচৎ এংদুনা চহি ৬০ থক মমিং থোন্দুনা থমই, মাদুনা খুদম ওইদুনা ওমা ২ সিজন্নদুনা

থোকখিবা থৌদোক মীওইবগী অপোক অসি, অমসু অকবা কত্তবা নিংসিংনরমই। মাসিমু কাইনখংদা চৎনবা ওইবনা মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা মতমদা খংলক্কে।

মৈতৈনা মাহুগী মহুত্তা সিজন্নবদি পানখি পানখিবা নিংথৌ, অমসু মাগী ২ শাগেগী পীবানা হৌখিবগী মতম নিংসংনবা ওইনরমই মাহুসু কাইনথংদনি। অরিবদা মাহুন্না চৎনরম্বগী খুদম কংদে। তৌইগুমসু মাহুন্না তৌহুনাসু মাখোইনা মতম হাঙ্গৈবা অসিবু হিংহুনা পানবগী অমসু লৈপাকমচা তাবগী অথোইবা মচাকনি হাঙ্গৈবসি য়ামনা নিংথিনা খংখি, অহুগা মাহুবু য়ামনা নিংথিনা মুন্না হৈহুনা সিজন্নখি। মাখোইনা মতমবু সিজন্নবগী খুদমসিং অহু ঐখোয়না পুথোকনবা মতাং অসিদা হোৎনরি।

খৃষ্টগী চহি চাতরামরিগী লোইরমদাইদা ক্যাম্ব কৌবা নিংথৌ অমা মণিপুরদা পাল্লনই। মামা চহি খুদিংগী মমিং থোনবা মথোন অমা হৌদোকলমই। চহি লোইহুনা অমা হৌবা মুমিংতা নিপা অমনা নিংথৌগী মাংদা লাউই। ওসিদি চমি অমা হৌরে, অনৌবা চহি অসিদা ওইরকদবা কত্তহৌদি অপুম্বা নিংথৌদা তাগদবা প্রজাদা শোকদবা পুম্নমক পুহুনা মানা মৈতৈলৈপাকী মথাথংবা লমদা হুক্কে, হাঙ্গৈনা লাউই। মাহুমনা নিপা অহুবু চৈথাবা, মাহু লাউবা অহুবু চৈ লাউবা কৌই। কুম অহুগী মমিংসু নিপা অহুগী মমিং লৌহুনা থোক্লি। মাসি হুজিক কাউবা চহি খুদিংগী কাইদনা তৌরি। অমোক তৌগ্রবা চৈথাবা অহু মতুংদা অমোক হজন্দে।

চৈথাবা অসিনা অহুৈ ক্যাম্বগী হাকথক্তা ইহাব হানবদা

লাউবা মরোন অহুদা মমাঙৌদা চহি স্বরগা তৌরহা থবক অমস্থ চহি সুরে হাঔবা থংবগী থুদম মথন অনিসি তাবতুনা নিংথৌদা থুরুমই। মরোণ অহু, মাসিনি—

(১) ঐবু সীজবা, ইবুঙো। লাইনিংথৌ তাইবংসোরারেন্দ নমুপোংহনবাও।

(২) ক—নমু তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবা,

খ—অঙৌবা নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ-চিংশোনবা,

গ—চিঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুমশাবু মৈনা রাই তাংনশেম

ঘ—নমু নিংথেঁরোন খুদিংদা কোংবা লৈথোংকাংপা মচিকু লৈথুন ফুনবা।

ঙ—থাংজিং মথোকলাং থোকলাং মচিথাং পাথংহুয়োই লানপাম্বনা লান্দাথোক কংলা মচিথাক হুয়োই নামলী না-মা-চাউ ফমচৈ শিন-নাই-নানি লোংবনা থোকলাং কামুচৈ শরিক খিঙ্ খিঙ্ থাংনা লৈরক থৌভাই চৈবু থোকলাং লাংদা থোংমা চৈথাবা কুম,

(৩) লোইদাম কুম্বা অনৌবানা চৈকারকপা অসিদা ফত্তহৌদি কলক একনা তিনথুং লাইথুং পুম্মাদি থরে লেমলৈ তারসনো

(৪) রারেন লামলেন খুঙাই লৈচাই মচিন মপাউ কলক একমা হুকথি লোনাই কোকএল, তাইরেন পুম্মদি নদাইরেম ঐনা তাংজা লূদা থোংনা পুজরগে।

(৫) ঐবু নীজবা ইবুঙো লাইনিংথৌ নিংথৌরেন অংথাইবদি

ন্নুমিৎকুম মপোং চাউ থবাগুম মগান নাই, কুমজা তেকহৌনা।

তাংজা নোঁহৌনা পুনসি চরৈ কুই রাঙন খোমলোনশাং তাউথো মমুংকৈ লেমথোং মকৈপাক পোইরৈ থুজাও লৈচাউবু লেপনা তালকৈ ঙৈলে।

( চৈরাউবদা চৈথাবনা লাউরিবা অনিগী অর্থদি এগী হারৈ মায়েদা য়াম্না নিংথিনা ব্যাখ্যা তৌখরে, মাহুদা পাঠকসিংনা পাবিন্নবদি অর্থ অপুম্বা ইংলিশদা উবিগনি )

মরোন অসিনা হাঙ্গরিবা ভাবতি, অসিনি, মাহুদি—

(১) চৈথাবনা নিংথৌবু মাগী মরোন অহু তাবিনবা কৌবনি

(২) দা ক-খ-গ না চহিগী অনৌবা হৌরে হাঙ্গবা মোংগী মশক ওইহুনা পাথংবা অমস্থ পুরৈলোম্বা লাইনা ভাকই মাসি চহি খুদিংগী মথং মথং সিমলকই হাঙ্গবনি।

(ঘ) না হাঙ্গবনা যচিফু থাগী ৭ নি পানবদা কোংবা কৌবা মফমদা লৈপাক তৌহুনা লাকদবা কুমগী অক ফত্তা এংই, মকম অহু ২১ নি পানবা যচিফুদা ফুনলি, মজুং অহু লৈথোংফাংপনি হাঙ্গহুনা প্রজানা লৈপাক তৌবনাচিংবা থবক তৌদে।

(ঙ) না হাঙ্গরিবদি,—চহি হৌরে হাঙ্গবসি প্রজা অপুম্বা থংননবা চৈদা শরিক য়াম্নুনা খিংহুনা ২ পাউচেন্নমই।

(৩) না নিংথোদা আশীর্ব্বাদ তৌবনি। (৪) না ফত্তহৌদি পুম্নমক চৈথাবা মীঁ মানা পুজগে হাঙ্গবনি। (৫) না মনিংথৌবু খোঁদা অসিনা থংহন্নিবদি অসিনি, মাহুদি ন্নুমিৎনা মথারোমদগী অন্নাংলোমদা মাগী অকোঙ্গবা লম্বেনদা হন্নকপাদা বিষুববৃত্তগী মপা

য়ৌগদবা অংশ ৩০ ৱাংলিতৈদা ওইবা দিনবু প্রাচীন মিসর, আসীরিয়া, খালডীয়া, ইরান অমসুং চীন (থাগী) অসিনচিংবা জাতিনা চহিগী অহৌবা সুমিৎনি হাঙৗনা চৎনরমই।

মিসর লৈপাক্কী "তোথ" হাঙৗবদি থা অহানবা হৌবাসু সুমিৎনা বিষুববৃত্ত য়ৌগদবা ৩০ অংশ ৱাংলিতৈদা হৌই। টলেমীনা মাগী লাইরিক অমা খালডীয়গী নিংথৌ নবোণসারগী মমিংদগী হৌবা চহিগী মতুংইন্না লেংমমই। চহি অদু খৃষ্টাব্দগী মমাং ৩৪৭ তা ২৬ ফেব্রুয়ারিদগী হৌই। মাহুদা গনিত তৌহুনা এংবদা খ.ই, মতম অদুদা সুমিৎনা বিষুববৃত্ত য়ৌগদবা অংশ ৩০ ৱাংলি। হুজিকসু মাসিগী মত অংস চীন লৈপাক্ত চৎনরি, মাহুদি—থা অদুগী মহুদা সুমিৎনা অৱাংলোমদা কারকপদা বিষুববৃত্ত য়ৌগদবা অংশ ৩০ ৱাংপা অদুগুম্বা থা অদুনা চহিগী অহানবা থা ওইনরি। মাসিদগী খংবা ঙমই, মাহুদি থাইনা অরিবা লৈপাক পুম্নমক বসন্তঋতু হৌবদা চহি হৌরমই। সূর্য্যনা অৱাংলোমদা কারকপা হৌরে হাঙৗবা উত্তরায়ণ চংবা উরবামক্তদা অৱাংথংবা সৈমাই অসোমদা নিথম্না থা অনিমা অমোক ঙাইত্রবদি থবক তৌবা ঙমলমদে। অদুনা বসন্তঋতু চংলগা মী খুদিংমক্কী হরাওবা সুক্নাইবা ওইরমই। মৈতৈদি যজুর্বেদ চৎপা কাংবুনি, মাখোইগী যজুর্বেদমক্তদাসু হাঙৗ, মাহুদি সুমিৎনা বিষুববৃত্ত য়ৌগদবা অংশ ৩০ ৱাংলিতৈদগী চহি হৌই—"মুখংবা এত্তদৃতুনাং যৎ বসন্তঃ।" "তস্য তে বসন্তঃ শিরঃ" "গ্রীষ্মো দক্ষিণপক্ষঃ" "বর্ষাপুচ্ছঃ" "শরদুত্তরপক্ষঃ" ( তৈঃ ব্রা ) অর্থাৎ বসন্তনা ঋতু পুম্নমক্কী মচিন—অহানবনি। চহিগী বসন্তনা মকোক্নি, গ্রীষ্মনা এৎথংবা মশানি, বর্ষানা মমৈনি, শরদনা ওইথংবা মশানি।

যজুর্বেদদা হাঈরি, মাহুদি— থুমিং হেক তাবা মতমদা নোং-পোক খ'বা মাইকৈদা চিত্রা কোৌী থরানমগাক থোকপা অহুগুম্বা থুমিং অহুবু চহি হৌবা থুমিংনি অসুমনা হাঈরি। মাসুম্না পৌনা চহি হৌবা খংনবা রাএল অসি যজুর্বেদনা তাকই, অসিগুম্না চিত্রা কৌবী থরানমাক অসি মাগী মচু লংবা, মগান চাউবা অমসুং কজবা অসিনা আর্য্যসিংগী বৈদিক যুগতা মখুদংনা য়াম্না মুম্না খংনরমই। অহুনা আদিকবি বাল্মীকিনা সীতাগা শ্রীরামগা বনদা লৈবাবু চিত্রাগা চন্দ্রগা থোকখিন্নবাগুমই, "স রামঃ পর্ণ শালায়ামাসীনঃ সহ সীতয়া। বিররাজ মহাবাহুশ্চিত্রয়া চন্দ্রমা ইব" অসুম্না হাঈরমই। অসিগুম্বী চিত্রবু মৈতৈনা "মোকাং শঙ্কা" কৌই। ঐখোইনা গণিতকী পাঙ্গননা খ'বা ওমই, মাহুদি যজুর্বেদনা হাঈরিবা থুমিং তাবা মতমদা চিত্রানা নোংপোক্তা থোকপা অহুপা থুমিংনা বিষুববৃত্ত য়োগদবা অংশ ৩° রাংপা অসি যজুর্বেদনা উখিবা অহু খুন্ট পোকদবা চহি ২৫০০ রাংলিদৈদনি। হাঈরিবা মতম অসিদা অনিশুবা খুন্দাক্কমদগী Mithi মৈতৈনা মণিপুরদা চংলকই। মবম অহুনা মৈতৈনা মচিকু থাদা চহি হৌরমই, অহুগা মাখোইগী তৌরকপা চহি হৌবা খংনবা অহুবু উৎতুনা ক্যাম্বা হাকথক্তা চৈথাবনা লাউরমই—

"নয়ুতুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবা;
অঙৌবা নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোনবা;
চিঙ অনিমক্কী লোইদাম মকুমশাবু মৈনা রাই, তাংনা শম"

মাখোইনা (মৈতৈনা) চহি হৌবা অসি মোকাংশঙ্কানা থুমিংতাবা মতমদা থোকপা এংতুনা থা অহুগী অহৌবা নোংমা পানবদা চহি

হৌরে, হায়বা প্রজাসিংদা তাক্লব্বদগী, কাইনথংদা ক্যাম্বা হাকথক্তা মী অময়মনা চৈথাবা অসি হৌদোকপনি। অহুনা য়ামনা লাইনা খংলে, মৈতৈনা থচিফুদা চৈরাউরকপা কুমসি ৪৪৪০ লিশিং মরি চামরি নিফু হৌখরে। অহুনদি ময়েক্লা তারে, মণিপুরদা মৈতৈনা লৈবা চহি লিশিং মরিগী মমাংদগীনি।

চৈরাউবা হায়বা চহি হৌবগী থবক অসি হুজিক্তি বৈশাখ সংক্রান্তিদা তৌরে। মাহুদি মৈতৈনা গৌড়ীয়দীক্ষা তৌদৈদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাকথক্তগীতা বঙ্গদেশ অমসুং আসামগী মতৌ তমহুনা সৌরমাণ চৎহুনা তৌবনি। মরম অসি খংদহুনা হুর্ণল সাহেবনা চৈরাওববু "চীরোব." কৌই, হাওনা থুম্বু চী কৌই, মুমিৎ আসিদা নিংথৌদগী থুম লৌই হায়হুনা মমিং অসি কৌবনি অসুম্না হায়ে। থাজৈশেংবদি মুমিৎ অসিদা মীওইবনা খুহুমনা সিংনাং কৌবা সিং অহু পাইরগা ওসিগুম্বা চৈ অহু চপচানা থাংনা ককই. চৈ অহু চৈরাওবা মুমিৎতা মাইবনা কৌই, মাহুবু চৈরাওবা কৌই। মাহু হায়গী থমলকপা মফমদা থমই মাহুবু চৈথাবা কৌই। লাইনা সিগদবা মীদি চৈ অহু অসিবগী মিকোক্তা থাখি হায়হুনা সিংডেক সিংথাবা কৌই, মাহুদগী সংতোকপনি হায়হুনা চৈ লৌবাবু চৈরাওবা কৌই।

অরাং

❀




এংব—অরাং হাঙৈবা অতুনা অরাংদা থম্লগা মাই অরাং ওন্দুনা কোক্তা চে অসি উপথো, মাতুম তৌহুনা লমদা থাদা সন্ধ্যারাইদা এ'লগা কালপুরুষ হাঙৈনা ইথ্রাইনা থংমবা থরানমচাক অসিগা লোইনহুনা মাখোই অসিনা কোকতোন মপাদা থা-রাংদা চিংবা তাবকী ময়ি লান্দুনা চংপা উগনি ।

কালপুরুষ কৌবা থরানমচাকসিং অসিবু সংস্কৃততা মৃগশিরা—ছুজিগী মচি-মকোক কৌই । মাগী অরাং থংবদা লৈবা থরা চাউবা অতুবুনা মৈতৈনা শাংচুতৈলহৈবা কৌই,—শাতানবা, শাদা তেনকাম্না হৈবা হাঙৈবনি । তাংখুননা "শিরঃ-শা-রেংবা" কৌই, মাহুসু শাদানবা মানবা হাঙৈবনি । লাটিনদা মাবু "Orion" কৌই, মাহুসু শাদানবা—হাংপা অসুম হাঙৈবা অর্থ অসি কোং-লোকই, বেংদা ব্যাধ, অমসু লুব্ধক কৌই, মাহুসু অর্থাদ ইথ্রাইবা

হাঙৈরিবা অহুমডাই। মাসি কাক সিদে, লিল অমরনি হাঙৈনবগুম্না থরানমচাক অসিবু তাইবংমী পুন্নমকনা চপ মান্ননা হাঙৈনবদি নত্তে। করিগুম্বা মরি লৈনবা জাতিসিংডদা মাস্তুম্না ইমান মাথৈ।

খোংজাইসিংনা মাসিবু "য়ুহৈ—য়ুহ—তুল" কৌই মাহুগী অথদি উচিমথুন হাঙৈবনি। খোংজাইসিংনা থাজৈ, মাহুদি—অভিয়াদা খোকলিবা থরানমচাকসিং অসি হৌপ্রবা প্রলয়দা শিথিবা মীগী থরাইনা ওন্দুনা খোকপনি, অস্তুম্না থাজৈ। নহাল অমোক্টী প্রলয়গী মমাংদা নিপা অমনা চিংদা উচি কাগে হাঙৈহুনা উচিমথুন তান্নমই। মতম অহুদা প্রলয় ভৌরকৃতুনা থরানমচাক পরেং চিংদা উচিগী মথুল লৈবগুম্বা পরেং অসিবু কাবাগী মওংদা থরানমচাক অসি ওইহুনা লৈবনি অস্তুম্না হঙৈ। মাস্তুম ভৌহুনা থরানমচাক অসিগী মরমদা মরোল তিন্নদবা জাতিসিংনা মাগী ২ মপা মথুনা ঙাংনরম্বা অহুবগী লৌহুনা মমিং কৌবৈ, মাবু জাতি পুন্নমকনা মশক থংই।

মাখোই অসিবু বাঙালীসিংনা কালপুরুষ কৌই, মাহুদি যম হাঙৈবনি, মাসি য়াম্না ভঅথিবা অসিবা পীবনি অস্তুম্না মাখোইনা পরম্পরা থাজনরকই। হৌজিক মৈতৈসু বাঙালী অমসু আসা-মীসিংগী মভৌ তমহুনা কালপুরুষ কৌরে। অহুগা মাগী মরমদা য়ারি ওশ্লোক ২ পা অমসু মন্ত্রযন্ত্রগী য়া ফাওবা য়াম্না ঙাংনরে। মাখোই অসিগী মমিংসিং অসি খোনথিবগী মরম থিরবদি হুজিক্তগী চহি লিশিংভরক্টা মমাংদা হৌপ্রবা য়ারি থরা নিংসিংবাতাই।

ঐখোইনা মথক্তাসু উৎথরে, পোচু—পোই অনৌবা থা হাঙৈবনি। থা অসিগী মরংদা অসিগুম্বা মুমিং অমা ওইরমই, মাহুদি—মুমিং হেকতাবা মতমদা নোংপোকথংবা মাইকৈদা শাচুংজেলহৈবা

কৌবা থরানমচাক অসিনা থংনরিবা থরানমচাকী পয়েং অসি উই। নুমিৎ অতুদা শরদঋতু ওইতুনা অহিং নুংথিল শাংবা চপ মান্নরমই। মথংগী নুমিত্তগী হৌতুনা নুমিৎত বা মতমদা নোংপোকলোমদা থরা ২ রাংথত্তুনা নুমিৎ থুদিংগী মথং ২ নোংচুপলোমদা অস্থম চংশিন্নমই। মাস্থমা চংশিনবা অতুনা থা তরুক সুবদদি নুমিৎকা তিন্নতুনা নুমিত্তাবগা লোইননা মহাক তামিন্নথি, নুমিৎ অতুদা বসন্তঋতুগী অহিং-নুংথিল শাংবা চপ মান্নরমই।

পৃথিবী অসি—ভারতবর্ষ অসিবু ঈসিংনা থুমলবদা আর্য্যসিংনা হিমালয়চিং লাম্হোক্তুনা অরাংলোমদা চংলুই। মতম অতুদা মাখোইনা অরাংলোমদা মাস্থুপ য়ামনা চংশিল্লে, মকম অতুদা থা ৬ চুপ্পা নুমিৎ মশক উদে। থা ৬ অমা নুমিৎ উই। মাখোইনা ভারত আর্য্যাবর্ত্তদা লৈরিঙৈদদি নুংথিল নুমিৎচুপ্পা থবক রানা সুরগা অহিং ওইরবা মতমদা মুত্তাইনা পোথাবা মুংত্তাইরবা অহিংবু মাখোইনা লৈশি লৈথোল্লমই। মাখোইনা মতম অতুদা অস্থম হাঙ্গৈবা

"হ্বয়ামি রাত্রিং জগতো নি:বেশিনীম্"

ঋগবেদগী সুক্ত অসি হাঙ্গৈনা শোল্লমই। অকোনবা লৈরুবা মকম অতুদদি থা ৬ চুপনা অহিং ওইবদা থাংবা ঙমখিদে। অহিংগী শাংমনবনা থবক তৌবা ঙমদবা, মমৈদদি নিথম্বামক্তনা মাখোইনা য়ামনা রানা থাংখি, মতম অতুদা মাখোইনা "ন যস্যাঃ পারং নদদৃশে" অহিংগী অ:রোইবা ঙমথে উদরে. অসিনাচিংবা বেদগী মন্ত্রসিং অসি হাঙ্গৈতুনা ঈশ্বরদা হাঙ্গৈজে। মাখোইনা অহিং ওইরকনি হাঙ্গৈবগী-দমক য়ামনা কিথি। শরদঋতু অসি ঐথোইনা কয়ারক লেনবা ঙমগদবা অস্থমা কিথি। অতুনা মাখোইনা হাঙ্গৈরমই।

"জীবেম শরদঃ শতম্"

শরদ্ চাম্না পুরশিঙগে অসুম্না ঈশ্বরদা বর নিরমই, মাহু মমৈদগি "শরদ্" হায়ৈবসি চহিগী অর্থদা শিজরখি।

ঙুমিৎনা অরাংলোমদগী মথারোমদা হল্লক্লুনা পৃথিবীগী মন্নাইদা লৈবা বিষুবরৃত্তগী মপা য়ৌবদা মতুং অহুগীমথে অরাংদা লৈবা ফাংবু অহুনা ঙুমিৎ মশক উদবা হৌই। মাহুদগী হৌহুনা থা তরুক চুপনা মাখোইনা অহিং ওইহুনা রানা থাংখি। মাখোইবা ঙুমিৎ মশক হেক উদবগা বিষুবরৃত্তগী মনাক্তা থোকপা থরানমচাক —শাহুংতেলহৈবগী থরানমচাক সয়োমসিং অসি উই। মাখোইনা মহৌশানা থংলকই, ঙুমিৎ হেক তাবদা নোংপোক্তা মাবু থোকপা উবগা শরদ্ হৌবনি হায়না থংলকপা থরানমচাকশিং অসিবু মাখোইনা ফত্তবনি, মীহাৎপনি, অসুম্না য়ম্না ঙুংঙাইহনা থনখি। সয়োম অসিগী মওং অহু এংলগা সজিমকোক মচিপা লোইনবা ওইনা শাজিন্দুনা মৃগশিরস্ হায়নসু কৌই, মাহুগী অরাংলোমদা লৈবা অহুবুনা সজি অহু হাৎকে হায়হুনা লুম্না সাদানবা অমা ওইনা শেমজিন্দুনা লুব্ধক, অমসু ব্যাধ হায়না অমসু মৃগব্যাধ হায়নসু কৌনখি।

মাসুম্না অহিংগী অরাবা থাংলকপনা থা ৬ সুগদবা ঙুমিৎ ২৫ রোমগী মানতা ওইরক্লবা মতমদা ঙুমিৎকী অহানবা থোকফম অকোয়বা পুরমক অনিদা উবাগী অহানবা মঙান ফাউরকই, মাহুবু শ্রাত্তিসিংনা ঙুপী অনৌবী অমসু যণবী হাতমগী মশক ওইনা মতম অহু লৈসি লৈখোনখি। মাহুমনা উবাগী মঙান উবদা মকম অহুদা ওইখোক্তবা মকম অথৈয়া ঙৈরা ফংদরা তিংখিজবা মঙানগী ওনখোক

ওনথোকপা য়ামনা উখি, যাম্নমনা উবা অমু মুমিং ২৫ নিরোমগী মতম অমুদা মথাং অমুমলক উখি, অমুমনা সাংলবা মতম চুপনা মকম অমুদা ওইখিবা উষা্বু মথাদা ইরিবা বেদগী সূক্তসিং অসিনা পীরি—

"উষ সঃ পূর্ব্বা অধযৎব্যুষুঃ"
"নব্যা নব্যা যুবতয়ো ভবন্তীঃ।" ( ঋগ্বেদ )
"ইয়মেব সা যা প্রথমা ব্যৌচ্ছৎ……।
ত্রয় এনাং মহিমানঃ সচন্তে।" *
"ছন্দস্বতী উষসা পেপিশানে……
বিচরন্তঃ……কেতুং কৃণ্বানে অজরেঃ……॥"
"ঋতস্য পন্থানমনুতিস্র আগু……।
প্রজামেকারক্ষত্যূর্জমেকাব্রতমেকা রক্ষতি দেবয়ূনাম্॥"
( তৈত্তিরীয়সংহিতা )

অহিংগী অমম্বনা ফিজোন ওইবী নোংপোক পান্থোইবীগী মরাইপক্তা অনৌবা কুঙ্কুম চন্দন থিনবীগুম্বী উষাগী নিংথিজবাবু শাংলবা মতম চুপনা উবদা মুমিং থোক্লগনি হায়না হুরাউরবা মীসিংনা মপান্দা থোকনুনা কোই। মহা অহন থাক্তনা উষাগী মঙান উত্নুনা খোংবা এনগী মতৌ তমম্নুনা লাউই, চোংই। অহিং অরোইবগী অয়িংবা কোক্নবা লমদা সিং পৈন্থনা মৈ থাই, হায়ী অঙ্গুগা মাখোইনা য়ামনা এংথিবা শানি, শাদানবনি উষা থরানং মচাকনা মৈথু মৈরি মানবা উষাগী মঙান্দা তিন্দুনা মুংথিবা অমু উরগা শা মরাম চাকলে, অমম্ন মাখোইনা মামুগী মতৌ তমম্নুনা

মৈ থাই। বসন্তগী হৌগংপাস্ ওইবা মতম অদুদা চুমিংকী অহানবা থোকপা অঙাংবা মঙান অদু তমদুনা নিপা চুপীনা থমোইগী চুংসিনবাগী মশক অঙাংবনা মরাইপক্কা ঊৈনৈ।

হুরাউরবা মীসিং অদুনা অসিগুম্বা মুঙাইরবা বসন্তবু মদনগী কুমৈ ঊৌদুনা ওকখি। মসি মথং মথং ঊৌরকপনা, মাখোইনা মফম অদু থাদোকলবা মতুং ফাউবা ঊৌহোই। মাদুদা লৈরম্বাসিং অদুনা অরোইবা অকোনবা ছিমখুগতা মফম অসি থাদোক্কবা য়া-খিদে, মাদুদগী হল্লকপা আর্ঘ্যগী কাংবু অসিনা মথকতা হাঙ্গৈপ্রবা লম্বেনসিং অদুদা থাইনরকপনি।

মাস্তুম্না থাইনরকপা কাংবুসিং অসিনা মাখোইনা ঊৌখিবা অরাংথংবগী মুঙাইববা কুমৈ অসি থাদোকখিদে। বসন্ত চংবদা বসন্তগী কুমৈ হাঙ্গৈদুনা ইতৌ ঊৌনখি। ঊৌইগুম্বস্ কুইমনখিবা অমস্ মফম তিন্নখিদবনা বসন্তগী কুমৈ অসি মরুদদি ভিন্নরবস্ মপান্দা এংবদদি য়াম্না তিন্নখিদে। মণিপুরদদি য়াউসং, য়াউসং মৈথাবা কৌই।

কুমৈ অসিবু বাঙ্গলা দেশদা "চাঁচর" কৌই, মাসিদি সংস্কৃতকী চর্চ্চরী হাঙ্গৈবদগী থৈখিবনি, রাগিণীগী মমিংনি, কুমৈ অসিদা শকপা ঈশৈগী সঙ্গ অদুগী মমিংদগী লৌদুনা বাঙ্গালীসিংনা কুমৈ অসিবু চাঁচর কৌখিবনি।

নিম্বার্ক সম্প্রদায়দা চংনবদি লমদাগী পুর্ণিমাদা য়ুম শারগা মথুংদা কামদেবগী মূর্ত্তিনা রতিবু পাম্বা অমা শাদুনা থমই। মনাক্তা চুপী নিপা হৌদুনা জগোই শারগা য়ুম অদু মৈ থাই।

মহারাষ্ট্র লৈপাক্তনা কুমৈ অসিবু শিবলীলামৃত কৌই। দক্ষযজ্ঞদা সতীনা শিরবদা মহাদেবনা হিমালয়দা যোগধ্যান তৌদুনা লৈখি, মতম অদুদা তারক হিংচাবনা মচা অহুমগা লোইনদুনা তাইবংপানবু য়াম্না রাহনখি। মাই ময়াম্না খন্নরে, হিংচাবা অসি হাংকদবদি মহাদেবগী বীর্য্যদগী পার্ব্বতীগী গর্ভদা কার্ত্তিকেয় পোক্লগা হাংকনি। হৌজিক্তি মহাদেবদি ধ্যানযোগ তৌদুনা লৈখরে, পার্ব্বতীবিবাহ তৌননবা হোৎনোকউ ভাকতুনা কামদেবনা মতু রতিগা লোইননা চত্তুনা হোৎনোকলুই। মহাদেবনা সাউদুনা এংবদা কামদেব উংওইনা তুমখি। মহাদেবগী মনাইসিংনা হয়াউদুনা ফুপী নিপা হৌদুনা জগোই শাদুনা চোংই, অকাম অপেং লোননি। মাহু ভাবদা মহাদেবনা মাসি চহি খুদিংগী ভৌ অম্মা ভাক্তুনা লমদাগী পূর্ণিমা খুদিংদা তৌই, অম্মা স্কন্দমহাপুরাণদা হাঙ্গৈ, মাসি মহারাষ্ট্র লৈলৈপাক্তা চংনৈ।

ভবিষ্যপুরাণদা হাঙ্গৈবনবু মাসি মওং অমাওইনা হাঙ্গৈ, ম'হুদি শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা নি। থাইনা চংতা কৌবী হিংচাবীগী মচাফুপীনা মমাবু অমর ওইহনখিন্নু হাঙ্গৈনা মহাদেবদা বর নি। নমা অসি অমর ওইবগা মান্নসনু, অদুগা নিংথম কালেন লোমবদা নিপা ফুপী হৌদুনা অতাও অকৈ শাদুনা চোং-যনবা, ইকাই অকি থাদোকতুনা অকাম অপেং লোম্লগা মাগী মপাজন লৈতবা ওইনহু অম্মা মহাদেবনা বর পি। সূর্য্যবংশদা রঘুনিংথৌনা পাল্লিরৈদা কুলগুরু বশিষ্টনা মাসি ভাকতুনা প্রজাগী ফুম্নাইননা চংতী হিংচাবীনা ওৎতুনা সিনাবা কোক্লবা কুমৈ অসি অযোধ্যাদা ইহাম হান্না

তৌখি। অতনা চহি খুদিংগী লাকপবা চহিগী লাকএন অসিদা মতুংগী ফননবা লৈপাক খুদিংনা তম্নখি, অস্নুম্না হাঙ্গী।

চাঁদকবিনা মাগী কাব্যদা হাঙ্গবদি—চৌহান শাগেদা ঢুণ্ড কৌবা হিংচাবা অমা লৈরমই। মানা মচন ঢুণ্ডিকা কৌবী অমা থনমহৃনা আজমীরগী কাশীদা লাকই। মানা কাশীদা তপ তৌহৃনা মশা খাদোকতুনা মুক্তি ফংখি। পাণ্ডসি তাহুনা মচন ঢুণ্ডিকামু লাকলে, কাশীদা তপ তৌরে। পার্ব্বতীনা মাহু উহুনা পেন্নে, বর নিজো হাঙ্গবদা মী চাজগে হাঙ্গহুনা নিরে। মীনা অঙাও অকৈ শাহুনা চোংকন্নবদি চাবা ঙমগনু হাঙ্গনা দেবীনা বর পি। হিংচাবীনা মীচাবা হৌরবদা মহাদেবনা তাক্‌না লমদাগী পূর্ণিমাদা কুমৈ অসি তৌখি, মাহুদগী কুমৈ অসি হৌখি অস্নুম্না হাঙ্গী।

হরিদ্বাররোমদা চৎনবদি সম্বৎ ( চহি ) গী মচন মুপী হোলিকা ( হোলী ) কৌবী অমা লৈরমই। মানা মবুং সম্বৎ সিবদা মবুংগী মতুং ইন্দুনা শিখি। মমিং অহু লমদাগী পূর্ণিমা থোকখি মাহুগী মতৌ তম্বনি অস্নুম্না হাঙ্গী।

নেপাল লৈপাক্তা চৎনবদি—নিংথৌ সনাথোংদা ফিরাণ মুম্বী অমা মুংই, লমদাগী পূর্ণিমা মুমিত্তা মাহু মৈ থাই।

মির্জ্জাপুরদা চৎনবদি লমদাগী পূর্ণিমা মুমিত্তা উগী মুম্বী অমা মুংই। মাহুবু মৈ থাই, সম্বৎ মৈথাবা কৌই।

পঞ্জাব প্রদেশতা চৎনবনা—কৌনৌ লোকপগী কুমৈনি অস্নুম্না চৎনৈ। মাথোইনা থোংজিনগী এৎলোম ওইরোমদা মাইওংনা অঙাংবা পোৎনা স্বস্তিক চিহ্ন য়েকই, কুমৈ তৌই। কৌনৌ চরোং ফজবা মৈ থাই, মাহুম্না তৌরগা কৌ কৈ অস্নুম্না থাজনৈ।

করি করিগুম্বা লৈপাক্কনাবু যথি, নীও, য়াম্না পৈছ্না লম-দাগী পুর্ণিমাদা মৈ থাই, মৈ অচুনা মৈথু কোল্লবা মৈতানভাল ভাইরবা মতমদা ব্রত তৌদুনা লৈরবা নিপা অমনা মৈ অচুবু ফুবংনা লানথোকই। প্রহলদবু মপানা মৈ ইকপা হুমিংনি মাদুগী মতৌ তঙ্গনি হাঙ্গ।

মাসিমা কুমৈ অসি মখক মওং তিন্নাত্রবাসু লম খুদিংদা ইতৌ তৌনবা ঐখোইনা য়ামনা উই।

পারস্য লৈপাক্কা লমদাগী পূর্ণিমাদা "নওরোজ" কুমৈ তৌই, প্রাচীন গ্রীস অমসু রোম জাতিদাসু লমদাগী পূর্ণিমাদা কুমৈ তৌ-রমই। অদুনদি মাসি ভারতকী হিন্দুতগী কুমৈনি হাঙ্গবা য়াদে। কুমৈ অসিনা কুইমনলবনা অমসু মীয়ামনা তৌনবা ওইবনগা মওং ছোংই, ভাব হোংই, বারি মান্নদে থোদোসু তিন্নদে। ঐখোইগী লৈপাক্কা পাঙন ইচিন ইনাউসিংনদি আবির তৈনবা য়াদে, সুজাউ-দ্দৌলানা মথুংমক্তা আবির তৈনরম্বা ইতিহাসনা সাক্ষী পীরি।

রোম লৈপাকতদি মুপী নিপাগী কুমৈ অসিদা ইখাইদগী য়াম্না হেন্নদুনা খৃষ্টনা পোকদবা চহি ১৮৬ রাংলিডৈদা সিনেটতা থিংখি।

মণিপুরদা তৌনরকপদি রাউসং য়োদরিডৈদা সিং, জী হুবা, মাদু পৈছ্না অমসু সা মকোন শাদুনা নোংঙাল্লমদাইদা মৈথাবা মাদুবু লমদাগী রাউসং মৈজাউ তিকপা কৌই। মাসি তিকখ্রবা হুমিংতগীনা মী পুমনমক মহৈ মহৈ শেননি, নাক থেংবা কৌই। পাখং, লৈশাবী, মোনহা পুম্নমক নিপা মুপী ছোদুনা অহিং থাবনদা জীশৈ শকদুনা চোংই ভাউসিমৈ। মাদুবু থাবন চোংবী কৌই।

মাতুগা অচুতৈ অৱাংথংবা অহিংবা লম থা ৬ অহিং ওইরগদগী লোংতাল্লকপদা উথাগী অভাংবা উরগা হরাউরবা এলসিংনা খোংখিবা চোং ফনবা অহু তমহুনা চোংই, মাতুবু "কে কে কে" চোংবা কৌই। তৌইগুম্বসু চিংথৈ ফিতুপ অতুগু ঈরাংপদি মৈতৈদি পুনসিবা পাম-বাসিংনা হুমিৎ খুদিংগী তৌই। অসিগুম্বা থৌদোসিং অসিনা মাখোইগী অৱাংগী উপনিবেশদা লৈরুবা অতুবু নিংসনহল্লমই, তৌ-ইগুম্বসু কনাগুম্বা মৈতৈ অমত্তনাসু মাতুবু মফম অতুদগী তৌরক-পনি হায়বদি থংলমদরে। মাখোইনা অসিগুম্বা লমদাগী কুমৈ অসি বসন্তঋতু হৌবগী কুমৈ ওইনা তৌরকই। অতুনা মাখোইনা তৌবা মতমদদি কুমৈ অসিগী দমক শাচুংতেনহৈবা মুৎপা এংথিদরে। সূর্য্যনা বিষুববৃত্ত য়োগদবা অংশ ৩০ রাংপা মতমদা পানবা থাগী পূর্ণিমাদা কুমৈ অসি তৌরমই।

মমৈ কাইনথংদা বঙ্গদেশগা তিন্নরবা মতমদা গৌড়ীয়দীক্ষা ফংলবদা পূর্ণিমা হুমিৎতা য়ুম শারগা য়ুম অতুদা লাইগী মূর্ত্তি পু-শিল্লগা মৈথাই, হরিবল লাউই, হুল্লি, শকই আবীর তৈনৈ। ইথায়না হুমিৎ অসিবু দোলযাত্রা কৌনখরে। মাতুদি মথারোমদগী সূর্য্যদেবনা হল্লকপা অতুগী মতৌ তমহুনা সূর্য্যগী প্রতিক ওইবা হরিবু মাই মথা ওন্না থম্নগা দোলদা হাইবনি।

"চৈত্রে মাসি সিতে পক্ষে দক্ষিণামুখগং হরিম্।
দোলারূঢ়ং সমভ্যর্চ্য মাসমান্দোলয়েৎ কলৌ ।।"

মাসি বৈদিকর্ম্ম নত্তে,

আবীরদি চুমিংকী মঙান ওয়বনি, অচুনা আবীরনা লোংদায় মকুপ হাপলিবা অচু চুমিং মঙানগী তকুপ তকুপপা ওয়বনি, অচুনা শাস্ত্রনা আবীরবু "অরুণ" কৌই।

মমৈদদি ফাল্গুণগী পূর্ণিমাদা ফালগুণী কৌবা থৱানমচাক্না পানবা পূর্ণিমাদা সিজহৈ হাইহুনা "ফালগু" অচুগা অপভ্রংশনা "ফাঁগুওয়া" কৌনখি।

"ফলগুত্বং সর্ব্বদেবানাং শিরোধার্য্যোসি সর্ব্বদা।
হরে প্রীতিস্ত্বয়া কার্য্যা নমস্তেঽরুণতেজসে।।"

অসুম্বা মন্ত্র অসি শোন্দুনা ঈশ্বরদা আবীর কংনথরে।

পূর্ণিমা অসিদা মৈথাববু মৈতৈনা য়াওসং মৈথাবা কৌই, ময়াংনি সু "ভেড়া ঘোরদাহ" কৌই। পদ্মপুরাণদা হাঙই, লমদাগী পূর্ণিমাদা সং অমা সারগা মনুংদা শা অমা থম্মগা মৈবা চিংহুনা মৈ লোৌরগা মৈ থাউ হাঙই। স্মার্ত্তসিংনা হাইবনবু য়ুম শারগা য়াম্মা নত্রগা যজ্ঞোমক্ষীর (পায়স) না য়াউ শারগা মৈ থাগনি হাঙই। অরাংথংবা বিহারনা চিংবদদি য়ুম শারগা য়াউ পুল্লি, মায় লোৌথোক্লগা যুম অচু থাই, য়াউ অচুবুনা বলি তোৌরগা মীয়ামনা এল্লহুনা চাথোকই, মাসিবু "ভেড়ার ঘোর দাহ" কৌই। মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা লম্বেন অচু বৈদিকযুগকী ভৌগোলিক সংস্থান এংলবমু য়াম্মা যুম্মা থংই, মিথিলা রোমদগী লাকপা কাংবু অসিনা মণিপুরদা য়াওশং মৈথাবা হাঙনা কৌরবনি। মৈথাবা মতমদা শোনবা মন্ত্রমু স্মার্ত্তসিংনা—

"বিষ্ণুরুদ্রসমুদ্ভূত মহাশন হুতাশন।
মেবমগ্নিরদাহেত্র সমুত্তুঙ্গশিখো ভব।।" অমুমনা হাঙই।

হৃজিক আসাম লৈপাকতা লৈবা আর্য্যকাংবু অসিগা মৈতৈগা লাকপদা লম্বেন তিন্নরক্তে, অহুনা য়াউসংগী কুমৈদা মঙং মানদে। মানজ্রবস্থ মশাদি অমত্তনি। মাহুদি—আসামদা য়াউসংবু "বিহু" কৌই। মৈথাবা অসিবু "কেলা খোর মাহ"—হুক্তেকদবা মুমথাবা কৌই। বিহু হাঙ্গৈবদি বিষুব হাঙ্গৈবনি অহুনা কার্ত্তিক হৌবা সং-ক্রান্তি "শারদ বিষুব" দা অমোক মাঘ হৌবা সংক্রান্তিদা—তিল-সংক্রান্তিদা অমোক, অহুগা বৈশাখ হৌবা সংক্রান্তিদা অমোক, অহুম্নক থাই। মাসি মরুদা অমত্তা ওইবা থোদো ওইহুনাস্থ মৈ-তৈগা আসামীগা লৈপাক অসিদা লাকপদা লমথাই তিন্নরক্তে তাকই। মাহুনা অমোক তাকই, আসামীসিংগী বিহুগী মুমিং অসিদি খৃষ্টগী চহি ৫০০ মুবদগী হৌবনি, মাহুগী মমাংদদি মসি তৌরমকে হাঙ্গৈবা তৌরিবা মুমিং অসিনা তাকই, মণিপুরগীদি চহি লিশিং মরিগী মমাংদগী তৌরকপনি হাঙ্গৈবা মশানা উৎলবা অসিনি।

চহি অমদা ওইবা থা তরানিথোইগী মমিংদা ব্রহ্মণভাগতা ইতোপ তোপ্পা মিং মথল অমা য়াউই। মাহুদি রথগৃৎস অমস্থ রথৌজস্ থা অনিবু বসন্ত, রথস্বন অমস্থ রথোচিত্র থা অনিনা গ্রীষ্ম, রথ-প্রোত অমস্থ অসমর্থ থা অনি বর্ষা, তার্ক্ষ্য অমস্থ অরিষ্টনেমি থা আনিনা শরদঋতু, সেনজিৎ অমস্থ সুষেণ থা অনিনা শীত, তপস্ অমস্থ তপস্য থা অনিনা হেমন্ত ঋতুনি, অস্থুম্না শতপথ ব্রাহ্মণদা মতাং অমদা হাঙ্গৈ।

মাসিদা ঐখোইনা উরে, মৈতৈগী যচিঙ্কু, কাজেন, ইঙা, ইঙেন, অমস্থ থরান কৌবা থা মতাগী মমিংদা "রথ" শব্দগা মরি লৈনৈ।

রথবু মৈতৈরোনদা কাং কৌই, মাদি "ক্রাম"দগী কাইথিবনি। বসন্ত ঋতু চংবদগীনা বর্ষাগী মমাং—নোংজুথাগী মমাং ফাউবা মৈতৈনা কাং শাদৈ। মৈতৈগী বসন্তদি যচিকুদগী হৌবনা থা অসিদগী কাং সান্নবা হৌই, অদুনা মাগী য়াম্না নিংথিনা সান্নবদি কালেন থাদা সাদৈ, অদুনা থা অসিবু—বৈশাখবু কালেন কৌরমই। মতুংদদি শাদৈদি হাঙ্গৈবু নোং লাক্লবা মরম্না মুচিংবা ওইনা শান্নদরে। বসন্ত, গ্রীষ্ম, বর্ষাগী মথক থংবা থা ১ ফাউবা কাং শান্নবা মতমনি।

সূর্য্যদেবনা মথাথংবা মাইকৈদগী অরাংলোমদা কাথংলকপা মতম চুম্না অসি সূর্য্যগী প্রতিক ওইবা অমুবা অকোইবা অমনা চত্তুনা মাগী ক্রান্তিদা থুংলবা মওং অদু তমদুনা সাদৈ। মাসিনা সান্নবগী হৌনবি অমসু জাতীয় খেলা অমা ওইদ্রে, মাগী রাএন কয়ামুকনা নিয়ম ভোদুনা মাসি মণিপুরীয়সিংগী লৈমা নিংথৌদগীনা অচম্বা অভাংম্বী ফাউবাগী হুঙাইরবা সান্নবা অমা ওইনথরে।

মণিপুরনাচিংবদা করিগুম্বা উরিগী জাত অমগী মহৈ লৈ, মাদুবু পূর্ব্বদেশদা "খিল" কৌই। মাগী মচু অমসু মওং অদু মশানা সূর্য্যগী প্রতিক মাল্লি। মাদুনা কাপতুনা অমসু মাদু থম-দুনা মাদুদা পান্নবা শাদৈ। অদুনা উরি অদুগী মহৈবু কাংখিল কৌরে। মাদুদা চা ভোপসিন্দুনা কাম্না মুঙাইনবা শেমদোকলবা সূর্য্যগী প্রতিকমূর্ত্তি অদুবুনা উরিকাং—উরিদা পানবা মহৈনা শাবা কাং কৌই। মমৈদদি উনা শাতনা সান্নরগা উকাং, অমসু শামু-মম্নানা সারগা শামুময়া-কাং অসিনচিংবা কৌনখি।

লৈপাক অতৈদদি রথযাত্রা অসি ক্রান্তি হুমিংতদা যাত্রাবিশেষ ওইনা শাদৈ। মণিপুরীদি থা মঙা অসি চুপনা শান্নরমই।

মথুরাদা গৌড়ীয়দীক্ষা কাংলবা মতমদা ষ'চকুদগী সান্নবনা রথযাত্রা তৌরবদদি—বর্ষা হৌরে হাইদুনা তৌররে। অদুগা হৌবসি বরাহমিহিরগী হাকথক্তা অকোনবা মেষ সংক্রান্তিদা বাসন্ত বিষুব হৌবা অদুদা বঙ্গদেশ অমসুং আসামদা সৌরমাণ চৎপা ওমদুনা বৈশাখ সংক্রান্তিদগীতা সান্নবা হৌরে। মাসি চহি ১৭০ রোমক্তা ওইরি, অদুগা কাং সান্নরকপদি চহি লিশিং মরিগী মমাংদগীনা মৈতৈনা সান্নরক্লবনি।

বসন্তঋতুদা সান্নবা কাং অসি মৈতৈগী মাসুপকী মতিক মা-খোইগী জাতিয় খেলা ওইখি। মাখোইনা ঋতু পুম্নমক লেপতুনা বসন্তঋতুতদা সান্নবা ওইবা ওমথিদে। বর্ষা ঋতু লোইদুনা শরদ চংলকপা লৈপাক কংলকপা অমসুং মুংশাগী অন্নাকপাসু কোল্লকপগা মাখোইনা কাং অমোক সান্নবা হৌরমই। মাসিদা সান্নবা কাংদি, খুৎনা কাং হুন্দুনা সান্নবা তোকতুনা চৈনা য়েদুনা মাগী ক্রান্তি ফাউবা পুশনবা ওস্না তান্নবা ওইনা সান্নে। মাদুবু চৈনা সান্নবা কাংনি হায়দুনা "কাংচৈ" কৌই। কাং মশাবুনা য়েবদা চৎনবা অতুম্বা মওংদা সারে, অদুনা কাংদুম কৌই' মিচং তথাই এন্নরগা চৈ পাইদুনা কাং অতুম্বা অদুবু কাংদুম্বু, মাগী ২ উৎলিবা ক্রান্তি তান্না পুবা ওস্না তান্নে।

কাং—কাংচৈ সান্নবা হায়বসি মৈতৈসিংনা লাইগী কুমৈনি, লাইগী শান্নবনি হায়না মাখোইনা থাজৈ, অদুনা লাইগী উত্তাংপা মতমদা কাং—কাংচৈ কৎলি। অমসুং মাখোইগী লাই হরাউবা কৌবা উত্তাংপা কুমৈদা কাং—কাংজৈ লান্নে।

ক্বাং হাঙ্গিবদি রথদি সগোলনা পুবা হৌটৈ, অহুমা থাজবা জাতি অসিনা সগোলদা তোংলগা কাংটৈ সাটৈ। সগোল তোংছুনা কাংটৈ শায়বা মতমদা মাখোইনা মরিচিং—মাজিং কৌবা লাঙ্গিনা ওংকই, হাঙ্গিনা থুরুমই। মৈতৈনা সগোল কাংটৈ সায়রম-দাইদা সগোনগী লাইয়ানি, হাঙ্গিছুনা শোনবা মন্ত্রসিং অছুগী তাৎপর্য্য এংলবদি, ঋগ্‌বেদগী অথ সূক্তনা হাঙ্গিবা অছুপা চপ মাটৈ। মাছুদি :—

"যমেন দত্তং ত্রিত্ত এনমায়ু নগিন্দ্র এনং প্রথমো অধ্যতিষ্ঠৎ।
গন্ধর্বো অস্য রশনামগৃভ্‌নাৎ সুরাদশ্বং বসবো নিবতষ্ট॥"

ঋগ্‌ ১ | ১৬২

যমনা সগোল পি, ত্রিতনা মাবু কাংদা পানসিনদি, সোরারেন্দনা ইহান হায়া তোংই, অসিনি।

ঐখোইনা মথক্তা মৈতৈসিংগী থা, ঋতু, চহি অমস্ত মাখোই অছুদা তৌবা লিচৎকা লোইননা তিনসোন লাইশোন ফাউবা প্রমাণ তৌগে। মসিনা প্রমাণ ওইরিবদি হুজিক্তগী চহি লিশিং ৪ মরিগী মমাংদা বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা তৌরম্বনি হাঙ্গিবা উৎথরে। ঐখোইনা মাসিদা পাঠকসিংদা তমলিবা পাউ অসিদি মাসিনি, মাছুদি—চহি লিশিং মরিগী মমাংদা তৌরম্বনা মাখোইগী মনাৎনি, আর্য্য-সিংনা ভারত জমিদা চহি লিশিং মরি অসিগী মমুংদা মতমগী থা, ঋতু, চহি, অমস্ত মাছুগী হোংলকপা মতুংইন্না য়ায়া শেংদোকথরে। অছুপ য়ায়া হোৎথরিবা পুস্তক অমা মণিপুরদি ইমাউ য়াউহৌরবা খাইনগী অহ্নতা চৎলুবা অহুমক লৈহৌই।

ভারতনা মতম সিজয়বা অসি মহাভারতকী মতুংদা ভারততা আলেকজেণ্ডারনা লাক্লবা তুংদা গ্রীকতগী রাশি ১২ গী মমিং লৌতুনা চংনখি। রাশি ১২গী মমিং অমসু মাতুগী মরমদা হিন্দুগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী রা অমত্তা বেদ, ব্রাহ্মণভাগ অমসু মহাভারত ফাউবা লৈতে, মাতুগুম্না মৈতৈগী পুরাণসিংদাসু লৈতে, অচুনা ইয়াই লাইনা খংবা ওমই, মৈতৈদি মাখোইনা মণিপুরদা খুন্দাবা অসুপকী মতিক কুইরে।

হমেং, অল্ল—যকু, তুমা, রাইখু, নোংশা, মুয়া, পাপোং, তিন, লিত্তেন, ঙাকিয়োং, চকু অমসু ঙা অসুম হাঙবা মিং ১২ তরানিথোই অসি মণিপুরদা ভাগ্যচন্দ্রমহারাজনা পাল্লবা মতমরাইতদগী চংলকই।

বেদদা নক্ষত্রসিংগী ক্রান্তিবৃত্তগী ময়াদা থোকপা, মাখোইতদা হাপ্তুনা অসুপ য়াম্না মতমগী রা পুমমক সিজরে। ঐখোইনা মহাভারতনাচিংবা অরিবা শাস্ত্রদা য়ামনা নিংথিনা আলোচনা তৌরগা উবা ফংই, মীওইবা হাঙবসি গ্রহ, নক্ষত্রগী মথাদা অরাবা, শুং-ঙাইবনাচিংবা ফই, অমসু মী অচুগী নক্ষত্রগী মতুংইন্না মতম মতমগী অক ফত্ত এই। তৌইগুম্নসুং মহাভারতনাচিংবা শাস্ত্রসিংদা হাঙরিবা মৃগচক্রেসিংনা উৎলিবা নক্ষত্রসিং অচুদা হুজিকী কালগী জন্মনক্ষত্রগী জন্মরাশিগী মতুংইনবা নামসিং অসি চংমদে। অচুগা মন্ত্র শোনবদা করিগুম্না দেবতা অমবু পেন্নবা মন্ত্র শোনবদা উপাসনা তৌবদা মন্ত্র শেংদোকনবা চক্র শেম্না মাতুদা শিষ্যগী গুরুগী এং-মনবা পুমমক অসি গ্রীকতগী লৌবনি, মাতুদি "অব ক হ ড" নাচিংবা চক্রনা উৎলিবা বর্ণমালাসিং অসু গ্রীক লাটিনগী বর্ণমালাং-গা মশা অমত্তনি। অচুগুম্না লাইরা তিলরা সারবা, গুরু শিষ্য

নাইবা, ধর্ম্ম কর্ম্মদা সিজম্মবা মৈতৈগী তুজোন রানাচিংবা অমুদা মাহুগুম্বা মম্র হৌনবি অমু লৈতে, অদুনা অম্মুপ মামনা লাইগা লোইনবা, লাইরা শোনবা থাজবা মৈতৈসিং অ'সনা আলেকজে-ণ্ডারগী মতুংদা মণিপুরদা চংলকপা ওইরবদি মাহু পুমনমক সোইদনা তৌরক্কদবনি।

মতম সিজম্মবগী মরমদা মৈতৈনা ভারতকা শম্মরকপদি হুজি-কগী চহি ২০০গী মতু'দনি। গরিবনীরাজ মহারাজগী শম্ম হাকথক্ক-গীনা ভাগ্যচন্দ্র ফাউবগী মম্মুংদা বিদ্যাসিং অসি মণিপুরদা চংবা হৌই। মাহুম্মু বঙ্গদেশদগী ভম্মমদে, উড়িষ্যা লৈপাক্কগী ভমলমই।

ভাগ্যচন্দ্রনিংথৌরেনগী স্বাহাকথক্কা খুবোংচন্দ্রমণি কৌবা নিপা অমা ফাউখি। মহাক অসি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা পাম্মনি হাইনৈ, মানা মণিপুরদা সন অমা হৌদোক্লমই। মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌদগী অফাউবা পাখংবা কৌবা নিংথৌ অমগী অভিষেক তৌবা চহিদগী চহি অমু হৌহনলি মাহুদি খৃষ্টাব্দ ৭৮৮ সুবদগী হৌই, চহি অমুবু চন্দ্রাব্দ অম্মুমা থোল্লমই। পণ্ডিত অসিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মিংদগী লৌহুনা চহি অসি শেমলগা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হাপচিনবা চহি অসি খংননবা অমম্মু পঞ্জিকাদা শিজম্মনবা শাস্ত্রাব্দ পিগুবুদি অব্দরম অম্মুমা মমিং থোন্দুনা সিজম্মৈ।

———

# মণিপুর ইতিহাস।

## ১ সুবা পন্দুপ

## মৈতৈরোন অমসুং মৈতৈময়েক।

### লোন।

লোন হাঙৈবসি করিবু কৌবগে? করম তৌদুনা ওইরকপগে ঈশ্বরনা শেম্বরা নত্রগা মীনা শেম্বরা? অসুম্না পণ্ডিত পুম্নমক খাইনদগী হৌদুনা য়াম্না নৈনখ্রে। হৃজিক ফাউবদা থাইনা ভারতা ব্যাকরণ শাস্ত্রনা চাউখৎখিবা, অমসুং মাদুগীদমক নৈনখিবা অদুপ য়াম্না ভাষাতত্ত্ব অমসুং ভাষাবিজ্ঞানদা পৃথিবীদা চাউখৎপা ওমদরি।

ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা ভারততা সংস্কৃতবিদ্যা তমলবা মতুংদা ভাষাবিজ্ঞান অমসুং ভাষাতত্ত্ব অসি নৈনবা হৌই, মাখোইনা সংস্কৃত তমদরিঙৈদা ভাষাবিজ্ঞান নৈনরমলবদি ভাষাবিজ্ঞানদা মাসুপ য়ামনা চাউখৎপা ওমলম্লোই।

ঐখোইগী ভারতকী প্রাচীন পণ্ডিত ঋষিশিংনা লোন হাঙৈবা অসিগী থোরকপগী মরমদা নৈনমখৈ নৈনরগা অরোইবদা হাঙৈরমই, বিজ্ঞান পুম্নমকী বিজ্ঞান ওইবা ঈশ্বর পরব্রহ্মদগী থোকপনি। অসুম্না লেপলমই, মাদু নত্তবা লোন হাঙৈবা অসিনা থোরকপদি মাসুম তৌই হাঙৈবা লম অমদি তাক্লমদরে। জৈন্দআবেস্তাগী মততা হাঙৈবনবু ওান্নবা চাকলবা অমসুং মওানগী মশক ওইবা বৈশ্বানর

( মৈ ) গী মতুংদা লৈবা সনাগী মচু মানবা হিরণময় পুরুষগী মিৎ অনিগী ময়াইদগী লোন হাঙ্গৈবনি থোরকই। মাদি অমাংবা লৈতে, মতমকুইনা লোংদনা লৈবীনি অসুম্না হাঙ্গৈ।

পাণ্ডবসিংনা মাখোইগী হুদিশসারিক কৌবা কোরাণগুম্না সিংথানবা ধর্ম্মগী লাইরিক্তা হাঙ্গৈবনবু—লোন হাঙ্গৈবসি বনীআদম—মীনা শেম্বা নত্তে ঈশ্বরনা শেম্বনি হাঙ্গৈ, পাণ্ডব কবি অথোইবা শেখশাদিনা হাঙ্গৈ—

"বনী যে আহাঁদের জাঁ আদরী।
হকীমে সখুন বরজুবাঁ আদরী॥"

পরমেশ্বর নংবু থাগৎচৈ,—মানা লৈদা মীওইবগী লোন শেম্বিরমই।

মী, শা, উচেক অসিনাচিংবা থবাইপানবা পুম্নমক্কী থোনাউগী স্বর ইরৈ লৈ। মাহুদগী লাউথোক খোংদোল্লকই হাঙ্গৈহুনা মহাকপু স্বর কৌই। ভারতকী পণ্ডিতসিংনা হৈরমই, মাহুদি—স্বর পুম্নমক শ্রুতিদগী পোকপনি, শ্রুতি অসিমক্তি হকচাংগী মকম মকমদগী মথল মথায়াম্বা কারণসিংদগী থোরকই। মাখোইগী মতত্তদি হৃদয়, থোরি অমসুং কোক অহুম অসিনা অথোইবা মপুং ওইবা মকম ওইহুনা মকম কুননিথোইদগী স্বর পুম্নমক অসি থোরকই, অসুমনা হাঙ্গৈ। স্বরদগী শব্দ থোক্লেন পোকই। হিন্দু আর্য্যজাতিগী ধর্ম্ম লাইরিক,—বেদ, ব্রাহ্মণ, উপনিষদ, পুরাণদা "স্বরব্রহ্ম" শব্দব্রহ্ম" অসুম্না কৌবা শ্রুতি লৈ। খৃষ্টগী ধর্ম্ম লাইরিকতা অসিগুম্না রাইহে অসি হাঙ্গৈ,—

"In the beginning was the word, and the word with god and word was god vide gospel ( St. John. )"

পাশ্চাত্যপণ্ডিত প্রাণিতত্ত্ব খংবাসিংনা মাসুম্না হায়রৈ, মাতুদি—মীওইবগী কোক ( Carabral hemispheres ) মখল অ'ন খোয়া থাইদোকলগা ওইরোমদগী স্বর পুন্নমক থোকই, অসুম্না হায় । মাথোইগী মতভদি করিগুম্বা হকচাংগী নত্রগা পুকনিংগী অয়িনবা উত্তেজনাদগী থোকপা কোংদবা স্বর ( Inarticulate Sound ) থোকই, মাতুদগী অকোংবা স্বর ( Articulate Sound ) খোঞ্জেন পোকই ।

অসি অসিগুম্বা বৈজ্ঞাণিকসিংগী সিদ্ধান্ত অসিদগী হায়বা ওমই, মাতুদি,—স্বর অমসু শব্দ হায়বসি মীওইবনা শেম্বা নত্তে । মিং, না, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়গুমনা মীওইবনা কংনরকপনি, ঈশ্বরনা পীরম্বনি । মাসি শেমনবা মীওইবনা করিসু থৌরাং তৌরমথোক্তে । তৌইগুম্বসু স্বর অমসু শব্দ—খোঞ্জেন হায়বসিদি লোন নত্তে ।

মীওইবগী থমোইদা লৈবা ভাব কোংদোকপাবু লোন কৌই । মাতুদি কোংদবা নত্রগা অকোংবা স্বরদগী থোকপা ওইতুনাসু খোঞ্জেনগী পরেং মরৈ, কজবা, নৌবা, পুক্রিংগী বাখন কোংদোকপা, মখাদা অর্থ ওাক্তা ওাইবা লোন অসিদি মীওইবগী কাংবুনা শেমবনি । অসিগুম্বা লোন হায়বা পোৎশক অসিদি মী অমসু মীনত্তবা জাতি অনি অসিদা ওনথোকনা খেন্ননা লৈপ্রবা পোৎনি, অতুনা ইরাই লাইনা খংবা ওমই, লোন হায়বা অসিদি মীওইবা জাতিনা থোরকতৌদগী লোইনরকপা নত্তে । অতুগা মীওইববু লোয়রু হায়তুনা ঈশ্বরনা পুলপ থারকপনু নত্তে ।

উপনিষদ্‌না হায় "যদিদং কিঞ্চ জগৎ সর্ব্বং প্রাণ এজতি নিঃসৃতং ।"—ভাইবংপানবদা ওইরিবা পোৎ অসি পুমনমক থয়াই

অখোইবদগী খোরকতুনা থরাই পুন্নমক্তা চোংলবা ওাক্তনি, অসুম হাঙ্গ-বা মহাবানী অসিনা তাকলিবা অসিগী অর্থদা স্বর, খোঞ্জেন অমসুং লোন পুম্মনমক অসি পরম পুরুষনা শেম্বা ওাক্তনি। তৌইগুমসুং ঐখোইনা লোনবু ঈশ্বরনা শেম্বা নত্তে হাঙ্গবগী অর্থদি, মীসরগী জাতি-সিংনা পিরামিড শেমই, অমসুং থাগীনা চেংপন থোক্লি হাঙ্গবা অদুগী অর্থ-দা লৌদুনা হাঙ্গবনি, মাদুদি—ঈশ্বরনা শেমদুনা থরাইপানবদা পিরিবা স্বর-খোঞ্জেনসিং অদুদগী মীওইবা কৌবা জাতিনা মাগী ২ তাব অদু কোংদোকপদা মাসিগা মাসিগা তিন্নরগা মাসিদগী মাসি লৌ-থোক্লগা তাব অদু থংহল্লি হাঙ্গবদু থন্দুনা ২ লৌজরগা মাগী ২ ওইনা থমনদুনা মীওইবা কৌবা জাতি অসিবু মাখোইনা মহৈ য়াম্নবা শেমজে হাঙ্গবনি।

মীওইবনা অহানবা মতমদদি তাইবংপানবগী মপুনা পিরকপা খোঞ্জেনগী মতেংনা মথুং মশাগী ঈঙ্গিংকনা পুকনিংগী রাখন কোং-দোক্লমই, মতম অয়াম্বদা মকম অয়াম্বদা লোইনা কোংদোকপা ওয়দদুনা মহৈ ২ পুকনিং তিন্নদবদগী মহৈ মহৈ য়ৈনস্সুনবনা তাইবংপানবদা য়াম্নবা মতম লেনখিবনি। মাসুম্না চহি যুগ কয়ামুক হৌপ্রবদা মীওইবগী লৌশিং হেন্দুংলকপগা লোইন-লোইননা লেন হাঙ্গবসি কোয়া লাক্বপনি। লোন হাঙ্গবসি লোন্ন-লোন্নরক্লগা অসুম ২ শেংলকপা অমসুং অনৌ অনৌবা শব্দ থোকলক্তুনা লোন অদু অসুম চাউ-খংলকপনি, মাদুদা চহি মতম কুইনা চংখি।

মাসুম্না অনুমান তৌবা অসি চুমদবা ওইরোই, মাদুদি থাইনা যাযাবর—কোইচং চংপা জাতিসিংনা (Nomads) চানিংজাই

লৈয়কতুনা অমন্থ মীসিং য়ামথংলকতুনা মাখোইগী লৈকম থা-লোকতুনা অতোপ ২ পা মকমদা চংনখি। অতুগুম্বা মীসিং অতুনা মাখোইগী মরোল অহু সিংথিনা সুনা পুনবা ঙমখিদে, অপো ২ বা পোংকী মমিং অমন্থ ইমুং মচুংগী মিং মরু ২ ওইবাসিংগী মথৈক্তা পুনখি। অতুগুম্বা থরদং পুথিবা শব্দসিং অতুগী মচুংদা মমা মপাগী মিংলৌসিং অসিদি সোইদনা পুথি, মরম অতুনা পৃথিবীদা লৈবা মীকোবা জাতি অসিগী মরক্তা অয়াম্বদি মমা মপাগী মিংলৌদা ইমান মাথৈ।

লোন য়াম্না হৈবা অমন্থ শব্দগী তত্ব থংবা অথোইবা A. H. Sayce না মাসিগী মরমদা হাঙৈরমই—

As matter at fact, in almost all languages names have been found for the parent in the two simple labial utterances pa and ma.

( The Seince at Language P. 400 )

ঐখোইনা মাসিদা উদাহরণগীদমক মতাদং মথাদা মাত্থ উৎনিংই,—

| বৈকৃত | বৈদিক | সংস্কৃত | গ্রীক | লাটিন | জার্ম্মন | ইংরাজী | মৈতৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মা | মাতর | মাতৃ | মাটর | মাটর | মূত্তের | মাদার | মা |
| পা | পিতর | পিতৃ | পাটর | পাটর | ফাত্তের | ফাদার | পা |
| ভা | ভাত্তর | ভ্রতৃ | ফ্রটার | ফ্রাটার | ব্রদের | ব্রাদার | ভা |

মাসিতা নত্তনা লোন অতৈ অতৈদাস্থ মমা মপা কোংদোক শব্দদি মাম্নবনা নমই। মাত্থদা থরদং থেম্নবা মান্নদবা অসিদি লৈকম তিম্নদবা অমস্তুং মতম কুইনা কাইনথিবদগী থোকখিবনি। মিলৌ অনি অসিগী অহানবা হৌরকপা মতমদগি অসিগুম্বা থা-

তিনিং অতু মকম অমত্তদা মতম অমদা সম্প্রদায় অমত্তা ওইরমই, হাঙ্গৈবদা চিংনফম থোক্কে। অসি অসিগুম্বা জাতিসিং অসিগী ময়েক —বর্ণমালা উরগা খনলি, মাখোই অসি বর্ণ—অক্ষর হাঙ্গৈবসি থোক্করিবগী মমাংদা হায়না কাইনখিবনি অমুমনা খংবা ঙমই।

মাসুমনা বিচার তৌরবদা মসিমসু ইরাই লাইনা খংই, মী-ওইবনা মমা মপা হাঙ্গৈবসিবু কাউদবা অসিগুমনা মাখোইনা তাই-বংপানগী মপুনি হায়না থাজখিবা ঈশ্বর দেবতাবুসু তরাইতকোকনা থাদোকপা ঙমদে। মাতুনা মাখোইগী ময়োল অতুদা চুহুনা লৈ-হৌই। মাসিগী মরমদা ঐখোইনা মথক্তা পন্দুপ অতৈদ সু অমোকসু হাঙ্গৈখরে, অতুবু মতাং অসিদসু অমোক নিংসংলি।

ঋগ্বেদগী (৬ | ৫ | ৫) "দ্যৌঃ পিতরঃ পৃথিবী মাতরঃ" অসিনাচিংবা মন্ত্রদা য়াউরবা "দ্যৌ" হাঙ্গৈব শব্দ অসিগী মরমদা ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা য়ামনা কয়া নৈনতুনা থিখরে। মাখোই অতুগী সিদ্ধান্তদা মাসিদি ইমান মায়বনা নমই। "Before the disperson of old Aryan Stock he (Dyaus) was the chief divinity" অর্থাৎ থাইনগী অরিবা জাতিসিংনা হায়নগী য়ুমফম থাদোক্তরিবৈদা "দ্যৌ" অতিয়াবু দেবতা অখোইবা ওইনা নিংলমই। অসুম্না পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গৈবসি হুংজকপা য়াবা য়াফম থোক্কে। মথক্তা এংখংখিবদা উবা ফুমিং, থা, থরানমচাক-সিংনা লৈতেংবা পুকনিং হুনবগী মশক ওইবা ঙমখৈ লৈতবা অতিয়া ঈপাক, মথাদা এ পরকপদা পাক্লবা লৈপাক লৈমদা চিংগী পায়েং পায়েংনা ঈপোম হৌবামানবা মরক মরকতা চেৌন্নবা তুরেন-

সিংনা মপুক পুরিবা ঈসিংনা য়াই য়াই লাউনা কত্ত হৌদিশোং-লোকলবা লৌনা সংবান্নবা পাকলবা লৌবুকসিংগী, মথল মথা য়ান্নবা মহৈ মপান্না লৈত্তেংলবা বনগী পরেং পরেং অত্তনা থাইনগী অরিবা য়ৌসিংগী থমোইদা কাউবা ঙমথিদে ।

অরিবাসিং অত্তুনা লৈপাক লৈপাক খুদিংদা চৎপ্রবা মতমদা মাখোইগী মশাদা চুপ্রবা মপা, মমাগী মিক্তো থাগো অত্তুগা তোইনা সিজন্নবা সর্বনাম কয়ামুক অমস্তু মসিংখিবা অসি আসিগুম্বা অসিগা লোইনত্তুনা "দ্যোঃ" কৌবা অতিয়াগী মমিং অসি কাউথদে মাত্তু মথক্তা পন্দুপ অমদা উৎপ্রবা অচৌ অচৌবা জাতিসিংগী মরোনগী ঈশ্বরগী মমিং অসি উরগা মতমগী ইপাক্তা লুপপ্রবা থৌদোসিং অত্তু পুথোক্তুনা উৎলি :—

| জাতি অমস্ত লোনগী মিং— | ঈশ্বরগী মমিং— |
|---|---|
| ১। বৈদিক ( সংস্কৃত ) | দ্যৌ |
| ২। গ্রীক্ | জিউস্ বা দিউস্ |
| ৩। ক্রিটান | থিউস্ |
| ৪। লাটিন | দিউস্ বা জোবিশ্ |
| ৫। জার্মন | দিউস্ |
| ৬। কেলটিক | দিউ |
| ৭। ফ্রেঞ্চ | দিউ |
| ৮। ইটালীয়ান্ | দিও |
| ৯। স্পেনিষ | দিয়স্ |
| ১০। গ্যালিক | দিউ |

| | | |
|---|---|---|
| ১১। | আইরিস | দাই |
| ১২। | পোর্টুগিজ | দিয়স |
| ১৩। | সুইলিস | দাইস |
| ১৪। | ওয়েলস | দ্যু |
| ১৫। | মৈতৈ | তিয়া। |

মাসিদগী ঐখোইনা খংবা ওমই, মাতুদি বেদোক্ত দেবতা অসিবু মাখোইগী উপাস্য আরাধ্যনি হাঈনা থাজবা কাংলুপনা মণিপুরদা লৈরবনি হাইবা খংই, অতুগা মৈতৈসিংনা মণিপুরদা লাক্করিঙৈ-দনা চিন, জাপ'ন অসিনাচিংবা জাতিনা হান্না খুন্দাখ্রবনি হাঈবসু খংনরে।

"দ্যৌ স্পিতরঃ" নাচিংবা বেদমন্ত্রগী ধ্বনি ওাদরিঙৈদা হান্নানা খুন্দাখিবা জাতিদি—

জাতি অমসু লোনগী মিং— ঈশ্বরগী মমিং—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | হিব্রু | ইলোহিম |
| ২। | চালডিয়া | ইল্লা |
| ৩। | আরবী – তুর্কী | অ'ল্লা |
| ৪। | মিসর | টেন |
| ৫। | তাতার | মাগাতাল |
| ৬। | চীন | পুষা |
| ৭। | জাপান | কামিসান্না |
| ৮। | মাডাগাস্কর | আন্নর |
| ৯। | ফিজি | কালন |

| জাতি অমসু লোনগী মিং— | ঈশ্বরগী মমিং— |
| --- | --- |
| ১০। টৈহি টিয়ান | আটুয়া |
| ১১। হুওয়াই | আকুয়া |
| ১২। বাসিয়ান্ | বগ |
| ১৩। ল্যাপ | যাব্মেল |
| ১৪। ফিন | জুমালা |
| ১৫। গ্রীনল্যাণ্ড | গুডিব ইত্যাদি |

ঙমিংচুপ্পা হোংবতনা মহৌশা ওইবা তাইবংপান অসিদা মশাং নসু হোংল্লবা শব্দসিং অসিনা মীওইবগী মচিনদা হান্নগী মশক হোংদনা চহি ১০০ তসু লৈবা ওস্বনত্তে, চহি ১০ | ২০ তদা পং-হোংতা হোংই। (১) কনানা মশক্তি লৈরগা অর্থদা হোংখিবা য়াউই, (২) হান্না লৈরম্বা শব্দ অচুগী অর্থ লৌতুনা অনৌবা মশক হোংবসু য়াউই। (৩) হান্নগী পুমকাউ কাউতুনা অমা পুমহোং হোংবা য়াউই। (৪) হান্না লৈরমদবা অনৌবা চংলকপা য়াউই; অমসু (৫) হান্না লৈরম্বা শব্দগী মশাংতু তেনসিনখিবা নত্রগা শাং-দোকপা অমসু মচেৎ অমত্তংদা অনৌবা মচেৎ নপশিনবা অসুম্না সমুত্রগী ঈসিংগুম্না ইরাং লাংনা লৈ।

| সংস্কৃত সর্ব্বনাম | ভাষা | মৈতৈ |
| --- | --- | --- |
| ত্বম্ | তুম্ | নং |
| অহম্ | হম্ | ঐ |
| ইদম্— | — — — — | — মা |
| ইদম্ — | — — — — | — অহু |

| সংস্কৃত সর্ব্বনাম | ভাষা | মৈতৈ |
|---|---|---|
| অদস্— | — — — — — | অসি—আসি |
| কিম্— | — — — — — | করি—কনা |
| যদি— | — — — — — | বদি ইত্যাদি |

মৈতৈ মসিং থিবা—অমা, অনি, অহুম, মরি, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপাল, মাপল, তরা অসিনি, মাসিগী মনুংদা অমদগীনা মাপন ফাউবা অসি মৈতৈনা অরিবা লমদগী পুরকপা শব্দ নত্তে, তরা অমস্থু কুন অনি অসিদি পুরকপা শব্দনি। মাস্থুদি অসিনি—

| | সংস্কৃত সংখ্যাবাচক | ভাষা | মৈতৈ |
|---|---|---|---|
| ১০ | দশ | — | তরা |
| ২০ | বিংশ | কুড়ি | কুন |
| ৩০ | ত্রিংশ | ত্রিশ | কুনতরা—কুনথ্রা |
| ৪০ | চত্বারিংশৎ | চাল্লিশ | নিফু |
| ৫০ | পঞ্চাশৎ | পঁচাশ | য়ানখৈ—য়াখৈ |
| ৬০ | ষষ্টিন্ | ষাইট | হুম্‌ফু |
| ৭০ | সপ্ততি | সত্তর | হুমফুতরা |
| ৮০ | অশীত | আসী | মরিফু |
| ৯০ | নবতি | নব্বই | মরিফুতরা |
| ১০০ | শত | শত | চা |

মাসিদা ১০।২০।৩০ ৪০ ৫০।৬০।৭০।৮০।৯০।১০০ মাসিদি মমিংদি হোংথ্রবা অর্থদা লৌই। মাস্থুদি, অসিনি কুন হাঙবা মমিং অসিনা মাগী মথংগী মমিংশিংগী অরেপ্পা চাং অমা ওইরগা ৩০ বু কুন+তরা=কুনথা কৌয়ে। সংস্কৃততা হাংপা, ফুংগী অর্থনা

পাটী-গী পুরণ তৌবা থংনৈ, অদুনা নিফু—অনিনা ফুবা (পুরণ তৌবা) ২×২০=৪০ নিফু কৌই, পুরণ তৌবা তোক্‌লনা ১০ য়ানশিনবা হাঈবা অর্থদা ৪০+১০=য়ানথৈ—য়াংথৈ। হুম (অহুমনা) ফু (পুরণ তৌবা) কুন ৩×২০=৬০ হুমফু। হুমফু ৬০+১০ তরা=হুমফুতরা। মরি ফু (পুরণ তৌবা কুন) ৮০ মরিফু। মরিফু ৮০+১০ তরা=মরিফুতরা. শত=শ—চা কৌই। মাসিনা খংবা ওমই, মাদুদি মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা মতমদি ভারততা পাটীগণিত বিদ্যা অসি হৈরবা মতমদা মতুংদানি হাঈবা থংনৈ।

আসাম প্রদেশদা মশিং থিবদা কুনবু মপুং ওইনা থমদুনা একুড়ি, দুই কুড়ি, তিন কুড়ি অসিনা চিংবা হাঈ, মৈতৈগীসু মাদুগদি মান্নরগা মৈতৈনা হেন্দোকপনা পাটীগী মরোন্দা পুথোকপা, পুথোকলিবা অদুসু সংস্কৃত সাহিত্যগা অর্থদা মশা অমত্তনি। অসুম্না মসিং থিবদা পাটীগী মরোংদা তৌবদি জাতি অতৈদা তৌদে। মৈতৈগী কাংথরো সান্নবা কৌবা কাং মশান্ন অমা লৈ, মাসিদি আসাম প্রদেশ পুম্নমক্তা তৌই। মাদুদা খোং অনিনা কাংথিল চপলগা চোংবা, থুত্তা হাপ্লগা থাদবা, অমসু কাং ওলহল্লগা য়োদ-ন্নিনৈদা ফাবা অদি অসিগুম্বদা মান্নবনা নমই, মাদুবু আসামীয়সিংনা হাঈবদি নোংচুনবা খেলানি, শ্রীকৃষ্ণনা সান্নবনি অসুমনা হাঈ। সান্নবা অদুবু "খিল খেলা" কৌই। ঐখোইনা হাঈনিংই, মাদুদি মওং মতৌদা রথগা মান্নরবসু সূর্য্যগী গতি তমদুনা সান্নবদগী থৈখিবা নত্তে। মৈতৈনা মাদু শান্নবনবু মাখোইগী কাং শান্নবা অদুগা মান্নবা

ওইনা লৌশিনবনি মরমদি, মৈতৈনা খিলবু কাং ওইনা শাটে হাঙ্গী- হুনা " কাংখিল " কৌই। মাসুম্না মখনা চিংবা পোৎ পুনববু কাং- পোৎ, গাডিগী অকৈবাবু কাংকৈ, মখগী পোপুদা হাপ্পা চৈবুসু কাংকৈ, মীনা হিপুনবা খাটপুম্ব কাংখোল, খাটকী মখাবু কাংখোন- মখা কৌবা অসিনাচিংখদা কাংগা মরি লৈনবা পুম্নমক অহু বিচার ভোরগা খাঙ্গশেংনা খংবা ওমই, সুর্য্যগী রথগা মরি লৈনবা কাং অসি, মৈতৈমা মনাৎ ওইনা থবক সুবদ', হিংনবা পানবদা অমসুং শান্নবা ফাউবদা পুসিনখিবনি, মাসুম্না জাতি অতৈদা তোদে। মাহুগী অশেংবা খুদম অমদি উরি জং অমগী মহৈ "খিল" বু মণিপুরগা খংনবা নোংচুপথংবা লৈপাকলোমদা "গিল" কৌই মাহু খিল—গিল ওইগনি। খনেশ কৌবা উচেকনা মহৈ অসি য়াম্না চাই, অহুনা মাদোমদা লৈবা মন্নাংশিংনা উচেক অহুবু "গিল খোড়" কৌই, মৈতৈনদি মাহুবু "কাংজবী" কৌই।

মৈতৈ হায়বসি, ভারতকী নোংচুপ অরাপ্পদগী লাকপনি হাঙ্গী- বগী খুদমদা মচন মচেম পোকমিন্নবীগী মচাসুপীবু ইথৌ, সুপীনা মামবু ইকু কৌই, মাহুদি মচানিপাগী মহুনা তৌনগনবা ব্যবহারনি, অমসুং মমাগা পোকমিন্নবা মামাবু নিঙোন মচানা ইকু অমসুং মামনা নিঙোনমচাবু ইমাক ( জামাতা ) কৌই। অহুনা তরং তরংনা খংলে, মাসি ভারতকী পশ্চিম ভাগতা লৈবা জাতিনা তৌই। অহুতৈ দেবকীনা মচাসুপী অহোনবীবু কংসদা হাৎপিগনু হাঙ্গৈনা নিবদা "সুখেয়ং" মংগী নথৌ অসে অমুম্না হাঙ্গইহুনা নচানিপানা লোহুনা নথৌ ওইগদবনি হাঙ্গখি।

পশ্চিমদা লৈবা জাতি অসিনা মতু দা অন্নাংলোমদা লৈবা (পশ্চিমোত্তর) জাতিসিংগা চারো মৌরোনকবা অমসুং লোন ওয়াং-বগী রাকম প্রাচীন সাহিত্যদা য়াম্না লৈ, অদুনদি মৈতৈ হাঙৈবসি মিতান্নি ( Mitanni হাঙৈবগা মান্নৈ, মতুংদি শর্ম্মনবু জর্ম্মন, আঙ্গি-রসপু অংগ্র—ইংরাজ, অমসুং

"বধীদিন্দ্রো বরশিখস্য শেষঃ ভভ্যাবর্ত্তিনে চায়মানায় শিক্ষন্।
বৃচীবতো যৎ হরিযূপীয়ায়াং হন্ পূর্ব্বে অধে ভিয়সাপবোর্দ্দৎ"

( ঋগবেদ ৬। ২৭। ৫ )

( চায়মানগী মচা চিংদলৈবা অভ্যবর্ত্তীনা ইন্দ্রগী কৃপাদগী হরিযূপীয়া ( ইউরোপ ) গী মপু ওইদুনা মাদুদা লৈবা বৃচীবংশিবু ( বৃটিশ জাতিবু ) জয় তৌখি অদুগা মাখোঙৈগী সেনাপতি বরশিখবু হাংখি ) অসুম্না হাঙৈবা অসিদা থুকন পাঙনবনি হাঙৈবা ফোংদোকপা 'বৃচীবৎ' শব্দনা হৌজিক বৃটিশ হাঙৈখিবা অসিগুম্না মিতান্নি ( Mitanni ) না মৈতৈ—মীতৈ হাঙৈবানি অসুম্না" অনুমান তৌবৈ।

মিতান্নি কৌবা লৈপাক অসি হৌজিক মেসোপোটামিয়াগী অন্নাং-থংবা সরুক্তা হত্তি ( Hittite ) জাতিগী রাজধানী হত্তুশাম কৌ-বদা লৈমুংদগী যুদ্ধ লাইরিক ইবা অমা ফংলে, মাদুদা ইরমই, মিতান্নি দেশগী নিংথৌ মত্তিবাজনা হত্তিসিংগী নিংথৌগা সন্ধি তৌবা মিত্র অমসুং ইন্দ্রনাচিংবা দেবতাবু পন্দুনা রাশকবা ইরমই, অদু-নদি মিত্র বরুণ, ইন্দ্রবু নিংবা মৈতৈসিংগা ধর্ম্মদসু তিন্নবনি হায়ন খল্লবসু য়াই। থাক্লেংশেংবদি মাদুম্না থনবা অদু রানা লেপ্পা য়াজি, অমসুং প্রাচীন শাস্ত্রদা প্রমাণ ফংদে।

মেসোপোটামীয়াদগীনা অসুপ শাংবা লম মণিপুর ফাউবা অসিদা মাখোইনা মরক্তা লৈবা জ'ত্তিসিবু জয় তৌদুনা চংলি হাঙ্গীবা ইতিহাস ফদে। অদুগা মথৎরা জাতিনা বিদেহদগী মণিপুরদা চংখিবগীদি সসংবা আখ্যায়িকা লৈবনা মাদুবু হ'প্রকুবা কারণ ওরি অমত্তা ফংদে।

আর্য্যসিংনা ভারততা ল'ক্লবা তুংদা কাংবু অমা লাকই, মাখোই অদু ব্রত্যনি, মশাদি আর্য্যগী ঐ ওইরগা বেদ থাদে'ক্লবা জাতিনি, অসুম্না পণ্ডিত'সিংনা হ'ঙ্গ। মাদুগুম্বা জাতিসিং অদুনা লান্দরকখি অসুমনা অথর্ব্বনা চিংবা বেদদা অমসুং অতৈ অতোপ্পা সংস্কৃত সাহিত্যদা ফ'ই, মহুম চিংবা প্রাচীন ধর্মশাস্ত্র আলোচনা তৌরগসু উই, মাদুদি, ব্রহ্মণ ফ'দদুনা জাততাখিবা ম্লেচ্ছধর্ম ফগ্রবা ক্ষাত্রিয় মচসিং য়াম্না লৈ, মাখোই অদুগী মহুংদগী কাংবু অমনা চিংমানদা থুন শন্‌লোকপাদা মণিপুরদা চংদুনা তাখিবা ওইগনি অসুমনা অনুমান তৌবা য়'ই, অদুগুম্বা জাতি অদুনা মণিপুরগী খোংজাই কৌবা জাতি অসি ওই'খিবনি অসুমনা কনাগুম্বনা হাঙ্গ। হাঙ্গরিবা খোজ'ইসিং অসিগী লান্দা থৌব', থৌনা ফবা অমসুং মাখোইগী মশাকনবা পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুন। মাখোই অসি ক্ষত্রিয় রক্ত ওইবা য়াই, ফৌইগুম্বসু মাখোই অসিগী মশাদা আর্য্য ভাবা অমসুং আর্য্য সংস্কৃতিগা করি অমতা মরি লৈতে মরম অসিনা ব্রাত্য ক্ষ'ত্রিয়না মৈতৈ ওইগনি হাঙ্গনা অনুমান তৌবদা মতিক চাবা কারণ ফদে।

মৈতৈগী শেন মশিং খিবা অসি চীনগী সভ্যতানি অসুম্না পুরাতত্ত্ব থংবসিংনা হাঙ্গ, শেন কৌবা ময়েক শেননা শাবাবু ২ বু

শেন অমা, ৫ বু য়াংখৈ ( পঞ্চাশ ), ৮ চামা ( শত ) ১০ বু .শেন মঙা ( পাঁচ ) কৌই। অসিনাচিংবা শেন মশিং থিবদা ভারতকী সভ্যতাগা ইমান মান্নদবা অমা চংলমই। মাসি ছুঙ্কিক্তি চংতরে, অমসু খুরুম্বদা লুথম লোয়দা তুংদা লেংপাক অসি মাবু খুরুম-গদবা মীবু উননবা খুরুমই, খুকউ অনি লৈপাক তাহনা খুং অনিনা লৈপাক্তা থমহনা তেন্না খুরুমই, মাসি মাঙ্গোলিয়ানসিংগী সভ্যতানি। রাহোং মতু খুত্তা মচা মতাদা থেংনগা "থেঙ্গৌ" কৌবা জগোই সাহনা নিংথৌনা ল কৈদা লেংলগা লম্বেনগী মতেক মতেক্তা অভ্যর্থনা তৌনৈ। মাসি পুন্নমক অসি এ হনা বিদেশী পণ্ডিতসিংনা আলোচনা তৌই. ইন্দোচীন লোমদগী মীগা চশাং-লোনদগী মীগা তিন্নহনা মৈতৈ কৌবা জাতি অসি ওইখিবনি। মাখোইগী চাইরুং ফনবা, নাতোন নম্বা মিংলাউদবা, মচু কোংহাও-নবা, শম মতিংমতিংবা, মকু—মকোই চোমদবা অসি খিবিকনা মরম ওইহনা মৈতৈদি মঙ্গোলিয়ান জাতিনি চিংদা লৈবা জাতিগা তিন্নহনা ওইবনি অসুম্না লেপনৈ।

মৈতৈ হাঙ্গৈরগা বিদেশীসিংনা উরিবা মীশিং অসিদা উরিবা মশক মচু অসি নত্তে, অসুম্না কয়িসু হাঙ্গৈকম থেক্তে। এখোইনা হাঙ্গৈ-রিবা বিদেহ মাথবগী ধারনা মণিপুরদা চংখিবা, মাখোইগী ধারা-তবু মণিপুরদা কয়ায়াম্না লৈবগে হাঙ্গৈনা খোঙ্নন লি। মকোক্তা কিনা কোকএং এংপা, মচু ঙৌবা থৌনাকবা কাংবু অমা ব্রাহ্মণগা লোইনহনা লাকপা মাখোইগী ধারা অহু মণিপুরদা লৈ। মাখোই অহুগী মপান্দা ওইবা মশক মচুদি লৈপাক অসিগী আদিমবাসী-

সিংগা চারো মোয়োনবদগী হায়রগী মশক মচুদগী ওন্থোক্লা য়ায়া হোংখরে। মাহুদি ইখ্বাইনা ইউ উনরিবনি ইংরেজ জাতিনা ভারতকী মপী লৌরগা পোকপা ইণ্ডিয়ানসিং অদু মীয়োম অততদা মশক হোংই, মথং মথং হোংথরক্লনা মখেদা ইশেং শেংবা ইণ্ডিয়ান ওইরিবা অসিনি। ভৌইগুম্বসু মাখোইগী ঈ মতুংদা লৈবা অদুগী মরিনদি হোংদে।

ঐখোইনা খোংগুম লিরকপা জাতিসিং অদুনা মাখোইনা থংলকপা সভ্যতা খজিক্কুং অদুবু হুজিক কাউবা ঙাক্লনা লৈবা অসি মী কযামুক লাক্লনা লৈবনো ? হাঙ্গবা অরাকপা কাংবু অদুগী সঙ্ঘবদ্ধ অধ্যবসায়, অমসুং সহিষ্ণুতা অদু কয়ামুক কনখিবগে হাঙবা অদু উরগা তুজুংবা পোকই।

মাখোইনা মণিপুর অসিদা লাক্লগা হায়া লৈরম্বা অসিগা ভিন্নরগদি সমুদ্রদা কোঙোন ভাকপগুম ভাক্লনা তুমখিগদবনি, অদুবু অসুপ কুইখবা অসিদা মাখোইগী জাতীয় কৃষ্টি অমসুং সংস্কৃতি অদু থাদোকলমদে। মাখোইনা লৈরম্বা সিংদাহুম ভম্বিয়তুনা মীলাক মরি রোম হেন্না মাখোইগী পুরকপা সংস্কৃতি খজিক্কুং অদু কন্নুরীগুম্না মী খুদিংদা চুহল্লমই। হুজিক্কি মাদুগী মপানদগী অসুপ য়ামগ্রবা মণিপুরীয় জাতি অমা ওইনা চোংথোক্লনা তাইবংপানবদা মীশিং থারকপদা ঐখোই লৈরি, হাঙনা লাউরে।

হিন্দুগী প্রচীন পুরাণসিংদা থিরুই, মণিপুরগী চাউরবা মিংচংনা লৈক্কেলমই। মথংগী ইতিহাসদা থিরুরে, বল্লালসেনগুম্বা মতিক চাউরবা সম্রাটকী মাইথিকম ওইরমই। পৃথিবী তম্বাই

অমগী মপু মহামান্য বৃটিশসিংহগী মমাংদা ঐখোই লৈ হাঙৈনা মাইরোং য়াখিবা মৈতৈগুম্বা ভারতকী জাতি কয়া য়াম্বগে ? ইতিহাসনা সাক্ষীনি, মৈতৈ অয় তৌবা মতুংদগী মহামান্য বৃটিশ-সিংহনা অতোপ্পা লৈপাক অমা লোগে হাঙৈনা থোরাং তৌখিবা পংনা উখিদরে।

নোংপোক ব্রহ্মাদেশ মৈতৈগী মখা পোল্লমই, অকোইবদা লৈবা চিংগী জাতি পুন্নমক মৈতৈগী মখাদা পাল্লমই, নোংচুপ্পা কাছার ত্রিপুরা মৈতৈগী মখাদা পাল্লমই, তীপরা জাতিনা আগর-তলাদা রাজধানি থৈখিবা মৈতৈবু কিবগীনি, মাস্তুপয়াম্না খুকনবা জাতি অসিবু সেন্নম্বা সদানীরা মপান্দগী লাকপা বিদেহ মাধবকী থারা অহু মণিপুরীয় জাতিশিং অসিদা কয়া য়াম্না য়াউরিবগে হাঙৈবহু তত্তনা ইহুনা থনম্বা ইতিহাস—কুলপঞ্জিকা অমসু অতৈ অতোপ্পা মণিপুরীয় প্রাচীন সাহিত্যসিং অহুগা মৈতৈগী লাইরা, তিনসোন লাইদোননা প্রমাণ তৌহুনা থিরি।

মাখোইনা লাকপা মতম অহুদা লোল্লকপা লোন অহুনা হুজিক্কি মচেৎ মচেৎ তাখিহুনা মপুনা খজিক্কং লৈহৌবা, মাগী মশাদা অতোপ্পা মকম অমদা লোল্লম্বা লোল অমসু নোংপোকথংবা জাতিসিংগী লোননা তোৎসনখিবনা হুজিক্কি মহাকপু এংলগা কনানসু লোন অসি আযাভবাদগী থৈখিবনি হাঙৈবা থংবা ওনদরে। মৈতৈসিংবু এংলগা মাখোইগী মরক্তা য়াঙরিবা আর্য্যরক্তবু উবা ফংহনবগুম্না লোনসিংবুসু থংদরে।

মহাকী সর্ব্বনাম, ধাতু, লোনগী থোক্লকপা মরু, ধাতুগী বিভক্তি, শব্দগী বিভক্তি অমসু মিজো থাগোসিংনা লোকবা ওইহুনা লোন অহুবু লোনলকপা জাতিগী সাক্ষী ওইহুনা লৈহৌরিবা অসিনি।

মাখোই অহুগী সন্দোকপা উদাহরণসিং উত্তুনা ঐখোইনা মতাং অসি শাংদোকপা পামদরে। মরমদি মাহুগীদমক হুজিক্কী চহি ২০ গী মমাংদা উৎখিব। লাইরিক অহুগী সন্দোকপা লাইরিক অমা তোঙাম্না ফোংদোক্লনি, মাহু নত্তনদ পাঠকসিগী পুকনিং থুংলরোই। মাহুগা লোইননা মৈতৈরেনগী শব্দ খুদিংমক তোঙান ২ হৌফম ভাকমগা লোইননা ব্যাখ্যা তৌদরিবা অহুপকীমখৈ মপুংফাবা ওম্নরোই।

মৈতৈনা মণিপুরদা চংলক্লগা নোংচুপলোমগা তিন্নবা অসি য়াম্না মত্তম কুইরবা তুংদা মরক ২ তা তিন্নবতা ঙাইখরে। নোং-পোকলোমগতা তিন্নখরে। অহুনা মাখোইগী নোংপোক্কী লাকপা জাতি অমসুং নোংচুপ্তগী লাকপা জাতিসিংনা কয়ানো অমসুং মৈতৈ চাম্নবনা কয়ানো হাঙৈবা অহু ভরং ২ ওস্বামখৈ ভাকপনা ইতিহাস অসিগী অথোইবা উদ্দেশ্যনি।

ঐখোইনা পাঠকসিংদা নোল্লুকা হাঙৈজরিবদি মোংপোকনি হাঙৈ-রগা অফবনি, নোংচুপ্তগীনি হাঙৈরগা ফত্তবনি অমসুং মৈতৈনি হাঙৈ-বনা মূলজাতিনি হাঙৈবা অয়িবা ঐখোইগী কন্নিস্ন লৈজদে। চপ-মান্নে, মাখোইনা মণিপুরদা চংলকপা মচংলক অমসুং মাচবু কয়া কুইরে হাঙৈবা অসিতা পুথোকপতনি।

মতাং অসিদা মাপনন্থবা পন্দুপ লোইরে।

———

# মণিপুর ইতিহাস

## ১০ সুবা পন্দুপ

### প্রাচীন ভারতীয় ইতিহাসদা মণিপুরগী থাহাঙ্গৈবা।

## মহাভারতকী মণিপুর

ঐখোইনা মণিপুরগী মরমদা ভারতকী প্রাচীন ইতিহাসদা থিবদা মণিপুরবু মহাভারততা ইহান হান্না উই। মহাকী মমাংগী অতোপ্পা সাহিত্য অমসু ইতিহাসদা মণিপুরগী মরমদা হাঙ্গৈরম্বা উদে। মাসিগী মরমদা ভারতবর্ষগী অচৌ ২ বা পণ্ডিতসিংনা য়াম্না নৈনথয়ে। কনাগুম্বাসিংনা হুংজকী মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর অত্তু নত্তে মাদ্রাজ গাঞ্জাম জেলাগী মমুংদা সমুদ্রগী মনাক্তা লৈবনি অহুম্না প্রমাণ তোই। কনাগুম্বসিংনা হাঙ্গৈবনাবু মণিপুর কৌবা লৈপাক অমা, মহাভারত্তা হাঙ্গৈরবা অদুদি, অমেরিকাদা লৈবনি ভারতবষদা লৈবা নত্তে (সত্যার্থপ্রকাশ—স্বামীদয়ানন্দ সরস্বতী) অসুম্না হাঙ্গৈ। অদুগা কনাগুম্বাসিংনা হাঙ্গৈবনাবু মণিপুরগী রাজবংশসিংনা জাতীয়-পরিচয় তৌবদা বভ্রুবাহনগী থারানি হাঙ্গৈবা অসি মখোইগী খুৎকন পাঙ্গনবা, লানদা হৈসিংবা, থৌবগা লোইনদুনা মতম কুইনা ফাউ-রক্লবনি, অদুনা মাসি অচুম্বামকনি, অদুগা মহাভারতকী ভৌগোলিক সংস্থানগা হুজিকী মণিপুরগা মাময়বগুম উবদি দেশগী রাষ্ট্রগী বিপ্ল-বতগী প্রাচীন দেশ থাদোকতুনা অনৌবা মণিপুর অমা শেমগৎপনি

হাই ( বিশ্ববিজ্ঞান )। ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গৈবনাবু লৈপাক অসি মৈতৈলৈপাক অমসু মেকলে অসুম্না কৌরমই। শ্রীহট্টগী বাঙ্গালী—শান্তিদাস কৌবা গোস্বামী অমা লাক্লুনা মামা গরিবনী-ওয়াজ কৌবা নিংথৌদা হাঙ্গৈরে। নখোইদি পাণ্ডবকী থারানি, বভ্রুবাহনগী মশুনি। নখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসিনা মণিপুর কৌই, অসুম্না তাঙ্গৈ। নিংথৌমচুনা মাহুত্তাংদগী হরাউহনা গোস্বামী অহুদগী দীক্ষা তৌহনা হিন্দূ ওইখিবনি। মাহুগী মমাংদা হিন্দু ওইরমদে। হাওনি, করি অমত্তা খংলমদে, হিন্দুগী সভ্যতা অমত্তা লৈরমদে।\/মৈতৈ হাঙ্গৈবা জাতি অসিনা মণিপুরদা লৈরকপা অসি চহি চনিরোমত্তা ভাইরি, মাহুগী মমাংদা লম অসি মী লৈরমদে অঙ্গিনচিংবা হাই। মাসুম্না হাঙ্গৈরিবা পুম্নমক অসি খজিক্কনা হাঙ্গৈঙ্গবনি, অয়াম্বদা মীপুম্নমকনা মণিপুর অসিবু মহাভারতকী মণি-পুর ন হাঙ্গৈনা তাকত্রবসু মমিংত্তা পনবদা মহাভারতকী মণিপুরনি, নিংথৌনা বভ্রুবাহনগী থারানি হাঙ্গৈবা চিংনবা লৈতনা ইথংথংনৈ। মাহুগুম্বা বাঙ্গলাগী অমসু হিন্দীসাহিত্যসিংদা অনৌবা সংস্কৃত সাহি-ত্যদাসু ( জ্যোতিগণিত—বাপুজীবেঙ্কটেশ কেটকার ) ফাউহনা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈ।

মণিপুরগী হুজিক ফংলিবা ইতিহাস অসিগী মমাংদা মণিপুর অসিনা করম্বা মওং ওইরম্বগে ? মাহুগা তাইবংপানবগী অতোপ্পা জাতিসিংগা করি মরি লৈনরম্বগে হাঙ্গৈবা অহুত্তা নৈনবনি। মাহুদা মথকী পন্দুপকয়ামুকনা মণিপুরগী কৃষ্টি, তিনসোন লাইশোন, অমসু মাখোইগী উপাসনাগী লম্বেনসিং অহুনা তাকপা জাতিগী পরিচয়

অদু উৎথে। হৌজিক্কি ঐখোইনা নৈনগদবদি লৈপাক অসিবু বি-শেশনা থাইনা মণিপুরগী প্রাগঐতিহাসিক যুগতা খংখিবনা খংলবদি করম্বা বিশেষত্ত্ব লৈ হাঙ্গৈরম্বগে হাঙ্গৈবত্তু মতাং অসিদা নৈনরি। ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গৈবা "শান্তিদাসনা গরিবনীওয়াজ নিং-থৌদা নংখোইদি পাণ্ডুবংশনি; লৈপাক অসিনা মণিপুর কৌই, হাঙ্গৈরে" হাঙ্গৈবা অদুগী মমাংদা লৈপাক অসিগী মীনা লৈপাক অসিবু মণিপুর কৌই হাঙ্গৈবা থংদে হু'ঙ্গৈবসি করিঅমত্তা থাজনা য়াবা রা নত্তে। মাদুগী অরাইবা প্রমাণদি বঙ্গদেশগী নিংথৌ অথোইবা বল্লালসেননা লৈপাক অসিগী লৌশিনপে হোৎনবদা মাই-থিখিবা, অদুগী মতু'দা নবদ্বীপতা কাশীনাথনা প'ল্লবদা মণিপুরদগী বল্লালনা মাইথিবা ফংখিবগী রা অসি ইতিহাসতা ইরমই। মতম অদুদদি মণিপুরদদি গরিবনীওয়াজদি পোক্তরি, ( বল্লালচরিত—সংস্কৃত ইতিহাস ), অদুনদি নবদ্বীপফাউবা লৈপাক অসি মণিপুর কৌই হাঙ্গৈবা হান্নদা খংলিবাবু লৈপাক অসিগী নিংথৌতনদি প্রজাসিংগা লোইনদুনা মণিপুর কৌই হাঙ্গৈবা খংলমদে হু'ঙ্গৈবা অদু লৌবায়াবা রা নত্তে। মরম অসিনা বঙ্গদেশগী সম্রাট বল্লালসেনগী মণিপুরদা মাইথিখিবা মাদুগী রাহৌদগী নিংথৌ অদুনা মাংখিবা অদু মত্তাং অসিদা পাঠকসিংগী মুত্তাইনবা লৌখৎলি।

বল্লালসেনগী হাকথক্তা গোপালভট্ট কৌবা পণ্ডিত অমনা মহাক্কী রাজপণ্ডিত ব্যবস্থকারী ওইরমই। মহাক্না বল্লালচরিত কৌবা সংস্কৃত ভাষাগী ইতিহাস অমা ইরমই। মতম অদুদা বঙ্গদেশ পুম্নমক্তা লৈবা জাতি পুম্নমক্কী থাইদোকতুনা কৌলিন্য জাতিগীমথৈ

তোঙাম্না খনগৎলমই। মতম অতুগী বঙ্গদেশদা লৈবা জাতি পুমনমক্কী হৌরকপা রারি পুমমক লাইরিক অতুদা ইরমই। মহাকনা জাতি থাইদোকপদা অতোনবাসিংনি হাঙৈনা জাতি কয়ামুক্কপু খংতোকলমই। ধোপা, নাপিতপু মাখোই অতু শোকহন্দে। মাখোইগী মফি সুরবা ধোপা, অমসু খুঁজন মশম শেলুবা নাপিতসিংবু জাতিভ্রষ্ট ওইহল্লমই। নিংথৌ অসিগী রাজ্যদা কমদনখিবনা ধোপানা মফিসুদবা অমসু নাপিতনা শম শেংদবদগী যুমশেংবা য়াদতুনা বঙ্গদেশতা হিন্দুশিং অতু জাত তাখি। মাতমদগী হৌতুনা হজিককাউবা নাপিতনা মখোইগী মশম, খুজিন কককরি, ধোপনা মফি শুদরি, অতুনা মাখোই অতু তপশীল জাতি, অনুন্নত হিন্দু কৌতুনা জাততাতুনা লৈরি।

ভারতকী স্বদেশী আন্দোলন য়াম্না কনথংলক্লবা মতমদা ননকো—অপয়েণন হৌগৎলকপদা মুকুন্দদাসনাচিংবা বঙ্গদেশগী নেতাসিংনা বঙ্গদেশ অপুম্বা ঈশৈশকতুনা পাউচেল্লমই, অরাবগীমশকনি, ন: শূদ্র, মালীধুলি পাতনীনাচিংবা জাতি অসিবু চন্দ্রবৈদ্য অমসু শুক্লবৈদ্যনা শোক্কবা করিমরমননো, মাখোই অতোনবা জাতিসিং অসিনা ঐখোই হিন্দুনি হাঙৈরিবামথৈ মাংই হাঙৈতুনা শোক্লে, অতুগা মাখোইনা হিন্দু ওইদরে, হাঙৈতুনা জাতি অমা মোসলমান খৃষ্টিয়াননাচিংবা ওইরে হাঙৈরবদি, মাতু হেক হাঙৈবগা সেলাম তৌতুনা ধোপা নাপিতনা শোকই। অতুনদি ওম্নোকনা তোনখয়ে, হিন্দুমাতা! নচাবুদি নচা অমনা শোকহনদে, মীচা ওইরে হাঙৈরপদি শেংহনলি, হাঙৈনা কপ্পুনা হাঙৈজরমই। অতুপয়াম্না হোৎনরম্বা অতুদা ওমখিদে। মাতুগুম্বা পাউ অতু হিন্দুজগৎনা হজিককাউবা

তাক্খরবি। মাস্তুগাকী মতিক থিনা বল্লালসেননা জাতিশিং অশিবু থিনা লৈখা তাক্লকলমই।

বঙ্গদেশতা সেনবংশগী নিংথৌ পুন্নমক মুখশ্রবা কাশীনাথ কৌবা নিংথৌগী মখাদা ভারতকী সংস্কৃতবিদ্যাগী কেন্দ্র অমা ওইবা নব-দ্বীপ অমসি লৈরমই। নবদ্বীপ নিংথৌগী রাজপণ্ডিত আনন্দভট্ট কৌবা পণ্ডিতআ মাগী পূর্বপুরুষ ওইবা গোপালভট্ট কৌবা পণ্ডিতনা ইরবা, বল্লালচরিত কৌবা, ইতিহাসগী পরিশিষ্ট অমা খৃঃ ১৫৭৮ দা নবদ্বীপকী নিংথৌগী য়াথংনা লেংখোকই। মাহুনা বল্লালগী অথুপ্পা পুন্নমক পণ্ডিত অমিনা কোংদোকখি। মানা ইরমই, বল্লালসেন হাঙৈবসি য়ায়া ফত্তবা নিংথৌনি, মানা নাথ যোগীনাচিংবা জাতিবু ধোপা নাপিত শোকহন্দুনা জাতিভ্রষ্ট তৌরম্বদি মণিপুর লৈপাক্তা লাম্নাকবদগী মাইথিবুনা তৌবনি, অদুম হাঙনা ইরবই। মানা মীবু জাতিভ্রষ্ট তৌরবা অদুগী দোষনা মাগী পরিবারগা লোইননা থৈবুংদা চোংখিবুনা শিখি।

মাহুগী মমদা পরিশিষ্টনা ইরম্বা শ্লোকশিং অসু লৌখংলি ঃ—

"ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপুরপতিং প্রতি।
মানহীনো বভূবাহত স্তাড়িতশ্চ গণৈঃ সহ ॥
অতস্ত সমরং ঘোরং চকার হি পুনঃ পুনঃ।
যুদ্ধব্যয়নিমিত্তং তদ্ ভূপতিঃ সেনবংশজঃ ॥
বল্লভানন্দআঢ্যাচ্চ জগ্রাহবিপুলং ধনং।
পুনঃ পুনঃ ঋণং তস্মাদ্ যাচতে মন্দধীরসৌ ॥
তস্য প্রতারণং জ্ঞাত্বা ন দদৌ স বণিক্ পুনঃ।

ইদং হি কারণং যস্মাদ্ বনিগজাতীঃ প্রতি প্রভুঃ ॥
ক্রুদ্ধো ভূত্বা স বল্লালশ্চকার জাতিপাতনম্ ।
ততো যেন প্রকারেণ বল্লালো নিধনং গতঃ ॥
অগ্নিদাহনযোগেন স্বজনৈঃ সহ তৎ শৃণু ।

বল্লালসেনা মণিপুর নিংথৌগা লান শেংকখি, মাহাক্না য়াম্নাথিনা মাই-থিখি, লান্দাক্নবদগী মাপী জেলোলগা লোইনন্না তানথোক্লকই। মাহাক্না শুভাইতন্না বল্লালসেনা তেংইনা ২ মণিপুরদা লান্দারে। লানসিং অমুদা মাইথিরবদা লানগী শেননৈতন্না মাপী প্রজাদগী সেন য়াম্না খাইগৎখি। নিংথৌ অসিনা নাথ—যোগী শাগেগা পোকপা বল্লভানন্দ আঢ্য কৌবা এনাকধুনবদগী সেন য়াম্না পুরে। মণিপুরগী লান অমুনা য়াম্না তোইনা শোক্লবা অমদা হঙ্গম ২ পুবদা মাপী মতাং অমু থংলহুনা মমৈদা সেন পীদরে। মাহাক্দগী সনা ললোনবা নাথযোগী শাগে পুন্নমকপু সাউহনা জাতিভ্রষ্ট তৌখি। মাহাক্নী লোযদগী বল্লাল-সেন নিংথৌমু মৈদা চোংসিন্দুনা সিখি। মাসা সিখিবগী মরম অমুমু বল্লালচরিতকী পরিশিষ্টদা হাঙ্গিরমই, মাহাক্না অসম্বা রাদি অসিনিং—

নাথ-যোগী জাতিগী পীতাম্বর কৌবা পণ্ডিত অমা লৈরমই। মাবু বল্লালসেননা গুরুগুম্না য়াম্নাসুনা তৌই। নিংথৌগী মচানুপী অমগী বিবাহগী এংবদা পীতাম্বর পণ্ডিতনা বরকন্যা অনিসি বিবাহ তৌরবদি বর সিগনি হাঙ্গিরে। নিংথৌনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ ৮কৌহনা এংহনবদা পণ্ডিত নিপান অমুনা য়ামনা পকনৈকৈ হাঙ্গিরে, নিংথৌনা পীতা-ম্বরবু কাহুনা থমখি, অমুগা নিংথৌমচানুপী অমু বিবাহ তৌই। বিবাহগী অহিং অমুএক্তদা নাহুনা বর অমু সিরে, নিংথৌমচানুপী

অহু সুরাবী ওইরে। মাহু উবদা নিংথৌনা কিরকুনা পীতাম্বরবু থাদোক্লে, হাঙ্গৈজহুনা পেলহনলে। নিংথৌনা মমা মায়া পীরে। পীতাম্বরনা ঐ শেনসিং অসি পামদে, মহাদেব পূজা তৌননবা লম খরা পিয়ু হাঙ্গৈনা নিহুন মহাদেব পূজা তৌহুন লৈখি।

মতুং কাইনখংদা বল্লালসেনগী রাজপুরোহিতনা শিবপূজা তৌবদা শিবদা কংপা পোংকী মরমদা লাইপু পীতাম্বরনচিংবা যোগীসিংগা রাজপুরোহিতনাচিংবা ব্রহ্মণসিংগা মুয়রে। মতম অহুদা মণিপুরদগী মাইথিরহুনা সেনপুবদা পিদে হাঙ্গৈহুনা নাথ যোগী শাগৈবু সাউহুন লৈবা বল্লাল নিংথৌনা যোগীগা ব্রাহ্মণগ থংনবা অহুদা যোগী শাগৈবু য়াম্না শাউখি। বল্লালসেনন হাঙ্গৈরম্বা অহুমক মাগী চরিত ইবা ইতিহাসদা গোপালভট্টনা সংস্কৃতনা ইরমই।

" সেনারজবংশজো বল্লালঃ প্রত্যভিজানিতে হম্। যদি দুঃশীলান্ হিরণ্যবনিজঃ অধমজাতীয়ানাং মধ্যে ন গণয়িষ্যামি, বল্লভানন্দস্য দুরাত্মনঃ সমুচিত দণ্ডবিধানং ন করিষ্যামি, ধর্ম্মগর্ব্বস্থানাং ভণ্ডযোগিনাঞ্চ উৎসাদনং ন করিষ্যামি তদা গোব্রহ্মণযোষিদাদি ঘাতেন যানি পাতকানি ভাবিতব্যানি তানি মে ভবিতব্যানীতি। অন্ধরাজস্য শতপুত্রবিনাশায় ভীমসেনো যদৃশীং প্রতিজ্ঞামকরোৎ, এতেষাং সম্বন্ধে প্রতিজ্ঞা মে তাদৃশী ভাবিতব্যা। এভিঃ সহ অদ্যাবধি একাসনোপবেশনম্, এতেষাং দানাদি গ্রহণং, যজন যাজনাদিকং, সাহাজয্যমাত্র বা যে করিষ্যন্তি, তেহপি পতিতা ভবিষ্যন্তীতি। অতএব পট্টসূত্রাদি ধারণং ব্যথম্।।"

ঐ সেনরাজগী শাগৈদা পোকপা বল্লাল অম্রমা কাউরিবনি। মরমঅং কত্তবা, সনা লল্লোনবা, নাথযোগীসিংবু ১ম কত্তবা বল্লভানন্দ

অকায়গী মতিকচাবা দও পীরবা, ধর্ম নৈ হাঙ্গিচুনা নাপনতৌবা ভক্ত-যোগী শাগেব মাংহনররবা, অদু ওইরবদি মণ ব্রাহ্মণ অমসুং মুণীনাচিংবা-বু হাংলুবগা পুবা হৌনবাপাপ অদু ঐ পুরগে। ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চাম হাংনবা ভীমনা শকখিবা রাশক অদু মাখোই অসিগী মরমদা ঐনা শরুরবনি। ওসিদগী হৌচুনা মাখোই অসিগা কম্মীররবা, মাখোইগী-দান লৌবা, মাখোইগী পূজাঅর্চ্চা তৌবা, মাখোইবু তৌহনবা, চুমগী সহায্যতা তৌরুবা ওইরবসু মাখোইগা তিন্নরুবা মীপুম্নমক পতিত ওইগনি। অদুনা মাখোইনা পট্টসূত্র * থাংবা অরেম্বনি।" অসিনি

মাস্কুম তৌদুনা নাথ যোগীশ গৈবু নিংথৌনা মাংথোক্রবদা এনাক থুনবদি বঙ্গদেশদা মাখোইনা হৈহেন হেনলি। অদুনা মাখোইমশেল তারয়ে। মখোইগী সেবাতৌবা মী অমসুং ধোপা নাপিতসিংবু শেন য়াম্না পিদুনা মাখোইগী সেবা তৌনহললে। কায়স্থ জাতিসিংদি সেবাতৌবিনবা মী লৈতরে। মখু বল্লালসেন্না উরদুনা সাউরে। নিংথৌগী য়াথং পাউচেন্থোকলে। বঙ্গদেশদা অতোনবা জাতিসিংগী মফি সুকবা শুক্লবৈদ্য ( ধোপা ) অমসুং চন্দ্রবৈদ্য ( নাপিত ) সিং জাততাগনি হাঙ্গিরে। নিংথৌবু কিবদগী ধোপা নাপিত পুম্নমকনা নাথ যোগীনাচিংবা জাতি পুমনমক শোকখিদে, অদুদগী বঙ্গদেশদা জাতি অসি পতিত ওমনা ওইখি। নাথ যোগী জাত তাবা অমুদা হায়না

* পট্টসূত্র কৌবদি মৈতৈরোন্দা উত্তরী হাঙৈ, খুদোনমরি য়োনতা পাকপা মুতুনওয়া শাংবা লংনা লোন্তুনা মন্ত্রইবা অমনি। মাসি নাথ যোগী কৌবা জাতিনা মখোইমশা পোইরবসু শিবা চৎলে।

"রণক্ষেত্রেস্ততো রাজা আগত্য বিজয়ধ্বজম্।
দদর্শ ক্ষণমাত্রেণ সর্বনাশং সুদুঃসহং।
দৃষ্টিমাত্রেণ সম্ভিকপুস্তুর্ণং ক্ষিপ্ত্বাতু পাবকে।
আত্মানং সর্ব্বসন্তাপং মুমোচ স্ত্রীগনৈঃ সহ॥" ইতি

মাসুম্না বল্লালনা মণিপুরদগী মাইথিবদগী জাত তাহংখিবসিং অছু হুজিক কাউবা মাখোইনা ধোপা, নাপিত, অমসু উচ্চকুলগী ব্রাহ্মণ ফংহরি। সমত্থনা তিম্নাবিদরি। অতৌ ২ বা দেশনেতাসিংনা হুজিককাউবা কোকপীবা ওমদরি।

খৃঃ ১৯০৯ দা মাখোইনা মণিপুর নিংথৌগী প্রতাপতগী বল্লালনা ঐখোইবু ধোপা, নাপিত থিংবিরম্বনি। কোকপিন্নু হাইনা মণিপুরপতি মহারাজ স্যাঁর চুড়াচান্দ সংহ কে সি এস আই. সি বি ইদা হাঈজন্থনা মী নিসিং ২ ওইনা নাম পিনবিম্নুনা বল্লালসেনগী মীচৈদগী কোকপিখি। অমুনা বল্লালনা থি লম্বদগী মাবু ওস্না মণিপুর নিংথৌনা কোপিরবনিনা য়ারে হাঈহুনা চন্দ্রবৈদ্যাসংনা নামকংলবা জাতিসিংবু লোকপা হৌখি।

বল্লালসেননা মণিপুর নিংথৌনা মাইথিবা কংখিবা অসি মহাকী ঐতিহাসিক বাটনা চিংনদি মরৈনা মণিপুরগা চান্নখি। অমসু মণিপুরবা চংজবতনা পুখোকই। মাদু চুরদবনি। মাতাপকী হৈনৈনা মাইথিবা ইতিহাস পুন্সিনা হাইজে। অদুগা মণিপুরদা লালনা লাম তোইনা লোকপি হাইবা অদিদি মল্লালগী ইতিহাস পুনকতা কাতিহনা লৈবনি। বাখা মণিপুরদা অমিনৈমকপী মহারাজ বল্লালসেন হাইবসি আদিশূরগী ৩ শুবা মচানি। বল্লালচরিত

ইতিহাসকী পরিশিষ্ট লেখনদি জারজনি হাঈ। মানা পোকপগী মরমদা হাঈনবদি বিজয়সেন নিংথৌগী মচু সুলোচনানা নিংথৌগা খাইনরবদা ব্রহ্মপুত্রনদদা স্নান তৌবা লাকই। মাহুদা নিপা অমনা গর্ভ পিহুনা বল্লাল পোকই, নিপাহুব ব্রহ্মপুত্র কৌবা ফুরেননা ওনবনি হাঈবৈ। মাহুগী মরু ওইবা রাদা বল্লালসেন অসি আসাম লৈপাক্কা য়াম্না মরি লৈবৈ। অদুনা আসামগী মনুংদা খুৎ-পাঙম্না পাল্লকপা মণিপুর অসি মাগী ওইবা য়াম্না পামুখিবনি। বল্লাল চরিত হৈবা গোপালভট্টনা খৃষ্টগী চহি ১৩৭৮ দা লাইরিক অসি বল্লালগী পেম্রবা হৈরম্বনি, অদুন। মতম অদুদনা মণিপুর হাঈবা মিংথম অসি বিশেষদা কৌনরমই, হাঈবসি কারস্থ চিনফম লৈতে। অদুনদি বল্লাল পোকখিবৈদগী হৌজিকা মণিপুর অসি, মণিপুর কৌই হাঈবা হৌখাইনা খংনরমই, হাঈবা বল্লালচরতকী প্রসঙ্গনা তাকতুনা লৈ। অদুবু কাইনথদা শাস্ত্রদাসনা গরিবনীরাজদা হাঈজন্দুনা থোনবা মিংনি, হাঈবা অসিদি করিস্থু লৌফম থোক্কে।

# মহাভারতকী মণিপুর

নারদ মুনিগী য়াথংনা পাণ্ডব মণ্ডামক্কা রাশকনখি। দ্রৌপদীগা লৈমররিবৈদা এখোই মণ্ডামক অমগা অমগা ঊনরোই। মাহুদা এখোইগী ইরকুগী অকাইবা য়াউরক্লবদি অকাইবনা চহি ১২ ফরা নিংথোই বন চৎকনি। নোংমদি য়ুধিষ্ঠীরগা দ্রৌপদীগা লৈরিবৈদা অহিংদা হুরানবসিংনা ব্রাহ্মণ অমগী মণ হুবিখরে। মপু ব্রাহ্মণনা কপ্লুনা অর্জুনবা লাউররে। অর্জুননা হুরানবা ফাগে নিংদুনা খুৎলাই লৌরচংবদা য়ুধিষ্ঠীরগা দ্রৌপদীগা লৈমররবা ঊরে। তাংনখিবা রাশক

কাইরবো মাহুকগী অর্জ্জুননা চহি ১২ নিথোই ব্রহ্মচারীব্রত তৌদুনা বন চংখি।

অর্জ্জুননা বেদবেদাঙ্গ হৈবা ব্রাহ্মণ, অমসুং সুত মাগধবন্দিনসিংগা লোইনদুনা বনচংপা মীয়াম পুদুনা তীর্থ চংলকই। অহানবদা হরিদ্বারদা চংলি। শ্রীগঙ্গাদা স্নান তৌরিঙৈদা লিননিংথৌগী মচানুপী উলুপীগা উনদুনা উলুপী লোই। অদুগী তুংদা তুঙ্গনাথ মথংদা হিরণ্যতীর্থদা চংলি, মাসুম তৌদুনা তীর্থ ময়াম চংলকই।

প্রাচীং দিশমভিপ্রেপ্সু র্জগাম ভরতর্ষভঃ।

অর্জ্জুননা নোংপোক্তা লৈবা তীর্থ ময়াম চংকে নিংদুনা তীর্থ পুন্নমক মথং ২ লাকই। উৎপলিনী নদী, নৈমিষারণ্য, নন্দা, অপরনন্দা, কৌশিকী অদুগী তুংদা মহানদী মনাক্তা গয়া চংলি। অদুগা নো পোক্তা লাক্লুনা গঙ্গা য়োই।

হাউপ্রবা লম্বেল অসিদা লাকপা মতমদা লৈরবা তীর্থসিংদা স্নান অমসুং দান তৌদুনা অঙ্গ, বঙ্গ অমসুং কলিঙ্গদা লৈবা তীর্থসিংবু সেবা তৌরমই। মাতুদা কলিঙ্গ য়োরমদাইদা চিং ময়াম য়োরকপদা কলিঙ্গগী তীর্থসিংগী মতিক মগুন অদুপ চাউন্দবনা ব্রাহ্মণসিংদি হনহোৎয়ে। অথৌবা অর্জ্জুনা সহায়ক থরতপা লোইনদুনা কলিঙ্গ লাম্বোকদুনা নোংপোক মাইকৈদা লাকই।

মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতম্।
সমুদ্রতীরেণ শনৈঃ মণিপুরং জগামহ॥

লাইনিংবালিংবা মাগী মথক্তা লৈদুনা কন্নরবা মহেন্দ্র কৌবা চিংবু উরগা সমুদ্রমপানলোমদা লাক্লুনা মণিপুর লৈপাকপু তপনা য়ৌখি।

তত্র সর্ব্বাণি তীর্থানি পুণ্যান্যায়তনানি চ।
অভিগম্য মহারাহুরভ্যাগচ্ছন্ মহীপতিম্।

মাহুদা লৈবা তীর্থ, পুন্ন ওইবা মন্দির, অমসু কজরবা ফুয়াসিংবু চংলমলগা অকনবা অর্জ্জুননা নিংথৌ উনবা চংখি।

মণিপুরেশ্বরং রাজন ধর্ম্মজ্ঞং চিত্রবাহনম্।
তস্য চিত্রাঙ্গদা নাম দুহিতা চারুদর্শনা।।
তাং দদর্শ পুরে তস্মিন বিচরন্তী যদৃচ্ছয়া।
দৃষ্ট্বা চ তাং বরারোহাং চকমে চৈত্রবাহিণীম্।।

ধর্ম্মখংবা, চিত্রবাহন কৌবা মণিপুর নিংথৌ উমরগা মহাক্কী মচানুপী কোমুং মহুংদা চুম্না কোইনা চত্নুনা লৈবী, কজবী চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুননা উরে, নিংথিজবা নিংথৌমচানুপীবু উরগা অর্জ্জুননা পামখি।

অভিগম্য চ রাজানমবদৎ স্বং প্রয়োজনম্।
দেহিমে খল্বিমাং রাজন্ ক্ষত্রিয়ায় মহাত্মনে।।

অর্জ্জুননা নিংথৌদা চংদুনা মাগী ক্যারবা বা হায়খি, হে নিংথৌ ক্ষত্রিয় শাগৈদা পোকপা পুকচেন চাউবা ঐহোন্দা নচানুপী অসি পিয়ু।

তৎশ্রুত্বা ত্বব্রবীৎ রাজা কস্য পুত্রোঽসি নাম কিম্।
উবাচ তং পাণ্ডবোঽহং কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ।

মাহুত্তারগা নিংথৌনা কনাগী মচানো? নমিং করি কৌই? অদুগা হংখি, অর্জ্জুননা খুমই, ঐদি ইপাবা পাণ্ডু, ইমানা কুন্তী কৌই, ইমিংনা ধনঞ্জয় (অর্জ্জুন) কৌই।

অথ বাচায় রাজা স সান্ত্বপূর্ব্বমিদং বচঃ ।
রাজা প্রভঞ্জনোনাম কুলেঽস্মিন্ বভূবহ ॥

নিংথৌ অহুনা অর্জ্জুনবু অথেম্বা রাহৈনা হাঈ, ঐগী শাগৈদা প্রভঞ্জন কৌবা নিংথৌ অমা ওইখিরমই ।

অপুত্রঃ প্রসবার্থী তপস্তেপে স উত্তমম্ ।
উগ্রেণ তপসা তেন দেবদেবঃ পিনাকধৃক্ ।
ঈশ্বরস্তোষিতঃ পার্থ দেবদেব উমাপতিঃ ।
স তস্মৈ ভগবান্ প্রাদাদেকৈকং প্রসবং কুলে ।

মচাপোক্তবা নিংথৌ অহুনা মচা পোকনিংহুনা অকনবা তপস্যা তৌখি, অহুগুম্বা তপস্যাগী পাজন্না লাইগীলাই, পিনাক পাইবা ঈশ্বরবু পেনহনখি, হে পৃথাগী মচা ! পেনখিরবা লাইগী লাই, পার্ব্বতীগী মপু ভগবান্ মহাদেবনা নিংথৌ অহুদা "নংগী শাগৈদা নওোন্দগীনা নচানিপা অমামম পোকগে" বর পিখি ।

একৈকঃ প্রসবস্তস্মাৎ ভবত্যস্মিন্ কুলে সদা ।
তেষাং কুমারাঃ সর্ব্বেষাং মম জজ্ঞিরে ॥

মাহুনগী মোহুনা শাগৈ অসিদা অংগ্ন অমামম পোকখি । ঐগী ইকগনা হৌখিবাসিংগীদি মচা অহু নিপা ভাজনি ।

একেচ মম কন্যেয়ং কুলস্যোৎপাদিনী ভৃশম্ ।
পুত্রো মমায়মিতি মে ভাবনা পুরুষর্ষভ ।

ঐগী ইচানুপী অমা অসিদি নবত্তনি, মাজা ঐগী শাগৈবু মুংহনলোই, হে নিপা অমাইবা ! মাসিদা ঐগী ইচানিপামি, অহুনা ঐনা নিংঈ ।

পুত্রিকা হেতুবিধিনা সংজ্ঞিতা ভরতর্ষভ।
তস্মাদেকঃ সুতোঽস্যাং জায়তে ভারত ত্বয়া॥
এতচ্ছুল্কং ভবত্বস্যাঃ কুলকৃজ্জায়তামিহ।
এতেন সময়েনেমাং প্রতিগৃহ্নস্ব পাণ্ডব॥

মরম অসিগী ম'এননা ( মচ'নিপা পোক্লবাগীদমক তৌবা য়াএন্না ) থাজবা অসি হে ভরতবংশ অথোইবা পুত্রিকা কৌই, মরম অতুদগী মুপী অসিদা নংনা মচানিপা অমা পোকপ', হে ভরতকী মগু ! মাসিনা মুপী অসিগী মমল ওইসনু, অতুগা মানা ঐগী শংগে ওইবা মচা পোকসনু. অসিগুম্বা য়া অসি সেপনতুনা হে পাণ্ডুগী মচা নংনা কন্যা অসি লৌ ( মতাং অসিদা নীলকণ্ঠ টিকাকারনা হাঈ— হুজিকফাউবা দক্ষিণদা কেরল্স লৈপাক্কা নিঙোনমচাগী লৈপাক হাঈনা চংনবা ঊমি, অগুম্না হাঈ। মাতুনা মরম ওইতুনা মণিপুরবু দক্ষিণলোমদা লৈবনি হাঈনৈ, মাতুদি টিকাকারনা হাঈবা নত্তে, লিচং নিঙোনমচাদা লৈপাকশিবা চংনৈক্তা হাঈজবনি, নোংপোক্তসু মচানা মুপী ( মমা ) গী শাথে ওনবা হুজিকফাউবা চংনবা লৈপাক লৈ, অতুগা মণিপুরদি নোংপোক্কী মনুংচনবনি হাঈবদি মহাভারতকী মথক মখানা থাকদি। গঙ্গা য়োরগা কোন্না মণিপুরদা চৎপনি, কেরলদি গঙ্গাদগী মনিংলোমদা য়াম্না চৎথরগনি )।

সত্যথেতি প্রতিজ্ঞায় তাং কন্যাং প্রতিগৃহ্য চ।
উবাস নগরে তস্মিন তিস্রঃ কুন্তীসুতঃ সমাঃ।
তস্যাং সুতে সমুৎপন্নে পরিষজ্য বরাঙ্গনাম্।
আমন্ত্র্য নৃপতিং তং তু জগাম পরিবর্ত্তিতুম্॥

অর্জুননা করে অসুম হাইদুনা প্রতিজ্ঞা তৌদুনা কন্যা—চিত্রাঙ্গদাবু লৌখি ( মাসি মমিং মাল্লবদগী অনৌবা পণ্ডিতসিংনা খংদদুনা চিত্রাঙ্গদাবু গন্ধর্ব্বদা ওংলুরবী লুপ্রাবীনি অমুম্না ব্যাখ্যা তৌই, অদুনা মণিপুরদা বিধবা বিবাহ তৌই, হাইনৈ, মাদু চুমদে, গন্ধর্ব্বদা ওবী চিত্রাঙ্গদাগা মমিং মান্নাবতনি, মহাভাতন কন্যা হাইরিবা অসিনি, মাতুগী মরমদা পৃথিবী ইতিহাসদা সন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌরি )। বিবাহ তৌরগা মণিপুরদা অর্জ্জুননা চহি অহুম লৈরম্ই, মচানিপা অমা পোক্লবদা চিত্রঙ্গদাদা তাকতুনা চিত্রবাহন নিংথৌগী মাথং লৌদুনা ঐ অমোক হল্লকে হাইদুনা অর্জ্জুননা তীর্থ চংখি।

---

ততঃ সমুদ্রে তীর্থানি দক্ষিণে ভরতর্ষভঃ।

অদুগী মতুংদা সমুদ্র মপানলোমদা লাকতুনা মখারোমদা তীর্থময়াম চংলি। পঞ্চতীর্থদা চত্তুনা অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্র, পৌলোম, কারন্দম, অমসু ভরদ্বাজ কৌবা তীর্থমশা চংলি। ব্রহ্মশাপনা কুম্ভীর ওইদুনা লৈবা অপ্সরা মশা লানথিরম্ই, মাসুম্না তীর্থময়াম চংলুরগা

চিত্রাঙ্গদাং পুনর্দ্রষ্টং মণিপূরং পুনর্যযৌ।

চিত্রাঙ্গদা উননবা অমোক হল্লা মণিপুরদা হনখি।

তস্যামজনয়ৎ পুত্রং রাজানং বভ্রুবাহনম্।
তং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবা রাজং শ্চিত্রবাহনমব্রবীৎ॥

চিত্রাঙ্গদাদা মানা পোকপা বভ্রুবাহন নিংথৌবু উরগা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা চিত্রবাহন্দা হাইরমই।

চিত্রাঙ্গদায়াঃ গুরুং ত্বং গৃহাণ বভ্রুবাহনম্ ।
অনেন চ ভবিষ্যামি ঋণমুক্তো নরাধিপ ॥

চিত্রাঙ্গদাগী মমল ওইবা বভ্রুবাহন অসি নং লৌরে', হে নিংথৌ অথোইবা ! মাসি পিবা অসিনা ঐনা লমন কোকপা ওইরে ।

চিত্রাঙ্গদাং পুনর্বাক্যমব্রবীৎ পাণ্ডুনন্দনঃ ।
ইহৈব তব ভদ্রং তে বর্দ্ধ ধা বভ্রুবাহনম্ ।

অর্জুননা চিত্রাঙ্গদাদা অমোক হাঈ,—নংদি মণিপুর অসিদা লৈয়ু, নংগী মঙ্গল ওইগনি, বভ্রুবাহনবু চাউনবা য়োকউ ।

ইন্দ্রপ্রস্থ নিবাসং মে ত্বং তত্রাগত্য রংস্যসি ।
কুন্তীং যুধিষ্ঠিরং ভীমং ভ্রাতরৌ মেকনীয়সৌ ।
আগত্য তত্র পশ্যেথা অন্যানপিচ বান্ধবান্ ।
বান্ধবৈঃ সহিতাঃ সর্ব্বে নন্দসে ত্বমনিন্দিতে ॥

ঐনা ইন্দপ্রস্থদা লৈগনি, মাহুদা নং লাকতুনা ঐগা সান্নগনি কুন্তি, যুধিষ্ঠীর, ভীম অমসু ইনাউ অনি অহুগা অতে'প্পা বান্ধবসিংবু মাহুদা নংনা উনগনি । হে দোষ লৈতবী । বন্ধুসিংগা লোইনহুনা নংনা নুঙাইগনি ।

ধর্ম্মে স্থিতঃ সত্যধৃতিঃ কৌন্তেগেঽথ যুধিষ্ঠিরঃ
জিত্বাতু পৃথিবীং সর্ব্বাং রাজসূয়ং করিষ্যতে ।

ধর্ম্মতৌবা, পুকচেনচেৎপা কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠীরনা পৃথিবী অপুম্বাবু জয় তৌরগা রাজসূয় যজ্ঞ তৌগনি ।

তত্রাগচ্ছন্তি রাজানঃ পৃথিব্যাং নৃপসংজ্ঞিতাঃ ।
বহূনি রত্নজাতার আগমিষ্যন্তি তে পিতা ।

মসি অদুনা মিংথোনিতবু হাঙৈনা কৌরবদি নিংথৌ পুম্নমক ওয়া লাকনি। রজুনরাম পুন্থনা নপানিংথৌম্ন লাকনি।

একসার্থং প্রয়াতাসি চিত্রবাহনসেবয়া।
আগামি রাজসূয়ে ত্বাং পুত্রং পালয় মাতৃতঃ।

চিত্রবাহনগী সেবা তৌদুনা খোংবু অমত্তা নংনা ফংথরে, রাজসূয়দা মংবু ঐনা উনগনি, মচানিপা য়োকউ, কাইনবগী রাগম্নু।

বভ্রুবাহন নাম্নাত্তু মমপ্রানোমহীচরঃ।
তস্মাদ্ ভরস্ব পুত্রং বৈ পুরুষং বংশবর্দ্ধনম্ ॥

ঐগী থরাইনা বভ্রুবাহন কৌদুনা লৈপাক্তা চংলিবনি, শাগৈ চাউ-খংনবা ইচানিপা অসি য়োকউ।

চিত্রবাহনদায়াদং ধর্ম্ম্যাং পৌরবনন্দনম্।
পাণ্ডবানাং প্রিয়ং পুত্রং তস্মাৎ পালয় সর্ব্বদা ॥
বিপ্রযোগেন সন্তাপং মাকৃথা ত্বমনিন্দিতে।
চিত্রাঙ্গদামেবমুক্ত্বা গোকর্ণমভিতোহগমৎ ॥

পাণ্ডবকী অচানবা মচা অসি পৌরবংশদা পোকপনি, অদুবু পুত্রিকা ধর্ম্মগী মাএমা মমাপোকপা মপু চিত্রবাহনগী শাগৈ স্বত্বাধিকারী ওইরে, অদুনা নংনা মতম পুম্নমক্তা য়োকউ। হে দোষ লৈতবী ঐপা কাইনরে হাঙৈদুনা নং রাগম্নু অসুম্না চিত্রাঙ্গদাদা হাঙৈরগা অর্জ্জুননা গোকর্ণদা চংখি।

মফিক মণিপুরদা লৈবা বভ্রুবাহনগী থারা ক্ষত্রিয়মচাসিং অসি মাখোইগী প্রাচীন ইতিহাসদা পাণ্ডু বংশনি হাঙৈগে, মরমদি অর্জ্জুনদি ইমাগী মচানি, হাঙৈনা মহাভারততা ফাউই, মরম অদুনা মমা

জোঁত্নুনা লাএক লাইখোং চন্নুনা পোকপা, অমসু ইন্দ্রগী শাগৈনি হাঙ্গৈত্নুনা "ইনথোঁজ" গী থারা অস্নুম্না কৌই।

## মণিপুরদা অর্জ্জুন্না মাইথিবা

অর্জ্জুননা প্রাগ্‌জ্যোতিষপুর—বর্ত্তমান গৌহাটিদা ভগদত্তগী মচাগা লান শোক্নুনা জয় তৌই। মথদা সিন্ধুদেশ জয় তৌই, অদুগা মণিপুর দেশদা সগোনগী মতুং ইন্দুনা অর্জ্জুন লাকই।

বৈশম্পায়ন উবাচ, শ্রুত্বাতু নৃপতিঃ প্রাপ্তং পিতরং বভ্রুবাহনঃ।

নির্য্যযৌ বিনয়েনাথ ব্রাহ্মণার্থপুরঃ সরঃ॥

মণিপুরেশ্বরং ত্বেবমুপয়াতং ধনঞ্জয়ঃ।

নাভ্যনন্দং স মেধাবী ক্ষত্রধর্ম্মমনুস্মরন্॥

উবাচ চ স ধর্ম্মাত্মা সমন্যুঃ ফাল্গুনস্তদা।

প্রক্রিয়েয়ং নাতযুক্তা বহিস্ত্বং ক্ষত্র ধর্ম্মতঃ॥

মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহননা মপ লাকলে হাঙ্গৈবা তারত্নুনা ব্রাহ্মণ অমসু খুদোনপোং শেনথুমবু মাংওইননা পুত্নুনা য়াম্না নোনলুকনা ওকথি। লৌশিংকবা অর্জ্জুননা ক্ষত্রধর্ম্ম নিংসংত্নুনা মচানা ওক্লববু পেনখিদে, ধর্ম্মতা থনবা অর্জ্জুননা অসাউবগা লোইনত্নুনা হাঙ্গি, থৌদৌ অসি নংনা মতিক চাদে, নং ক্ষাত্রধর্ম্মদগী মপান থোকলে।

সংরক্ষ্যমানং তুরগং যৌধিষ্ঠিরমুপাগতম্।

যজ্ঞীয়ং বিষয়ান্তে মাং নাযোৎসীঃ কিংনু পুত্রক॥

ধিক্ ত্বামস্তু সুদুর্ব্বুদ্ধিং ক্ষত্রধর্ম্মবহিস্কৃতম্।

যো মাং যুদ্ধায় সংপ্রাপ্তং মাং সাম্না প্রত্যগৃহ্ণথাঃ॥

ন ত্বয়া পুরুষার্থোহি কশ্চিদস্তীহ জীবতা ।
যত্ত্বং স্ত্রীবদ্ যথাপ্রাপ্তং মাং সাম্না প্রত্যগৃহ্ণথাঃ ॥
যদ্যহং ত্যক্তশস্ত্রস্ত্বা মাগচ্ছেয়ং সুদুর্মতে ।
প্রক্রিয়েয়ং ভবেদ্ যুক্তা তাবত্তব নরাধম ॥

হে ইচা কবিনো ? যুধিস্থির নিংথৌগী সগোন ভাক্তুনা লান শোক্লবা লাকপা ঐবু বিষয় অসিদা নংনা লান শোক্লদরে। ক্ষাত্রধর্ম্ম থাদোক্লবা পুকচেল অতোনবা নং অসি অতেনবা ওইয়ু, নংনা লান লাকপা ঐবু থেমজ্জুনা ওকলি। নংদি হিংজ্জুনা ভাইবংপানবা অসিদা কম্মবা নিপা ওইবগী অমত্তা লৈতে। নংনা সুপীগুম্না অথেম্বা অনৌবা রাহৈ হাঙ্গইজ্জুনা লান লাকপা ঐবু ওকলি। হে পুকচেল পিকপা। ঐনা ইখুত্তগী খুৎলাই থাদোক্তুনা নঙোন্দা চংজরবদি নংনা ঐবু থেমজ্জুনা ওকলিবা অসি তৌবা য়াই।

তমেবমুক্তং ভর্ত্রাতু বিদিত্বা পন্নগাত্মজা ।
অমৃষ্যমাণা ভিত্ত্বোর্ব্বীমুলূপী সমুপাগমৎ ॥
সা দদর্শ ততঃ পুত্রং বিমৃশন্তমধো মুখম্ ।
সংতর্জ্যমানমসকৃৎ পিত্রা যুদ্ধার্থিনা প্রভো ॥
ততঃ সা চারুসর্ব্বাঙ্গী সমুপেত্যোরগাত্মজা ।
উলূপী প্রাহ বচনং ধর্ম্ম্যং ধর্ম্মাবিশারদম্ ।
উলূপীং মাং নিবোধ ত্বং মাতরং পন্নগাত্মজাম্ ॥
কুরুষ্ব বচনং পুত্র ধর্ম্মস্তে ভবিতা পরঃ ।
যুধ্যস্বৈনং কুরুশ্রেষ্ঠং পিতরং যুদ্ধদুর্ম্মদম্ ॥
এবমেব হি তে প্রীতো ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ।

এবং ক্ষুম র্ধিতো রাজা সা মাত্রা বভ্রুবাহনঃ।
মনশ্চক্রে মহাতেজা যুদ্ধায় ভরতর্ষভ।
সন্নহ্য কাঞ্চনং বর্ম্ম শিরস্ত্রাণং চ ভানুমৎ।
তূনীরশতসম্বাধমারুরোহ রথোত্তমম্ ॥
সর্ব্বোপকরণোপেতং যুক্তমশ্বৈর্মনোযবৈঃ।
স চক্রোপস্করং শ্রীমান হেমভাণ্ড পরিস্কৃতম্।
পরমার্চ্চিতমুচ্ছ্রিত্য ধ্বজং সিংহং হিরণ্ময়ম্ ॥
প্রযযৌ পার্থমুদ্দশ্য স রাজা বভ্রুবাহনঃ

লিননিংথৌগী মচানুপী উলূপীনা মপুরোইবা অর্জ্জুননা মাসুম্না হাইরে হাঙ্গৈবা খ লহুনা লোম্নবীমচা ওইবনা কলক্কুনা লৈপাক থিঙ্গাই-তুনা বভ্রুবাহনগী মনাক্তা লাকখি ( উলূপীনা লৈমুংদগী ফাউরকতুনা লাকই হাঙ্গৈবসি মণিপুরদা মহাকনা থোরকপা মকমদি সুরুঙ্গ কং-লাদগী থোরকই হাঙ্গৈনৈ, থাঙ্গৈশেংবদি মণিপুরগী নোংচুপ্তা লৈবা লমবু, চিংদগী এংবদা নেমথে হাঙ্গৈতুনা পাতালনি হাঙ্গৈনা খংনরমই, অতুনা লৈখাপুর কৌনরিবা অসিনি অমুম্না হাঙ্গৈনৈ, অতুনদি উলূ-পীনা লাকপসি লখীপুরয়োমদগী লাকপা ওইবা তাই, অতুনা লৈ-মুংদগী ফাউরকই হাঙ্গৈবা ওইগনি )।

উলূপীনা লানশোক্লবা পাম্ব, মপানা য়াম্না চৈবিরবা, পুক্লিং সুঙাইতত্তুনা মরু লুকতুনা ফম্লবা মচা বভ্রুবাহনবু উরে। ফজবী, লিননিংথৌমচানুপী উলূপীনা ধর্ম্মচেনবা, ধর্ম্ম খংবা বভ্রুবাহনদা হাঙ্গৈ। ঐ লিননিংথৌগী মচানুপা, উলূপী কৌবী নমানি, খংঙ। ঐগী য়া ইম্ম হে ইচা! নংগী অথোইবা ধর্ম্ম ওইগনি। লানদা ভম্ফদবা

কুরু অথোইবা, নপাগা লান তৌ, অদু তৌরবতদা নপানা নংবু শোইদনা পেনগনি। লাকউম কাওমদবা নিংথৌ বভ্রুবাহননা মমানা ইনসিনলবদা লান তৌরগে নিংলে। সনাগী কচব লিংলে, খু-মিংকুম্না ওানবা লুহুপ উপলে, তেনথম্না হাম্না তেন্দোং পোম্না দোলায়দা কাথরে। থুংসু থুংলাই শুনা হাপলে, পুকনিংগুম্না য়াংবা সগোননা চিংলে, মথক্তা সনাগী পুননা লৈতেংলে, সনাগী নোংশা একপা ফিরান য়ুংথংতুনা বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনতমনা লানগীদমক চংথরে।

ততোঽভ্যেত্য হয়ং বীরো যজ্ঞেয়ং পার্থরক্ষিতম্।
গ্রাহয়ামাস পুরুষো হয়শিক্ষাবিশারদঃ॥
গৃহীতং বাজিনং দৃষ্ট্বা প্রীতাত্মা স ধনঞ্জয়ঃ।
পুত্রং রথস্থং ভূমিষ্ঠঃ সং ন্যবারয়দাহবে॥
স তত্র রাজা তং বরীং শরসংঘৈরনেকশঃ।
অর্দয়ামাস নিশিতৈ রাশিবিষবিষোপমৈঃ॥
তয়োঃ সমভবদ্‌যুদ্ধং পিতুঃ পুত্রস্য চাতুলম্।
দেবাসুররনপ্রখ্যমুভয়োঃ প্রীয়মানয়োঃ।
কিরিটিনং প্রবিব্যাধ শরেনানতপর্ব্বনা।
জত্রুদেশে নরব্যাঘ্রং প্রহসন্ বভ্রুবাহনঃ॥
সোঽভ্যগাৎ সহপুঙ্খেন বল্মীকমিব পন্নগঃ।
বিনির্ভিদ্য চ কৌন্তেয়ং প্রবিবেশ মহীতলম্॥
স গাঢ়বেদনো ধীমান্ আলম্ব্য ধনুরুত্তমম্।
দিব্যতেজঃসমাবিশ্য প্রমীত ইব সোঽভবৎ॥

অকনবা শগোনগী বিত্যাইহেবা বভ্রুবাহননা অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা ঙাকলিবা বজ্জগী সগোন অহুবু মনাক্তা চংলকতুনা কাখি। সগোন কাখিবা উরগা পেল্লবা অর্জ্জুননা লৈপাক্তা লেপতুনা মথ তোংবা মচাবু লানদা ওকখি। নিংথৌ বভ্রুবাহননা অহুগুম্বা অকনবা অর্জ্জুনবু অথৌবা, লিনগুম্বা মচিন্দা হুপুবা, তেনমপৈগী ময়ামনা পুজা তৌখি। মুঙাইনরবা মপামচা অনিগী চাংদম্নবা লৈত্রবা লাননা লাই হিংচাবা অনিগী লানগুম্বা ওইখি। থাকনা মোকতুনা বভ্রুবাহননা অথোইবা কিরিট উপ্পা মী অথোইবা অর্জ্জুনবু মত্তাংমত্তাংদা কুৎশিনবা তেন অমনা চাইকংদা থাখি। তেন অহুনা লিনমা লৈশৌবুংদা চংবগুম্বা তেন্নাগা লোইননা পানখি, অর্জ্জুনবু থিঙ্গাইতুনা তেন অহুনা লৈপাক্তা থাখি। বুদ্ধিলৈবা অকনবা অর্জ্জুননা অথোইবা লিরুং পাইতুনা য়াম্না নাখি, থমোইদা লৈবা মঙানগী মশক ওইবা ঈশ্বরবু কংতুনা শিবাগুম্বা য়াম্বখি।

স সংজ্ঞামুপলভ্যাথ প্রশস্য পুরুষর্ষভঃ।
পুত্রং শক্রাত্মজোবাক্যমিদমাহ মহাদ্যুতিঃ॥
সাধু সাধু মহাবাহো বৎস শ্চত্রাঙ্গদাত্মজ।
সদৃশং কর্ম্মতে দৃষ্ট্বা প্রীতিমানস্মি পুত্রক॥
বিমুঞ্চাম্যেষ তে বানান পুত্র যুদ্ধে স্থিরোভব।
ইত্যেবমুক্ত্বা নারাচৈরভ্যবর্ষদমিত্রহা॥
তান্ স গাণ্ডিবমুক্তান্ বজ্রাশনিসম্প্রভান্।
নারা চানছিনত্রাজা ভল্লৈঃ সর্ব্বাং স্ত্রিধা দ্বিধা।
তাভ্য পার্থঃ শরৈর্দিব্যৈর্ধ্বজং হেমপরিস্কৃতম্।

সুবর্ণতালপ্রতিমং ক্ষুরেণাপহরদ্রথাৎ ॥
হয়াংশ্চাস্য মহাকায়ান্ মহাবেগানরিন্দম।
চকার রাজনির্জীবান্ প্রহসন্নিব পাণ্ডবঃ ॥
স রথাদবতীর্য্যাথ রাজা পরমকোপনঃ।
পদাতিঃ পিতরং ক্রুদ্ধো যোধয়ামাস পাণ্ডবম্ ॥
সংপ্রীয়মানঃ পার্থানামৃষভঃ পুত্রবিক্রমাৎ।
নাত্যর্থং পীড়ায়ামাস পুত্রং বজ্রধরাত্মজঃ ॥

নিপা অথেইবা অর্জ্জুননা জ্ঞান তারগা ( হিংগৎলগা ) মচাবু থা-পত্তুনা মতিক চাউবা ইন্দ্রগী মচা অর্জ্জুননা রা অসি হাঙ্গৈ। কৈ, কৈ, চংখোনলি, হে পাম্বোম কনবা অত্তাং, চিত্রাঙ্গদাগী মচা। নংগী নতিক চাবা থবক অসি উৎদা হে ইচা ইপা পেল্লে। নংগী তেন পুন্নমক ঐনা ছুপ্পেকলে, হে ইচা, লানদা নং লেপউ—খাংউ। মাসুম হাঙ্গৈত্নুনা একনবা মাংহনবা অর্জ্জুননা নারাচ কৌবা তেনগী নোং চুহনখি। বজ্রগুম মথোনহৌবা নোথাংগুম শ্ঙানবা. পাণ্ডিবদগী কাপ-খোক্লকপা নারাচ কৌবা তেন খিবিকপু ভল্ল কৌবা খুৎলাই পাই-ত্নুনা অহুমথোকনা আনিথোকনম্ন ককথৎখি। কুন্তীগী মচা অর্জ্জুননা বভ্রুবাহনগী সনানা থাম্ব, সনাগী কোনাপাম্বী মানবা ফিরানবু তেন খিবিকনা অমম্নু অথোবা ক্ষুরনা দোলায় য়ানথৎখি। বভ্রুবাহনগী শগোন মরিবু মশাদগী মগুক ককথৎত্নুনা নোকত্নুনা পাণ্ডুগী মচানা হাৎখি। য়ামনা সাউগনবা নিংথৌ বভ্রুবাহননা দোলায়দগী কুম-থত্নুনা খোংনা লেপখি, সাউত্নুনা পাণ্ডুগী মচাবু শোকনখি। পাণ্ডুগী মচা অথোইবা অর্জ্জুননা মচাগী পাঙ্গন অত্থ উরগ। য়ামনা পেনখি, বজ্র পাইবা ইন্দ্রগী মচা অর্জ্জুননা মচাবু মুশিবনা কন্না রাহনখিদে।

স মন্যমানো বিমুখং পিতরং বভ্রুবাহনঃ ।
শরৈ রাশীবিষাকারৈ পুনরেবার্দ্দয়দ্‌বলী ॥
ততঃ স বাল্যাৎ পিতরং বিব্যাধ হৃদি পত্রিনা।
নিশিতেন সুপুঙ্খেন বলবদবভ্রুবাহনঃ ॥
বিবেশ পাণ্ডবং রাজন্‌ মমভিত্বাতিদুঃখকৃৎ ।
স তেনাতিভৃশং বিদ্ধঃ পুত্রেন কুরুনন্দনঃ ।
মহীং জগাম মোহার্ত্তস্ততো রাজন্‌ ধনঞ্জয়ঃ ॥
তস্মিন্‌ নিপতিতে বীরে কৌরবাণাং ধুরন্ধরে ।
সোহপি মোহং জগামাথ ততশ্চিত্রাঙ্গদাসুতঃ ।
ব্যায়ম্য সংযুগে রাজা দৃষ্ট্বাচ পিতরং হতম্‌ ॥
পূর্ব্বমেব স বাণোঘৈ র্গাঢ়বিদ্ধো'হর্জ্জুনেনহ ।
পপাত সো'হপি ধরনী মা'লিঙ্গ্য রণমূর্দ্ধনি ॥
ভর্ত্তারং নিহতং দৃষ্ট্বা পুত্রংচ পতিতং ভুবি ।
চিত্রাঙ্গদা পরিত্রস্তা প্রবিবেশ রণাজিরে ।
শোকসন্তপ্তহৃদয়া রুদতী বেপতী ভৃশম্‌ ।
মণিপুরপতের্মাতা দদর্শ নিহতং পতিম্‌ ॥

---

অকনবা বভ্রুবাহননা মপাবু লানদা হল্লব'ন হাঈনা খল্লে, লিন-থুম্না হপুবা তেন খিবিকনা অমোকহন্না থারে। অতুগী তুংদা অতাং ওইবনা পংহুনা খংদহুনা মিংখিনা তেম্নাচনবা খৌরবা তেননা খমোইদা মপাবু কন্না খাখি, অরাবা পিবা তেন অহুনা অর্জ্জুনবু অথুপ্না খমোই খিজাইহুনা চংখরে। মচানা কন্না তেম্না খাহুনা বাহ্নবা

অৰ্জ্জুননা লৈপাক্তা তাখি। কৌরব শাগেগী ধুরন্ধর ওইবা অকনবা অৰ্জ্জুননা তুরবদা চিত্রাঙ্গদাগী মচা অহুস্থ রানথখরে। নিংথৌ বভ্রুবাহননা ল'নদা রাহুনা মপ'না তুখিবা উরগা হায়না অর্জুনগী তেন্না থারম্বনা খাংবা ওমদহুনা লানকম মনুংদা লৈপাক্তা তুখি। মপুরোইবনা শিহুনা তুখিবা মচানা তুখিবনুস্থ চিত্রাঙ্গদানা উরহুনা মিপাইবনা লান মনুংদা চ'খরে, মু শিবা কাইনবগী রারবী, কপ-লিবী মশা পুন্নমক কন্না নিকলবী মণিপুরগী নিংথৌগী মমানা সিহুনা তুরবা মপুরোইবা অর্জুনবু উখি।

---

( অৰ্জ্জুনগী সগোন বভ্রুবাহননা ফাবা মফমবু "সগোনপন" তেঙ্গোন শাহুনা থুগাইবা মফমবু "তাকএন" মপামচাগী অকনবা লান থে'নফমবু "লানচিন্-লাংচিং" অমস্থ অর্জুননা তুবা মফমবু "পাসোই" কৌহুনা হু জিকক উবা থোকখি ২ বা মফম অহু পরম্পরা খংনরকতুনা মীনাবতারদা মণুনা হি পুল্লম্বা মফমবু নৌবন্ধন হাঙ্গৈনা হুজিকফাউবা লৈবগুম লৈরি, অর্জুনদা থাবা তেন অহুমক হুজিকফাউবা থম্নাংবা কোবা লাইকোন্দা লৈনুংদা কুমহুনা থমলি, কনা ২ গুম্বদি তৌহুনা এংথি হাঙ্গৈনা লৈ )।

ততোবহুতরং ভীরুর্বিলপ্যকমলেক্ষণা।
মুমোহ দুঃখসন্তপ্তা পপাতচ মহীতলে॥
প্রতিলভ্যচ সাসংজ্ঞাং দেবীদিব্য বপুর্ধরা।
উলুপীং পন্নগসুতাং দৃষ্ট্বেদং বাক্যমব্রবীৎ॥
উলুপি পশ্য ভর্ত্তারং শয়ানং নিহিতং রণে।

ত্বংকৃতে মমপুত্রেণ বানেন সমিতিঞ্জয়ম্ ।।
নন্বুত্বমর্য্য ধর্ম্মজ্ঞা নন্বুচাসি পতিব্রতা ।
যত্ত্বৎকৃতেহয়ং পতিতঃ পতিস্তেনিহতোরণে ।।
কিন্তু সর্ব্বাপরাধোহয়ং যদ তেহদ্য ধনঞ্জয়ঃ ।
ক্ষমস্বযাচমানাবৈ জীবয়স্ব ধনঞ্জয়ম্ ।।
নন্বুত্বমাযে ধর্ম্মজ্ঞা ত্রৈলোক্যবিদিতা শুভে।
যদ্ঘাতয়িত্বা পুত্রেন ভর্ত্তারং নানুশোচসি ।।
নাহং শোচামি তনয়ং হতং পন্নগনন্দিনি ।
পতিমেবতু শোচামি যস্যাতিথ্যমিদং কৃতম্ ।।
ইত্যুক্ত্বা সাতদা দেবীমুলুপীং পন্নাগআত্মজাম্ ।
ভর্ত্তারমভিগম্যেদমিত্যুবাচ যশস্বিনী ।।
উত্তিষ্ঠ কুরুমুখ্যস্য প্রিয়মুখ্য মমপ্রিয় ।
অয়মশ্বো মহাবাহো ময়া তে পরিমোক্ষিতঃ ।।
নন্বুত্বয়া নামবিভো ধর্ম্মরাজস্য যজ্ঞিয়ঃ ।
অয়মশ্বোঽনুসর্ত্তব্যঃ সশেষে কিং মহীতলে ।।
ত্বয়ি প্রাণা ময়া যত্তা কুরুণাং কুরুনন্দন ।
স কস্মাৎ প্রাণদোহন্যেষাং প্রানাণ্ সংত্যক্তবানসি ।।
উলুপী সাধু পশ্যেমং পতিং নিপতিতং ভুবি ।
পুত্রং চেমং সমুত্থায় শাতয়িত্বান শোচসি ।।
কামং স্ব পিতুবালোহয়ং ভূমৌ মৃত্যুবশং গতঃ ।
লোহিতাক্ষোগুড়াকেশোবিজয়ঃ সাধু জীবতু ।
নাপরাধোহস্তি সুভগেণবানাং বহুভার্য্যতা ।

প্রমদানাং ভবত্যেব মাতে ভুদ্ধুদ্ধিরীদৃশী ॥
সখ্যং চৈতৎকৃতং ধাত্রা শশ্চদব্যয়মেবতু ।
সখ্যং সমভিজানাহি সত্যং সঙ্গতমস্তুবৈ ॥
জীবন্তং দর্শয়স্যদ্য পরিত্যক্ষ্যামি জীবিতং ।
সা'হং দুঃখান্বিতা দেবি পতি পুত্রবিনাকৃতা ॥
ইহৈব প্রা'য়মাশিষ্যে প্রেক্ষন্ত্যাস্তে নসংশয়ঃ ।
ইত্যুক্ত্বা পন্নগসুতাং সপত্নী চৈবাহিনী ।
ততঃ প্রায়মুপাসিনা তূষ্ণীমাসীজ্জনাধিপ ।
ততো বিলপ্য বিরতা ভর্ত্তুঃ পাদৌ প্রগৃহ্যসা ।
উপবিষ্টা ভবদ্দীনা সোচ্ছ্বাসং পুত্র মীক্ষতি ॥

অদুগীতু দা মমিৎ থম্বান মানবী চিত্রাঙ্গদানা য়াম্না তেংথারম্নগা অরাবনা জ্ঞান মাংদুনা লৈপাক্তা তুখরে। মশা পুম্নমক মক্তবী, ফজবী চিত্রাঙ্গদানা হিঙ্গৎলক্লগা লিনগী মচানুপী উলূপীবু উদুনা য়া অসি হাঙ্গখি.—হে উলূপী! নংগী মরমগীদমক ইচানা তেম্না থাদুনা লান্দা ওম্বিনবা লৈতবা ইপুরোইবনা তুমখিবা অসি এত্ত। নংদি আর্য্যধর্ম্ম খংবানি, নপুরোইববু লাই ওইনা নিংবিনি, অদুগা নংগী নরমগীদমক নপুরোইবনা সিদুনা লানদা তুরে। ওসি করিগুম্বা ধনঞ্জয়না নংতোন্দা অপরাধ তৌরম্বা থোক্লবদি ঐনা নংবু হাইজরিবনি ধনঞ্জয়বু ওাকপিয়ু অদুগা হিংহনবিয়ু। হে মঙ্গল ওইরিবী! হে ইবেম্মা! নংদি ধর্ম্ম খংবীনি হাঙ্গনা মরোন অদুমদা কাউরিবানি, করিনো মচানা ইনসিন্দুনা নপুরোইববু হাংহনবদি নপুরোইববু মুংশি-থবরা? হে লিনগী মচানুপী, ঐদি লানদা সিরবা ইচাদিপা অসিবু

কাইনবগী রাদে, ইপুরোইবতবু কাইনবগী রাই, ইপুরোইবনা ইনাক্তা লাকপগী আতিথ্যসেবাদি হাৎপ অসি ওইরবোইরে ? মাস্থয়া লিনগীমচা উলূপীদা হাঙ্গৈয়য়গা মিংচৎপী চিত্রাঙ্গদানা ভুরিবা মপুরোইবা অর্জ্জনগী নাক্তা চংলক্তুনা হাঙ্গৈরৈ, হৌগৎলো কুরু অথোইবা যুধিষ্ঠিরগী অচানবা অথোইবা ! ঐগী যুংশিবা ! হে পাম্বোম কনবা নংগী শগোন অসি ঐনা থাদোকলে। ক রনো হে অথোইবা নংবু ধর্ম্মরাজগী যজ্ঞ তৌরোইদরা ? শগোন অসিগী মতুং ইন্দুনা চংলোইদরা করিগী লৈপাক্তা হিপলিবা হে কুরুগী শাগৈদা পোকপা নঙোন্দ। ঐনা থরাই পুয়মকপু হাপপ্রবনি, নংদি অতোপ্পা মীগী থরাই হিংহনবনি অদুগা করিগী নথরাই থাদোকতুনা হিপলিবগে ? হে উলূপী ! লান্দা সিরবা নপুরোইবসে নিংথিনা এংউ। নচা অসিবু মপা হাৎহন্দুনা মাংনবা তৌরগা নংদি মুংসিদরা ? অসিবগী খুতুম চন্দুনা লৈপাক মথক্তা অঙাং অসি মুঙাইনা তুমসনু, মমিৎ ঙাংবা গুডাকেশ বিজয়না নিংথিনা হিংসনু। হে লাইপক ফবী ! মীওইবসিংগী মুপীলোনবা হাঙ্গৈবাস অপরাধ লৈতে, অসিগুম্বা মাংননবা তৌবা নংগী বুদ্ধি অসিদি মুপী অথোইবীসিংগীদি ওইদে। ভাইবং পানবদা ব্রহ্মানা চায়বা কৌবা অমা সেম্বা অসি অতৎপা লৈতনা মাংদনা লৈসনু, চায়রিবাসিবু নংনা চায়রি হাঙ্গৈনা থংবিয়ু, অচুম্বনা নঙোন্দা ভিনবা ওইসনু। মংনা ইপুরোইববু ইচাদা ইনসিন্দনা হাৎহনলগা অহিংবা ইপুরোইববু উহন্দরবদি ঙসিমক ঐগী পুনসি থাদোক্লগনি। হে দেবী ! নংনা ইচা ইরা মাংহল্লবী রারবী ঐনা এংতুনা লৈবা নংগী নমাংদা প্রায়োপ-বেশন তৌরগে ( চাদথকনা সিবা ঙাইহনা ফম্বা ) মাসিদা চিংনবা

লৈতে। মাহুল্লা চিত্রবাহনগী মচানুপী লোম্লবী চিত্রাঙ্গদানা লিবগী মচানুপীদা হাঙ্গৈরগা অদুগী তুংদা তোল্লবী মুপী মশক ওইদুনা চরা হেন্দুনা তুমিল্লা কমথি। তেংথারদুনা মপুরোইবগী মথোংবু কোল্লগা কমদুনা মনুংসা কুইনা হোন্দুনা তুরিবা মচারোমদা এংদুনা লৈথি।

ততঃ সংজ্ঞাং পুনর্লব্ধ্বা স রাজা বভ্রুবাহনঃ।
মাতরং তামথালোক্যরণভূমাবথাব্রবীৎ॥
ততো দুঃখতরং কিংনু যন্মে মাতা সুখৈধতা।
ভূমৌ নিপতিতং বীরমনুশেতে মৃতং পাতম্॥
নিহন্তারং রণেহবীনাং সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্।
ময়া বিনিহিতং সংখ্যে প্রেক্ষতে দুর্ম্মরং বত॥
অহোহস্যা হৃদয়ং দেব্যা দৃঢ়ং যন্নবিদির্য্যতে।
ব্যূঢ়োরস্কং মহাবাহুং প্রেক্ষন্ত্যা নিহতং পতিম্॥
দুর্ম্মরং পুরুষেণেহমন্যেহধ্বন্যনাগতে।
যত্র নাহং নমেমাতা বিপ্রযুজ্যেত জীবিতাৎ॥
হাহা ধিক্ কুরুবীরস্য সন্নাহং কাঞ্চনং ভুবি।
অপাবিদ্ধং হতস্যেহ ময়া পুত্রেণ পশ্যত॥
ভো ভো পশ্যত মে বীরং পিতরং ব্রাহ্মনা ভুবি।
শয়ানং বীরশয়নে ময়া পুত্রেণ পাতিতম্।
ব্রাহ্মনাঃ কুরুমুখ্যস্য যেমুক্তা হয়সারিনঃ।
কুর্ব্বন্তি শান্তিং কামস্যরনে যোহয়ং ময়াহতঃ॥
ব্যাদিশন্তু কিংবিপ্রা প্রায়শ্চিত্ত মিহাদ্যমে।
অনৃশংসস্য পাপস্য পিতৃহন্তুরনাজিরে॥

দুশ্চরা দ্বাদশসমা হত্বাপিতরমদ্যবৈ ।
মমেহদ্যনৃশংসস্য সংবীতস্যাস্য চর্ম্মনা ॥
শিরঃ কপালে চাস্যৈব যুঞ্জতঃ পিতুরদ্যমে।
প্রায়শ্চিত্তং হি নাস্ত্যন্যদ্ধত্বাদ্য পিতরং মম ॥
পশ্য নাগোত্তমসুতে ভর্ত্তারং নিহতং ময়া।
কৃতং প্রিয়ং ময়া তেহদ্য নিহত্য সমরেঽর্জ্জুনম্ ।
সোঽহমদ্য গমিষ্যামি গতিং পিতৃনিষেবিতাম্।
ন শক্নোম্যাত্মনাত্মানমহং ধারয়িতুং শুভে ।
সাত্বং ময়িমৃতে মাতস্তথা গাণ্ডীবধন্বনি ।
ভবপ্রীতিমতী দেবী সত্যেনাত্মানমালভে ।
ইত্যুক্ত্বা স ততো রাজা দুঃখশোক সমাহতঃ।
উপস্পৃশ্য মহারাজো দুঃখাদ্বচনমব্রবীৎ ।
শৃণ্বন্তু সর্ব্বভূতানি স্থাবরানি চরাণিচ ।
ত্বং চ মাতর্যথাসত্যং ব্রবীমি ভূজগোত্তমে ।
যদি নোত্তিষ্ঠতি জয়ঃ পিতা মে নরসত্তমঃ।
অস্মিন্নেবরনোদ্দেশে শোষয়িষ্যে কলেবরম্ ।
নহি মে পিতরং হত্বা নিস্কৃতির্বিদ্যতে কচিৎ ।
নরকং প্রতিপৎস্যামি ধ্রুবং গুরুবধার্দ্দিতঃ ।
বীরং হি ক্ষত্রিয়ং হত্বা গোশতেন প্রমুচ্যতে ।
পিতরন্তু নিহত্যেবং দুর্লভা নিস্কৃতির্মম ।
এষ একো মহাতেজাঃ পাণ্ডুপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ ।
পিতাচ মম ধর্ম্মাত্মা তস্য মে নিস্কৃতিঃ কুতঃ

ত্যবমুক্ত্বা নপতে ধনঞ্জয়সুতোন্‌পঃ।
উপস্পৃশ্যাভবৎ তুষ্ণীং প্রায়োপেতো মহামতিঃ।

রানথরুবদগী নিংথৌ বভ্রুবাহন হৌগংলে, লানমরুংদা মমানা কপলম্বা উরে অচুগা রা অসি হাঙ্গৈরকই,—অসিদগী হেন্না রাগা করি লৈবগে? মুখিংচুপ্পা মুঙাইত্তনদা হৌরক্লবী ইমানা অকনবা মপুরে'ইবনা সিহুনা লৈপাক্তা তুরবগী নাক্তা মাস্থ তুহুনা ছিপখরে। ওনথোকপনি! লানদা এরুবা পুন্নমক হাংপা, থুংলাই পাইবা মরক্তগী অথোইবা, সিহনবা ওমদবা মপুরোইববু ঐনা লানদা হাংতুনা তুম্বিবা অসি ইমানা উরে। ওনথোকইদা ইমাগী থমোই অসে ওনথোকনা কনখরেদা, হুজ্জিককাউববু ইমাগী থমোই অসি কাইদরি, থবক কনবা, পাম্বোম কনবা মপুরোইবনা সিহুনা তুববু এংলি। মাগী লম্বেনদা লাক্তরিঙেদা নিপাওইবনা সিদবাওইরে অম্নম্না ঐনানিংই মতম অতুদা ঐনা নিংদে, ইমানাসু পুনসি থাদোক্তে। অরাবনি অরাবনি তোনখরেদা মচা ঐনা হাংতুনা কুরু-শাগৈগী অকনবগী সনাগী কবচনা তংতুনা লৈপাক্তা তারে হে প্রজাসা; এও্‌। হে! ব্রাহ্মনসা! মচা ঐনা তুহন্দুনা অকনবা ইপান। বীরশয্যাদা ছিপলিবসি এও্‌। কুরুশাগৈগী অথোইবা ইপা অসিগী সগোন থারকপা ব্রাহ্মণসিংনা করম্বা শাস্তি তৌবা, লানকমদা ইপা মহাকপু ঐনা হাংলে। হে ব্রাহ্মণসা, ঙসি মকম অসিদা লানদা ইপা হাংপা, পাপচেনবা জীব হাংপা পামদবা ঐগী প্রায়শ্চিত তাকউ, ঙসি ইপা হাংলুরগা ইপাগী মউন্না হুকচাংদা কুপ্তুনা ইপাগী কোক অমসু চাইরুং ওক্তোসিহুনা চহি ১২ চুপনা ব্রততৌবা ওমকদে, মাহু নত্তবা অতোপ্পা প্রায়শ্চিত অমাসু ইপা হাংলুরবা ঐগীদি লৈতে। হে লিন নিংথৌগী মচাচুপী ঐনা হাংপা নপুরোইবা অসি এও, ঙসি লানদা ঐনা অর্জ্জুন

হাংতুনা নংগী পেনবা থবক তৌরে, মাহু তৌরুরবা ঐদি ওসি ইপানা কংখিবা অসিদা ঐস্থ চৎলগনি। হে অফবী ঐনা ঐগী পুকনিং লাকসিন্দুমা লৈবা ওয়রোই ঐনা অমস্থ গাণ্ডীব পাইবা ইপানা সিরবদা নহাকনা পেনবিয়ু. হে দেবী ঐনা অচুম্বা রাশক অস্নিনা ঐবু মাংহনলগে, মাসি হাঙ্গৈতুনা অরাবা মুংসিবনা চারুবা নিংথৌনা অহুগী তুংদা ঈশিং শোক্কুনা রাবদগী রা অসি হাঙ্গৈখি,—"অচৎপা চৎওবা পুম্নমকনা ইমা নংস্থ তাসন্থ হে লিন অথোইবী! ঐনা সত্য অসি হাইরি। মী মরক্তগী অথোইবা জয় কৌবা ইপানা ওসি তুরিবা অসিদগী হিঙ্গক্তরবদি লান অসিমক্তগী মরমদা ঐগী হকচাং অসিবু কংতুনা মাংহল্লগে। ঐনা করিগুম্বদস্থ ইপা হাৎলগা পাপ কোক্কদবা লৈতরে। গুরু হাৎপগী পাপনা শোইদনা নরকতা তাতুনা লৈগনি। ক্ষত্রিয়মচা অকনবা অমা হাৎলগা যণবী চামনা কোকই, মপা হাৎপগীদি কোকনবা প্রায়শ্চিত্ত কংদে। অসিদি মতিক মঙাল চাওবা পাণ্ডুগী মচা ধনঞ্জয়নি, ঐগীদি ইপানি ধর্ম্ম চেনবনি মাবু হাৎলুরবদি ঐগী কোককম লৈতে। মাসি হাঙ্গৈতুনা অর্জ্জুনগী মচা অসিংবা নিংথৌনা আচমন তৌতুনা প্রায়োপবেশনগীদমক (চাদথক্তনা সিদরিবা কাওবা ফম্নবগীদমক) তুমিম্না লৈখরে।

> প্রায়োপবিষ্টে নৃপতৌ মণিপুরেশ্বরে তদা।
> পিতৃশোকসমাবিষ্টে সহ মাত্রা পরন্তপ॥
> উলুপী চিন্তয়ামাস তদা সঞ্জীবনং মণিম্।
> স চোপতিষ্ঠত তদা পন্নগানাং পরায়ণম্॥
> তং গৃহীত্বা তু কৌরব্য নাগরাজপতেঃ সুতা।

মনঃ প্রহ্লাদনীং বাচং সৈনিকানামথাব্রবীৎ ॥
উত্তিষ্ঠ মা শুচঃ পুত্র নৈষ জিষ্ণুস্ত্বয়াজিতঃ।
অজেয়ঃ পুরুষৈরেষ তথা দেবৈঃ সবাসবৈঃ ॥
ময়া তু মোহিনীনাম মায়ৈষা সংপ্রদর্শিতা।
প্রিয়ার্থং পুরুষেন্দ্রস্য পিতুস্তেহদ্য যশস্বিনঃ ॥
জিজ্ঞাসুর্হ্যেষ পুত্রস্য বলস্য তব কৌরব।
সংগ্রামে যুধ্যতো রাজন্নাগতঃ পরবীরহা ॥
তস্মাদসি ময়া পুত্র যুদ্ধায় পরিচোদিতঃ।
মাপাপমাত্মনঃ পুত্র শঙ্কেথা হ্যণ্বপি প্রভো ॥
ঋষিরেষ মহানাত্মা পুরাণঃ শাশ্বতোঽক্ষরঃ।
নৈনং শক্তোহিসংগ্রামেজেতুং শক্রোঽপি পুত্রক ॥
অয়ন্তু মে মণির্দিব্যঃ সমানীতো বিশাম্পতে।
মৃতান্মৃতান্পন্নগেন্দ্রান্ যো জীবয়তি নিত্যদা ॥
এনমস্যোরসি ত্বঞ্চ স্থাপয়স্ব পিতুঃ প্রভো।
সঞ্জীবিতং তদাপার্থং সত্বং দ্রষ্টাসি পাণ্ডবম্ ॥
ইত্যুক্তঃ স্থাপয়ামাস তস্যোরসি মণিং তদা।
পার্থস্যামিততেজাঃ সপিতুঃ স্নেহাদপাপকৃৎ ॥
তস্মিন্ন্যস্তেমণৌ বীরো জিষ্ণুরুজ্জীবিতঃ প্রভুঃ।
চিরসুপ্ত ইবোত্তস্থৌ মৃষ্টলোহিতলোচনঃ ॥
তমুৎথিতং মহাত্মানং লব্ধসংজ্ঞং মনস্বিনং।
সমীক্ষ্য পিতরং স্বস্থং বন্দে তং বভ্রুবাহনঃ ॥
উৎথিতে পুরুষব্যাঘ্রে পুনর্লক্ষ্মীবতি প্রভো।

দিব্যাঃ সুমনসঃ পুন্যা ববৃষে পাকশাসনঃ ।।
অনাহতা দুন্দুভয়ো বিনেদুর্মেঘনিস্বনাঃ ।
সাধুসাধ্বিবতি চাকাসে বভুব সুমহা্নস্বনঃ ।।
উত্থায়চ মহাবাহুঃ পর্য্যাশ্বস্তো ধনঞ্জয় ।
বভ্রুবাহনমালিঙ্গ্য সমাজিঘ্রতিমুর্দ্ধনি ।।
দদর্শচাপি দুরেহস্য মাতরং শোককাশতাম্ ।
উলুপ্যা সহ তিষ্ঠন্তীং ততঃপৃচ্ছদ্ধনঞ্জয়ঃ ।।
কিমিদং লক্ষ্যতে সর্ব্বং শোকবিস্ময়হর্ষবৎ ।
রনাজিরমমিত্রঘ্ন যদি জানাসি শংস মে ।।
জননীচ কিমর্থং তে রণভুমিমুপাগতা ।
নাগেন্দ্রদুহিতা চেয়মুলুপী কিমিহাগতা ।।
জানাম্যহমিং যুদ্ধং ত্বয়া মদ্বচনাৎ কৃতম্ ।
[redacted]নামাগমনে হেতুমহমিচ্ছামি বেদিতুম্ ।
তমুবাচ তথাপৃষ্টো মণিপুরপতিস্তদা ।
প্রসাদ্য শিরসা বিদ্বান্ উলুপী পৃচ্ছাতামিয়ম্ ।।

---

মপাগী কাইনবগী অরাবনা চাক্‌ুনা মমাগা লোইনচুনা মণিপুর মপু নিংথৌনা চরা হেন্নুনা কমন্দ্রবদা সঞ্জীবনি কৌবা মনিবু উলুপীনা নিংসংখি। লিনসিংগী চংজনকম ওইবা মণি অচুবু খুৎথক অত্তুদা উলূপীনা কংখি। লিন নিংথৌগী মচা সুপীনা মণি অচু পাইদুনা ভেঙ্গোন ময়ামগী মমাংদা পুকনিং সুত্তাইরবা রা অসি হাঙ্গৈরকই,— হৌগৎলু, রাগঙ্গ হে ইচা ! মাসে জিক্ষনি (মাতনা ওম্বনি ) নংনা ওম্বা

নত্তে। নিপা ওইনা পোকলিবা জীবনা ইন্দ্র কাউবনা মাবু ভস্বা যাদবনি। এনা মোহিনী কৌবী মায়া অহু উৎপনি। মরমদি নপা মিংচৎপা অর্জ্জুনা চানবিনবা অমস্থু ইচাগী পাঙ্গনস্থু ইমানা এংনিংহুনা ভৌবনি। শোক্লরিবা লানদা একুবা মাংহনবানা লাকই, মরম অসিনা এনা ইচাবু লান ভৌনবা ইনসিনবনি হে ইচা করিনু চিংনগনু নংগী পাপ খজিক্কস্থ লৈত্তে, হে পাঙ্গনবা নংগী নপা অসি খবিনি, পুরাণ ওইবা অমাংবা লৈত্তেবা, মফম পুম্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা শাস্বত আত্মানি। হে ইচা মাবু ইন্দ্রংকনস্থু লান শোক্লহুনা ভস্বা হৌনদে। এম্ দিব্যমণি অসে পুরক্লে। হে ।যশস্পতে। মণি অসিনা মুতিগী সিরবা লিন খিবিকপু হিংহনলি। হে পাঙ্গনবা নংনা নপাগী থবাক্তা মণি অসি হাপউ, অহুগা অর্জ্জুনা হিংগৎলকপা স সংনা উগনি পাপ ভৌদবা মস্তিক মণ্ডন চাওবা বভ্রুবাহননা মুংশিবদগী মপাগী থবাক্তা মণি অহুবু হাপলে, মণি হাপ্পগা মতিক চাউবা লান ভস্বা অর্জ্জুননা হিংগৎখরে, অঙাংবা মিৎ নোইরহুনা তুমলুবদগী ভৌবগুম্না হৌগৎখি। মস্তিক চাউনা, জ্ঞান ভারবা, পুকচেন থোবা মপাবু মশা মুঙাইনা হৌগৎলকলে হাঙ্গৈবা খংলহুনা মচানা খুরুমখি। নিপা অথোইবনা হৌগৎলবদা হান্না লক্সীনা ।তল্লবদা স্বর্গদগী লৈ মযাম ইন্দ্রনা নোং ওইনা চুথহনখি। নেংগী খোঞ্জেনগুম্না স্বর্গগী হুন্দুভি পুং ময়াম য়ৈখি। আকাশদা সাধু সাধু হাঙ্গৈনা লাউখ।

মহাবাহু অর্জ্জুননা হৌগৎলগা হনথরহুনা বভ্রুবাহনবু কোল্লগা মচাগী মকোক্তা নমখি। অহুগা অরাপ্পদা রাবনা কংহুনা ফমলিবী বভ্রুবাহনগী মমাবু উলুপীগা লোইননা লৈবা উখি, অহু উরগা অর্জ্জুননা

হংই,—করিনো অব্বাবা অঙকপা হয়াউবা ইয়ান য়ান্নবা উবা অসি করিনো ! লানকম অসিদা তৌরিবা অসি হে এক্রবা মাংহনবা থংলবদি তাকউ। করিগীনো লানকমদা নবা লাকলিবা অমসু লিন নিংথৌ মচাসুপী উলূপীনা মাসিদা লাক্লম্বসু করিগীনো ! ঐবা থংবদি লান অসি ঐবা তৌ হাঙইহনা ননা তৌবনি, সুপীনা লানদা লাক্লম্বগী মরম থংলিংই। মাক্লম্না হংলবদা অসিংবা বভ্রুবাহননা মপাবু মকোক্না শেক্না খুরুমহনা "য়াফম অসি উলূপীদা হংবিয়ু" হাঙই। অর্জ্জুননা উলূপীদা হংবদা উলূপীনা খুমই, ইবুঙো নংনা ঐঙোন্দা লান্দে বভ্রু-বাহননাসু লানদে, মখানসু ঐঙোন্দা লানদে, ঐগী থবক তৌনবগুম্বা চিত্রাঙ্গদানা লৈরিবনি। তাবিয়ু ঐনা তৌবা থবক অসিগী মরম,—হে ইবুঙো ঐবু সাউথিগনু, ঐগী ইকোক শোকনা ইবুঙোবু থৌ-জানহল্লরি। মহাভারত যুদ্ধদা ইবুঙো নংনা শান্তনুগী মচা ভীষ্মবু অধর্ম্ম যুদ্ধনা হাংখি, মাহুগী পাপ কোক্লবা তৌবনি। ইবুঙো নংনা ভীষ্মবু লান শোক্লহনা ওম্বা নত্তে, শিখণ্ডীগা তিন্নহনা ওম্বনি। নংনা মাহুগী পাপ কোক্লবা তৌদনা সিববদি পরলোকতা সোইদনা নরক তাগনি। নচাদগী ফংখিবা দশা অসি পাপ অহু কোকনবা তৌবনি। মাসি বসু নিপাননা গঙ্গাগা লোইনহনা তৌখিবনি। ঐনা মখাইদা ভীষ্ম সিরবদা গঙ্গা মপান্দা বসুসিংনা ওাংনবা তাখি। ভীষ্ম সিরবদা লাইসিনা মহানদীদা স্নান তৌরগা গঙ্গাগী মপান্দা হাঙখি। শান্তনুগী মচাবু সব্যসাচিনা হাংপা অসি, অমগা লোইনহনা হাং-পনি, মানা লান তৌহনা হাংপা নত্তে। অহুনা ওসিদি লাই ঐখোইনা অর্জ্জুনবু শাপ তৌগে অহুম হাঙবদা গঙ্গানা কৈ হাঙনা য়াখি। মাহু ঐনা তাহোহনা ইপাদা তম্বদা ইপানা বসু

নিপানদা চৎতুনা খুরুমতুনা হাঙজকবদা মাখোইনা তাকপিরকই, মণিপুরগী মপু মচা পাখংনা লান মসুংদা তেনবা থাত্নুনা তুগানি অহুদা পাপ কোকনি অসুম্না তাকপিয়কলে। মাসি ঐনা ইপাগী পাপ অসিদগী কোকনবা ইনসিনবনি। নংবু দি ইন্দ্রনসু লানদা ওয়োইদবনি। নচাদি নংনা পোকপনি, অতুনা নংনা নংবু ওয়বা পাপ অসি কোকলে। অতুনা ঐগী দোষ লৈতে নিংই, অতুবু ইবুঙো নংনা করি নিংবিবগে? মাহু তারবদা বিজয় অর্জ্জুননা পেন্নতুনা হাঙই। নংনা তৌবা অসিদা ঐ পেন্নে। অসুম হাঙইতুনা জয় অর্জ্জুননা মচা মণিপুরপাতদা চিত্রাঙ্গদা উলূপী অনিগী মমাংদা হাঙই:—চৈত্রথাদা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞ ওইগনি মাহুদা ননা অনিগা লোইনতুনা মন্ত্রীসিং পুন্নুনা নং লাকউ। মাহু তারগা মচানা খুরুমতুনা থুমই, ইপাগী য়াথং ইনজগনি, ঐগী পুরদা ইমা অনিগা লোইনতুনা চংবিয়ু অহিং অমত্তং সুঙাইনা লেকপিয়ু। হে জয় ওইবা সিংগী অথোইবা, অতুগা সগোনগী মতুং ইন্দুনা চৎপিয়ু মাহু তারগা অর্জ্জুননা মোমোন নোকতুনা হাঙই, হে মহাবাহু! ঐ থংলে ঐনা দীক্ষা পিগনি নংগী কেন্দুংদা ঐ চংলরোই, সগোন অসি মনিং তৌনা চৎসনু ঐগী লেকনবা মফম মতম লৈতে, অসুম্না হাঙইরতুনা মচানা বিধিগী মতুংইন্না পূজা তৌতুনা মতু অনিগী য়াথং লৌতুনা ভরত অথোইবা অর্জ্জুননা চৎখি। মণিপুরগী মতুংদা বারণসাহ্বয় কৌবা লৈপাকলোমদা হল্লকতুনা জারসন্ধগী লৈপাক্তা জরাসন্ধগী মচু সহদেবগী মচাগা লান তৌই।

( সগোননা হুনখিবা অসি বিথারেরোমদা হুনখিরা তাই )

মহাভারতা হাঙ্গৈবা অর্জ্জুননা মণিপুরদা লাকপা অমসু অর্জ্জুননা মাইথিথিবা প্রসঙ্গ পুম্নমক মূলশ্লোক্কা লোইননা লৌথৎতুনা ইখরে। মাসিদা অর্জ্জুননা মাইথিবগী প্রসঙ্গ অসি মণিপুরদা মথং মথং ঙাংনরকতুনা খংবগা কয়া মান্নদবা য়াউই। বভ্রুবাহন নিংথৌ অসিনা ঐতিহাসিক ওইরবদি মহাভারতনা হাঙ্গৈবা অসিনা অচুম্বা ওইগনি। অর্জ্জুননা সিবা অসি য়ানথবনি, ঋবিগী রাহৈ রাজা হৈবনা মচানা হাৎতুনা সিবমক মানহুনবনি। মাসিদগী মথং মথং রাকম অসি ফজনবা মতুংদা পশেম শেমলিবা অহু মণিপুরদা ঙাংনহৌবনি, অসুম্না খনবদা লানকম থোক্কে।

অর্জ্জুনবু বভ্রুবাহননা মঙক ককতুনা হাৎলি, মঙক অহু লিন্না হুথিহুনা থিবা খংজ্রবদগী লান শোক্লহুনা বভ্রুবাহননা মুল্লি, পাতাল-দগী উলুপী চতুনা মণি লৌরুই, অহুগী ঙককা হকচাংগা শমজিন্নরগা মণিনা শোকতুনা হিঙ্গংহল্লি অসুম্না ঙাংনৈ।

মহাভারতকী মতুংগী লাইরিকসিংদা মণিপুরদা ঙাংনবা অসি ওইনা ঙাক্তা লেংনখি। মাহুদি ইতিহাসিক ওইব প্রসঙ্গ নত্তে, পংশেম শেমজিনবা ওইগনি। মাহুগী মরমদা ঐখোইনা অনৌবা লাইরিক্তা হাঙ্গৈবা বভ্রুবাহনদা অর্জ্জুননা মাইথিবগী প্রসঙ্গ অহু রদং লৌথৎলি। অহুগুম্বা লাইরিকসিং অহুনা হাঙ্গৈবদি বর্ত্তমান ণিপুর অসি এহুনা অমসু মণিপুরগী প্রবাদ ময়াম ঙাংনবা তাহুনা কান্না লেংবনি। খুদমগীদমক ঐখোইনা অহানবদা জৈমুনীয়াশ্ব-মেধপর্ব কৌবা সংস্কৃতকী গ্রন্থ অহুবু অহানবা মক্তদা উৎনিংই। াহু অসি মক্তবু মণিপুরগী বভ্রুবাহনতগী চাওনা লেংবা ওইনা

তৌই। লাইরিক অসুদা অর্জ্জুননা সগোনগী লম্বেনদা মণিপুর-রোমদা লাকপা মপী রাজা অমসু তন্নবা হিংচা কোৎচাবাগুম্বা ময়াম হাইরিবা অসু মণিপুরগী অকোইবদা লৈবা অকিবগী মশক ওইবা জাতিসিং অমসুং মপানা মকোক ওইনা পানবা লৈবাকসিংগী বর্ণনানি হাইবদা কনাসু চিংনবা লৈরোই। অর্জ্জুননা চংলকপা মতমদা মণিপুরনা লৈরম্বা মওং অসু অসুম্না হাই—

রম্যং মণিপুরং নাম বভ্রুবাহন পালিতম ।
নরাঃ সত্যব্রতা যত্র নার্য্যশ্চ পতিসেবকাঃ ॥
বেদার্থ শাস্ত্রনিপুনো ভাতি যত্র মহাজনঃ।
চিন্তনং বাসুদেবস্য মান্যাং চিন্তাং প্রকুর্ব্বতে ॥
বন্ধনং কেশ পুষ্পানাং পশূনাং সদয়া ইব।
প্রকুর্ব্বন্তি চ সংঘাতং নারীণাং কামিনী যুতাঃ ॥
স্বপ্নেপি মানৃতং যত্র প্রবদন্তি জনাঃ ক্বচিৎ।
মুক্তা চ কামিনীনাং হৃদয়েঽপি চ মস্তকে ॥
নাসাগ্রে ভান্তি রাজেন্দ্র সতোয়া বৃত্তলোলকাঃ।
শূরাশ্চ যত্র শতশো বভ্রুবাহনপূজিতাঃ ॥
মহাকাল মপি প্রাপ্তং তোষয়ন্তি বলেন তম্।
বিমুখা ন রণে বীরা নার্থিনাং পুরতঃ কচিৎ ॥
জায়ন্তে দেহদানেন রদান্যাঃ প্রার্থিতাঃ সদা।
প্রাকৃতস্য জনস্যাপি মুখাদ্‌বাণী সুসংস্কৃতাঃ ॥
নিষাত্তি সর্ব্বদা যত্র প্রাপ্তা তত্র তুরঙ্গমঃ।
তুষ্ট পুষ্ট জনাকীর্ণং নিত্যোৎসববিভূষিতম্ ।

রম্যং যুবনপ্রাকারং নগরং চার্জ্জুনেনৈতৎ ॥
রক্ষিতঞ্চ মহাবীরৈঃ সবলৈঃ বীর্য্যশালিভিঃ ।
সহস্রংশকটানাংহি পুরিতং কাঞ্চনেনচ ।
হংসধ্বজাদিভির্দত্তঃ প্রত্যব্দং নৃপস্তেঃ করঃ ॥
সুবর্ণরূপ্যরত্নৈশ্চ বভ্রুবাহনকারিতম্ ।
সুচিত্রং গৃহবীথীভিঃ প্রাসাদৈর্গোপুরৈর্মঠৈঃ ॥
দ্বিতীয়মিব বৈকুণ্ঠং স্থাপিতং বিষ্ণুনা ক্ষিতৌ ।
নিরীক্ষ তত্তথারূপং নগরং চার্জ্জুনহব্রবীৎ ॥

( পাবতদা অর্থ খংলবনি হাঙ্গৈহুনা অনুবাদ তৌদরে )

মাসিদা হাঙ্গৈরি মণিপুরবু অনিসুবা বৈকুণ্ঠগুম্বনি, শ্রীবিষ্ণুনা লৈপাকতা থম্বনি, মাহু উবদা অর্জ্জুননা করি লৈপাকনো ? হাঙ্গৈনা হংই। হংসধ্বজ নিংথৌনা অর্জ্জুনদা মণিপুরগী পরিচয় তাকই। অর্জ্জুনগী সগোন উবদা সগোনদা থেৎপা লাইরিক পাহুনা বভ্রু-বাহননা যুধিষ্ঠিরগী অর্জ্জুননা ঙাকহুনা যজ্ঞগী থাবা সগোননি হাঙ্গৈবা খংলে। বভ্রুবাহননা মাগী মন্ত্রীগা তান্নবদা মাগী পরিচয় অপুম্বা তমই। মাহুদা হাঙ্গৈরিবা বভ্রুবাহন অদুগা মহাভারতকী বভ্রুবাহনগা য়াম্না মান্নদে। মাগী মন্ত্রীদা বভ্রুবাহননা পিবা মশাগী পরিচয়দি মথাদা ইরিবা অসিনি :—

জননী মে পার্থপত্নী নৃত্যান্তী পিতৃসদ্মনি ।
তালহীনা যদা জাতা শপ্তা পিত্রা মহাত্মনা ॥
নক্রীভূতা চিরং তিষ্ঠ জলে বিগততালিকে ।
যদার্জ্জুনচরণৌ প্রাপ্স্যসে নৈবযোগতঃ ॥

স ত্বাং মোচয়িতা ভর্ত্তা ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ।
তথা জাতং পুরা পার্থাং সঞ্জাতোহহং পুরে শুভে॥
জননী মে পরিত্যজ্য গতা সা ত্বং যুধিষ্ঠিরম।
ময়া রাজ্যং মহৎ প্রাপ্তং পুত্রোহহং পাণ্ডবস্য হি॥
কিং করোমি সুবুদ্ধেহত্র ময়াকার্য্যং বিনাশিতম।"

ঐগী ইমাদি কুন্তীগী মচা (অর্জ্জুন) গী পত্নীনি, অগোই সাবীনি. মপাগী ময়ুমদা অগোই সাবদা ত্তাল কাইরুরে. পুকচেন চাওবা মপা (গন্ধর্ব্ব) না শাপ ত্তোখি.—হে ত্তাল য়াউদবী নং কুন্তীর ওইহনা কুইনা ঈসিংদা লৈয়ু. অর্জ্জুনগী মখোং অনিবু নংনা নোংদম্বদগী ফংলকনি মাহুদা নংবু শাপ কোকপিহনা নংগী নপূ-রোইবা ওইগনি। মহুম্না হাঙ্গৈখি মাহু ওইখরে, মাহুদগী অর্জ্জুন-দগী ঐ পোকপ'ন। ঐবু পোক্লগা ইমানা ঐবু হন্দেকহুনা যুধি-ষ্ঠিরগী নাক্তা চৎখি, ঐনা হুজিক্তি অচৌবা মণিপুর কৌবা লৈ-বাক অসিগী মপু ওইবা ফলে। ঐনা ইপাগী সগোন ফারহুনা অমাংবা ত্তোরে, অহুনা হে মন্ত্রী হুজিকত্তি করি ত্তৌসিগে ?

বভ্রুবাহননা পাত্রবন্ত্রী সুপী নিপা অঙাং অহন পুয়মক পুহুনা লোইপোৎনা মাংওইনহুনা ফংরুবা সগোনগা লোইননা খুরুমহুনা কৎলি, অহুগা মপাদা বভ্রুবাহননা মাগী পরিচয় ত্তাকই :—

"ভবাহং পুত্রকস্তাত উলূপ্যা পরিবর্দ্ধিতঃ।
চিত্রাঙ্গদা প্রসূত মাং ত্বং তীর্থকরাৎ পুরা।
বভ্রুবাহননামাহং ন জানে ত্বরঙ্গং তব।
গৃহাণ রাজ্যং নিখিলং শাধি মাং ত্বং ধনঞ্জয়।"

ঐ নচানি, উলুপীনা য়োকতুনা চাওবনি। নংনা তৌর্খ চৎভৈদা চিত্রাঙ্গদানা পোকপনি, ঈবিংনা বভ্রুবাহন কৌই, নংগী ফগোননি হাঈবা খংদহুনা ক্নরে, লৈপাক পুম্নমক লোবিযু ঐবু যায়কপিয়ু। মাহু তারগা অর্জুননা সাউহুনা বভ্রুবাহনবু চৈবদা পরিচয় হাঈ,—

"ন ত্বং মমৌরসঃ পুত্রো ভয়গ্রস্তঃ কলেবরঃ।
চিত্রাঙ্গদাপ্রসূতং ত্বাং বৈশ্যান্মন্যে ন পাণ্ডবাৎ॥
প্রথমং বিধৃতঃ কস্মাৎ তুরগো মেস্বপৌরুষাৎ।
ভয়েন বৈশ্যবত্ত্বন্ত তুরগং দাতুমিচ্ছসি॥
ন ময়া জনিতশ্চন্দ্র ত্বাদৃশঃ ক্লীবপৌরুষঃ।
সুতঃ স জনিতো যস্ত মহাবুদ্ধি পরাক্রমঃ॥
কৃষ্ণপ্রিয়ো ধর্মপরো মম চাপি প্রিয়ো গতঃ।
শুভদ্রানন্দনঃ পুত্রো মমৈকঃ ক্ষত্রিয়ান্তকৃৎ॥
যেন দ্রোণমুখাবীরা সংগ্রামে বিমুখাঃ কৃতাঃ।
চক্রব্যূহং বিনির্ভিদ্য রক্ষিতো ধর্মনন্দনঃ।
ক জম্বুকঃ ক পঞ্চস্যঃ ক খঞ্জঃ ক চ শীঘ্রগঃ॥
মূর্খ সৈন্যং ন পতিতং তাবকং মচ্ছরৈঃ ক্ষিতৌ।
ন বাণা হৃদি তে লগ্নাঃ কথং ভীতোসি দুর্মতে॥
গন্ধর্ব্বরাজ দুহিতা জননী তব নর্ত্তকী।
ত্বং নটো ভব গচ্ছাদ্য রাজ্যং ত্যক্ত্বা গৃহে ধনুঃ॥
ত্যজৈতৎ বিমালং রাজ্যং রম্যং রথং চ কুলপাংশন।
ক্ষাত্রধর্ম্মেন তে হীনং জীবিতং ন সুখপ্রদম্॥
মাতৃবংশং গৃহাণ ত্বং বদ্ধা কণ্ঠেতু মার্দলম্।
বালেয়ং পৃষ্ঠতো বদ্ধারঙ্গে নৃত্যং প্রবর্ত্ত য়॥"

( সুগম ওইবনা পাবতদা খংগনি অনুবাদ মপুমথিংনা ভৌদরে )

অর্জ্জুননা চৈবা রাহৈ অসিদগী চিত্রাঙ্গদা অসি গন্ধর্ব্ব মিঙোন-নি চিত্রবাহন নিংথৌনা গন্ধর্ব্বনি হাঙৈবা পরিচয় অসি ফংই। অদুগা মণিপুরগী জগোই সাবদা মুপীপালাদা নিপানা মতু্দা সম পুন্দুনা পুং য়ৈবা অসি গন্ধর্ব্বগী মতৌ ওইরে, গন্ধর্ব নিপানা মাসুম্না পুং যৈ হাঙৈবা রাহৈসিং অসিদগী ফংই।

গ্রন্থ অসিগা মহাভারতকাদি মাসুপ য়াম্না খেন্নখরে, মাতুগী পৌরাণিকসিংগী সিদ্ধান্তদা হাঙৈরবদা মাসুম্না খেন্নবাসু যুগ অমমমগীনি অসুম্না হাঙৈনৈ, মহাভারতকী বভ্রুবাহননা যুগ অমগী জৈমিনীগা বভ্রুবাহননা যুগ অমগীনি অসুম্না হাঙৈবা য়াই। মাসিদা পৌরাণিক প্রসঙ্গবু ঐতিহাসিক ওইনা বিচার তৌবা অদু, রাকম অসিদা লৌরবদি মাসুম্না হাঙৈগনি। মাতুদি পানখিবা অফাওবা অমগী মতুংদা পাল্লকপা নিথৌগা লিচৎ মাল্লবা য়াওরবদি অহানবা নিংথৌ অদুগী মরমদা অকোনবা নিংথৌ অদুগী মরম অপুম্বা পানসললি। মাসুম্না তৌদুনা হাপচিনবা অসি মৈতৈলোনদা পুরাণদা চনবা কৌই। মাসুম্না তৌবসি ভারতবর্ষগী নিংথৌসিংগী সুত, মাগধ, বন্দিনসিংনা তৌবা মথৌনি। অদুনা নিংথৌ অমত্তগী রারিদা লাইরিক খুদিংগী ইমান মান্নদবা ময়াম ফংলিবা অসিনি। মাসিগী মরমদা পুরাণগী বিচার কয়ামুক মথক্তা ঐথোইনা নৈনপ্রবা অদুনি।

জৈমুনীয়াশ্বমেধ কৌবা লাইরিক অসিদি খৃষ্টগী পঞ্চম শতাব্দীগী মতুং কাইনথদা লেংবনি। মহাকপু লেংবা মতমদি, অয়নবিন্দুনা মেষ রাখিদা লৈরিঙৈদনি, লবনা সুমিৎ থুরুম্বদা হাঙৈ—

"মেষাদীনামধীশায় মাসি মাসি নমো নমঃ ॥"

চন্দ্রহাসগী প্রসঙ্গদামু চন্দ্রহাসনা বিদ্যারম্ভ তৌবদা 'সিদ্ধোবর্ণ সমায়ঃ" হাঙ্গৈনা লেংই, অদুনদি লাইরিক অসি কলাপব্যাকরণ য়াম্না চংনরবদা লেংবনি। অদুগা মহাক্কী কল শ্রুতিদা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী মহিমা থাম্বকই, অদুগা পুরাণবু ১৮নি হাইনা খংলে। অদুনদি গরুড় পুরাণগী মতুংদা লেংবনি। গরুড় পুরাণদা মণিপুরদা সিবগী শ্রাদ্ধ শোন্দবগী মরমদা বভ্রুবাহন নিংথৌদা প্রেতনা তাকপা অদুগী মতুংদা লেংবনি। অদুনা মাসি মণিপুরগী পাথংবা অমাগী চরিতকা মহাভারতকী বভ্রুবাহনগা তিন্নবা রাক্নম থোকপা য়াই।

বভ্রুবাহনবু মৈতৈগী পুরাণদা পাথংবা কৌই। মানা অর্জ্জুনদা তৌখিবা ভক্তি অদুদগী হৌদুনা মপাগী মগুন থংবা মচানি হাঙ্গৈদুনা পাথংবা অস্রুম্না কৌই। মণিপুরদা পানখিবা পাথবা মসিং য়ামলে অদুনা পাথংবা অমগী চরিত মণিপুরগী পৌরাণিকসিংনা কৌদুনা লেংথোকপা রাম্নিদগী লৌদুনা জৈমিনিনা মাগী অশ্বমেধ পর্ব্ব অসি লেংবা ওইগনি। মরম অসিনা পাঠকসিংনা এংনবদা মহাভারতকী বভ্রুবাহনগা অতোপ্পা লাইরিকী বভ্রুবাহনগা চান্নদবা উৎলগা পাথংবগী পরিচয়সু, সন্না উৎলি :—

১। মহাভারতকী বভ্রুবাহন— প্রভঞ্জন কৌবা নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদানা অর্জ্জুনদা ওংদুনা বভ্রুবাহন পোকই। অর্জ্জুননা তীর্থ লাকপদা মণিপুরদা চলক্‌নুনা চিত্রাঙ্গদা লৌই, চহি অহুম চুপনা মণিপুরদা লৈরমই, মচা বভ্রুবাহনবু চিত্রবাহনদা পিরমই, মগী শাগৈ সনদোক্নবা ওইয়ু হাঙ্গৈরমই।

মহাভারতকী প্রসঙ্গ অসি ( শ্লোকসিং অহু মথক্তা লৌথংপ্রবনি ) গা শ্রীমদ্ভাগবতকা মাগৈ। মাহু'দ :—

করেণ্ব, মত্যাং নকুলো নরমিত্রং বথার্জ্জুনঃ।

ইরাবন্তমুলুপ্যাং বৈ সুতায়াং বভ্রুবাহনম্ ॥

মণিপুরপতেঃ সোহপি তৎ পুত্রঃ পুত্রিকা সুতঃ। ইতি ভাগবত

করেণুমতি কৌবীদা নকুলনা নরমিত্র পোকই, অর্জ্জুননা উলূপীদা ঈরাবান ( বন্ত ) পোকই, অমসু মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাদা বভ্রুবাহন পোকই, মহাক্তি (বভ্রুবাহন ) অর্জ্জুননা পোন্নগা পুত্রিকা ধর্ম্মনা মমা পোকপা মপু চিত্রবাহনগী মচা ওইখি।

অতোপ্পা লাইরিক্কি বভ্রুবাহন—

চিত্রবাহন কৌবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ অমা লৈরমই, মাগী মচানুপীমা জগোই শাবদা ভান কাই হাঙ্গইদুনা মশানা লিন ওইযু ( লাইরেন ওইয়ু ) হাঙ্গনা শাপ তৌই, অর্জ্জুননা মতম অমদা খোং অনিনা নংবু শোন্নগনি, মাহুদা নংগী শাপ কোক্কনা নংবু লৌসন্নু হাঙ্গরমই। অর্জ্জুননা তীর্থদা লাকপদা লিন অসি থেংবৈ ( মকম অসিদনি হাঙ্গবা থাদে ) লীননা অর্জ্জুনগী মখোংনা শোকপদা শাপ কোক্কনা চিত্রাঙ্গদা মীগী মশক হুক্ননখি, অর্জ্জুননা পান্নহুনা বভ্রুবাহন পোকই। পোকপগা হুপ্পেক্কুনা মমা চিত্রাঙ্গদানা হুন্দিমাদা চংখি। উলূপীনা বভ্রুবাহনবু য়োকই। মতুংদা মণিপুর লৈবাকী মপু বভ্রুবাহননা ওইহৌই ( অতোপ্পা খাজদা সাহিত্যসিংদা য়াউবাদ মণিপুর অসি গন্ধর্ব্বগী লৈপাকনি, চিত্রবাহননা মপু ওই, অহুনা মপুগী খুবম ফংহৌই হাঙ্গ। )

২। মহাভারত—অর্জ্জুননা সগোনগী মতুং ইন্নহুনা লাকপদা মচা বভ্রুবাহননা সগোন পুহ্না খুরুম্নদা ক্ষত্রিয় মচাগী হৌনবি লান্দি তৌদানা চংজৈ হাঙ্গইহ্না মচাবু হুডাইতে। মচা নত্তে অসুম্বা য়াদবদি তৌদে, চুম্নগী ক্ষাত্রয়গী ধর্ম্ম তৌদবগী হুংডাইতবা উৎপতা ওইনা হাঙ্গ।

অতোপ্পদা হাঙ্গইববু মচানা খুরুম্নবদা নংদি ইচা নত্তে. পাণ্ডু-শাগৈদা পোকপা ওইরোই, হাঙ্গনা য়াম্না থিনা চৈ। নংদি নপু গন্ধর্ব্বগী ধর্ম্ম চৎলু মুপী পালাদা পুং য়ৈহ্না নতুদা শম পুল্ল হাঙ্গনা চৈ।

৩। মহাভারততা—লানদা অর্জ্জুন ঙক কক্তে, রাম্বনি, মচাবু হুংশিবনা কম্না তৌবিদবদা মচানা অণ্ডাং ওইবনা পহ্না অকনবা খুংলাইনা থাবদগী সিবযানা রাম্থিবনি। অর্জ্জুননা ভীষ্মবু অধর্ম্ম তৌহ্না হাৎপগী অপরাধ কোক্রবা হাঙ্গইহ্না উলূপীনা বভ্রুবাহনদা ইনাসিন্দুনা তৌবনি অসুম্বা হাঙ্গ।

অতোপ্পদা হাঙ্গইবনা—গঙ্গাগী শাপতগী অর্জ্জুননা ঙক্না মগাগা লান শোবনৈ, মচানা অর্জ্জুনবু মঙক ককই।

"চিন্তয়ামাসগোবিন্দংযাবৎপার্থোমহাবলঃ।
তাবদ্বানেনতীব্রেণ শিরো জ্বলিতকুণ্ডলম্;
ছিন্নং পার্থস্যতরসানিপপাত ধরাতলে।
পশ্চাৎকবন্ধ পতিতো বৃষকেতো রণান্তিকে॥"

পাঙনবা কুন্তী মচানা গোবিন্দবু ধ্যান তৌথ, মতম অহদা কন্নবা তেম্না অর্জ্জুনগী মকোক ককথি, অহুগা অর্জ্জুননা লৈপাক্লা তুথি। অহুগী তুংদা লানকমদা বৃষকেতুগী মকোকপু তুপ্নথি।

কার্ত্তিকে মাসি সৌম্যেচ ঋক্ষেচোত্তরাষাঢ়ে।
মুখং পার্থস্য তচ্ছিন্নং বাসুদেবেত্তি জল্পকম্॥

লাংবন থাগী পানখৎলকপদা উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রনা পানবদা "বাসুদেব" অসুম্বা শোনবা অর্জ্জুনগী মকোকপু তেম্না ককখি।

লান ঙমদুনা হরাউদুনা লৈরিক্তৈদা উলূপী চিত্রাঙ্গদা অনিমক রানথখরে, হাঙ্গৈনা পাউ তম্লদুনা বভ্রুবাহননা মাগী পুরদা চৎলি। মমা অনিনা কপতুনা অর্জ্জুনগী তুকমদা লাক্লগা উলূপীনা হাঙ্গৈ যক্ষগী মচানুপী—চিত্রাঙ্গদ। ইপুরোইবনা হাঙ্গৈরমই, বনদা হৌবা ককোক্ত পাম্বী মঙা অসিনা মথনদা চাক্লবদি ঐ সিগনি, তাক্লম্বা বন লৈ এঙুসি হাঙ্গৈদুনা এ লুই, মঙামক চাক্লমই। ইপুরোইবা সিরে হাঙ্গৈদুনা চিত্রাঙ্গদানা মশাদগী আভরণ লৌথোকতুনা বিধবাগী বেশ তৌই—"মণ্ডনং মে ত্বয়া ভগ্নং কণ্ঠ সূত্রং তথা হৃতম্।
তাল পত্রং তথা নষ্টং বদন মূঢ় নলজ্জসে॥"

চিত্রাঙ্গদানা বভ্রুবাহনদা হাঙ্গৈ, নংনা নপা হাৎতুনা নমা ঐগী লৈতেং মাংহনলে, ঙক্তা, নাদা, খুত্তা সিবা ভূষণ পুম্নমক মাংহনবা, ন্না ঙাংদুনা লৈবা ইকাইদরা?

(মাসিদা মণিপুরগী মাতানা শাখা সিন্দুর লৌথোকখিবদগী তমদুনা মৈতৈ লুপীনা শাখা সিন্দুর চৎনখিদে * অসুম্না হাঙ্গৈনৈ)

বভ্রুবাহননা "ইপা হাৎপগী পাপ অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা অচানবা

---

* পাতালদা মণি লৌবা চৎপদা বিধবা ওইরে হাঙ্গবা থাজনবা—লৈতেং মরাম অদু পুণ্ডরীকনা সর্পরাজদা পিরুই অদুনা লৈতেংলিং অদু অমুক কংখিদে অসুম্না হাঙ্গৈ।

মরুপ সিরে হাঈহুনা লাক্লগা ঐবুদি কোকপিররোই। অহুনা ঐ মৈমুংদা চংহুনা সিরগে।

"একং হি বিশ্ব্ত্তা মাতা উলূপী পন্নগী পুরা।
জাত মাত্রং হি মাঃ হৃষ্টং পিতৃম্নং জ্ঞানসং যুতা
জ্ঞাত্বা প্রসূতি সময়ে নহতো বালসর্পবৎ।
ততে হহং নাভবং হৃষ্টো জননী ক্লেশদায়ক

করিননো ঐগী ইমা উলূপীদি জ্ঞান যাম্না লৈবীনি, ঐনা অহুকৈ পোকপদা ভাইরিভৈদা মপা হাৎকদবা অভাং লৈ হাঈবা খংলবী ইমা উলূপীনা ঐবু লিনমচা হাৎপগুম্না হাৎতোকপিরমগদবনি, মাহুদা সিজরম্লবদি ইমা রাহনবা ঐ হিংজরমলোইদবনি।

উলুপীনা লিন সিরগা হিজংহনবা মণি লৈ, পাতালদা ইপা নিংথোদা নিরু হাঈহুনা পুণ্ডরীক কৌবা লিন থাখি। শেষনা পিখো হাঈবদা ধৃতরাষ্ট্র কৌবা লিন্না অর্জুনগা মছোশা এংথনবগী মরমনা পিদবা চুমই হাঈরে। অহুদগী বভ্রুবাহন লাক্লুনা লান তৌবদা ভমহুনা মণি পুরকই। ধৃতরাষ্ট্র লিনন মচা অনিগা তান্নহুনা অর্জুনগী মকোক হুথি মাহুদা মী পুম্নমক মাংলে হাঈহুনা কপনরবদা "অংজ-গামাথগরুড়োত্তমারুহো জগৎপতিঃ।" শ্রীকৃষ্ণনা হস্তীনাপুরদগী কুন্তীন-চিংবা হাপহুনা মণিপুরদা গরুড় তোংহুনা লাকই। (মাহুদা কৃষ্ণ পুহুনা গরুড়না তারবা মফম অহুবু হুজিক কাওবা লাংজিং মনাক্তা "হুইরাউবী" কৌহুনা লৈ গরুড়না তারকপদা হুই লাউই হাঈহুনা কৌথিবনি হাঈ) শ্রীকৃষ্ণনা শাপ তৌহুনা অর্জ্জুনগী মকোক হুথিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা লিন অনি সিরে, অর্জ্জুনগী মকোকনা মণিপুরদা মথন্তা লাকচখি—

"এবং ব্রুবতি দেবেশে বিনষ্টৌ ধৃতরাষ্ট্রজৌ।
পাণ্ডবস্য শিরঃ প্রাপ্তঃ তদা মণিপুরে নৃপ॥"

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মকোক হুবা মাংলসনু হাঙ্গৈবগা মকোক হুবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা সিখি, অর্জ্জুনগী মকোকপু মণিপুরদা ফংখি (মাসুম্না মকোক মাংলুবদগী ফংবদা অর্জ্জুনগী মকোক অহানবা উবদা মীয়াম্না "উরে কোক" হাঙ্গৈনখিবা মফম অদুবু "উরে কোক" মায়ু হুজিক উরিপোক অসিদা লৈ হাঙ্গৈ)।

মাসুম্না অর্জ্জুনগী কোক ফংলগা মণিনা বৃষকেতু অমসু অর্জ্জুনবু হিঙ্গংহনলি।

ঐখোইনা মথক্তসু হাঙ্গৈখরে, মহাভারততা হাঙ্গৈবা বভ্রুবাহনগী রাকম অসিনা কুইরবা রারিনি। মহাকপু ঐতিহাসিক ওইনা লৌবসিংগী মততা থাঙ্গেলশেংবা থোকখিবা অদুমক বেদব্যাসনা ইবনি, অসুম্না থাজনফম থোকই। অতৈ অতোপ্পা লাইরিকী রারি অসিনা মতুংদা শেমজিনবনি। বভ্রুবাহন হাঙ্গৈবসিদি অর্জ্জুনগী মচানি, লাইগী মচানি লাইনি অসুম্না থাজতুনা মানা তৌখিবা, অমসু সাক্ষাৎ শ্রীনরনারায়ণ—কৃষ্ণার্জ্জুননা তৌখিবা অদুদা দিব্য ওইবা ওনথোক-ওনথোকপা শেমজিনবদা কনাগীসু তৌশিরম্লোই হাঙ্গৈনা থাজদবা লৈফম থোক্কে।

মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পানখিবা অমসু বিশ্ববিজয়ী অর্জ্জুননা মাইথিখিবা অসিনা লোইদনা থোকখিবা ওইরবদি, মতুংগী মীয়া নিংথৌ বভ্রুবাহনবু লাইমি হাঙ্গৈনা নিংহৌশনি। হিন্দুগী লিচংতা নিংথৌবু লাই ওইনা লাৎনহৌবা অসি হৌনবিনি। চিত্রবাহন (অরাংবনা শাজোং ওইনবা) না চিত্রাঙ্গদা (চিত্র—চিত্রবাহনগী, অঙ্গ—হকচাং মচাবু, দা—পীবি) পোকই, মহারাজা অর্জ্জুনদগী বভ্রুবাহন

( অয়াংবা শাদোং তোংবা—মিংকম অসি মথাপোকপা চিত্রবাহন-দগী লৌহনা থোনবনি ) পোকই। মহাক অসিবু লাইনি হাঙৈ-রবদি লিম্না মাগী শাদোং ওইনবা লাইনি, অম্মুনা ময়েকনা লৌ-গনি। লিননা শাদোং ওইনবা লাইনা তোংবা লিনবু মৈতৈয়োন্দা তাউরোই নাই কৌই। মহাক্তি আকাশদা লৈ'চিন নোংকাইনা মশক ওইবা নোংবু কৌই। বেদ সাহিত্যদা নোংবু লিন—সর্প —কৌই। বেদ সাহিত্যদা হাঙৈরি, লৈচিন নোংকাইদা মুমিংবী মওান্না য়ৈহনা নচু মথল মথা য়াম্না পুহনা শাংথ লেমথনা থোকপা অম্বু সর্প দেবতানা থোকপনি, লৈপাক্কী নিংথৌগী উপদ্রবনি হাঙৈনৈ। অহুমকপু মৈতৈনা হুজিক কাওবা তাউরোইনাই থোক-পনি অম্মুনা কিনরি, মাহু বৈদিক সাহিত্য চ'লকপা মীগী কুষ্টিনি। মৈতৈনা লিননা সাদোং ওইবা দেবতাবু নিংবদা শ্রীনারায়ণনা লিনদা হিপ্পাগুম্না সাদোং ওইনৈ হাঙৈনা নিংদে। তাউরোইনাই কৌবা লিননা লৈরবদি মাগী মশা অহুদা লাই অহু লৈরে হাঙৈনা থাজ-বনি। মাহুদি লিন অহুবু লাই অহুগী কায়ব্যূহগুম্বা মশক অমনি হাঙৈনা থাজনৈ। তাইবংপান্দা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসিদা ভগবান হিরণ্যগর্ভনা সিনথুংনা লৈ। অহুগুম্বা পোৎ পুম্নমক্তা চংলিবা ঈশ্বরবু পোৎ অহুনা থুদম ওইহনা ঈড়াংপদা পোৎ অহু অহু ওইনা হাঙৈহনা লৈসি লৈথোনলি. তাউরোইনাইনা থুদম ওই-নরিবা ঈশ্বর অহুবু বৈদিক যুগতা লৈসি লৈথোনবদা তাউরোইনা অহু ওইনা লৈসি মৈথোনলি, মাহুদি ঋগ্‌বেদগী—"অবজৈরুকৃথা মহিং গৃণীষে" অসিনাচিংবনি।

ভারতকী মিথিল রোমদগী মণিপুরদা খুন্দাখিবা মৈতৈ (miti) জাতিসিংনা মখোইবু য়োকপীবা মপু ক্ষত্রিয় শাগৈগী পাঙ্গনগী মশক ওইবা লাইদি ঈশিংগী মপু মিত্রাবরুণনি। অসুম্না নিংই, ( মাসিগী মরমদা সতপথগী শ্রুতিদা মথক্তা উৎখরে )। অদুগুম্বা মিত্রাবরুণ নিংবা কাংবু অদুনা মখোইগী নিংথৌবু লাইনি, হায়না নিংহৌ-রবদা লিম হাঙ্গবদি নোংনা মশা ওইনবা মিত্রাবরুণনা অবতার তৌদুনা পোকলবনি, মানা মীওইবগী লীলা লোইরগা লিননা মশা—শাদোং ওইনবা মশকতা হুঙ্গনদুনা লৈ সিদে, হায়না নিংজৌই।

শ্রীরাম চন্দ্রগী মনাও ভরতনা ময়াম্বা নিংবা লক্ষ্মণনা মপু নিংবা অমসু বভ্রুবাহননা মপা নিংবা অক্তম অসিদি হিন্দু জগৎতা অফাওবনি। অদুনা ভরতকী ভ্রাতৃ প্রেম, লক্ষ্মণগী প্রভূভক্ত হাঙ্গ-বাগুম্না মণিপুরদা বভ্রুবাহনবু মপা খংই হুংইদুনা পাখবা কৌই। অদুগা হুজিক ফাউবা মণিপুরগী বভ্রুবাহনগী ধারা নিংথৌমচাসিংবু পাখংবগী ধারানি হাঙ্গনদুনা মখোইনা পাখংবা নিংথৌবু ইন্ডংন-হৌরি। মরম অসিনা পাখংববু লিননি, মাগী ধারাবু লিনগী ধারানি হাঙ্গনবদি অসিননি। অমসু চন্নবদি পাখংবদি লিন নত্তে, লিননা মাগী কংইদোংকম ওইবতনি হায়নবসু মরম অসিননি। মাসিদগী লৌদুনা মহাভারত নত্তবা সংস্কৃতকী গ্রন্থসিংনা বভ্রুবাহনবু লিন নিঙোন উলূপী মমানা য়োকই, হাঙ্গজিনবনি।

হিন্দুগী সাহিত্যদা অতিয়াগা লৈপাক্তা সম্নন, উরিব চক্রবাল কৌবা মকমগী মনাক্তা অণাংবা উরগা গন্ধর্বগী লৈপাক মৈনা চাক্লে অসুম্না খংনৈ। গন্ধর্ব—যক্ষসিংনা ক্ষিতিজবৃত্তগী মনাক্তা

অকোইবাদা লৈ অসুম্না থংনৈ অতগা পুং ঈশৈ জগোইনা মখোইগী মসিমনি অসুম্না শাস্ত্রনা হাঈ। মণিপুর লৈপাক্তা পুং য়ৈবা ঈশৈ শকপা য়াম্না পাম্বা হৈবা অমসু উবানা দ্বারকাগী গোপীসিংদা জগোই তম্বিহুনা মহারাষ্ট্রনাচিংবা লৈপাক্তা দক্ষিণাপথদা জগোই হৌদোক্লরিঙৈনা মণিপুরদা য়াইমু কোজোনলো কৌবা জগোই শারম্বা অসি প্রাচীন ভারতীয় আর্য্যসিংনা থংখি। ভারতকী মধ্য রেখাদগী য়েংলগা ক্ষিতিজবৃত্ত মথা ওইনা নিংবা মণিপুরবু গন্ধর্ব্ব লৈপাকনি হাঈনা খাজখি। অদুনা মহাভারতকী মতুংগী সংস্কৃত পণ্ডিতসিংনা চিত্রবাহনবু গন্ধর্ব্ব নিংথৌনি হাঈজিনবনি। থাঙ্গেং-শেংবদি চিত্রবাহনদি পুরৈরোম্বগী খারানি ( মাসিগী মরমদা শত্তপথগী য়ারি অদু মথক্তা উৎপ্রবনি )

ঐখোইনা প্রাচীন শাস্ত্রদা মহাভারতনাচিংবদা উই, থাইনা আর্য্যসিংনা ভারততা ভাররবা তুংদা নাগা কৌবা জাতি অমা ভারততা তায়কই। মাখোই অসি য়াম্না খুকন পাংগল্লি। মখোইনা হাম্না ভারমলবা আর্য্যসিংবু পুম্নমক ওঈনা মাইথিবা পিবা ঙমখিদে। ভারতকী ইতিহাসদা মাসি ফাউরিবনি। জাতি অসিনা ভারতকী অরাংথংবদগী হৌদুনা ভারতকী মচি মচিদা অকোইবা অসিদা খুন্দাখি। মাংকাংবু অদুবু মতম অদুদা লিনগী জাতিনি হাঈনা থংনখি। মা-খোইনা অচানবা খুন্দাফম ভারতকী পশ্চিমোত্তর—হরিদ্বাররোমদা ওইখি। মাদুদা অর্জ্জুননা লৌবা উলূপী অসি লিনগী জাতি অদুগী নিঙোননি, লিন নিংথৌ মচানি অসুম্না শাস্ত্রনা হাঈ। উলূপীনা ইরাবন্ত ( বান্ ) পোকই, নাগজাতিনা ভারতকী মচি মচিদা

খুন্দারকপা অসি য়াম্না থুনা মচি মচিদা সন্দোক্তুনা নোংপোক মাইকৈ কাউবা সিনথুংখি। নোংপোক্তা পূর্ব্ব উপদ্বীপতা ঐরাবতী কৌবী তুরেন অমা চেনবা অসি ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা উলুপীগী মচা ইরাবনগী লৌচুনা থোনবনি হাঙৈ। উলুপীগী মপানা অকোনবদা পানখিবা লমদি কোহিমা মাউ মশাং অসিদনি, হুজিক লৈরিবা নাগাহিলগী ভাগৈ ( হাঙবা থোক্তুনা "অঙামী (ngami)" হাঙবা জাতি অসিনি। মকম অসোমদা উলুপীনা হোংলক্লবা মতমদা পতি সম্বন্ধদগী বভ্রুবাহনবু নক্লবা মরম্না উলুপীনা চানবদা চিত্রাঙ্গদানা অর্জ্জুনগী নাক্তা চংখ্রিগৈদা উলুপীনা বভ্রুবাহনবু য়োক-হৌই হাঙনখিবনি।

অর্জ্জুনগা নাগবংশগা য়াম্না য়েংথিনৈ, খাণ্ডব বন মৈ থাগৈদা নাগবংশ অর্জ্জুননা য়াম্না হাংখিবা লমন অসি খুনগে হাঙনা নাগবংশনা কাউখিদে। অচুনা নাগবংশগী নিংথৌ উলুপীগী মপানা অর্জ্জুনগী মাংনবা হাঙচুনা মচানুপীদা অর্জ্জুনবু ভীষ্ম হাংপদা পাউথোংকম ওইচুনা অর্জ্জুনগী ফননবনি হাঙজিন্দুনা মচানা হাংলগা পাপ কোকনি হাঙনা তাকসিনবনি। পতিব্রতা ওইবী উলুপীনা থাজচুনা বভ্রুবাহনদা ইনসিন্দুনা মপা মচা লান শোক্লহনবনি। অর্জ্জুননা মচা হুংসিবনা লানদা করেম্নচুনা চুম্নগী রানথবদগী হেঞ্জন-খিচুনা সিথরুবতনি। মাচুদা মহি ময়াই কনবা মণি হাপতুনা উলুপীনা হিঙংহনবনি। অর্জ্জুনগা নাগবংশগা এরুবদি মাসুপ য়াম্না এরুখি, মতুদি নাগবংশনা অর্জ্জুনবু মহাকথক্তা লমন খুম্বা ভমদবনা মগু হাকথক্তা পরীক্ষিৎপু তক্ষক কৌবা নাগানা ব্রাহ্মণগা রাতান-নচুনা হাংখ্রিবনি।

মহাভারতকী মতুংগী গ্রন্থকারসিংনা মণিপুরদা মাইথিবা ফংবা অর্জুনবু প্রৌঢ়োক্তি তৌদুনা মচানা মঙক ককই হাঙ্গৈনা লেংথোকপনি অদুগা অর্জুনগী এরুবা নাগবংশগী নিংঙোননা পুরকপা মণি অদুবু পাতালদগী লৌহনবা, লিনসিংনা পিয়ু য়াদবা, বভ্রুবাহনবু মুনহনবা অদুগা অর্জুনগী একনবা লিনবু অর্জুনগী মকোক হুহনবা, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনবু হিংহনবা পুম্নমক অসি লেংসিনবনি। মাসুম্বা অচুম্বা রাকমদি কাইহন্দনা ভাবা মুঙাইনবা হেন্দোক হেন্দোক্লা হাঙ্গৈজিনবাসি প্রাচীন কবিসিংগী মহৌশানি।

মণিপুরগী রাজ সিংহাসনদা ফমদুনা পানখিবা পাখংবা অসি অমতা নত্তরে। পাখংবা মরোন ১০ সুরে। মরমদি, লাইনি হাঙ্গৈনা ইখাইনা য়ান্নখিবা নিংথৌগুম্বা অমা পোকখ্রবদি। মাগী মফম অদুদা পানহৌবা নিংথৌসিংদুনা মতিক মগুণদা মান্নরবদি অহানবগী অদুনা ওইরবনি, মাগী সারোন অমনি হাঙ্গৈদুনা লাই ওইথ্রিবা নিংথৌ অদুগী মমিং অদু অদুমক অকোনবদসু কৌই। অদুনা বভ্রুবাহনগুম্বা মতিক মগুণ চাউবা নিংথৌ অদু মণিপুরদা তরারক পোকখ্রে। অদুদা পাখংবা লোন তরানি অসুন্না মৈতৈগী ইতিহাসনা হাঙ্গৈ।

মাসুন্না পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌসিং অদুনা তৌরবা বিশেষ লৈবা চরিতসিং অদু অহানবগী নিংথৌ অদুনা তৌরম্বা ওইনা পুরাণদা নিংথৌ নিংথৌদুগী পুরাণকারসিংনা চনসিনলি। মাসুন্না চনসিনবা রাকম অদু ভারতকা যজ্ঞনাচিংবা তৌদুনা নিংথৌ ময়াম ব্রাহ্মণ পণ্ডিত ময়াম তিন্নাবদা সুত মগধ বন্দীসিংনা লিদুনা অন্নাকপসিংবু তাহনলি। মাদুদগী লৌদুনা মহাভারতকী ভুংদা পণ্ডিতসিংনা লেং-

থোকবৈ। অহুনা মণিপুরগী বভ্রুবাহন অসি তরারক হন্না পানখ্রবা তুংদা লেংবা ওইবনা মহাভারতকী মতুংগী লাইরিক্তা হাঙবা বভ্রুবাহনগা মহাভারততা হাঙবা বভ্রুবাহনগা মশা অমত্তা ওইহনসু ইমান মাম্নদবাগুম্না ভাবনি। মাসি পুম্নমক অসি এংলগা হৌজিকী মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর অহুনি হাঙবদা করিসু চিংনকম লৈতে।

মতাং অসিদা তারাসুবা পন্দূপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস

## ১১সুবা পন্দুপ

### মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পানবা মতম ।

মহাভারত অমসুং পুরাণসিংগী সমালোচনা তৌরগা খোকপা চহি অসি পণ্ডিতসিংনা নিশ্চয় তৌতুনা লেপনরে, মাতুদি :— ভীষ্মনা চহি ২০ সুবদা ধৃতরাষ্ট্র পোকই, ধৃতরাষ্ট্রনা চহি ২০ সুবদা যুধিষ্ঠীর পোকই। যুধিষ্ঠীরনা অর্জ্জুনবু চহি ৩ রোম হল্লি। মরম অসিনা অর্জ্জুননা চহি ৪১ রোম সুবা, ভীষ্মনা চহি ৮৩ রোম সুবদা কুরুক্ষেত্রগী মহাযুদ্ধ—মহাভারত যুদ্ধ ওইখি। মহাভারত যুদ্ধদা অভিমন্যুনা চহি ১৬ সুবা বয়সদা সিখি। মহাক্তি অর্জ্জুননা চহি ২৫ সুবদা পোকপনি। অর্জ্জুননা চহি অহুম লৈরম্লগা দ্বারকাদা লৈবা সুভদ্রা বিবাহ তৌতুনা পোকপনি. অতুনা মরেকনা তারে অর্জ্জুননা চহি ২৩ সুবদা বভ্রুবাহন পোকই ।

( পুরাণ প্রবেশ শ্রীগিরিন্দ্র শেখর বসু প্রণীত পৃ ৯১ প্রথম সংস্করণ ) অতুনা ঐখোইনা থিরিবদি বভ্রুবাহনমা মণিপুরদা পানবা হৌজিক চহি কয়া সুরে ?

হিন্দু পুরাণগী মতম সমবা অহুমনি; মাতুদি :—(১) ভারত যুদ্ধ, (২) নন্দাভিষেক কাল অমসুং (৩) অন্ধ্ররাজ্য শেষকাল অহুম অসিনি।

"যাবৎ পরীক্ষিতো জন্ম যাবন্নন্দাভিষেচনম্।
এতদবর্ষ সহস্রন্তু জ্ঞেয়ং পঞ্চদশোত্তরম্ ॥
( পুরাণ প্রবেশ ১৯৭৮ পৃথ্বৃত বি ৪।২৪ ৩২— )

পরীক্ষিৎনা পোকপদগীনা নন্দনা অভিষেক তৌবা ফাউবদা চহি ১০১৫ নি।

মগধ দেশদা নন্দ বংশগী নিংথৌনা চহি ৮৬ পাল্লি, মৌর্য্য বংশনা চহি ১৩৭, শুঙ্গসিংনা চহি ১১২, কণ্ব শাগেনা চহি ৪৫ অমসু অন্ধ্রসিংনা চহি ৪৫৬ পাল্লি, অদুনা নন্দ নিংথৌদগী অন্ধ্র বংশনা লোম্বা ফাওবদা চহি ৮৩৬ নি।

খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩২৩ লৈরিঙৈদা আলেকজাণ্ডার সি। মানা সিগদবা চহি ২ রাৎলিঙৈদা চন্দ্রগুপ্তনা নন্দবংশ মাংনবা আলেকজাণ্ডারগা রাতানথি। অদুগা আলেকজাণ্ডারনা সিবা চহি অহুমগী মতুংদা চন্দ্রগুপ্তনা পঞ্জাবতা খুংগী মমাং চহি ৩২০ দা নিংথৌ ওই। মানা খৃষ্টগী মমাংগী চহি ৩১৫ দা নন্দ বংশ জয় তৌই। মরম অসিনা পুরাণগী মতুং ইন্না মথাদা ইরিবংসং অসিগী চহি পুথোকই, —

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | খৃষ্টনা | পোকদবা | চহি ১৪৯৭ | রাৎলিঙৈদা | ভীষ্ম | পোকই |
| ২। | ,, | , | ,, ১৪৭৭ | ,, | ধৃতরাষ্ট্র | ,, |
| ৩। | , | ,, | ,, ১৪৫৭ | ,, | অর্জ্জুন | ,, |
| ৪। | ,, | ,, | ,, ১৪৩৪ | ,, | বভ্রুবাহন | ,, |
| ৫। | ,, | ,, | ,, ১৪৩২ | ,, | অভিমন্যু | ,, |
| ৬। | ,, | ,, | ,, ১৪১৬ | ,, | পরীক্ষিৎ | পোকই, ভারত যুদ্ধ ওই |

৭। খৃষ্টনা পোকনবা চহি ৪০১ রাংলিভৈদা নন্দ বংশ পানবা হৌই

৮। খৃষ্টনা পোকপা চহি ৪৩৫ মুবদা অন্ধ্র বংশ ভুমই।

অহুনা কুমসি (১৯৪০ খৃষ্টাব্দ দা) মণিপুরদা বভ্রুবাহননা পোকখিবা চহি ৩৩৭৪ সুরে। অমসু অর্জ্জুননা চহি ৪৭ রোম মুবদা মহাভারতকী লান শোকনৈ। মথংগী চহিদা সগোন থারক পদা মণিপুরদা বভ্রুবাহনগী মথুস্তা ভুই। মতম অহুদা বভ্রুবাহননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরমলে, অহুনদি বভ্রুবাহননা মণিপুরগী সিংহাসন কাবা কুমসি চহি ৩৩৫৫ হেল্লে।

ঐখোইনা প্রমাণ ভৌথরে. মাহুদি ভারতত্ত্ব মহাভারতনা খোক্তরিভৈগী মমাংদা মৈতৈসিংনা মণিপুর চংলকই। মাহুগী মরমদা ঐখোইনা বাল গঙ্গাধর তিলককী কালগণনা অসি সাক্ষী পিনিঙি। মাহুদি মহাভারতত্তা বিষ্ণুগী অবতার ১০ থাবদা বুদ্ধাবতার য়াউদে (শান্তি ৩৩৯,১০০) দশাবতারগী অহানবদা "হংস" অহুগা কৃষ্ণগী মথংদা "কল্কি" বু হাঙ্গইদুনা দশাবতার সুহনলি।

মহাভারতকী বণ পর্ব্বদা কলি যুগকা ওইরকদবা মঙ হাঙ্গইবদা

"এডুকচিহ্না পৃথিবী ন দেবগৃহভূষতা।"

অর্থাৎ পৃথিবীদা লাইসংগী মহুত্তা এডুকনা সিনগনি। মাসিদা এডুক হাঙ্গইবদি বুদ্ধগী শম, ময়া, শরুগুম্বা পোৎ কাউদনবা লৈপাক্তা ফুমহুনা থম্বা, মথক্তা অচৌবা ফুরা দোলান সাববু কৌই। মরম অসিনা থংবা ওমই, বুদ্ধদেবদি পোকপ্রনা অহুগা মাবু বিষ্ণু অবতারনি হাঙ্গনদি সিংথানদরিভৈদা মহাভারত কৌবা গ্রন্থ অসি

ব্যাসদেবনা লেংবনি।

মহাভারতকা নক্ষত্র মশিং থাবদা অশ্বিণীদগী হৌনা মসিং থিদে। খোংচোংস্থবীদগী হৌনা মসিং থাই ( অস্থ ৬৪ | ৮৯ ) অমস্থ মহাভারততা মৈতৈ পুরাণগুম্না মেষ, বৃষভনচিংবা মিং য়াউদে। অদুনা থংবা ওমই, আলেকজাণ্ডারনা ভারততা লাক্তুরিঙৈনা মহাভারতা লৈরে। মাসিদগী অমোক হেঞ্জনবা প্রমাণদি, মহাভারতকা হায়ি ( অনুগীতাদা অশ্বমেধ ৪৪'২ অমস্থ আদি ৭১'৩৪ ) নক্ষত্র মসিং বিবা য়াউরি, মাদুনা নক্ষত্র মশিং থিবদা বিশ্বামিত্র ঋষিনা শ্রবণাদগী হৌনা মসিং থি। মরমদি টিকাকারনা হায়ি, মতম অদুদা শ্রবণা নক্ষত্রদা উত্তরায়ণ হৌরমই। বেদাঙ্গ জ্যোতিষগী মতমদদি মৈতৈগী পুরাণগুম্না হায়রি মায়েদগী উত্তরায়ণ হৌরমই। অদুনদি মহাভারতকী মতমগা মৈতৈগী অরিবা রারিসিংগী মতমগা মতম অনি অসিগী খেন্নবা চহি মসিং অদু পুথোক্লবদা গণিত জ্যোতিষগী গণনানা চহি ১৫০০ ওই। দৃগ্ গণিততা উত্তরায়ণগী খুদম্না নক্ষত্র অমা লানথোকপদা চহি লিশিং অমা চংই। হিসাব অসিদা শ্রবণা নক্ষত্রদগী উত্তরায়ণ হৌরম্বা অসি শক হৌগদবা চহি ৫০০গী মামংদনি। অদুনা গণিত প্রক্রিয়ানা মহাভারত গ্রন্থবু শক হৌগদবা চহি ৫০০ রাংলিঙৈদা লেংবনি অস্থম্না প্রমাণ তৌই। ৺শঙ্কর বাল কৃষ্ণ দীক্ষিতনা মাগী ভারতীয় জ্যোতিষ শাস্ত্রদাস্থ মাস্থম্না পুথোকই। অদুনা মহাভারত অসি শকাব্দগী মমাং চহি ৫০০ দগী হুনথহুনবা য়াদে। অদুনদি মহাভারত লেংবা কুমসি ( ১৯৪০ ইংদা ) চহি ২০৬০ স্থরে, অদুগা অর্জুননা মণিপুরদা য়াইথিথিবনা চহি ৩০১৫ স্থরে। অদুনা খেন্নবা চহি ৯৯৫ নি,

চাউরাক্তা হুজিক ঐখোইনা উরিবা মহাভারত অসি অর্জ্জুননা মণিপুরদা লাক্লম্বা চহি লিশিং অমারোমগী মতুংদা কোম্না বেদব্যাসনা লেংসিনবনি। অদুগা জৈমীনীয় ভারত—অশ্বমেধ পর্ব্বদি অর্জ্জুননা মণিপুরদা লাক্লম্বা মতুং চহি লিশিং অনিগী মতুংদা কাইনথংদা লেংবনি। অদুনা মহাভারততা অমস্ত জৈমীনীয় ভারততা হাঙ্গৈরিবা বভ্রুবাহনগী প্রসঙ্গসিং অসি য়াম্না ওনথোকশ্রবা রাক্ষমতাক্তা ইরম্বনি, মাগী অচুম্বদি স্বপনগী অর্জ্জুন ল'কলমই, মতুংদা বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওইরবা তুংদা সগোন থারকপদা খংনখি, মতু দদি বভ্রুবাহননা হস্তিনাগী মখাদা পাল্লমই হাঙ্গৈবা অসিত্তনি। অদুগা মণিপুরগী অরিবা পুরাণদা হাঙ্গৈরম্বা অমস্ত তিনসোন লাইসোনগা লোইনবা মৈতৈগী অরিবা লিচৎসিং অসিদি গবাময়ন যজ্ঞ অমস্ত কাং শান্নবা, কাংজৈ শান্নবা, সগোনকাজৈ শান্নবা. য়াউশং মৈজাউ তিকপা, কে ক্রে কে চো'বা, রাইমু কোঙোনদৌ জগোই শাবা, লাই হরাউবা অসিদি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩১০০ গী মমাংদা তৌরম্বনি অদুনা পাখংবা সনা মহী লাংপা মৈতৈগী ধর্ম্ম ম্নাংবরেন ইড়াংপা অসিদি কুমসি চহি ৫০৪০ গী মমাংদগীনি। অদুনা মরেকনা তারে, মৈতৈগী ধর্ম্ম অসি মণিপুরদা চৎতুনা লৈরবা চহি ১৭০০ গী মতমদা বভ্রুবাহন মণিপুরদা পোকতুনা পানবদা মাগী দৈবী চরিত্রসিং অদু উহুনা পুরাণকারসিংনা বৈদিক দেবতাদা পাখংববু তিনসিনখিবনি। অদুনা বভ্রুবাহন পোক্করিদৈগী মমাংদা মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা অদুবু পোইরৈতোনগী খুনথোক অহানবা অমম্না খংনরিবা মতম অদুনি, মহাক্তি হুজিক্তগী চহি ৫০০০ গী মমাংদনি।

* অনিসুবা পোইরৈত্তোন খুনথোকপা *

মণিপুরদা ঐতিহাসিক যুগ ( মণিপুরগী ) হৌরবদা চহি মসিং থংনবা চংনবা ঊরাসিংগী মরক্তা ভারততগী শক কৌবা অসিগা লোইননা কল্যাব্দবু ইহান হান্না থংখি। অতুনা মণিপুরদা মাইবসিংনা ইতিহাস ইবদা শোকচাউ কৌতুনা কল্যাব্দ শিজন্নরমই, ইতিহাসসিং অদু গরিবনিরাজ কৌবা নিংথৌনা মৈ থাদোক্লুনা মাংহনখি।

মাগী মস্তু ভাগ্যচন্দ্রনা অমোকহন্না মাংখ্রবা ইতিহাসসিং অদু নিংসংলমই। মখোইনা নিংসংবদা হাঙ্গৈরমই। "কলিগী কুমসিং ৩১৩৫দা মৈদিঙু পাখংবনা নিংথৌ ওইখ্র"। কলিগী কুমসিং কৌবদি, "কল্যাব্দ" নত্রগা "কলেগতাব্দ" অসুম্না কৌই। যুধিষ্ঠিরগী মতুংদা সপ্তঋষি যুগ কৌবা অমা চংনরমই, মাতুনা নন্দ অভিষেক কাউবা ভারততা চংলমই। নন্দগী অভিষেক তৌখিবা মতুংদগীদি কল্যাব্দ কৌবা চহি অসি চংনরকই। মরমদি পুরাণকারসিংনা নন্দবু কলি যুগকী ফত্তবা মতম হৌবা, ফত্তবা নিংথৌনি হাঙ্গৈ। মতম অদুদা পুরাণগী মততা সপ্তঋষি যুগ লোইতুনা অমোক হৌবা মতমনি, যুগসন্ধিনি অসুম্না নিংখি, সপ্তঋষি মহাযুগ অমদা চহি ২৭০০নি, অতুনা নন্দ নিংথৌগী অভিষেকতা যুগকী হৌখ্রবা চহি ২৭০০ হাঙ্গৈনা পাতুনা হৌরকপা অদুবু কল্যাব্দ কৌই, অতুনা কল্যাব্দ অসি খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৪০১ দা ২৭০০ সুয়ে হাঙ্গৈনা কন্ননা তৌতুনা কুম অদুগীতা চংনবা হৌবনি।

আলেকজাণ্ডারনা ভারততা লানদাখকপা মতুংদা গ্রীকসিংগা হিন্দুগা তিন্নরবদা মেষ, বৃষ নাচিংবা রাশিগী বিভাগ অসি মৌনা

অমোক ভারততা চৎনরৈ। মতম অদুদা সূর্য্য সিদ্ধান্তকারনা গ্রহসিংগী খোংচৎ পুখোক্পদা যুঙাইনবা হাঈদুনা শাস্ত্রাব্দপিণ্ডগী মহুৎতা মতম অমা হঙ্গৎনা থিবদা কাকতালিগুম্না নন্দ নিংথৌগী মতমদগী চহি ২৭০০ হাঈগৎতুনা চৎপা কল্যাব্দগী হৌগৎপা মতমবু চপ চানা ফংখি, মাদুদগী জ্যোতিঃ সিদ্ধান্ত শাস্ত্রদা কল্যাব্দ অসি য়াম্না নিংথিনা লৌদুনা শাস্ত্রদা চৎনখিবনি। অদুনা মৈতৈগী কুম্বা-বপুরাণনা হাঈবা কলিগী কুম মসিং ৩১ ৩৫ দা মৈদিঙু পাখংবনা নিংথৌ ওই হাঈবসি ভরাসুবা পাখংবা নোংদালাইরেন পাখংবানি; মহাকনা অভিষেক তৌবা অসি নন্দাভিষেক কালদগী চহি ৪৩৫ কোনবদনি। নোংদালাইরেন পাখংবনা মণিপুরদা পানবা মতম অসিদা মগধ লৈপাকতা অন্ধ্র শাগৈনা পাম্লি, অন্ধ্র শাগৈ তুমদরি। শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্ধদা অন্ধ্র বংশগী বর্ণনা লৈবনা থংবা ঙমই, মণিপুরদা নোংদালাইরেন পাখংবনা পানখ্রবা তুংদা বেদ-ব্যাসনা শ্রীভাগবতকী নবমস্কন্ধদা "উলূপীনা ঈরবান পোকই, চিত্রাঙ্গাদানা বভ্রুবাহন পোকই মহাক্কি মমা পোকপা মপুগী মচা ওইখি' হাঈবা রাকম অসি ইরমই। অদুনদি শ্রীমদ্ভাগবতনা হাঈরিবা অসি বর্ত্তমান মণিপুরগী রাকমনি হাঈবদা চিংনবা লৈতে।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা মণিপুরদা ফম্বান তৌংবা অসিগী মমাংরাইদা য়াম্না নকবা মতমদা মণিপুরদা অকোনবা পোইরৈতোননা খুনথোক্লকই। হাঈবা অসি নোংদা লোইরেন পাখংবনা হাঈরম্বা রাকমদগী থংবা ঙমই। মাদুদি,—

পাখংবনা ফম্বান তৌংবদা লাই স্নানা মহারাণী ওই। পাখংবনা লাই স্না পাম্নদুনা অহিং মীওই মুংথিল লাই ওইদুনা পাম্লি।

মতম কুইরক্লবদা মহারাণী লাই স্নানা হাঙ্গি, "মুংথিন ২ নংবা লাই ওই হাঙ্গৈরিবা অসিবু কনাগুম্বা মুপী মরুম্বী লৈরমালে ঐস্মু লাই ওইরগে" হাই। পাখংবনা "নংদি পোইরৈ তোন্না খুন থোক্লকপদা লাকপনিনা মী ওইবদি য়াই, লাই ওইবদি য়াদে ঐদি কোরো নোংমদোনদগী কুম্লকপনিনা মী ওইবসু য়াই লাই ওইবসু য়াই" অস্মুনা খুমই।

পাখংবগী ৱাহৈ অসিনা তাকলে লাই স্নাদি পোইরৈতোন্না খুম্থোক্লকপদা য়াউরকই, হাঙ্গৈবদি মণিপুরদা পোকপা নিংতোল নত্তে, হাঙ্গৈবনি অত্থনা পাখংবনা পানব মতম অত্থরাইদা মথক্তা পোইরৈ-তোন্না খুন্থোক্লকই। মহাকপু নোংমদোনদগী কুম্লকই, হাঙ্গৈবদি অবতার (অব + তৃ ধাতু = কুমলকপা) নি হাঙ্গৈবনি। মাদুদি মহাক্কী থুকন পাঙ্গনবা দৈবী চরিত অত্থ উবদা মমাংতৈদা পোকখিবা পাখংবনা মী ওইবা লোকতা কুম্লক্নুনা পোকপনি অস্মুনা কন্ননা তৌবনি।

মণিপুরদা লাকপা অকোনবা চংলকপাসিং অসিবু পোইরৈতোননা খুনথোক্লকপা কৌরুবদি, পোইরৈতোন হাঙ্গৈবদি নিংথৌগা লোইনত্থনা গৌতম গোত্রগী ব্রাহ্মণ পুরোহিতসিংনা লাকপা অত্থবু হাঙ্গৈবনি। মাদুদি শতপথনা হাঙ্গৈরিবা নোংপোক্তা খুন সন্দোকপা চংখিবা মিথি শাগৈসিংগী পুরৈলোম্বনা খুনথোকপাবুনি। অকোনবগী পোই-রৈতোন লাইস্না পুরকপা অসিদি নন্দবংশনা তানথোক্লকপা মিথিলগী লামন্থ রাজগী কাংবুনি, মাথোইনা নন্দ বংশনা কনথংলকপদা চেনখিবা অসি পুরাণসিংদা য়াম্না নিংথিনা বর্ণন তৌরি। হান্নগী মিথিলসিংগা

অকোনবগী মিথিলসিংগা শাগৈ অমত্তা ওইবনা মখোইগী বৈদিক অমসু পৌরানিক ইতিহাসদা জাতি অমতা ওইখিবনি।

ঐখোইগী অরাবদি গরিবনিৱাজ মহারাজনা মৈ থাখিবা পুরাণসিং অসি চুমগী রাজাগারদা থম্বা পুরাণতা নত্তনা মণিপুরগী খুলকতা পণ্ডিতসিংগী মহুমদা লৈবসু য়াওনা পুখত্তুনা মাংহনখি, মরম অদুনা —অহানবা পাথংবনা পানবদগীনা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা ফাউবা চহি ২৪৫০গী মতমদা থোকখি পানখিবা, নিংথৌসিংগী ইতিহাসদি অকাউবা কোবা সমুদ্রগী ইপাকতা লুপখরে। সুপনগী চহি থাসিং খাদনা রাকমতা ওইনা তিনসোন লাইসোন মন্ত্রদা অমসু ফানরকপা রারিদা লৈহৌবত্তা ওাইরে। অদুনা গুরু খোং-নাংথাবনা গরিবনিরাজবু অরিবা পুরাণ মাংহনবগী দমক মিয়াংত্তা সিংককত্তা মুকাক লৈদা পানদমহুনা অমসু তুসুক হাউদা পান্দুনা মপা হাংপা, অমসু হাও মচাসু ওইনা ইরমই। মাদুনা অদুপ চাউপ্রবা নিংথৌরেন অদুগী পুরাণ যজ্ঞদা পুরোহিত ওইবগী দক্ষিণা ওইখি। মাসিগী দমক নিংথৌরেন অসিগী ফজপ্রবা থাগুম্বা মতানদা শজিগুম্না মীওইবনা মণিপুরদা শবনাহৌই। শৈশকতি—"পাউনম হিদেন মপান্দা কৈদা হিদং মসুমাংদা ( কংলাগী মনাক্তা চেনবা তুরেন অচৌবগী হিদেন অমাগী মমিংনি ) তরেৎ শেনবু য়ৈবদি রাংলেন পুংফাং ফুবদি; তুবি নরু থাবদি হৌদরে, মুকাকলৈ মরু থাবদি হৌহৌরে।" ইতি *

---

* তুবি চরাইরোংবগী মহারাণীনা মচা পোকে বর নিবদা যোগী অমনা গর্ভ পিরমহুনা পোকপনি হাঈনা পাউরৌনবনি।

মরম অসিনা মণিপুরগী ইতিহাস সমালোচনা তৌবা মীসিংগী মুঙাইনবগী দমক ঐখোইনা লাইরিক অসিদা যুগ কয়ামুক থোন্দুনা চৎননবা খোরাং তৌরি। মাদুদা—১। বৈদিক যুগ, মাসিনা মধ্য এসিয়াদা আর্য্যসিংনা লৈরম্বা নত্রগা মাদুগী মমাং উত্তর মেরুদা আর্য্যসিংনা লৈরুবনাচিংবদগী হৌরকপনা কুরুক্ষেত্র যুদ্ধগী মতৈ—মতুং ফাউববু খংনগনি। মতম অদুদা ভারতকী আদিম যুগকী মোরাংক্রনাচিংবগী মতমসু মদুং চনগনি।

২। কলি হৌগৎপা—কল্যাব্দ,—মাসিদি হৌজিক কল্যাব্দ হাঙ্গরগা খংনরিবা চহি মমিং অসিগী হৌগৎপা মতমবু খংনগনি। মাদুদি—হাঙ্গৎবা অদুনা—মথক্তা ২৯০০ চহি হাপচিন্দুনা শেম্বনি। অদুম্বদি ওইরগা গত অমসু গম্যগী চাং শনবদা ভারততা সিজন্নবা ওইবনা ইতিহাসগী সমালোচনা তৌবদা মুংঙাইনবা তৌবনি।*

৩। কুরুক্ষেত্র লান—মহাক্তি খৃষ্টগী মমাং চহি ১৪১৬ দগী হৌবনি।*

৪। বুদ্ধ যুগ—( বুদ্ধ দেবনা পোকপা সিদ্ধ ফংবা মাবু নিংহৌবা মাগী ধর্ম্মনা ভারততা মুৎপা )

৫। আলেকজাণ্ডারনা ভারতা ফংবা—( মানা য়াসি তরানিথোই হৌদোকপা তন্ত্র যুগসু )

৬। মণিপুরগী ইতিহাস হৌবা ( পাখংবনা পাল্লি হাঙ্গনা কুম্বাবনা ইবগী অহানবা )

---

* বৈদিক যুগ হাঙ্গবা অদুনা কলি হৌবা অমসু কুরুক্ষেত্র যুদ্ধ যুগ অনি অসি ফাউবা চংলকই মাদু মাদু ফাউবা চোনথৈ অসুম্না খংনগনি।

* মাবু লৌখৎলুবদি কলি হৌগৎপগী মমাং অদুবু মানা খংহনবনি।

৭। ক্যাম্ব যুগ— ( বিষ্ণুনা ফাউত্নবা ফুরালাংপম অরিবম থোরকপা )

৮। গরিবনিৱাজ যুগ— ( বৈষ্ণব সম্প্রদায় নাইবা হৌবা )

৯। ভাগ্যচন্দ্র যুগ— ( গৌড়ীয় সম্প্রদায় হৌবা )

১০। চন্দ্রকীর্ত্তি যুগ—( ইষ্ট ইণ্ডিয়াদগী ভারতপু ভিক্টোরিয়ানা লৌবা )

১১। চুড়াচন্দ যুগ—* (বৃটিশনা মণিপুর লৌবা পরাধীন ওইবা হৌবা বিশ্বগী ক্রান্তিগী মতমনি )

মথক্তা হ'ঙ্গৈগ্রবা যুগসিং অসি মথাদা সমালোচনা তৌবা মুত্তাইনবগী দমক মতাং মতাং ওইনা থাইদোকপানি।

এৱেখোইনা মণিপুরগী ইতিহাস কৌবা লাইরিক অসিদা পুথোকদৌরিবা রাকম'দ মণিপুরীয় সংস্কৃতিগী বিকাশ অমসু সঙ্কোচনা সাংলবা মতম অসিদা ওইখিবা মাতুবু মথং মনাউ নাইনা উৎপত্তনি। মণিপুরীয় সংস্কৃতি হাঙ্গৈবাদ মী কৌবা অসিগী মহু'দা মৈতৈ— মণিপুরীয় হাঙ্গৈবা অসিগী মাতদা ওইবা অমগা মায়দবা অসিবুনি। মণিপুর অসিদা লাকপা জা'ত পুন্নমক অসিগী মহু'দা কনা কনাগুম্বনা জাতি অ'স ওনখি। মাতুম্না কোন্না ওল্লবসিং অতুদা চুখিবা সংস্কৃতি অতুগা লোইননা মখোইনা বিদেশদা- দ্বীপান্তর অমসু চৎগ্রবদাসু চারোন সুরোন কয়ামুক ফাউবা কোকপা ভমদম্বনা মৈতৈ—মণিপুরীয় হাঙ্গৈনা লৈরবা সংস্কৃতি অতুগী হৌরকপা, মানা চাওখৎলকপা হুনথক্রবা অমসু অমোক মকোক থাঙ্গৎক কপা মাতুগা লোইননা মানা অনৌ অনৌবা কিজোন হোংবা মাতুগী মতম অতুবু হৌফম তাকম য়াউদবা মতম কৌবা অচৌবা তুরেমদা শাখা নদীগুম্না ভিন্নবা অতুবু ইতিহাসনা পুথোকপনি। সংস্কৃতি অসিনা চুবতবু আর্য্যসু মৈতৈ, অনার্য্যসু

মৈতৈ, মৈতৈকা হাইগনি, মাচুম মৈতৈ ব্রাহ্মণ, মৈতৈ পাঙন, মৈতৈ নোংচুপ হারম—ময়াং অসিনাচিংবনি। মরম অসিনা চান্নবা বিচারগী চক্ষুদা এংবদা মাঙ্গোলিয়ানচিংবদা চৎলুবা উরগা মাহুদা তোংলিবা সংস্কৃতিবু অনার্য্যনি, হেক্তা হাঈবা অমসু অর্য্যদা চংবা উরগা সংস্কৃতি অহুবু আর্য্যনি হেক্তা হাঈবা অহুদি মী অহুগী নরতত্ত্ব হৈবতগী পরিচায়কনি।

নোংপোকথংবা ভারততা চিংনা ইকোই কোইসিনবা অতৈগা এ নরগা খুপাক অমত্তা পাকপা লম অসিদা মৈতৈ কৌবা সংস্কৃতি অসিবু পুহুনা ইহান হানবদা মী কাংবু অমনা চংলকখি। মহুনা অতৈগা তিন্নারুবা লৈতনা হান্না লৈরম্বা সংস্কৃতি কযামুককা তিন্নাহুনা ঈমুংবংগুম্না মতম কুইনা মুত্তহুনা লৈরবদা ভারতকী জাতি কয়া কয়ামুক চংলক্তুনা শাংগ্রবা মতম অসিদা মৈতৈগী সংস্কৃতি অহুদা লুপখি। লুপথ্রবসিং অহুনা অকোনবদা মাগী মাগী সংস্কৃতি অহুবু থাদোকখি। মৈতৈ কৌবা সংস্কৃতিদা লুপ্তুনা তিনখি। খুদমগীদমক ময়াং, বিষ্ণুপুরীয়, ক্ষত্রিয়ময়ুম, বামোন, লাইরিকএংবম, পাঙন মাখোই অসিনাচিংবনি। মখোই অসিবু মৈতৈগী সংস্কৃতিনা থুমহৎথ্রবদা মাগী মাগী সংস্কৃতিনা মাংখিবসি নোংঙাল্লগা অমম্বনা খুরবা কো-ঞিনগুম্বদা লৌৎখিহুনা মাংখিবাগুম্না উবমক ফংদনা লৈখি।

অসিগুম্না সংস্কৃতি অসিনা মণিপুর লৈপাক্তা চৎলকপাদি ভারততা হিন্দু হাঈবা মিং অসি থোক্তরিঙৈ, অমসু হিন্দু হাঈরগা খংনরিবা জাতি অসিগী অমগা মান্নরবা সংস্কৃতি অসিনসু ভারততা পোক্তরিঙৈদানা হান্ননা মৈতৈ সংস্কৃতিনা মণিপুরদা পোকখিবনি।

মতম অতুবু ঐখোইনা বল্যাব্দগী মমাং বৈদিক যুক্তনি অদুম্না মথক্কী শন্দুপ মাপন্না সমর্থন তৌখরে। হুজিক্কি সংস্কৃতি অতুবু থাদোক্তনা মচেৎ মচেৎ ওইহনপগা, মাগী শরুক অমামমগী মতমবু খুদমগা লোইননা পুখোকলি।

## মাসিংথিবা

তাইবংপানবা অসিদা ব্যবহারগী দমক লোন হাঙ্গবসি শেম-দরিভৈদা রাখল তৌতুনা এংলবদি খুংবা ওমই, মসিং হাঙ্গবা অসিনা হাননা থোকফম থোকই, মাতুদগী ময়েকনা তাই অমা অনি অহুম নচিবা মশিংগী মমীংনা মশিং অতুগী খুদম অঙ্কবুস্থ হাল্লি। অতুনা হুজিক ফাউবা মৈতৈবোনগী মসিং থিবা অসি বাঙ্গলা, হিন্দী, সংস্কৃতনা চিংবগুম্না মাবু ফোংদোক্লবা খুদম অমা লৈতে খোং-জাইনা চিংবগী মসিংগুম্বনি হাঙ্গবা যাই। অতুনা খংবা ওমই মসিংগী খুদমবুদি মাসিংগী মমীংনা হান্ননা পোকই, মসিগী মিং অসিদি চাগে, থকে তুমগে হাঙ্গবগুম্না লোনদগী মানা হান্না পোক-ফম থোকই অসুম্না বৈজ্ঞানিক পাণ্ডিতসিংনা নিংই। মরমদি পোকপা, শিবা, চাবা, তুম্বা, মুণ্ডাইবা, রাবা, কপ্পা অসিনচিংবা অসি খংলবদি, মা সংনা হান্না খংদ্রবদি মখোঙ্গ অতু খংবা য়াদে, অতুনা অতুগুম্বা অরাবা মুণ্ডাইবনচিংবা অতু ফোংদোকপা খোনজেন অতু মসিং খংদনা ওইবা য়াদে (মসিগী মরমদা পিথাগোরাসগী দর্শন পারগা য়াম্না মুণ্ডাইনা সন্দোকনা খংই) অতুনা লোনবুদি মসিং থিবনা তাইবং থোকপা হাল্লি, মাসিদা চিংনব্বম লৈতে। মাখোইনা হুজিক্কি মাসি নিংখিনা পুখোকপা ওমলে, মাতুদি মৈতৈনা

( মৈতৈ কৌতা সংস্কৃতিনা ) মণিপুরদা চংলকপা মতমদা মাগী মূল জাতি ( মানা খাইদোকপা জাতি ) অতুদা মসিং থিবগী মমিংদি লৈরবা অঙ্কদি পোক্তরিঙৈদনি, অসুম্না খংবা ঙমই। মরম অতুনা হুজিক ফাউবা মৈতৈরোনগী বর্ণ মালাদা সংস্কৃতনা চিংবগুম্না অঙ্ক লৈতে। মাসুম্না হাঙ্গবসি এখোইনা পাঙ্গল থেকনা হাঙ্গবা ঙমদে। মরমদি মসিংথিবাগী মিং অমা, অনিনাচিংবা অসি পোৎকী মমিংনি, মাহাদি ঙা—ঈসিংদা লৈবা মথরাইপানবা জাৎ অমনি, মাবু ৫ গী মমিং ওইনৈ। হাঙ্গবদি মঙা = ঙা = ৫ খংনৈ। অঙ্কবুদি মসিংনা হান্না পোকপনিনা অঙ্ক অতু মসিং অতুগী পোৎশক অতু লৌহনা এক্করকই, অসুম্না পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ। আর্য্যভাষাগী এক, দ্বি,ত্রি, চতুঃ, পঞ্চন্, ষষ্, সপ্তন, অষ্টন্, নবন, অসুম্না হাঙ্গবা মমিংসিং অসিগী অঙ্কদি মথং মথং কুবেরগী নবনিধিগী মসকসিং অসিদগী ওনথিবনি ঃ—

অতু ওইরবদি মৈতৈনা মাখোইনা লাক্লবদা ফারকপা মসিংগী মমিং অতু থাদোকথিবদা অকোনবদা লৌরবা অনার্য্যগী মসিংগী মমিংসিং অতুগীদি মশকনা অঙ্ক ওইনদবদগী মাখোইনা অঙ্ক লৈরমদবনি অসুম্না হাঙ্গবসু য়াই। থাঙ্গমকশেংবদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী খাইদোকতুনা মণিপুরদা চংলকপা মতম অসিরাইদা অঙ্ক অসি হুজিকী মতমদা উরিবা মওং অসি লৈরমদে। বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা করি করিগুম্বা পোৎনা মসিং খংনবা ওইরমই *।

* কাংশীগী খোঞ্জেন তাই, মাসি শা ফাউবা খংই, মাহু অমাদন্ন ওইনা খংই অমা অতু কয়া স্থখরে হাঙ্গবদি মীতনা খংই, মাহুবু পোৎশকতু ফোংনরমই।

অসুবা মসিংগী খুদমদা অমমম পুথোকতুনা থানবংই, মাতুদি শত —হাঙ্গৈবদি ৱা ( বংশ ), সহস্র—হাঙ্গৈবদি তিংথৌ হাঙ্গৈবনি, অতুনা চনি হাঙ্গৈগদবদা ৱাচেৎ অনি থম্নবা অসুম্বা চৈতেকনচিংবা থাবনা অঙ্কগী মহুত্তা সিজন্নরমই অতুনা মৈতৈনা লাকপদা মসিং থিবগী খুৎযি যাউবক্তে। মাতুদগী মৈতৈ বর্ণ মালাদা অঙ্ক য়াওদে অসুম্না পাউথোকপীবনি। তৌইগুম্বসু মাখোইনা খুনথোক্লকপা মতমদা মসিংথিবা হৈবকই, অমসু মসিংগী খুদমসু মাসুম্না তৌবা হৌনৈ হাঙ্গৈবা যান্না নিংথিনা সিজন্নবকই। মাতুদি মতম অতুদা আয়বা অঙ্ক হৌদোক্তরি, পোৎনা মসিংগী প্রতিমূর্ত্তি পুথোকতুনা থাবমই। পোৎসিং অতু অকংবা মচেৎ মচেৎনা মসিংগী মূর্ত্তি ওইনরমই, অতুনা মাখোইনা সংখ্যানবু সিংথাবা, মসিং থিবা কৌই। সিং হাঙ্গৈবদি অকংবা মচেৎপু কৌই। অতুনা সংস্কৃতির্নাচিংবা আর্য্য ভাষাদা উনবিবা মসিংথিবগী মিংনা মসিংগী প্রতিকৃতিগী মসিং ওইবা অতুগুম্না মৈতৈরোনগী মা, নি, থুম, লী, ঙা, লুক, তৰেৎ, নিপান, মাপন, মাখোই অসি পোৎকী মসিংগী মচেৎ মচেৎ কৰ্টনি। অতুনা মতম অতুদা অঙ্কগী মহুত্তা মসিং থংনবা পোৎসিং অতুগা মচেৎ অমনা থংনবমই, মঙা ওইনা থমগে হাঙ্গৈরগা ঙা মচেৎ অমা, নত্রগা সিং মঙা থাবা অসিনা অঙ্কগী থবক তৌরমই।

হাঙ্গৈপ্রবা অসিনা প্রমাণ তৌতুনা খংলে, মাতুদি মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদা লৈরিঙৈদা সিজন্নরম্বা মসিংগী মমিং এক, দ্বিনচিংবা অতুগী মশক অতুবু মাখোইনা খুন্দাববা মফমদা সিজন্নদবা, অমসু হান্না লৈরম্বা কাংবুনা সিজন্নরম্বা মসিংগী মমিংগী পোৎসিং

অতুবুনা ইত্তংতত্তনা সিজন্নবনা হান্না ফাঙ্কপা এক, খিনচিংবা কাউখি, অকোনবগী মা, নি, থুমনচিংবনা মসিংগী মমিং ওইনখি। অতুগা মাথোইনা গণনা তৌবৃদি সিং কৌবনা তাকই ; মাথোইনা হিসাবকী দমক হৈরকপা মসিং কৌবা মওংদি কাউখিদে।

মৈতৈগী মসিং থিবা মখল অনিনি। মাঙ্গুদি তরা কাওবা থিবা অমা, মাসি মী খুদিংমক্কা সিজরৈ। অতুগা মখল অমনা মঙা ফাউবা থিবা অমনি। মাতুগী মশক্তনা তরা কাউবা থিবদনা মশক—সিংদা মাপন ফাউবা অমসু মঙা ফাউবা থিবদনা মশক—সিংদা ৪ তা পুরকই।

খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩৪০ গী মমাংদা Aristotle না ইরম্বা Pralelemata কৌবা লাইরিক্তা হাঙ্গৈরমই, মীওইবনা মসিং থিবদা তরা তরা সুই ; মাতু মীগী খুৎ মচা তরা অসিদগী লৌবনি ; অতুগা মসিংগী মশকতা মাপনদা মঙাই। মরমদি তরা সুবগী খুৎ মচা অমা কাউদনবা থেকচিনবা মরমননি। খুদমগী দমক—মৈতৈগী অঙ্কদি সিং মচেংনি ( হাঙ্গৈথরে সংখ্যানবু সিং কৌবা অসনি )। মৈতৈগী সিংথাবনা অঙ্কগী থবক তৌব ি নি মাস থাইনদি ( হুজিকগী চহি ৫০গী মমাংদা রাজ কার্য্যালয়দা ) হিসাবতা অঙ্ক ওইনবা সিং থাংহুনা থাংহুনা থম্ন-রমই। অঙ্ক হোংলো হাঙ্গৈবগী মতমতা সিং থারো হাঙ্গৈরগা মাস্নুমা সিং মতেক মতেক থাই—

| । | ॥ | ॥। | ॥॥ | ॥॥। | ॥॥॥ | ॥॥॥। | ॥॥॥॥ | ॥॥॥॥। | — |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |

মাসিদা উনরে, অঙ্কদা ৯ ফাউবতা লৈ, মসিংদনা তরা ফাউবা মাতুদি বাঙ্গলাগী অঙ্কসু তরা সুরবদি মকোক থংবা অমা অতু হুঞ্জনলি, হুঞ্জনখরে থংননবা শূন্য হাপই ; অতুনা তরাগী মশক তোঙানবা লৈতে।

মাসি হুজিকী সভ্যজগৎকী অক্ষদা ইভৌ তৌনরে। মাহুগুম্না মৈতৈগী সিংগী মওংস্থ তম্না সুরগা অমগী সিংমা হুঞ্জনলি, তম্না স্থুয়ে খংননবা কৈদোকপনি। মৈতৈনা চৈ থারিবা অসি মণিপুরদা হৌদোকপা নত্তে, মাসি মূল জাতিদগী মাখোইনা ক্লৈরকপনি।

ইজিপ্তগী অহুমসুবা রামেসেস ( Ramesee iii ) কী হাক্তকা উকুদা ইরম্বা হিসাবকী অক্ষদা মৈতৈগী সিংথাবগী মওং অসি উবা ফংই। মমাংতৈদা ইজিপ্ততা মসিং থিংগী খুদম অঙ্ক মথন অনি চৎনরমই। অমনা হিসাবকী দমকনি, অমনা য়ুম্বীনচিংবদা ইমনবনা য়ুংনা থাবা চৈ নত্রগা য়ুংনা ইবা লয়ি তমদগীনা মথং মথং মাপন কাউবদা অঙ্ক মথল মাপনগী থবক তৌই। মাখোই অহুবু পাবা হাঙ্গবা মতমদস্থ মৈতৈগী অমা, অনি, গুম্বা মসিং অমা তোঙান্না পাই,

মাহুদি— ১ = ı = উআ—Va.

২ = ıı = সেন - Sen.

৩ = ıı = জেমেট Zemet.

৪ = ı'ıı = ফটু নত্রগা আফটু – Ftu or Oftu

ıı

৫ = ııı = টুঔ—Tuaw.

ııı

৬ = ıIı সাস্—Sas.

ııı

৭ = !!!I = সেফেক্স—Sefex.

IIII

৮ = ıIII = জেমেনমু—Zemennu.

|||| 
৯ = ||||| — পৌত মঙ্গগা পেই — Paut or Best.
১০ = ∩ — মেট — Met.

মাসি খৃষ্টগী মমাংগী ১২০০ চহি কাইবা চৎনরমই। তরাগী চৈ অসি ইজিপ্তা কোল্লি, মৈতনা তিংবতনি। অহুনা মখোই অনীসি মূলজাতি অমত্তদগী তম্লকপা খুদমনি হাঙীবদা চিংনফম লৈতে।

মসিং থিবদা সীংনা তৌবা অসি মৈতৈনা হিসাবকী মতমদা সিজন্নবনি, অহুগুম্বা উসিং অহুবু ইরোপ লোমদা Yergubae or rods of nepier অমুম্না কৌনরমই, অহুনা মাসি মণিপুরদা শেম্বা মম্তে। সিংবু হিসাবতা মৈতনা সিজন্নরম্বা ওইরবদি তিনসনবা, খাই-দোকপা পুন্নিনবা, য়েন্নবা, বর্গ, মূল, ঘন অমসুং ঘন মূল কৌবা থবক নিপান অসিদা সিজন্নগদবনি। মরমদি থবক নিপান অসিবু হিসাব তৌবা কৌই সংস্কৃত ভাষাদা মাহুবু পাটীগণিত কৌই। অহুনদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী হিসাবতা সিংথাবা অসি খংলকপা ওইরবদি পাটীগণিতসু হৈরকফম থোকই। মৈতৈনা পাটীগণিত হৈরক্তরবদি মসিং থিবদা হিসাব তৌনবা সীংথাবা তৌরমলোইদবনি। অমসু কোম্না কাইনথ.দা মণিপুরগী লোম্নবা লৈপাক্তগী হিসাবতা সীংতেক্না থবসি তম্বা নত্তে চাঙীবসু থংই, মাহুদি নোংপোক্তা ব্রহ্মা, অমসু খা, য়াং, নোংচুপ্তা লৈবা জাতিসিংগী অমনবা পোৎতা অমসু মখোইগী ময়োনদা হিসাবতা সীংনা তৌরম্বা প্রমাণ কংদে। মরম দি অহুগী হিসাবতা সীংনা সিজন্নবা মতমদা বঙ্গদেশ য়োমদ্রা মী তাদরি, নমসিং অহু ইঙ্গুংবতা লুপ্তু না লৈরি।

মৈতৈগী মসিং মথি অসিদা মুম্না এংলপা মাখোইনা মূল

জাতিদগী থাইদোক্লকপা মতম অসি ইরাই লাইনা উরে, মাহুদি ; হুজিক্কী কাল অসিদা উরিবা অঙ্ক অসিগী রুটকী মশকনা পোক্ত-রীবৈ অহুগা পাটীগণিত, বীজগণিত অমসু জ্যামিতিগী মূল সিদ্ধান্তদি হৈরবা মতমদা মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদগী থাইখোক্লকপনি তরং তরংনা লেপই। মৈতৈনা বিদ্যাসিং অসি মণিপুরদা পুথোকপনি হাঙৈবদি করিগুম্বদাসু য়াউরোই। মরমদি—বিংশতি শতাব্দীগী অংথাই কাউবা পাঙ্গীনি হাঙৈনা কাউরবা মী কাউবা হুজিক্কী মণিপুরদা বীজগণতি মশক খংথিদরে * মাসি মণিপুরতবু হাঙৈবা নত্তে মাগী লোন্নবা লৈপাক পুম্নমকপু মাম্নয়া থোক্লবনি। অহুনা লাইনা খংবা ওমই, ভারততা বীজগণিত হৈনরবা মতম বীজগণিত অসি অঙাং কাওবা তমনরিবৈ অহুগা সীংনা অমসু মতুম মপাকমা অঙ্কগী থবক সিজন্ন-রিবৈদা মৈতৈন মখোইগী মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপনি হাঙৈবসি করিসু চিংনক্ষম থোক্তে।

মসিং থিনবা সীং মচেৎ অমসু করি করিগুম্বা মতুম লিকোম শেনগুম্বনা বীজগণিতকী লম্বেনদা সিজন্নবা সরুকতা পাটীগী সরুকসু মশানা চ'দবা য়াদে। অমসু পাটীগী সরুকতা ক্ষেত্রমিতিগী বিদ্যাসু খংদবা য়াদে। মখোই মথল অহুম অসি মহৈ মহৈ থাদোক্লনরবদি মহৈ মহৈ ওইনদে। থাইনা অঙ্কগী মহুৎতা সীংনা লিজন্নরম্বা অসি ইয়ুরোপকী ইখাইদগী ইহান হানবা অঙ্কগী লাইরিক Robdologia কৌবা খৃষ্টাব্দ ১৬১৭ তা ইবা অমদা উই। লাইরিক অসিবু গ্রন্থকার

*মণিপুরদা। মৈতৈ মচানা স্কুল তম্বা হৌরকপা চহি ৫০ য়োম পুরে, শিক্ষা ব্রতী ওইহুনা স্কুলদগী হৌবা কাংবুদি বীজগণিত খংলে, মাহু নত্তবা পাঙ্গিসিংবু থাঙৈননি।

অহুনা Seton দা কৎলি, মানা থাইনা কুইপ্রবা মতমদা সীংনা অহুগী মহুৎতা সিজন্নবা মতমগী পুরাণগী নিয়মনা অহ খুদিংগী লোগরিথমস্ পুখোকপা অসি লাইরিক অহুদা হাপই, মাহুবু Seton না য়াম্না হয়াউখি। ঐখোইনা মৈতৈগী সীং থাবাগী মসীং মথিগী ব্যাখ্যা তৌবা অসিদা লাইরিক অহুবু খুপাই ওইনিঙি। সভ্যজগৎ অসিদা মতম থরা পিঠাগোরাসনা কর্ণ কৌবা পোৎশক অসি ফোংদোকই হাঈনা হুমিৎ কুম্না ওাল্লমই। কর্ণ হাঈবসি ঋগ্‌বেদগী সূল্বসূত্রদনা হান্নবা লৈরম্বা উনরকতৈদগীদি মাগী মিংচৎ অহু হিন্দুনা মুনথরে। মাসি ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা থনরি। মাহুনা প্রমাণ ওইহুনা এংলগা ঐখোইনা উই, মাহুদি মৈতৈরোনদা য়ুমগী কারণ অমসু কোচিন হাঈবা শব্দ আনসি মৈতৈনা পিঠাগোরাসনা ইবা গ্রীককী দর্শন শাস্ত্র অহু তমহুনা খংবা নত্তে হাঈবা মী খুদিংনা য়াগনি। অহুনদি মৈতৈনা য়ুমগী কারণ অমসু কোচীন মশক খংবা অসিদি মাখোইনা মাখোইগী মূলজাতিদগী থংলকপনি হাঈবদা কনানা চিংনগনি অহুনা কারণ— কর্ণ; কোচীন— কোম; অসুম্না বৈদিক শব্দনি হাঈবসি মীমাংসা দর্শনগী সুত্রনা ইরাই লাইনা খংবা ঙমই।

মরম অসিনা ঐখোইনা মৈতৈগী হিসাবকী সীংতেকসিং অর্থাৎ rods of nepier বু, থাবদা তরা সুরগা মথক্তা ফৈগৎপা অসিগী মরমদা Robdologia কৌবা লাইরিকী নিয়ম, অমসু সিদ্ধান্ত সিরো-মণিগী লীলাবতী টীকাদা গণেশনা হাঈবা নিয়মগী মহুং ইন্না প্রমাণ তৌরি।

করিগুম্বা সমকোন অমগী কারন থংলবদি, মাগী ভূজ অমসু কোটি অহু ময়েকনা থংই, মরমদি কর্ণদি সমকোনগী ভূজ অমসু

কোটিগী মথা পোনবনি, ভূজ কোটিগী বর্গগা কর্ণগী বর্গগা চপ মানৈ। মৈতৈনা হান্নই য়ুমদা সমকোণ ওইরবদি মী লৈবা ভমদে, অদুনা য়ুম অদু নিঋতিগা ঈশানগদা সমকোণদগী পিকসিনহল্লু। অদুগা তিল-লাই হুরানবনচিংবা চদনবা থোং খিংবনি, অদুনা মথেক্ত। তারে মৈরমগা বায়ুগাদনা সমকোনদগী চাওথোকই, মাদু মশন মনাই মবন চংনবনি হান্নই। কোচিন মরিমক য়ুমদা সমকোণ তরবদি সঙ্গাই কৌরে, লাইনা নিংথৌনা লৈগদবনি লৈহেদে হান্নবসি মাথোইনা থাজরকই। মাসুম্না থ'জরকপা অসি মচা মসু তরক্লবদা বিদ্য হৈরক্লবদা য়ুমগী কারণ থম্বা কারণ শুবা অসিনাচিংবা চুমদবসিংনা উচ্চগণিতকী সরোগ অদু সিজদে। থাইনা মূল জাতিনা য়ুম সারমদাইদা জ্যামিতি অমসু rods of nepier ( সিং ) থাদুনা তৌবা অদুবু মৈতৈনা পরিং হুনবা কৌদুনা য়ুমসাবা খুদিংগী তৌরি, মাদু বীজগী জ্যামিতিগী গণিত তৌবনি থংদরে, মরমদি মতম কুইনা মৈতৈনা কাউথ্রবননি। মাদুবু নিংসংননবগী দমক পুথোক্লবদি ঃ— মৈতৈগী হিসাবতা সিংথারগা তরা শুবদা মথক্তা ফৈগৎপদি পুরণ তৌবনি। মাদুদি জ্যামিতিগী নিয়মগী মতুং ইন্না তৌবনি। মাদুবু মুসলমানগী লাইরিক্তনা "জরব কোঠরী" কৌই। পাঠকসিংনা মুত্তাইনবা উৎলি।

মাবু পুরিগদ্দনাবু গুণ্য, মানা পুরিবাবু গুণক কৌই। গুণ্য অমস্থু গুণকপু ভুজ অমসুং কোটিনি অসুম্না থল্লু। আয়ত ক্ষেত্রদা ভুজ অমসু কোটিগী পুরণ তৌনরগা ক্ষেত্র ফল সাদোকউ। ফল খুদংগী কারণ ( কর্ণ ) সাদোকউ। গুণ্যগী মফমদা ওইবা মসিংবু ভুজগী অমসুং গুণককী মসিংবু কোটিগী মফমদা হাপউ। গুণককা মফম

খুদিংবা গুণাগী মকম খুদিংমকপু পুরিয়। গুণ ফলগী এককী মসিংগী মথৈবু বর্গগী কর্ণদা এৎতা হাপউ, খুত্তা লাকপবু ওইদা হাপউ, অদুগা কর্ণদা লৈবা মসিং পুম্নমকপু কারণগী মথৈ লৌদুনা তিনসিনলু পুরণ ফল ওই। মাদুগী উদাহরণ গুণ্য ২৫৬৭ গুণক ৬৭৮ মাসিবু তাকথ্রবা নিয়ম অদু তৌরবদি।

মথক্কী খুদমদা উনরে, পুরিবদি বর্গ পুথোকপনি, মাদুদা উৎখরে, মাদুদি সিংথাবগা তরা সুববু মথক্তা থাঙ্গৎপদি—ফৈবদি, খুত্তা লাকপা মসিংবু ওইদা হাপ্পগী দমক কারণদা থাঙ্গৎপনি। অমসুং মথক্তা উৎথ্রবা অদুদা পুরিবা হাঙ্গৈবাসদি গুণকনা গুণ্যবু থুগাইবনি। অর্থাৎ ২বু ৩ না পুরিউ হাঙ্গৈরবদি অনি থারিবসিং অদুবু অহুমথোকনা থুগাইবনি, অদুবু পুরিববু মৈতৈ লোনদা ফুবা কৌই, বেদদাসু মাগুম্না পুরিববু ফুবা, হাৎপা থুগাইবা অসুম্না কৌই। মাদুদি

১০—তরা—তরণ লানথোকথ্রবা ওইদা চৎখিবা।

২০—কুন কোনাদা চলবা।

৩০—কুন তরা=কুনথরা।

৪০—নিফু -অনিনা ফুবা ২×২০=৪০

৫০—য়াংখৈ নিফুদা ১০ য়ানসিনবা=৫০

৬০—হুমফু—অহুমনা ফুবা ৩×২০=৬০

৭০—হুমফুতরা ৬০+১০=৭০

৮০—মরিফু—মরিনা ফুবা ৪×২০=৮০

৯০—মরিফু তরা

১০০—চা—চে—চৈ। ব চেং অমম মশক ফোংদোকনবা থাবা।

বেদদাসু ম সিং অসি য়োবদা রানা থাই হাঙ্গৈদুনা শত কৌই।

১০০০—লিশিং—রাদগী মতাং য়াম্না হেনবনা রাগুদা তরা থাঙ্ই

হাঙ্গইহুনা চাতরাগী মসিংবু লি মচেৎ অমানা থ'হুনা থংনবনি। বৈদিক যুগতদি তিংথোনা তৌই, অহুনা চাতরাবু সহস্র কৌই।

১০০০০০—লক্ষা—লি থাইদোকপা হাঙ্গইবনি, লিশিংদদি লি অমত্তা থারমই, লিশিং অহু তরা স্থুরবদি লি মসিং য়ামথৎলে হাঙ্গইহুনা লখা কৌই।

সংস্কৃততা লিশিং চামাবু লক্ষ কৌই, মাহুদগী হৌরকপা নত্তে। মরমদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপা মতমদা লক্ষ হাঙ্গইবা শব্দ অসি মসিংগী মমিং ওইনরমদে, মাহুমক যজুর্বেদ সংহিতাদা হাঙ্গইরি 'দশ চশ চ শতং চ শতং চ সহস্রং চ সহস্রং চাযুতং চ যুতং নিযুতং চ প্রযুতং চান্যর্বুদং চ সমুদ্রশ্চ মধ্যং চান্তশ্চ পরার্দ্ধশ্চৈতে। মে অগ্ন ইষ্টকা ধেনবঃ সন্ত্বমুত্রা মুষ্মিন্ লোকে।" অসিনি, মসিদা হাঙ্গইরিবা মসিংগী ক্ষম অসি দশ, শত, সহস্র, অযুত, নিযুত, প্রযুত, অর্বুদ, ন্যর্বুদ, সমুদ্র, মধ্য, অন্ত অমসু পরার্দ্ধ ফাউবনি একক থারগা স্থুপনগী তরা-হুমদোই ফাউবনি। তৌইগুমসুং অথর্ববেদগী ৫ কান্ত ৪ অনুবাকতা অমসু ঋগবেদ সংহিতা দাসু মৈতৈগুম্না স্থুপনগী লিশিং ফাউবত্তা লিজল্লে, অহুনা লিশিংদগী হেনবা মসিংদা পরার্দ্ধ ফউবা লিশিংতনা থুচিং ওইহুনা শিজিন্নবা য়াই। মাসি বেদগী ধর্ম লৌবনি।

মথক্তা উৎপ্রবা থুদমসিং অসিদগী চিংনবা লৈতনা থংলে। মৈতৈনা সভ্যজগত্তা অঙ্কগী ময়েকনা হিসাব তৌত্রিজৈদা লীংনা চৎনরিজৈদা মণিপুরদা থুন্দারকপনি। অহুগা পাটীগণিত বীজগণিত অমসু লৌ ওনবা য়ুমসাবা হৈরকই, মাহু মাহুবু সভ্য জগৎতা আবিষ্কারদি তৌরবা মহুৎতা মাথোইনা মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপনি। তৌইগুমসু হৈরক-

লিবা বিদ্যাশিং অদুগী মমিং শব্দদি অদুমক সিজন্নরবসু য়াউই, অদুগা অর্থতা লৌবসু য়াউই, মাদুদি শতবু চা কৌরিবা অদুনাচিংবনি, অদুগা অর্থগী ভাবতা লৈহৌবসু য়াউই, মাদুদি সহস্র ( তিংথৌ ) গী মহুৎতা মহাকা মান্নবা লিনা সিনদৈ। অদুগা কারণ. অমসু কোচিননাচিংবনা শব্দদা অপভ্রংশ ওইরবনি। মাসুম্না তৌবসি মসিংথিবা বিদ্যতদা তৌরবা নত্তে থোরানমিচাকনাচিংবদাসু তৌরি। খুদমগী দমক orion বু বেদনা মৃগব্যাধ, সংস্কৃতনা মৃগশিরা, বাঙ্গালীনা কাল পুরুষ, মৈতৈনা শাচুং তেলহৈবা, তাংখুন্না সারেঙা কৌই, মাদুবু অমোক প্রত্যুদা হরণদা খোংজাইনা উচি মথুন কৌই। অদুনা মৈতৈনা মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপা অসিদা অঙ্ক ময়েক লৈতরিডেদা ওইবনা থংবা ঙমলে, মহাভারত রামায়ণনাচিংবা শাস্ত্রনা ভারততা লৈতরিডে অমসু কুরুক্ষেত্র যুদ্ধগী মমাংদনি হাঙ্গবা সংসংনা থংবা ঙমই। অদুগা পুরিববু ফুবা কৌবা, অমসু কুন, কুনথ্রা, নিফু অসিনচিংবা কুন কুননা মসিংথিবা অদুগা লোইননা মৈতৈ বর্ণমালাদা অঙ্ক ময়েক লৈরমলবদি মৈতৈনা মণিপুরদা চংলকপা অসি খৃষ্টগী প্রথম শতাব্দী রাইদনি হাঙ্গবা য়ারমগনি। মরমদি অঙ্ক থোকলবা মতুং ফাউবা কোন্না হাঙ্গরবদা আর্য্যভট্টগী মতম ফাউবা পুরিববু ফুবা ওইনা হিসাব তৌরমই। খৃষ্ট পঞ্চম শতাব্দীগী মমৈরাইডদগী হৌনা ভারততা হুজিক স্কুলদা চংবা পুরিবগী মওং অসি যথম্নং হানবা মাল্লি হাঙনা "গো মূত্রিকা" কৌহনা চংনরকই, মাসিদদি পুরিবদা গুণবু গুণকনা ফুবা অসি য়ওদরে, তৌইগুম্বন্নং মণিপুরদদি পুরিবদা ফুবা অসি এৗ ফাউবা গুণ্যকগুণকনা ফুবা ওইনা পুরিবা অহানবা ত্তমকই।

এৗখোইনা উংথরে, মৈতৈগী মসিংথিবা মওং অসিনা প্রাচীন

বৈদিক যুগতগীনা মৈতৈনা মণিপুরদা খুন্নারে। মাসিগী প্রমাণ অমস্থু মৈতৈনা শেনথিবা অসিনি, মাহুদি শেন মথাই ৪বু য়াটেংখ, ৮বু চামা, চাম তরাবু লিশিং, শেন লিশিং তরাবু শেন লখা অমা কৌই। মাসিগী ফল মানবা চীন লৈপাক্তা উই।

থে্‌শিয়ন্‌স জাতিদা অক হাঙ্গৈবসি খুদম মরিত্তা লৈ, মাসিগী মরমদি Aristotle না হাঙ্গৈরমই, মসিংথিবদা মীওইবনা মাগী মাগী খুৎত্তা পাল্লিবা খুৎচানা থিবনা ওই, এং ওই অনিমক্তা তরা ওইবনা তরা ফাউবা মসিংথি। অদুগা স্তুপনগী খুৎ এংতদা থিবনা মগুা ফাউবত্তাস্থু চৎকৈ, মাদুদা ময়েক্লা তা'র খুৎপিনা থেকচিন্দুনা সমাষ্টিগী মসিং লৌরবদি অরাংবদা লৈবা খুৎচা মরিনা য়াংখৈনা (য়াং—অরাংবদা —নত্রগা পরেংশাবা অরাংবদা লৈব মখৈগী অয়োইবা য়ৌবা অস্থম্বা অর্থদা) মরিবু সমষ্টি অমা ওইনা চৎনবনি।

থাইনদি মসিং থিবা হাঙ্গৈবসিগী কুইথ্রবা মতমদা অঙ্কগী মহুগা চেক্কুম, সুংহুম, মালাদা উনরিবা উনাচিংবগী মতুম অসিনা সিজন্নরমই মাহুন্না সিজন্নবা মওং অদু ইজিপ্ত, অমস্থু গ্রীসতা য়ান্না চৎনরমই। মাহুন্না মতুন্না সিজন্নবা অদুদা ০ না মসিং অমা ওই ( মাহুদি অঙ্কনা তরানা ওইবা অসিগুম্বনি ) অদুনা মতুমগী মশক শেনথিবা মৈতৈনা মগুামা মসীং থিনবা ওইদুনা চৎনরমই। মসি শেন থিবদা অমস্থু খুদোলগী মরুদা মগুাতনা মসীংগী পুরোক অমা ওইনৈ। অদুনা মগুানা তরাগী মহুত্তা সিজন্নবা মরম্না মৈতৈনা শেন মথাই তরাবু মগুা কৌই। অদুনা শেন থিবদদি খুৎ অনি তিনসন্নবনা খুৎ অমতগী হিসাব লৌনা শেন অমা হাঙ্গৈরগা মথাই অনি থংনৈ। শেন অমা মথাই হাঙ্গৈরগা মথাই অহুম থংনৈ। য়াংখৈ মরিগা মথাই অনিবু

চনি কৈকক কৌই। অতৈদি শিংগা য়াৈরে, অর্থাৎ শেনচা ১০ বা লিশিং, লিশিং তরানা লখা অমা কৌই। মাসি হুজিক্কগী চহি ৫০ গী মমাংদা চৎনরমই ঐথোইস্থু থরা থরা উহৌই, হুজিকস্থু সুপীসিংদি থংবনা য়ামই। মাসিস্থু যোগ, বিয়োগ, গুণ, হরণ, বর্গঘন, মূলনাচিংবা পাটীগী হিসাব তৌনবা থুৎখা লৈ। মাহু মণিপুরদাস্থু চৎনরমই, অহুবু হুজিক্তি ঐথোই হৈত্তরে, কাউথরে অহুনা লাইরিক অসিদা মমল য়ামথ্রবা পোৎ অহু ঐথোইনা পুথোকপা ঙমদরে। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ১৬৬২ দা জর্ম্মনীনা ছাপা নম্বা **Arithmetica calcularis or Arithmetica mercatoria** কৌবা ললোনবগী মতাং লাইরিক্তা শেনথিবগী নিয়ম অহু ইহুনা য়াওই। মাহু উরগ ঐথোইগী মৈতৈনা তৌরম্বা অহু মাসিনি হাঙ্গৈনা নিংসংই, পাঠকসিংনা হুঙাইনবা থূদম থরা উৎকে। শেনগুম্বা মতুম, মশাকনা হিসাব তৌবদা মঙানা ভবাগী থবক তৌগনি. তরা স্থুরগা মথক্তা লয়িদা হাপকনি, মাহুদি অহানবা মঙাগী মন্নুংনা একক ওইরগা ফৈনা ইবা লয়িনা তরা, চা লিশিং লখা ফউবা অকৈবা লয়ি ৫ ইগনি মাহুনা মাসি

খোকই—

```
  ──────────
  •
  ──────────
  ०
  ०•०
  ──────────

  ──────────
  •
  ०
  ──────────
  •••
  •
  ──────────
  •
  ──────────
  •
  •
  ──────────
  ••
```

= ৬৩১৮৬১৭

তিনসিন্নবা— ৭৬৮ + ৪৮৯ = ১২৫৭ সিবু মথাগী অমুম্না থোকই।

মথক্তা তিনসিন্নখিবা শেন মথাই অসি থাইদোক্লনবদি অহুমশুবা কান্না মল ২৮৯ অসি থোকই।

২৩৪৫ × ২৩ = ৫৩৯৩৫ অসি শেনদা মাহুম্না তৌগনি।

